# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড তরুকশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড তরূকশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা
অমসুং শীতলজিৎ-না কোওবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,
তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র ট্রেডিং কোং,
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯৬



মমল লুপা ৪৫·

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## মাপলশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

নানামতগ্রহগ্রস্তান্ দাক্ষিণাত্যজনদ্বিপান্ ।

কৃপারিণা বিমুচ্যৈতান্ গৌরশ্চক্রে স বৈষ্ণবান্ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

নানামত—মথল মথাগী মত ; গ্রহ— কুম্ভীর ( হুম্বা ) ; গ্রস্তান—উম্মুম্নবশিংবু ; দাক্ষিণাত্যজন - দাক্ষিণাত্যগী মী ; দ্বিপান্—শামু ( হুম্বশিংব ) ; কৃপা-অরিণা কৃপাগী মশক ওইবা খুৎলাইনা (চক্রনা) ; বিমুচ - নাম্থোকহন্দুনা ; এতান্ মখোয়পুম্নমসিব ; গৌরঃ গৌরনা ; চক্রে—ওইহন্খি ; সঃ—মহাক্না ; বৈষ্ণবান্—বৈষ্ণব ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথলমথাগী মতকী মশক ওইবা কুম্ভীরনা উম্মুম্নবা দাক্ষিণাত্যগী মীগী মশক ওইবা শামুশিংবু শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা কৃপাগী মশক ওইবা চক্রনা নাম্থোকহন্দুনা মখোয়বু বৈষ্ণব ওইহন্খিরম্মী ।

### লৈনরোল

**নানামতগ্রহগ্রস্তান্** সাংখ্য, বৈশেষিক, বৌদ্ধ, জৈন, শাক্ত, গাণপত্য-নচিংবা মথল মথাগী মত-গী মশক-ওইবা গ্রহ ( কুম্ভীর ), মহুনা উম্মুম্নবা মখোয়, অদুগুম্বা **দাক্ষিণাত্যজনদ্বিপান্**— দক্ষিণদেশদা লৈবা মীপুম্নমক্কী মশক ওইবা দ্বিপ ( শামু ) পুম্নমক্পু । **কৃপারিণা** - কৃপাগী মশক ওইবা অরি না ( খুৎলাইনা ) নাম্থোকহন্দুনা মখোয়বু প্রভুনা বৈষ্ণব ওইহন্খি । শামুগী মনাক্তোনবু কুম্ভীরনা য়েংলবদি শামুনা লায়না লাম্থোকপা ঙমদ্রে ; মতৌ অদুগুম্না বিচার-বুদ্ধি-লৈতবা মীচমশিংনা বৌদ্ধ-জৈন নচিংবা-মথল-মথাগী মত চৎপা মীশিংগী মথুত্তা তাগবদি মখোয়না

পণ্ডথরুবদো কোক্পা লুরে। মরমত্না শ্লোকসিদা "নানামত"বু কুম্ভীরগা অত্তুগা দক্ষিণদেশবাসীশিংবু শামুগা চাংদম্নরিবনী। প্রভুনা কৃপা তৌবিত্না মখোয় মখোয়গী বুদ্ধিচু থাদোকহন্দুনা মখোয়বু বৈষ্ণব ওইহন্খি। চক্রনা কুম্ভীরনা উম্নবত্তু তোকহল্লগা শামুবু নাম্বোকহন্বগুম্না প্রভুস্ত কৃপা তৌবিরগা মখলমখাগী মত পুরম্বদগী মখোয়বু নাম্বোকহন্বিখি; মরমত্না কৃপাবু চক্রগা লোয়ননা চাংদম্নরিবনী।

পরিচ্ছেদসিদা বর্ণন তৌগদৌরিবা বিষয়ত্তু শ্লোকসিদা সূত্রগী মওংদা পল্লিবনী। পরিচ্ছেদসিদা বর্ণন তৌরিবা বিষয়দি শ্রীমন্মহাপ্রভুনা দক্ষিণদেশ কোয়বা, দেশতুদা লৈরম্বা নানামতপুরম্বা মীশিংবু বৈষ্ণব ওইহনবা অত্তুগা নীলাচলদা অমূক-হল্লকপগী রা হায়বনী।

## মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ॥ ২॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী জয়, শ্রীনিত্যানন্দগী জয়, শ্রীঅদ্বৈতগী জয়, শ্রীগৌরগী ভক্তশিংগী জয়।

## মূল ৩

দক্ষিণগমন প্রভুর অতি বিলক্ষণ।

সহস্র সহস্র তীর্থ কৈল দরশন॥ ৩॥

শব্দার্থ

দক্ষিণগমন—দক্ষিণদেশদা লেঙবা; প্রভুর—মহাপ্রভুগী; অতি—য়াম্না; বিলক্ষণ—অঙকপনী, খ্বাইগা মান্নদবনী; সহস্র সহস্র—লীশীঙ লীশীঙ; তীর্থ—লাইফম; কৈল—তৌখি; দরশন—দর্শন (য়েংবা, উবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা দক্ষিণ-লেঙবদি খ্বাইগা মান্নদবা অঙকপা থোঙচৎনী। প্রভুনা তীর্থ লীশীঙ লীশীঙ দর্শন তৌখি।

## মূল ৪

সেই সব তীর্থ স্পর্শি মহাতীর্থ কৈল।
সেই ছলে সেই দেশের লোক নিস্তারিল ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

সেই সব তীর্থ - তীর্থ পূম্নমক্তো ; স্পর্শি— (খোঙনা) শোক্পিদুনা ; মহাতীর্থ - অচৌবা তীর্থ ; কৈল— ওইহল্লম্মী ; সেই—মদু ; ছলে—তাংনা ; সেই দেশের দেশদুগী ; লোক—মীবু ; নিস্তারিল—লান্‌বিখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা) তীর্থ পূম্নমক অদুদ্ খোঙনা শোক্পিদুনা মহাতীর্থ ওইহনখি। তীর্থদর্শন তৌবনী হায়শন্নরগা দেশদুগী মীশিংবু লান্‌বিখি।

## মূল ৫

তীর্থযাত্রার তীর্থক্রম করিতে না পারি।
দক্ষিন-বামে তীর্থগমন হয় ফেরাফেরি ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

তীর্থযাত্রার —তীর্থলেঙবগী ; তীর্থক্রম - তীর্থশিংগী মথং মনাও ; করিতে—তৌবা ; না পারি—ঐ ঙমদে ; দক্ষিণ— য়েৎতা ; বামে—ওইদা ; তীর্থগমন—তীর্থচৎপা ; হয়— ওই ; ফেরাফেরি—হঙ্গৎহন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা তীর্থলেঙলম্বদুগী তীর্থ মথং মনাও হায়বা ঙমদ্রে। য়েৎতা ওইদা হঙ্গৎ-হন্দা তৌদুনা প্রভুনা তীর্থ লেঙখিরম্মী।

## মূল ৬

অতএব নামমাত্র করিয়ে গণন।
কহিতে না পারি তার যথা অনুক্রম ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

এতএব—মরমদুনা ( প্রভুনা লেঙলম্বা তীর্থশিংগী মথঙমনাও হায়বা ঙমদবদুনা ) ; নামমাত্র— মমিংতা ওইনা ; করিয়ে—তৌরে ; গণন— শীঙথাবা ; কহিতে—হায়বা ; না পারি—ঙমদে ; তার—মথোয়দুগী ; যথা—চপ্ চাবা মওইদা ; অনুক্রম—মথং-মনাও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা প্রভুনা লেঙলম্বা তীর্থশিংদু মমিংতা ওইনা শীঙথারে। তীর্থ-শিংদুগী মথংমনাও হায়বদি প্রভুনা লেঙলম্বগী মতুং ইন্না মথংমনা ওবু হায়বা ঙমজদে।

## মূল ৭-৮

পূর্ব্ববৎ পথে যাইতে যে পায় দর্শন।
যে গ্রামে যায় সেই গ্রামের যতজন ॥ ৭ ॥
সভেই বৈষ্ণব হয়—কহে 'কৃষ্ণহরি'।
অন্যগ্রাম নিস্তারয়ে সেই বৈষ্ণব করি ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্ববৎ—হান্নগী মতৌগুম্না; পথে—লম্বীদা; যাইতে—চৎপদা; যে—কনাগুম্বা অমনা; পায়—ফংঙী; দর্শন—উবা; যে—গ্রামে—করিগুম্বা খুন্দা; যায—চৎলী; সেই গ্রামের—গ্রাম অদুগী; যতজন—লৈরম্বা মীশিংদা; সভেই—লোইনমক; বৈষ্ণব হয—বৈষ্ণব ওই; কহে—শোল্লী; কৃষ্ণ হরি—কৃষ্ণ, হরি (তায়না); অন্যগ্রাম—অতোপ্পা খুনবু; নিস্তারয়ে—লান্নী; সেই—মহাক্নুমক্না; বৈষ্ণব করি—বৈষ্ণব ওইহন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙ্গেঙগী মতৌগুম্না লম্বীদা চৎপদা প্রভুবু উবা মীনা চৎলুবা গ্রামদুগী লৈরম্বা মী পুন্নমক বৈষ্ণব ওইথি অদুগা 'কৃষ্ণ হরি' হায়দুনা শোল্লী। বৈষ্ণব অদুনা অতোপ্পা গ্রামদু বৈষ্ণব ওইহন্দুনা লান্নখি।

## কৈনরোল

সেই বৈষ্ণব করি—প্রভুগী দর্শন ফংলগা বৈষ্ণব ওইখিবা মহাক্নুনা অমুক অতোপ্পা গ্রামগী মীশিংবু বৈষ্ণব ওইহল্লগা উদ্ধার তৌবিখি।

## মূল ৯

দক্ষিণদেশের লোক অনেক প্রকার।
কেহো জ্ঞানী, কেহো কর্ম্মী, পাষণ্ডী অপার ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

দক্ষিণদেশের— দক্ষিণদেশগী ; লোক— মীশিংদি ; অনেক—য়াম্মী ; প্রকার—মথল ; কেহো—কনানা ; জ্ঞানী—জ্ঞানমার্গগী সাধক ( জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বা মী ) ; কর্ম্মী - কর্ম্মকাণ্ড-চৎপা ; পাষণ্ডী—বেদ-য়াদবা ; অপার—মশীঙলাকৃঙমদবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দক্ষিণদেশগী মীশিংদি মথল য়াম্লম্মী। কনা কনানা জ্ঞানী-নী কনামনা কর্ম্মীনী অদুগা কনামনা বেদ-য়েংথিবা পাষণ্ডীগী মশীঙস্তু লাকঙমদবনী।

## মূল ১০

সেই সব লোক প্রভুর দর্শন-প্রভাবে।
নিজ নিজ মত ছাড়ি হইল বৈষ্ণবে॥ ১০॥

### শব্দার্থ

সেই সব লোক—মখোয় মীপূম্নমক্তো ; প্রভুর—প্রভুগী ; দর্শন-প্রভাবে—দর্শনগী মপান্না ; নিজ নিজ—মচা মছাগী ; মত—মত ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; হইল বৈষ্ণবে—বৈষ্ণব ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় মী পূম্নমক্তো প্রভুগী উজবগী মপান্না মচা মছাগী ধর্ম্মমত থাদোক্লগা বৈষ্ণব ওইখি।

## মূল ১১

বৈষ্ণবের মধ্যে রাম-উপাসক সব।
কেহো তত্ত্ববাদী, কেহো হয় শ্রীবৈষ্ণব॥ ১১॥

### শব্দার্থ

বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবশিংগী ; মধ্যে—মরক্তা ; রাম উপাসক—রাম-লাৎপা ; সব—লোইনমক ; কেহো—কনা কনানা ; তত্ত্ববাদী—তত্ত্ববাদীনী ; কেহো হয়—কনামনা ওই ; শ্রীবৈষ্ণব—শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দক্ষিণদেশদা লৈরম্বা ) বৈষ্ণবশিংগী মরক্তা লোইনসক রাম-লাংপা ওাক্লী। কনা কনাগুম্বনা তত্ত্ববাদীনী অদুগা কনাগুম্বনা শ্রীবৈষ্ণবনী।

**মৈনরোল**

তত্ত্ববাদী—পোৎ পুম্নমক সত্য ( অওইবা ) ওাক্লী, মিথ্যা (ওইদবা) অমত্তা য়াওদে হায়বা তত্ত্বসিবু সত্যনী হায়না খন্বা মীতাশিং ; মধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়গী মীশিংবু মতমদুদা তত্ত্ববাদী হায়না কৌনৈ। মখোয়সী নারায়ণগী উপাসক-নী।

শ্রীবৈষ্ণব—শ্রীসম্প্রদায়দা য়াওবা হায়বদি রামানুজস্বামীনা হৌদোক্লম্বা সম্প্রদায়গী বৈষ্ণবশিংবু শ্রীবৈষ্ণব কৌয়ি। মখোয়সী শ্রীরামচন্দ্রগী নত্রগা লক্ষ্মীনারায়ণগী উপাসক-নী।

মূল ১২

সেই সব বৈষ্ণব মহাপ্রভুর দর্শনে।

কৃষ্ণ-উপাসক হৈল—লয় কৃষ্ণনামে ॥ ১২ ॥

**শব্দার্থ**

সেই সব বৈষ্ণব—বৈষ্ণব পুম্নমক অদো ; মহাপ্রভুর দর্শনে—মহাপ্রভুবু উবদা ; কৃষ্ণ-উপাসক—কৃষ্ণ-লাংপা ; হৈল—ওইখি ; লয়—লৌয়ি ; কৃষ্ণনামে—কৃষ্ণগী মিংলেন্বু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক্তো মহাপ্রভুবু উরগা কৃষ্ণ-লাংপা ওইখি অদুগা কৃষ্ণনাম শোন্খি।

মূল ১৩

রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব পাহি মাম্।

কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব ত্রাহি মাম্ ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থ নচিংবদি ২/৭/৯৭ শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

মূল ১৪

এই শ্লোক পথে পটি করিলা প্রয়াণ।

গৌতমী-গঙ্গায় যাই কৈল—তাহাঁ স্নান ॥ ১৪ ॥

শব্দার্থ

এই শ্লোক—শ্লোক অনী ; পথে—সহীদা ; পটি—থীতুনা ; করিলা—তৌখি ; প্রয়াণ—চৎপা ; গৌতমী গঙ্গায়—গৌতমী-গঙ্গাদা ; যাই—চৎতুনা ; কৈল—তৌখি ; তাহাঁ—মফমতুদা ; স্নান—ইরুজবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক অনী থী-থীহ্না প্রভুনা লম্বীদা লেঙলম্মী। গৌতমী গঙ্গাদা লেঙলগা প্রভুনা মহুদা স্নান তৌখি।

মূল ১৫

মল্লিকার্জ্জুন তীর্থে যাই মহেশ দেখিল।

তাহাঁ সবলোকে কৃষ্ণনাম লওয়াইল ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

মল্লিকার্জ্জুন তীর্থে—মল্লিকার্জ্জুন তীর্থদা ; যাই—চৎতুনা ; মহেশ—মহেশ (শিব মহাদেব) ; দেখিল—দর্শন তৌখি ; তাহাঁ—মফমতুদা ; সব-লোকে—মী পুম্বদু ; কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন ; লওয়াইল—লৌহনখি, শোলহনখি।

মূল ১৬

দাসরাম-মহাদেবে করিল দর্শন।

অহোবল-নৃসিংহেরে করিলা গমন ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

দাসরাম—রামগী মনাই ; মহাদেবে—মহাদেববু ; করিল দর্শন—দর্শন তৌখি ; অহোবল-নৃসিংহেরে—অহোবল-নৃসিংহদা ; করিলা—তৌখি ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামগী মনাই মহাদেববু দর্শন তৌখি। অহোবল-নৃসিংহদা প্রভু খোঙ-শান্‌খি।

মূল ১৭

নৃসিংহ দেখিয়া তাঁরে কৈল নতি স্তুতি।
সিদ্ধিবট গেলা—যাহাঁ মূর্ত্তি সীতাপতি ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

নৃসিংহ দেখিয়া—নৃসিংহ দর্শন তৌরগা ; তাঁরে—মঙোন্দা (নৃসিংহদা) ; কৈল—তৌখি ; নতি—খুরুম্বা ; স্তুতি—স্তুতি ; সিদ্ধিবট—সিদ্ধিবট মায়কৈদা ; গেলা—(প্রভুনা) লেঙখি ; যাহাঁ—মফমতুদা ; মূর্ত্তি—মূর্ত্তিদি ; সীতাপতি—সীতাগী মপুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নৃসিংহদেববু দর্শন তৌরগা খুরুমখি অমসুং স্তুতি তৌখি। অদুদগী সিদ্ধিবটদা লেঙখি ; মফমতুদা লাংলম্বা মূর্ত্তিদি সীতাপতি শ্রীরামচন্দ্রনী।

মূল ১৮

রঘুনাথ দেখি কৈল প্রণতি স্তবন।
তাহাঁ এক বিপ্র তাঁরে কৈল নিমন্ত্রণ ॥ ১৮ ॥

শব্দার্থ

রঘুনাথ—রঘু শাগৈগী মপু রামচন্দ্র ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; কৈল—তৌখি ; প্রণতি—খুরুম্বা ; স্তবন—স্তুতি ; তাহাঁ—মফমতুদা ; এক—অমা, বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; তাঁরে—মহাকপু (প্রভুবু) ; কৈল—তৌখি ; নিমন্ত্রণ—বাৰ্জোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রঘুনাথ শ্রীরামচন্দ্রবু দর্শন তৌরগা খুরুম্মী অহুম্মা স্তুতি তৌখি। মফমতুদা ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌখি।

মূল ১৯

সেই বিপ্র রামনাম নিরন্তর লয়।

রামনাম বিনা অন্য বাণী ন কহয় ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

সেই বিপ্র- ব্রাহ্মণ অদু ; রামনাম—রামগী মিংলেন ; নিরন্তর—তত্তনা ; লয়—শোল্লী ; রামনাম--রামগী মিংলেন ; বিনা—নত্তনা ; অন্য - অতোপ্পা ; বাণী বা ; কহয় হায়দে।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোরুপা

ব্রাহ্মণ অদুনা রাম-নাম তত্তনা শোল্লী। রাম-নাম নত্তনা অতোপ্পা বাহৈ অমত্তা মচী-ন্দা শোন্দে।

মূল ২০

সেইদিন তার ঘরে রহিল ভিক্ষা করি।

তারে কৃপা করি আগে চলিলা গৌরহরি ॥ ২০ ॥

শব্দার্থ

সেইদিন - নুমীতুমা ; তার মাগী (ব্রাহ্মণদুগী) ; ঘরে - য়ুমদা ; রহিল লৈরম্মী . ভিক্ষা করি— প্রসাদ ফংদুনা ; তারে— মহাকপু (ব্রাহ্মণ-দুবু) ; কৃপা করি—চানবিরগা ; আগে চলিলা—মাঙ পাংনা চৎথরম্মী ; গৌরহরি- গৌরাঙ্গ প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোরুপা

মদুগী নুমীৎতুমা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ব্রাহ্মণদুগী য়ুমদা প্রসাদ ফংদুনা লেনখি। অদুদগী ব্রাহ্মণদুবু কৃপা তৌবিরগা গৌরাঙ্গ প্রভু মাং পাংনা চেঙখিবম্মী।

নৈনরোল

আগে চলিলা --মাঙ পাংনা, অমুকন্না থা পাংনা, চেঙলম্মী।

মূল ২১

স্কন্দক্ষেত্রতীর্থে কৈল স্কন্দ-দরশন।

ত্রিমঠ আইলা তাহাঁ দেখি ত্রিবিক্রম ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

স্কন্দক্ষেত্র তীর্থ—স্কন্দক্ষেত্র তীর্থদা ; কৈল—তৌরম্মী ; স্কন্দ-দরশন স্কন্দ (কার্ত্তিকেয়) দর্শন ; ত্রিমঠ—ত্রিমঠদা ; আইলা—লেঙখি ; তাহাঁ—মফমহুদা ; দেখি—দর্শন তৌদুনা ; ত্রিবিক্রম—শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি মখল অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী প্রভু স্কন্দক্ষেত্র তীর্থদা স্কন্দবু ( কার্ত্তিকেয়বু ) দর্শন তৌখি। অহুদগী ত্রিমঠ লেঙলগা মফমহুদা ত্রিবিক্রম দর্শন তৌখি।

মূল ১২

পুনঃ সিদ্ধিবট আইলা সেই বিপ্রঘরে।

সেই বিপ্র কৃষ্ণনাম লয় নিরন্তরে॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

পুনঃ—অমুক হন্না ; সিদ্ধিবট—সিদ্ধিবটদা ; আইলা—লেঙলকখি ; সেই বিপ্রঘরে—ব্রাহ্মণগী য়ুম অদুদা ; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণদুনা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন ; লয়—লৌয়ি, শোল্লী ; নিরন্তরে—তত্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক হন্না সিদ্ধিবট-তীর্থদা ব্রাহ্মণগী য়ুমদুদা লেঙলকখি। ব্রাহ্মণ অদুনা কৃষ্ণনাম তত্তনা শোল্লী।

মূল ১৩

ভিক্ষা করি মহাপ্রভু তারে প্রশ্ন কৈল—।

কহ বিপ্র! এই তোমার কোন দশা হৈল॥ ২৩॥

শব্দার্থ

ভিক্ষা করি—প্রসাদ লৌরগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তারে—মহোন্দা (ব্রাহ্মণদুদা) ; প্রশ্ন কৈল—বা হংলম্মী ; কহ—হায়য়ু ; বিপ্র—হে ব্রাহ্মণ ; এই—মসী ; তোমার—নঙগী ; কোন দশা—করম্বা মতৌ ; হৈল—ওইরবনো ?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রসাদী ফংলগা মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণ অদুদা হংলম্মী—হায়য়ু হে ব্রাহ্মণ, তৌরিবসী নঙগী করম্বা দশানো ?

মূল ২৪

পূর্ব্বে তুমি নিরন্তর কহিতে রামনাম।
এবে কেনে নিরন্তর কহ কৃষ্ণ নাম ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙেদা ; তুমি—নঙনা ; নিরন্তর—তন্তুনা ; কহিতে—শোনবদায় ; রামনাম—শ্রীরামগী মিংলেন ; এবে—হৌজিক ; কেনে—করিগীনো, নিরন্তর—তত্তুনা ; কহ—শোল্লী ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙেদা ননাক তন্তুনা রামগী নাম শোনবদায় ? হৌজিক্কা করিগীনো তত্তুনা কৃষ্ণনাম শোল্লিবা ?

মূল ২৫

বিপ্র কহে এই তোমার দর্শন-প্রভাব।
তোমা দেখি গেল মোর আজন্মস্বভাব ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; কহে—হায় ; এই—মসী ; তোমার—নঙগী ; দর্শন-প্রভাব—উরুবগী ময়াইনী ; তোমা—নঙবু ; দেখি—উরগা ; গেল—চৎখ্রে ; মোর—ঐগী ; আজন্মস্বভাব—পোকপদগী য়াওরকপা স্বভাব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা তৌরিবসী নঙবু উবদগীনী। নঙবু উবদা ঐগী পোকপদগী য়াওরক্লবা স্বভাব অদু মাঙখরে।

মূল ২৬

বাল্যাবধি রামনাম-গ্রহণ আমার।
তোমা দেখি কৃষ্ণনাম আইল একবার ॥ ২৬ ॥

## শব্দার্থ

বাল্যাবধি—অঙাঙ ওইহৈদগী ; রামনাম-গ্রহণ—রামনাম লৌবনী ; আমার—ঐগী (ঐনা) ; তোমা দেখি—নঙবু উবদগী ; কৃষ্ণনাম আইল—কৃষ্ণনাম থোরকখি ; একবার—অমুকথক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ ওইহৈদগী ঐনা রামনাম লৌরকপনী। নঙবু (প্রভুবু) উবদগী কৃষ্ণনাম অমুকথক থোরকখি।

মূল ১৭

সেই হৈতে কৃষ্ণনাম জিহ্বাতে বসিল।
কৃষ্ণনাম স্ফুরে রামনাম দূরে গেল ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

সেই হৈতে মতুদগী ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন ; জিহ্বাতে—লৈয়েঙদা ; বসিল—ফমখরে (পক্খরে) ; কৃষ্ণনাম স্ফুরে—কৃষ্ণনাম (ঐনা হোৎনদ্রবস্তু) অতুম মথন্নন্তা থোক্লুনা লৈরে ; রামনাম—রামনাম ; দূরে—লাপ্পা ; গেল—চৎখরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অতুদগী কৃষ্ণনাম-না ঐগী লৈয়েঙদা পক্লুনা লৈখরে। (ঐনা হোৎনরুবা লৈতনা) কৃষ্ণনামসী পঙথোক্লা থোক্খি ; রামনাম লাপ্পা চৎখরে।

নৈনরোল

কৃষ্ণনাম স্ফুরে—হোৎনবা য়াওদ্রবস্তু মথন্তা পঙথোক থোক্য়ি। থাঙ্গৈশেংবমক্তি প্রাকৃত-নত্তবা শ্রীকৃষ্ণনামদি কনামতনা মাগী প্রাকৃত লৈয়েঙনা উচ্চারণ তৌবা ঙমদে ; শ্রীনাম-দি স্বপ্রকাশ (মথন্তা থোকপা) পোৎনী ; সেবা তৌনীঙবনা থোয়রাঙলবা মীতাগী লৈয়েঙদা শ্রীনাম-না মথন্তা অতুম থোকচরকয়ি। "অতঃ শ্রীকৃষ্ণনামাদি ন ভবেদ্ গ্রাহ্যমিন্দ্রিয়ৈঃ। সেবোন্মুখে হি জিহ্বাদৌ স্বয়মেব স্ফুরত্যদঃ ॥ ভঃ র. সিঃ ১/১০৯ ॥"

## মূল ২৮

বাল্যকাল হৈতে মোর স্বভাব এক হয়।
নামের মহিমা-শাস্ত্র করিয়ে সঞ্চয় ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

বাল্যকাল হৈতে—অঙাঙ ওইরিবৈদগী ; মোর স্বভাব—ঐগী স্বভাব ; এক হয় অমা লৈ ; নামের—শ্রীনামগী ; মহিমা-শাস্ত্র—মহীকময়াইগী শাস্ত্র ; করিয়ে—তৌয়ি ; সঞ্চয়—খোমজনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ ওইরিবৈদগী ওইরবপা ঐগী স্বভাব অমা লৈ। মহুদি নামগী মহিমা শাস্ত্র হেক হেক খোম্জল্লী।

নৈনবোল

**নামের মহিমাশাস্ত্র**—শাস্ত্রদা য়াওবা নামগী মহিমা ভাকপা শ্লোক অহু। **করিয়ে সঞ্চয়**—খোমজিল্লগা তোঙান্না ইথুনা থম্মী। ব্রাহ্মণদুনা খোমজনবা শ্লোক থরা মথাদা হাপ্লি।

## মূল ২৯

রমন্তে যোগিনোঽনন্তে সত্যানন্দে চিদাত্মনি।
ইতি রামপদেনাসৌ পরং ব্রহ্মাভিধীয়তে ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

রমন্তে—নুঙাইজে (রমণ তৌয়ি) ; যোগিনঃ—যোগীশিংনা হায়বদি যোগমার্গ চংশিংনা ; অনন্তে—মনী মাইমাদি ডোইথৈ নাইদবা অচুম্বা মঙোন্দা ; সত্যানন্দে—সত্য-ওইবা অমসুং আনন্দ ওইবা মঙোন্দা ; চিদাত্মনি অন্তর্যামীদা ; ইতি—মরমসিনা ; রামপদেন রাম হায়বা রাহৈসীনা ; অসৌ—মহাক (দশরথগী মপা রি) ; পরং ব্রহ্ম—পরব্রহ্ম ; অভিধীয়তে —হায়না থৌনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ডোইথৈ নাইদবা মহিমা লৈবা মহাকপু, সত্যানন্দ স্বরূপ ওইবা মহাকপু, আত্মান্তর্যামী ওইবা মহাকপু, যোগীশিংনা মঙোন্দা রমন তৌয়ি হায়দুনা অচুম্বা পরম ব্রহ্ম মহাকপু রাম হায়না থৌনৈ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী পদ্মপুরাণদা য়াওবা শ্রীরামচন্দ্রগী শতনামস্তোত্রদগী লৌথোকপনী ( ৮ )।

**অনন্তে**—অনন্ত শব্দনা ঙমখৈনাইদবা মহিমাগী মপু পরব্রহ্মাতুবু খঙনৈ। **সত্যানন্দে**—সত্যস্বরূপ অমসুং আনন্দস্বরূপ ওইবা মহাক; সত্যং জ্ঞানং আনন্দং ব্রহ্ম হায়বতুদা। **চিদাত্মনি**—আত্মাগীসু আত্মা ওইরিবা মহাক অদুদা; পরমাত্মাদা নত্রগা পরব্রহ্মদা। মভৌ অসুম্না অনন্ত, সত্যানন্দ অমসুং চিদাত্ম শব্দশিংগী খুদিংমক্তা পরব্রহ্মবু অতম্বনা হায়রিবনী। যোগীশিংনা মঙোন্দা রমণ তৌয়ি হায়বগীদমক মহাক **রাম**-নী। মখোয়না অনন্ত, সত্যানন্দ অমসুং চিদাত্মাস্বরূপ পরব্রহ্মদা রমণ তৌয়ি হায়বগীদমক পরব্রহ্মাতুমক রাম-নী। শ্রীরামসি-মক পরব্রহ্মনী হায়বতু শ্লোকসীদা হায়রি।

### মূল ৩০

কৃষির্ভূর্বাচকঃ শব্দোণশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ।
তয়োরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

কৃষিঃ—কৃষিধাতু; ভূর্বাচকঃ—সত্তা ( লৈবা ) খঙনবা; শব্দঃ—শব্দ, ৱাহৈ; ণঃচ—ণ-সু; নির্বৃতি—নুংঙাইবা; বাচকঃ—খঙনবা; তয়োঃ—মখোয়নীগী ( কৃষিধাতু অমসুং ণ কারগী ) ঐক্যং—তিন্নবনা; পরংব্রহ্ম পরমব্রহ্ম; কৃষ্ণ—কৃষ্ণ; ইতি—অসুম্না; অভিধীয়তে—খঙনখিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষি ধাতুদি সত্তা ( লৈবা ) খঙনহনবা ধাতুনী; অদুগা ণ অসিনা আনন্দবাচকনী ( নুংঙাইবা-খঙহনবনী)। অনীসিনা তিন্নগা ওইবা অমতদুবু পরব্রহ্ম কৃষ্ণনী হায়নৈ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী মহাভারতকী উদযোগ পর্ব্বদগী লৌথোকপনী ( ৭১।৪ )।

**কৃষ্ণ-শব্দনা পরব্রহ্মবু খঙহল্লী হায়বতু শ্লোকসিদা হায়রি। পরব্রহ্মগী লক্ষণদি অসিনী অদুদি—মহাক সৎ-স্বরূপনী অদুগা আনন্দস্বরূপনী। কৃষি**

ধাতুগী মতুংদা ণ প্রত্যয় হাপ্লগা কৃষ্ণ-শব্দ থোরকপনী ; কৃষি-ধাতুগী অর্থদি সত্তা ( লৈবা )-সৎ ( লেঙদবা ) হায়বনী ; অতুগা ণ প্রত্যয়গী অর্থনা আনন্দ ( নুংঙাইবা ) হায়বনী : মরমঅসিনা কৃষ্ণ শব্দনস্তু সৎস্বরূপ অমস্তুং আনন্দস্বরূপ অতুবু ( হায়বদি পরব্রহ্মবু ) খঙনৈ।

মমাংগী শ্লোক অতুদা হায়রি- রাম-মক পরব্রহ্ম নী ; শ্লোকসিদনা হায়রি কৃষ্ণ-মক পরব্রহ্ম নী ; মরমসিনা পরব্রহ্ম ওইবগী রা ওইরবদি রাম অমস্তুং কৃষ্ণ হায়বা মিং অনীসি মান্নৈ হায়বা তারে।

মূল ৩১

পরং ব্রহ্ম দুই নাম সমান হইল।

পুন আর-শাস্ত্রে কিছু বিশেষ পাইল ॥ ৩১ ॥

শব্দার্থ

পরং ব্রহ্ম পরব্রহ্ম : দুই নাম—মিং অনী ( রাম অমস্তুং কৃষ্ণ ); সমান—মান্নবা ; হইল— ওইরে ; পুন—অমুক ; আর—অতোপ্পা ; শাস্ত্রে —শাস্ত্রদা ; কিছু—খজিক্কুং ; বিশেষ—থোইদোকপা ; পাইল—থেংনরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরংব্রহ্ম ওইনা মিং অনীসি মান্নরে। অমুক অতোপ্পা শাস্ত্রদনা নাম অনীসি অমমমগী বিশেষত্ব ( থোইদোকপা মতৌ ) লৈবা থেংনরে।

মূল ৩২

রাম রামেতি রামেতি রমে রামে মনোরমে।

সহস্রনামভিস্তুল্যং রামনাম বরাননে ॥ ৩২ ॥

শব্দার্থ

রাম-রাম ইতি রাম ইতি—রাম রাম রাম অসুম হায়না ; রমে— ঐনা নুংঙাইজে ; রামে—রাম-দা ; মনোরমে—পুক্নীচুনঙাই ওইবা ; সহস্রনামভিঃ—বিষ্ণুগী মিং লীশীংগা ; তুল্যং - মান্নৈ ; রামনাম—রাম-নামনা ; বরাননে—হে শকহেনবী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবনা দুর্গাদা হায়রম্মী —হে শক্হেন্বী ! ঐনা রাম রাম রাম হায়না শোল্লগা থোঙ্গোক্তদা মুংঙাইজে । রামচন্দ্রগী মিংলেন অসী অমুক শোন্বগা বিষ্ণুগী মিং লীশীঙলক শোন্বগা ফল চপ্ মান্নে ।

## লৈনরোল

শ্লোকসী পদ্মপুরাণগী উত্তরখণ্ডদা য়াওবা বৃহদ্বিষ্ণুসহস্রনাম স্তোত্রদগী লৌথোকপনী ( ৭২/৩৩৫ ) ॥

## মূল ৩৩

সহস্রনাম্নাং পুণ্যানাং ত্রিরাবৃত্ত্যা তু যৎফলম্ ।
একাবৃত্ত্যা তু কৃষ্ণস্য নামৈকং তৎ প্রযচ্ছতি ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

সহস্রনাম্নাং—বিষ্ণুসহস্রনামগী ; পুণ্যানাং—পবিত্র ওইবা ; ত্রিঃ—অহুমক ; আবৃত্ত্যা—শোন্দুনা ; তু—অদুগ ; যৎফলম্—ওইবা ফল অদু ; এক-আবৃত্ত্যা—অমুক শোন্দুনা ; তু—অদুগ ; কৃষ্ণস্য—কৃষ্ণগী ; নাম-একং—নাম অমা হেক্তা ; তৎ ফলম্—ফল অদু ; প্রযচ্ছতি—পায়ে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পবিত্র (পাপ কোকহন্ডবা) বিষ্ণুসহস্রনাম অহুমলক থীরগা (আবৃত্তি তৌরগা) ওইবা ফল অদু কৃষ্ণগী নাম অমা হেক্তা অমুক্তং থীবগা ফংনীজে ।

## লৈনরোল

শ্লোকসী ব্রহ্মাণ্ডপুরাণগী বচন অমনী । মসী শ্রীরূপগোস্বামীনা লেংবা লঘুভাগবতামৃতমদা য়াওবনী ( ১/৩৫৪ ) ।

**কৃষ্ণস্য একং নাম**—শ্রীকৃষ্ণগী মিং অমা হেক্তা অমুক্তং থীবদা (শোন্বদা) বিষ্ণুসহস্রনাম পাঠ অহুমক তৌবগী ফল অদু ওই । শ্রীসনাতন গোস্বামীনা হায়—শ্লোকসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মিং অমা হেক্তা হায়রগা কৃষ্ণগী অবতারশিংগী মরী লৈনবা মিং অমবু হেক্তা হায়রিবনী—মহুদি, গোবিন্দ, দামোদর, মাধব, গোবর্দ্ধনধারী, পূতনারি অসিনচিংবা ।



মথক্কী শ্লোক অনীসিদগী খঙবা অর্থদি অসিনী মথুদি রামনামগী অমনা বিষ্ণুসহস্রনামগা মান্নবা ফল পীবা ঙম্মী ; অদুবু কৃষ্ণগী নাম অমত্তং থীরগা বিষ্ণুসহস্রনাম অহুমক পাঠ তৌবগী ফল ফংঙী,—মসী মূল ৩১ পয়ারদা পল্লিবা 'বিশেষত্ব' অদুনী ; রামনামদগী কৃষ্ণনামগী বিশেষত্ব (খুবই থোইদোকপা) হায়বদুনী । মরমদুনা রাম অমসুং কৃষ্ণ হায়বা মিং অনীসিগী বাচ্যদু স্বরূপকী য়েংলগা পরংব্রহ্ম ওইবনা অমত্না ওইরবসু নামগী মাহাত্ম্যদি মান্নদে—রাম নামদগী কৃষ্ণনামগী মাহাত্ম্যনা য়াম্না হেল্লে ।

মূল ৩৪

এই বাক্যে কৃষ্ণনামের মহিমা অপার ।
তথাপি লইতে নারি শুন হেতু তার ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

এই বাক্যে—মমাঙদা পন্‌খিবা শাস্ত্রবাক্যগী মতুং ইন্না ; কৃষ্ণনামের—কৃষ্ণনামগী ; মহিমা—মশাক-ময়াইদি ; অপার—ঙমথৈ নাইদবনী ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; লইতে নারি—লৌবা ঙমদে ; শুন—নাকোঙনা থাবিয়ু ; হেতু—মরম ; তার—মদুগী ।

মৈতৈলোন্দা ঠন্দোকপা

মমাঙদা পন্‌খিবা শাস্ত্রগী বা মতুং ইন্না কৃষ্ণনামগী মশাক ময়াইদি ঙমথৈ নাইদবনী । অদুম ওইনমক কৃষ্ণনাম শোন্‌বা ঙমদে, মদুগী মরম নাকোঙনা থাবিয়ু ।

মূল ৩৫

ইষ্টদেব রাম, তাঁর নামে সুখ পাই ।
সুখ পাঞা সেই নাম রাত্রিদিন গাই ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

ইষ্টদেব—ঐগী লাৎচবা লাইনী ; রাম—শ্রীরামদি ; তাঁর—মাগী ; নামে—মিংনা ; সুখ—নুংঙাইবা ; পাই—ফংঙী ; সুখ পাঞা—নুংঙাইবা ফংবদুনা ; সেই নাম—রাম নাম অদু ; রাত্রিদিন—অহিং-নুংথিল ; গাই—শক্-শোল্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামচন্দ্রদি ঐগী ইষ্টদেবনী ; মাগী নাম শোল্লগা য়াম্না নুংঙাই। নুংঙাইবত্থুনা নাম অত্থুবু অহিং-নুংথিল শোন্‌বনী।

## নৈনরোল

"শ্রীরামচন্দনা ইষ্টদেব-নী হায়দুনা মাগী নাম শোন্‌বদা য়াম্না নুংঙাইজে ; মরমত্থুনা দিবানিশিদা রামনামত্থুদা শোল্লী ; কৃষ্ণনাম শোন্‌বগী মতম লৈতে—নত্রগা কৃষ্ণনাম-দা রামনাম শোন্‌বগী মতৌগুম্না নুংঙাইবা ফংদে হায়দুনা কৃষ্ণনাম লৌদবনী—নত্রগা নুংঙাইবা ফংঙী হায়দুনা রাম-নাম শোন্‌বা মরম্না কৃষ্ণনামগী মহিমাগী রা নীঙশীঙদে।" অসুম্না ব্রাহ্মণদুনা প্রভুদা খুমখি।

### মূল ৩৬

তোমার দর্শনে যবে কৃষ্ণনাম আইল।

তাঁহার মহিমা এই মনেতে লাগিল ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

তোমার দর্শনে—নঙবু উবদা ; যবে—মতমদুদা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণনাম ; আইল—থোরকখি ; তাঁহার—মহাক্কী ; মহিমা—মতীক ময়াই ; এই মনেতে—মন অসিদা ; লাগিল—নপুনা লৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণদুনা মথা তানা হায়রম্মী—প্রভু, নঙবু উবদগী কৃষ্ণনাম থোরকখিবা মতমদুদা কৃষ্ণগী মহিমাদু ঐগী মন অসিদা পক্লুনা লৈখরে।

### মূল ৩৭

'সেই কৃষ্ণ তুমি সাক্ষাৎ' ইহা নির্দ্ধারিল।

এত কহি বিপ্র প্রভুর চরণে পড়িল ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণ অদুমক ; তুমি সাক্ষাৎ—চঙচঙবা নহাক্কী ; ইহা—অসী ; নির্দ্ধারিল—ঐনা লেপ্‌চৈ ; এত—অসীথক ; কহি—হায়দুনা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণদুনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণে—খোঙদা ; পড়িল—তুরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণতুনা হায়রম্মী ) —"কৃষ্ণতুমক চঙচঙবা নহাক্নী হায়বসী ঐনা লেপ্পা লৌরবনী।" অসী হায়রগা ব্রাহ্মণতুনা প্রভুগী চরণখাদা তুরম্মী।

## মূল ৩৮

তারে কৃপা করি প্রভু চলিলা আরদিনে।

বৃদ্ধ কাশী আসি কৈলা শিবদরশনে॥ ৩৮॥

শব্দার্থ

তারে—মহাকপু ; কৃপা করি—কৃপা তৌবিরগা ; প্রভু চলিলা—প্রভু খোঙশানখি ; আরদিনে—মতুংগী নুমীত্তা ; বৃদ্ধকাশী আসি—বৃদ্ধকাশীদা লেঙলকুনা ; কৈলা শিবদরশনে—শিবদর্শন তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণচুবু কৃপা তৌবিরগা প্রভুনা নোংঙাল্লগা লেংখিরম্মী। বৃদ্ধকাশী য়ৌরগা শিবদর্শন তৌখি।

## মূল ৩৯

তাহাঁ হৈতে চলি আগে গেলা একগ্রাম।

ব্রাহ্মণ সমাজে তাহাঁ করিলা বিশ্রাম॥ ৩৯॥

শব্দার্থ

তাহাঁ হৈতে—মতুদগী ; চলি—চৎতুনা ; আগে—অমুম অমুম ; গেলা য়ৌখি ; একগ্রাম—গ্রাম অমদা ; ব্রাহ্মণসমাজে—ব্রাহ্মণ ময়াম মরক্তা ; তাহাঁ—মফমতুদা ; করিলা—তৌখি ; বিশ্রাম—পোত্থাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদগী লেঙথ্রগা খুঙ্গং অমা য়ৌরুরে ; খুঙ্গংদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণ সমাজ মরক্তা বিশ্রাম তৌখি।

## মূল ৪০

প্রভুর প্রভাবে লোক আইল দর্শনে।

লক্ষার্ব্বুদ লোক আইসে নাহিক গণনে॥ ৪০॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভাবে—প্রভুগী মঙান্না ; লোক—মীয়াম ; আইল—লাকখি ; দর্শনে—দর্শনগীদমক ; লক্ষ-অর্ব্বুদ—অর্ব্বুদ লক্ষ অমা ; লোক—মী ; আইসে—লাকখি ; নাহিক গণনে—মশীঙ থীবা ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মঙান্না মীয়াম দর্শন তৌবা লাকখি। মী লক্ষ-অর্ব্বুদ লাকখি, মশীঙ থীবা ঙম্মদে।

## মূল ৪১

গোসাঞিির সৌন্দর্য্য দেখি তাতে প্রেমাবেশ।

সভে কৃষ্ণ কহে, বৈষ্ণব হৈল সব দেশ॥ ৪১॥

শব্দার্থ

গোসাঞিির—প্রভুগী ; সৌন্দর্য্য—শক ফজবতু ; দেখি—উরগা ; তাতে—অদুগী মথক্তা ; প্রেমাবেশ—প্রেম-দা লুপ্লব্বা ; সভে—মী পুম্নমক ; কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণ শোল্লী ; বৈষ্ণব হৈল—বৈষ্ণব ওইখি ; সব দেশ—দেশ পুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী শক-ফজবতু উরম্মী, অদুগী মথক্তা কৃষ্ণপ্রেমদা আবেশ ওইবতুগ্ উরম্মী। অদুম্না উবদগী লাক্লব্বা মী খুদিংমক কৃষ্ণ শোন্দুনা দেশপুম্বা বৈষ্ণব ওইখি।

## মূল ৪২-৪৩

তার্কিক—মীমাংসক মায়াবাদিগণ।

সাঙখ্য পাতঞ্জল স্মৃতি পুরাণ আগম॥ ৪২॥

নিজনিজ শাস্ত্রে সভে উদগ্রাহে প্রচণ্ড।

সর্ব্বমত দূষি প্রভু করে খণ্ড-খণ্ড॥ ৪৩॥

শব্দার্থ

তার্কিক—ন্যায়শাস্ত্রগী ওইবা ; মীমাংসক—মীমাংসাশাস্ত্রগী ওইবা ; মায়াবাদিগণ—শঙ্করাচার্য্যগী তুংইন্বা অদ্বৈতবাদীশিং ; সাঙ্খ্য—সাঙ্খ্যগী ওইবা ; পাতঞ্জল—পাতঞ্জলিনা লেঙবা দর্শনগী ওইবা ; স্মৃতি—স্মৃতি

শাস্ত্রগী ওইবা ; পুরাণ—শিবপুরাণচিংবা ; আগম—তন্ত্র ; নিজ নিজ শাস্ত্রে—মচা মচাগী শাস্ত্রদা ; সভে—লোইনমক ; উদ্‌গ্রাহে—তর্ক তৌবদা ; প্রচণ্ড—পাঙ্গল-কন্‌বা ; সর্ব্বমত—মত পুম্নমক ; দুষি—লাল্‌হল্লগা (দোষ পীরগা) ; প্রভু করে—প্রভুনা তৌয়ি ; খণ্ড খণ্ড—মচেৎ মচেৎ তাহন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দর্শনশাস্ত্র ময়ামগী মত ইন্‌বা মী য়াম্না লৈরম্মী । খরমনা গৌতমগী ন্যায়-শাস্ত্রগী মত-পুবা তার্কিকশিংনী ; খরনা জৈমিনিগী মীমাংসাগী মত-পুবনী ; খরমনা শঙ্করাচার্য্যগী মত-ইন্‌বা মায়াবাদীশিংনী ; খরমনা কপিলগী সাংখ্য-মত ইন্‌বনী অদুগা খরমনা পতঞ্জলিগী যোগদর্শন-চৎপনী । খরমনা ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্নগী স্মৃতিশাস্ত্রগী তুং ইন্‌বনী ; অতৈ খরনা শিব-পুরাণচিংবগী মত-ইন্‌বনী অদুগা খরমনা আগম ( তন্ত্র ) শাস্ত্রগী মত-চৎপনী ।

মখোই লোইনমকসিনা মচা মচাগী শাস্ত্রগী প্রমাণ উৎতুনা তর্ক তৌবদা থৌমফাওরক্নী । অদুবু প্রভুনা মত ময়ামদুগী দোষ উৎলগা মত ময়ামদু পুমনমক তোক্‌হনা বক্‌খৎলম্মী ।

## মূল ৪৪

সর্ব্বত্র স্থাপয়ে প্রভু বৈষ্ণব-সিদ্ধান্তে ।

প্রভুর সিদ্ধান্ত কেহো না পারে খণ্ডিতে ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বত্র—মফম পুম্নদা , স্থাপয়ে—থাঙ্গৎলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; বৈষ্ণব-সিদ্ধান্ত—বৈষ্ণব-মত ; প্রভুর সিদ্ধান্ত—প্রভুগী ৱারেপ ; কেহো—কনা-মতনা ; না পারে—ঙমদে ; খণ্ডিতে—ককপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম পুম্নদা প্রভুনা বৈষ্ণব-সিদ্ধান্ত থাঙ্গৎতুনা লৌহল্লম্মী । প্রভুগী সিদ্ধান্তদু কনামতনা ককপা ঙমখিদে ।

## মূল ৪৫

হারি হারি প্রভু মতে করেন প্রবেশ ।

এইমত বৈষ্ণব প্রভু কৈল দক্ষিণদেশ ॥ ৪৫ ॥

## শব্দার্থ

হারি—মায়থিরদুনা ; হারি—মায়থীরদুনা ; (হারি-হারি—মায়থির-মায়থিরদুনা) ; প্রভুমতে—প্রভুগী মত অদুদা ; করেন—( মখোয়শিংদু ) তৌয়ি ; প্রবেশ—চঙবা ; এইমতে—মতৌ অসুম্না ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল - ওইহনখি ; দক্ষিণদেশ— দাক্ষিণাত্যব ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মত অতৈগী পণ্ডিতশিংদু মথং মথং মায়থীরদুনা প্রভুগী বৈষ্ণব মত অদুদা চঙলম্মী । প্রভুনা দক্ষিণদেশগী মীশিংবু মতৌ অসুম্না বৈষ্ণব ওইহনখি ।

## মূল ৪৬

পাষণ্ডীর গণ আইল পাণ্ডিত্য শুনিঞা ।

গর্ব্ব করি আইল সঙ্গে শিষ্যগণ লঞা ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

পাষণ্ডীর গণ—বেদবু য়াদবা বৌদ্ধশিং ; আইল—লাকখি ; পাণ্ডিত্য—প্রভুগী পাণ্ডিত্য ( বেদশাস্ত্র খঙবা ) ; শুনিঞা—মনাকোঙনা তারদুনা ; গর্ব্ব—নাপল ; করি—তৌরদুনা ; আইল—লাকখি . সঙ্গে লোয়ননা ; শিষ্যগণ— শিষ্যশিংবু ; লঞা— পুদুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী পাণ্ডিত্যগী রা মনাকোঙনা তাদুনা বৌদ্ধশিংনা লাকখি । নাপল তৌনা তৌনা শিষ্যশিংবু লোয়ননা পুদুনা ( মখোয়গী আচার্য্যদু ) লাকখি ।

## নৈনরোল

**পাষণ্ডীগণ**—বৌদ্ধশিং । বেদবু য়াদে হায়দুনা বৌদ্ধবু পাষণ্ডী কৌয়ি ।

## মূল ৪৭

বৌদ্ধাচার্য্য মহাপণ্ডিত নিজ নবমতে ।

প্রভু-আগে উদ্গ্রাহ করি লাগিলা কহিতে ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

বৌদ্ধাচার্য্য—বৌদ্ধশিংগী আচার্য্য হায়বদি পণ্ডিত মকোক : মহাপণ্ডিত—পণ্ডিত ( অখণ্ডবা ) অচৌবা অমনী ; নিজ—মছাগী ; নবমতে—অনৌবা মত অতুদা ( বৌদ্ধমতদা ) ; প্রভু-আগে—প্রভুগী মাঙদা ; উদগ্রাহ—তর্ক, য়েৎনবা ; করি—তৌদুনা ; লাগিলা—হৌরকখি ; কহিতে—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধশিংগী আচার্যদু মখোয়গী অনৌবা মত অতুদা মহাপণ্ডিত অমনী। মহাক্না প্রভুগী মাঙদা বিচারগীদমক তর্ক তৌবা হৌরকখি।

## নৈনরোল

নবমতে— অনৌবা মত অতুদা। অরিবা বেদবু য়াদবা মত-নী হায়দুনা বৌদ্ধমত অদুবু অনৌবা মত কৌরিবনী।

## মূল ৪৮

যদ্যপি অসম্ভাষ্য বৌদ্ধ অযুক্ত দেখিতে।

তথাপি বলিলা প্রভু গর্ব্ব খণ্ডাইতে॥ ৪৮॥

শব্দার্থ

যদ্যপি— বস্মু ; অসম্ভাষ্য— রারী-রাতাই তৌনবদা মতীকচাদবা ; বৌদ্ধ—বৌদ্ধ ; অযুক্ত—মতীক চাদবা ; দেখিতে—শক্ উনবদা ; তথাপি—অদু ওইরবস্মু ; বলিলা—রা ঙাঙলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; গর্ব্ব—(বৌদ্ধগী) নাপল ; খণ্ডাইতে— নমথেক্নে হায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধ হায়বদুদি রারী-রাতাই তৌনরমদবা অদুগা শক্-ফাওবা উনহৈদবা কাওবুনী হায়রবস্মু বৌদ্ধাচার্য্যদুগী নাপন্দু মুক্থায়গে হায়দুনা প্রভুনা মাগা রা ঙাঙনখি।

## নৈনরোল

অসম্ভাষ্য— রারী-রাতাই শানহৈদবা। অযুক্ত দেখিতে—উনহৈদবা। বৌদ্ধশিংদি বেদবু য়াদবা মরম্না মখোয়গা লোয়ননা রারী শানবা, শোক্ পন্নবা, করি হায়নী মশক উবফাওবা অন্যায়নী ( চুমদবনী ) হায়না মতম

অমদা হিন্দুসমাজনা হায়নরম্মী। শব্দকল্পদ্রুম অভিধান-দা পাষণ্ড-শব্দগী অর্থ 'বৌদ্ধক্ষপণকাদি' হায়না ইরম্মী। বিষ্ণুপুরাণা হায়— অসিগুম্বা পাষণ্ডশিংগা ভাগুন-শরুবা অত্থগা শোরু-শন্নবা ফাওবা ত্তৌনদে। "তস্মাৎ পাষণ্ডিভিঃ পাপৈরালাপং স্পর্শনং ত্যজেৎ /৩/১৮॥"

প্রভুনা বৌদ্ধশিংত্থুগী নাপন থুদেক্কে হায়বগীদমক মখোয়গা রা ভাগুন-রম্বনী, নত্রগদি মখোয়ত্থু ভাগুন-শানবা য়াবা নত্তে হায়ত্থুনা মখোয়গা রা ভাগুনরম্মোইদবনী।

## মূল ৪৯

তর্কপ্রধান বৌদ্ধশাস্ত্র নবমতে।

তর্কেই খণ্ডিল প্রভু, না পারে স্থাপিতে॥ ৪৯॥

### শব্দার্থ

তর্কপ্রধান— মরৈনা মরু ওইবনী; বৌদ্ধশাস্ত্র নবমতে— বৌদ্ধশাস্ত্রগী নবমতত্থুদি; তর্কেই— মরৈংনা; খণ্ডিল— ককৃহংখি, প্রভু— প্রভুনা, না পারে ঙমখিদে; স্থাপিতে- লেংদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধশাস্ত্রগী নবমতত্থুদি মরৈনা ( তর্কনা ) মরু ওইবনী। প্রভুনা তর্ক শীজন্নত্থুনা বৌদ্ধমত অত্থু ককৃথংখি; অত্থুনা মখোয়গী মত অত্থু লেংদবা য়াখিদে।

## মূল ৫০

বৌদ্ধাচার্য্য নবপ্রস্তাব সব উঠাইল।

দৃঢ়যুক্তিতর্কে প্রভু খণ্ড খণ্ড কৈল॥ ৫০॥

### শব্দার্থ

বৌদ্ধাচার্য্য— বৌদ্ধ পণ্ডিতনা; নব— অনৌবা; প্রস্তাব— ৱাক্কম; সব —পুম্নমক; উঠাইল —পুখোক্লম্মী; দৃঢ়—অচেৎপা; যুক্তি—ৱায়েৎ; তর্কে —মরৈনা; প্রভু—প্রভুনা; খণ্ড খণ্ড—মচেৎ মচেৎ; কৈল—ওইহন্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধাচার্য্যনা অনৌবা রাক্ষম (প্রস্তাব নত্রগা প্রশ্ন) পুন্নমক পুথোক্লম্মী।
মতুপূম্বতু প্রভুনা চেৎলবা যুক্তি-তর্কনা মচেং মচেং তানা ককৃথংলম্মী।

## নৈনরোল

করি কপিগুম্বা লাইরীক্তা "নবপ্রস্তাব"কী মহুত্তা "নবপ্রস্থান" শীজন্নবা য়াওয়ি। নবপ্রস্থান—অনৌবা প্রস্থান। প্রস্থান- প্র+স্থা+অনট্ (অধি)। লাইরীক অতুদা প্র ( প্রকৃষ্ট ওইনা হায়বদি থোইদোক-হেন্দোকপা ওইনা ) স্থিত (লৈরবা) নত্রগা বিরাজিত (ডাম্থোইবা) ওইরিবা, অতুগুম্বা লাইরীকপু প্রস্থান কৌয়ি। থায়নগী ঋষিশিংগী মত মতুং ইন্না ঈশ্বরতত্ত্ব, জীবতত্ত্ব, জীবগা ঈশ্বরগা লৈনরিবা নিত্যসম্বন্ধ, অভিধেয় ( মায়ালাংদা থুববা জীবগী কর্ত্তব্য মথৌ) অমসুং প্রয়োজন— মসী পুন্নমক পরম তত্ত্বশিংনি। তত্ত্বশিংসীগী মরমদা অরানবা য়াওদ্রবা সিদ্ধান্ত (রারেপ) অতু থায়নগী অরিবা লাইরীক-উপনিষৎ, ব্রহ্মসূত্র অমদি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা—অহুমসীদা মরু ওইনা ফংঙী; মরমঅনা লাইরীক অহুমসীবু প্রস্থানত্রয়—প্রস্থান নত্রগা পরমতত্ত্বগী গ্রন্থ ( লাইরীক ) কৌই। ঋষিশিংগী সাধনা শেংহল্লবা থম্মোইদা শ্রীভগবান্না কৃপা পীবিদুনা ফাওহনখিবা তত্ত্ব পূম্বতু গুরুপরম্পরা-না হায়রম্বা অতুগা শিষ্যপরম্পরা-না মনা কোঙন তারম্বা মতুংদা উপনিষদ্ ওইনা খোমজন্খিবনী; মরমতুনা উপনিষৎশিংবু শ্রুতিপ্রস্থান হায়নরিবনী। শ্রুতি ময়ামগী সমন্বয় তৌনবা ( মং মান্নহন্নবা ) ব্রহ্মসূত্রদা হোৎনৈ অমসুং ব্রহ্মসূত্রসীদা প্রসঙ্গগী তুংইন্না শাস্ত্রনা-য়াবা যুক্তি (রারম) শীজন্নতুনা বিচার তৌরগা অতোপ্পগী মত ককৃথংলী অদুগা মহাগী মত খিন্দুনা থম্মী; মরমসীনা ব্রহ্মসূত্রবু ন্যায়প্রস্থান কৌয়ি। শ্রীভগবান্না ঋষিশিংগী থম্মোইদা ফাওহনখিবা উপনিষৎতা য়াওরিবা তত্ত্বশিংতুগা মহাক মহামক্না মহামক্কী শ্রীমুখনা অর্জ্জুনদা হায়খিবা তত্ত্বশিংতুগা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা য়াওরি; ঋষিশিংগী স্মৃতি-দা পোকখিবা বেদগী অর্থ-তুম্বু গীতাসিদা উবা ফংঙী হায়তুনা গীতাবু স্মৃতি-প্রস্থান হায়না কৌবমাল্লে। অমবু ওইববস্তু, অমরু ওইরবস্তু, প্রস্থানত্রয় অসীগী যুম্ফমদি বেদনী অমসুং য়ান্না লিরবা পোৎনী। প্রাচীন প্রস্থানত্রয়সিগী মতুংদা বৌদ্ধাচার্য্যশিংনা গ্রন্থ ওইনা লেঙলম্বা তত্ত্বকথা খিবিতুবু মখোয়গী মত মতুং ইন্না প্রস্থান কৌবা য়াই। প্রাচীন প্রস্থান ত্রয় অহুদগী বৌদ্ধাচার্য্যশিংনা খোমজল্লম্বা

তত্ত্বশিংদু নৌবনী হায়দুনা মখোয়গী খোমজল্লম্বা লাইরীক অদুবু নব প্রস্থান কৌরিবনী। বৌদ্ধাচার্য্যাশিংগী মত অদুগী যুক্ষম বেদ নত্তে হায়দুনা মখোয়গীদুবু নব (অনৌবা) হায়রিবনী। বৌদ্ধাচার্য্যাশিংদুনা মখোয়গী নব-প্রস্থানগী তুং ইন্দুনা যুক্তি তর্ক মখল মখা পুথোক্লম্মী ; অদুবু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা চেৎলবা যুক্তি পুথোক্তুনা বৌদ্ধশিংগী যুক্তি-তর্কশিংদু ককৃথৎলম্মী।

## মূল ৫১

দার্শনিক পণ্ডিত সভাই পাইল পরাজয়।
লোকে হাস্য করে, বৌদ্ধের হৈল লজ্জাভয় ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

দার্শনিক পণ্ডিত—দর্শন- শাস্ত্র-তৈবা পণ্ডিত ; সভাই—পুম্নমক্তো ; পাইল—ফংখি ; পরাজয়—মায়থীবা ; লোকে—মীয়াম্না ; হাস্য—নোকবা ; করে—তৌয়ি ; বৌদ্ধের—বৌদ্ধগী ; হৈল—ওইখি ; লজ্জা—ইকায়বা ; ভয়—অকিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধ দার্শনিক পণ্ডিতশিং পুম্বা মায়থীরে। মীয়াম্না মখোয়বু নোকখিরে ; অদুদা বৌদ্ধশিংদু ইকায়খি অদুগা কিরম্মী।

## নৈনরোল

**দার্শনিক পণ্ডিত**—সাঙ্খ্য, পাতঞ্জল, ন্যায়, বৈশেষিক, মীমাংসা, বেদান্তশিংবু দর্শন-শাস্ত্র কৌয়ি। পয়ারসিদা হায়রিবা দার্শনিক পণ্ডিতসিদি বৌদ্ধদর্শন-শাস্ত্র খঙবা পণ্ডিতপু হায়রিবনী।

**লজ্জা-ভয়**—মায়থীবগী ইকায়বা অদুগা সম্প্রদায়গী প্রাধান্য মাঙবা তারে হায়না কিবা।

## মূল ৫২

প্রভুকে বৈষ্ণব জানি বৌদ্ধ ঘর গেলা।
সর্ব্ব বৌদ্ধ মিলি তবে কুমন্ত্রণা করিলা ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুকে— প্রভুবু ; বৈষ্ণব জানি—বৈষ্ণবনী হায়বা খঙলদুনা ; বৌদ্ধ —বৌদ্ধশিংদু ; ঘর—মন্নুমদা ; গেলা—চৎখরে ; সর্ব্ব বৌদ্ধ—বৌদ্ধ লোইনমক ; মিলি—তিন্নরগা ; তবে—অদুদগী ; কুমন্ত্রণা—লৌতুনবা ; করিলা—তৌখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধশিংদু প্রভু বৈষ্ণব-নী হায়বা খঙলদুনা ময়ুম হন্খরে । অদুদগী বৌদ্ধ পুন্নমক তিন্নরগা লৌতুনরম্মী ।

### মূল ৫৩

অপবিত্র অন্ন এক থালিতে করিয়া ।

প্রভু আগে আনিল বিষ্ণুপ্রসাদ বলিয়া ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

অপবিত্র—অমাংবা ; অন্ন—চাক ; এক থালিতে—পুখম অমদা ; করিয়া—তৌরগা ; প্রভু আগে—প্রভুগী মাঙদা ; আনিল—পুরক্লে ; বিষ্ণু-প্রসাদ—শ্রীবিষ্ণুদা কৎপা লুব্বী ; বলিয়া—হায়দুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুখম অমদা অমাংবা চাক হাপ্লগা বিষ্ণুপ্রসাদ নী হায়দুনা প্রভুগী মাঙদা পুশল্লম্মী ।

### মৈনখ্রোল

প্রভুদি বৈষ্ণবনীনা বিষ্ণুপ্রসাদনীর হায়রবদি শোয়দনা লৌগনী হায়না বৌদ্ধশিংনা খল্লম্মী । অদুনা অমাংবা চাক অদুবু বিষ্ণুদা কৎপা প্রসাদনী হায়না হায়জল্লম্বনী ।

### মুল ৫৪

হেনকালে মহাকায় এক পক্ষী আইল ।

ঠোঁটে করি অন্ন সহ থালী লঞা গেল ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসিরাইদা ; মহাকায়—শাজাওবা ; এক—অমা ; পক্ষী—উচেক ; আইল—লাকখি ; ঠোঁটে—মচীন্‌বান্না ; করি—তৌদুনা ; অন্ন সহ—চাক্কা লোয়ননা ; থালী—পুখম ; লঞা—পুদুনা ; গেল—চৎখ্রে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিরাইদা উচেক অচৌবা অমা লাকখি ; উচেক্কুনা মচীন্‌বান্না চীক্কুনা চাক্কা লোয়ননা পুখম পুদুনা চৎখি।

### নৈনরোল

কবিকর্ণপুরনা হায়—ভগবৎ-প্রসাদনী হায়দুনা বৌদ্ধশিংনা প্রভুগী মাঙদা অমাংবা চাক পুরল্লম্বদো পুঙখঙ-খঙবা প্রভুনা খঙলম্মী। অদুম ওইনমক, মহাপ্রসাদগী মর্যাদা ঙাক্নবা হায়দুনা প্রভুনা মহুত্‌ লৌরোই হায়বা ঙম্লমদে ; মহাক্না খুদক অদুদা পুখমদু মখুৎমক্না লৌরগা প্রসাদগা লোয়ননা খুৎ থাঙ্গৎতুনা চৎকে তৌরম্মী : মতম অদুমক্তদা অচৌবা উচেক অমা লাক্লগা মচীন্‌বান্না চীক্কুনা প্রসাদগা লোয়ননা পুখমদু লাক্লগা পুখরে। "সর্বজ্ঞোঽপি ভগবৎপ্রসাদনাম্না তত্ত্যাগমসহমান এব পাণৌ গৃহীত্বা তংসহিতমেব পাণিমুষ্টম্য চলিতবান্‌। সমন্তরমেব মহতা-কেনাপি বিহগেন চঞ্চুপুটে কৃত্বা তদন্নং ভগবৎকরতলতঃ সমাদায় উড্ডীনম্‌। শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়। ৭/২৫ ॥

## মূল ৫৫

বৌদ্ধগণের উপর অন্ন পড়ে অমেধ্য হৈয়া।
বৌদ্ধাচার্য্যের মাথায় থালী পড়িল বাজিয়া॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

বৌদ্ধগণের উপর—বৌদ্ধশিংগী মথক্তা ; অন্ন—চাক ; পড়ে—তাই ; অমেধ্য—অমাংবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; বৌদ্ধাচার্য্যের মাথায়—বৌদ্ধাচার্যগী মকোক্তা ; থালী—পুখম ; পড়িল—তাখি ; বাজিয়া—খোল্‌ হৌনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( উচেক্না পায়রগী ) চাক অদু অমাংবা ওইনা বৌদ্ধশিংগী মথক্তা তারম্মী ; পুখমদুনা মখোল হৌনা বৌদ্ধাচার্য্যগী মকোক্তা তাখি।

মূল ৫৬

তেরছে পড়িল থালি—মাথা কাটা গেল।

মূর্চ্ছিত হইয়া আচার্য্য ভূমিতে পড়িল ॥ ৫৬ ॥

শব্দার্থ

তেরছে পৈনা ; পড়িল—তাখি ; থালি—পুখম ; মাথা—মকোক ; কাটা গেল য়ান্‌খি ; মূর্চ্ছিত হইয়া—রাস্কহুনা ; আচার্য্য—বৌদ্ধাচার্য্য ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িল—তুখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুখম পৈনা তারকখি ; অদুগা (আচার্য্যগী) মকোক্তা য়াল্লুরে। বৌদ্ধাচার্য্যদু রাস্কহুনা লৈপাক্‌থক্তা তুখি।

মূল ৫৭

হাহাকার করি কান্দে সব শিষ্যগণ।

সভে আসি প্রভু-পদে লইল শরণ ॥ ৫৭ ॥

শব্দার্থ

হাহাকার—হায় হায় ; করি—তৌদুনা ; কান্দে—কপ্পী ; সব—লোইনমক ; শিষ্যগণ—শিষ্যশিং ; সভে—লোইনমক ; আসি—লাক্লুনা ; প্রভু পদে—প্রভুগী খোঙদা ; লইল—লৌখি ; শরণ—চঙজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হায় করম্মো হায় করম্মো হায়দুনা শিষ্যশিং পুম্নমক কপ্‌খি। মখোয় লোইনমক হোৎচল্লদুনা প্রভুগী খুয়াখাদা চঙজখি।

মূল ৫৮

তুমিহ ঈশ্বর সাক্ষাৎ—ক্ষম অপরাধ।

জীয়াহ আমার গুরু—করহ প্রসাদ ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

তুমিহ নঙদো : ঈশ্বর সাক্ষাৎ চঙচঙবা ঈশ্বরনী ; ক্ষম—ঙাকপিয়ু ; অপরাধ—অরান অচুই ; জীয়াহ—হিংহল্লো : আমার—ঐগী (ঐখোয়গী) ; গুরু—গুরুবু ; করহ প্রসাদ—শাওবা হঙ্কবিরো, চান্‌বিরো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙদো চঙচঙবা ঈশ্বরনী ; অরাল-অচুই ঙাকপিয়ু। ঐখোয়গী গুরুবু হিংহল্লো ; মহাকপু চান্‌বিরো।

মূল ৫৯

প্রভু কহে—সভে কহ 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি'।
গুরুকর্ণে কহ কৃষ্ণনাম উচ্চ করি॥ ৫৯॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; সভে—নখোয় লোইনমক : কহ—হায়য়ু ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি হায়বা মিংলেন ; গুরুকর্ণে—গুরুগী নাকোঙদা ; কহ—শোল্লু ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন ; উচ্চ করি—খোল ৱাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নখোয় লোইনমক 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি' হায়না নাম শোল্লু অদুগা নখোয়গী গুরুগী নাকোঙদা কৃষ্ণনামদু খোল্‌হৌনা শোল্লো।

মূল ৬০

তোমা সভার গুরু তবে পাইবে চেতন।
সর্ব্ববৌদ্ধ মিলি করে—কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন॥ ৬০॥

শব্দার্থ

তোমা সভার গুরু—নখোয় পুম্বগী গুরু ; তবে—অদু ওইরবদি ; পাইবে চেতন—চেতন ফংগনী, জ্ঞান তারক্কনী ; সর্ব্ববৌদ্ধ—বৌদ্ধ পুম্নমক ; মিলি—তিন্নদুনা ; করে—তৌয়ি ; কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন—কৃষ্ণশেঙ্কবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুম তৌরবদি নখোয় খ্বাইগী গুরুদু চেতন ফংগনী। মদুদগী বৌদ্ধশিং পুম্নমক্তা পুল্লপ কৃষ্ণনাম শোন্‌খি।

মূল ৬১

গুরুকর্ণে কহে—কহ কৃষ্ণ রাম হরি।
চেতন পাইল আচার্য্য উঠে 'হরি' বলি॥ ৬১॥

## শব্দার্থ

গুরুকর্ণে – গুরুগী নাকোংদা ; কহে—হায় ; কহ—হায়য়ু ; কৃষ্ণ রাম হরি—কৃষ্ণ রাম হরি হায়বা মিং ; চেতন পাইল—চেতন ফংখি, জ্ঞান তারকয়ি ; আচার্য্য বৌদ্ধ গুরুদো ; উঠে—হৌগৎলী ; হরি বলি—হরি শোন্দুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শিষ্যশিংহুনা ) গুরুগী নাকোংদা হায়রম্মী—শোল্লো কৃষ্ণ রাম হরি হায়না । বৌদ্ধাচার্য্যদো চেতন ফংহুনা হরি হরি শোন্দুনা হৌগৎলী ।

### মূল ৬২

'কৃষ্ণ' বলি আচার্য্য প্রভুকে করয়ে বিনয় ।
দেখিয়া সকল লোক পাইল বিস্ময় ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ বলি কৃষ্ণ শোন্দুনা ; আচার্য্য—বৌদ্ধাচার্য্যনা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; করয়ে বিনয়—নোল্লুকচরম্মী ; দেখিয়া - উরগা ; সকল লোক—মী পুম্নমক ; পাইল—ফংখি ; বিস্ময়—ঙকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৌদ্ধাচার্য্যনা কৃষ্ণ শোন্না শোন্না প্রভুদা চঙজরম্মী । মতু উবদা মী পুম্না ঙক্লখি ।

### মূল ৬৩

এইমতে কৌতুক করি শচীর নন্দন ।
অন্তর্দ্ধান কৈল কেহো নাহি পায় দর্শন ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

এইমতে—মতৌ অসুম্না ; কৌতুক—কুম্মৈ ; করি—তৌহুনা ; শচীর নন্দন শ্রীশচীদেবীগী মপারি ; অন্তর্দ্ধান কৈল—মছাবু উহল্লমদ্রে ; কেহো—কনামত্তনা ; নাহি-পায়—ফংদ্রে ; দর্শন—উবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অমুম্না শ্রীশচীদেবীগী মপারিনা কূর্মে তৌরগা খায় মাঙখি ; কনামতা প্রভুবু উখিদরে।

## মূল ৬৪

মহাপ্রভু চলি আইলা ত্রিপদী ত্রিমল্লে।

চতুর্ভুজ বিষ্ণু দেখি বেঙ্কট অচলে ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; চলি আইলা—লেঙলকখি ; ত্রিপদী-ত্রিমল্লে—ত্রিপদী অমসুং ত্রিমল্লদা ; চতুর্ভুজ—পাম্বোম মরি-লোঙবা ; বিষ্ণু—শ্রীবিষ্ণুগী বিগ্রহ ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; বেঙ্কট-অচলে—বেঙ্কট-চীঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা বেঙ্কট চীঙদা চতুর্ভুজ বিষ্ণুবু উরগা ত্রিপদী অমসুং ত্রিমল্ল তীর্থদা লেঙখিরম্মী।

## মূল ৬৫

ত্রিপদী আসিয়া কৈল শ্রীরামদর্শন।

রঘুনাথ-আগে কৈল প্রণাম-স্তবন ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

ত্রিপদী—ত্রিপদীদা ; আসিয়া—লেঙগুনা ; কৈল—তৌখি ; শ্রীরাম-দর্শন—শ্রীরামবিগ্রহবু দর্শন , রঘুনাথ-আগে—রঘুনাথগী মাঙদা ; কৈল - তৌখি ; প্রণাম - খুরুম্বা ; স্তবন—স্তুতি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিপদীদা লেঙলগা প্রভুনা শ্রীরামগী বিগ্রহ দর্শন তৌখি। শ্রীরঘুনাথকী মাঙদা খুরুমদুনা স্তুতি তৌখি।

## মূল ৬৬

স্বপ্রভাবে লোক সব করিঞা বিস্ময়।

পানা নরসিংহে আইলা প্রভু দয়াময় ॥ ৬৬ ॥

শব্দার্থ

স্বপ্রভাবে— মহাগী প্রভাব-না ; লোক সব— মী পুম্বনু ; করিঞা— তৌদুনা ; বিস্ময়—ঙকপা ; পানা-নরসিংহে—পানা-নরসিংহদা ; আইলা —লাকখি ; প্রভু দয়াময়—থৌজান-হৈবা প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মহাগী প্রভাব ( মতীক-মগুাই ) অদুনা মী পুম্নমকপু ঙকহল্লগা পানা-নরসিংহদা লেঙলকখি।

নৈনরোল

পানা-নরসিংহ—পানা-শব্দগী অর্থদি সরবৎ হায়বনী। মফমদুগী শ্রীনরসিংহ-বিগ্রহগী ভোগ কৎপদি পানা-ভাক্তা কৎলী। মরমদুনা মহাকপু পানা নরসিংহ হায়রিবনী।

মূল ৬৭

নৃসিংহে প্রণতি-স্তুতি প্রেমাবেশে কৈল।

প্রভুর প্রভাবে লোক চমৎকার হৈল ॥ ৬৭ ॥

শব্দার্থ

নৃসিংহে নরসিংহদা ; প্রণতি স্তুতি—খুরুম্বা অমসুং স্তুতি ; প্রেমাবেশে কৃষ্ণপ্রেমাবেশদা ; কৈল তৌখি ; প্রভুর প্রভাবে—প্রভুগী প্রভাব না ; লোক— মীয়ামদো ; চমৎকার হৈল ঙকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পানা-নরসিংহগী শ্রীবিগ্রহদা প্রভুনা প্রেমাবেশদা খুকল্লগা স্তুতি তৌখি। প্রভুগী প্রভাব উবদা মীপুম্বা ঙকখি।

মূল ৬৮

শিবকাঞ্চী আসি কৈল শিব-দরশন।

প্রভাতে বৈষ্ণব কৈল সব শৈবগণ ॥ ৬৮ ॥

শব্দার্থ

শিবকাঞ্চী শিবকাঞ্চীদা ; আসি— লাক্তুনা ; কৈল—তৌখি ; শিব-দরশন শিব দর্শন ; প্রভাতে—নোঙঙাল্লকপদা ; বৈষ্ণব কৈল—বৈষ্ণব ওইহনখি ; সব-শৈবগণ—(শিব-নীঙবা) শৈবশিং পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবকাঞ্চীদা প্রভু লেঙঙকুনা শিববু দর্শন তৌখি। নোঙাল্লকপদা ( শিববু-নীঙবা ) শৈবশিং পুম্নমক্তো বৈষ্ণব ওইহনখি।

## মূল ৬৯

বিষ্ণুকাঞ্চী আসি দেখিল লক্ষ্মীনারায়ণ।

প্রণাম করিয়া কৈল বহুত স্তবন ॥ ৬৯ ॥

### শব্দার্থ

বিষ্ণুকাঞ্চী—বিষ্ণুকাঞ্চীদা ; আসি—লাকুনা ; দেখিল—দর্শন তৌখি ; লক্ষ্মীনারায়ণ—শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণবু ; প্রণাম—খুরুম্বা ; করিয়া—তৌরগা ; কৈল—তৌখি ; বহুত—য়াম্না ; স্তবন—স্তুতি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষ্ণুকাঞ্চীদা প্রভুনা লেঙলক্লগা শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণবু দর্শন তৌখি। অদুদগী খুরুম্লগা স্তুতি য়াম্না তৌখি।

## মূল ৭০

প্রেমাবেশে নৃত্যগীত বহুত করিল।

দিন-দুই রহি লোকে কৃষ্ণভক্ত কৈল ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্তুনা ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ; বহুত—য়াম্না ; করিল—তৌখি ; দিনদুই—নুমীৎনীনী ; রহি—লৈরগা ; লোকে—মী ময়াম্বু ; কৃষ্ণভক্ত—কৃষ্ণনীঙবা ; কৈল—ওইহনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা জগোই য়াম্না শাখি অদুগা ঈশৈশু য়াম্না শকখি। নুমীৎ নীনী বিষ্ণুকাঞ্চীদা লৈরগা মী ময়াম্বু কৃষ্ণভক্ত ওইহনখি।

## মূল ৭১

ত্রিমল্ল দেখি গেলা ত্রিকালহস্তি স্থান।

মহাদেব দেখি তাঁরে করিলা প্রণাম ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

ত্রিমল্ল দেখি— ত্রিমল্ল দর্শন তৌরগা ; গেলা—চৎখি ; ত্রিকালহস্তি-স্থান—ত্রিকালহস্তি কৌবা মফম ; মহাদেব—শিব ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; তাঁরে— মহাক্তা (মহাদেবদা) ; করিলা—তৌখি ; প্রণাম—খুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিমল্ল দর্শন তৌরগা প্রভুনা ত্রিকালহস্তি হায়বা মফমদা লেংঙী । মফমতুদা মহাদেব উবদা খুরুমখি ।

## মূল ৭২

পক্ষীতীর্থ যাই কৈল শিব-দরশন ।

বৃদ্ধকোল তীর্থে তবে করিল গমন ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

পক্ষীতীর্থ—পক্ষী তীর্থদা ; যাই লেংঙলগা ; কৈল—তৌখি ; শিব-দরশন—শিব-দর্শন ; বৃদ্ধকোল তীর্থ— বৃদ্ধকোল তীর্থদা ; তবে—অতুদগী ; করিল গমন—লেংখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা পক্ষী তীর্থদা লেংঙলগা শিব-দর্শন তৌখি । অতুদগী বৃদ্ধকোল তীর্থদা লেংখি ।

## মূল ৭৩

শ্বেতবরাহ দেখি তাঁরে নমস্কার করি ।

পীতাম্বর-শিব-স্থানে গেলা গৌরহরি ॥ ৭৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্বেতবরাহ শ্বেতবরাহ (অহৌবা অমী মূর্ত্তি) ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; তাঁরে—মহাকপু ; নমস্কার—খুরুম্বা ; করি তৌরগা ; পীতাম্বর—নাপু-মচুগী ফি থোনবা ; শিব—শিব মহাদেব ; স্থানে—মফমদা ; গেলা—লেংখি ; গৌরহরি—প্রভু গৌরহরি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্বেতবরাহ দর্শন তৌদুনা খুরুমলগা পীতাম্বর-শিবগী মফমদা প্রভু গৌর-হরি লেংখি ।

মূল ৭৪

শিয়ালী ভৈরবী দেবী করি দরশন।

কাবেরীর তীরে আইলা শচীর নন্দন ॥ ৭৪ ॥

শব্দার্থ

শিয়ালী ভৈরবী দেবী—শিয়ালী ভৈরবী দেবীবু ; বরি দরশন—দর্শন তৌরগা ; কাবেরীর—কাবেরী তুবেনগী ; তীরে—তোর্বান্দা ; আইলা—লেঙঙকখি ; শচীরনন্দন—শচীদেবীগী মপারি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিয়ালী ভৈরবী দেবীবু দর্শন তৌরগা শচীদেবীগী মপারি প্রভুদো কাবেরী তোর্ব্বান্দা লেঙঙকখি।

মূল ৭৫

গোসমাজ শিব দেখি আইল বেদাবন।

মহাদেব দেখি তাঁরে করিলা বন্দন ॥ ৭৫ ॥

শব্দার্থ

গোসমাজ-শিব—গোসমাজ কৌবা লমগী শিব ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; আইল—লাকখি ; বেদাবন—বেদাবন-দা ; মহাদেব দেখি—মহাদেববু উরগা ; তাঁরে মঙোন্দা ; করিলা—তৌখি ; বন্দন—খুরুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোসমাজ কৌবা লমদমদা শিব দর্শন তৌরগা বেদাবন লাকখি। মহাদেব উবদা প্রভুনা খুরুমখি।

মূল ৭৬

অমৃতলিঙ্গ শিব আসি দর্শন করিল।

সব শিবালয়ে শৈব বৈষ্ণব করিল ॥ ৭৬ ॥

শব্দার্থ

অমৃতলিঙ্গ অমৃতলিঙ্গ কৌবা ; শিব—শিববু ; আসি—লাকুনা ; দর্শন করিল—দর্শন তৌখি ; সব শিবালয়ে—শিবগী মন্দির পুম্বদা (লৈরম্বা) ; শৈব—শিবভক্তশিংবু ; বৈষ্ণব করিল—বৈষ্ণব ওইহনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লেঙত্রগা অমৃতলিঙ্গ কৌবা শিববু দর্শন তৌখি। শিবমন্দিরদা লৈরম্বা শৈব পুম্নমকপু বৈষ্ণব ওইহনখি।

মূল ৭৭

দেবস্থানে আসি কৈল বিষ্ণুদরশন।
শ্রীবৈষ্ণবগণ-সনে গোষ্ঠী অনুক্ষণ ॥ ৭৭ ॥

শব্দার্থ

দেবস্থানে—দেবস্থান-দা ; আসি—লাক্তুনা ; কৈল—তৌখি ; বিষ্ণু-দরশন—শ্রীবিষ্ণুগী বিগ্রহ-দরশন ; শ্রীবৈষ্ণবগণ-সনে—শ্রীসম্প্রদায়ী বৈষ্ণব-শিংগা লোয়ননা ; গোষ্ঠী—অপাম্বা পোৎকী ৱারী, ভগবানগী ৱা নৈনবা ; অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবস্থান হায়বা লমদমদা লেঙত্রগা শ্রীবিষ্ণু দর্শন তৌয়ি প্রভুনা। শ্রীসম্প্রদায়ী (হায়বদি রামানুজ-সম্প্রদায়ী) বৈষ্ণবশিংগা লোয়ননা ভগবৎ-কথা মতম চুপ্পা নৈনরম্মী।

মূল ৭৮

কুম্ভকর্ণ-কপালের দেখি সরোবর।
শিবক্ষেত্রে শিব দেখে গৌরাঙ্গসুন্দর ॥ ৭৮ ॥

শব্দার্থ

কুম্ভকর্ণ কপালের কুম্ভকর্ণ-কপালগী ; দেখি—য়েংলগা ; সরোবর—পুখ্রি অচৌবা ; শিবক্ষেত্রে—শিবক্ষেত্রদা ; শিব দেখে—শিববু দর্শন তৌয়ি ; গৌরাঙ্গসুন্দর—শ্রীগৌরাঙ্গসুন্দর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুম্ভকর্ণ-কপালগী সরোবর য়েংলগা শিবক্ষেত্রদা শ্রীগৌরাঙ্গসুন্দর প্রভুনা শিব দর্শন তৌখি।

মূল ৭৯

পাপনাশনে বিষ্ণু করি দরশন।
শ্রীরঙ্গক্ষেত্রে তবে কৈল আগমন ॥ ৭৯ ॥

শব্দার্থ

পাপনাশনে— পাপনাশন কৌবা লমদা ; বিষ্ণু করি দরশন—বিষ্ণুগী বিগ্রহ দর্শন তৌরগা ; শ্রীরঙ্গক্ষেত্রে—শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা ; তবে—অতুদগী ; কৈল —তৌখি ; আগমন—লাকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাপনাশন কৌবা লমদা শ্রীবিষ্ণুগী বিগ্রহ দর্শন তৌরগা শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা প্রভু লেঙঙকখি।

মূল ৮০

কাবেরীতে স্নান করি দেখি রঙ্গনাথ।
স্তুতি প্রণতি করি মানিল কৃতার্থ ॥ ৮০ ॥

শব্দার্থ

কাবেরীতে—কাবেরী তুরেন্দা ; স্নান করি - স্নান তৌরগা ; দেখি —দর্শন তৌরগা ; রঙ্গনাথ - শ্রীরঙ্গনাথবু ; স্তুতি-প্রণতি - স্তুতি তৌদুনা খুরুম্বা ; করি—তৌদুনা ; মানিল - (মছাবু) লৌখি ; কৃতার্থ মহৈ-য়াল্লবা (হায়না)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাবেরীদা স্নান তৌরগা শ্রীরঙ্গনাথ দর্শন তৌখি ; অতুদা স্তুতি-প্রণতি তৌদুনা মছাবু মহৈ-য়াল্লবনী হায়না প্রভুনা লৌজরম্মী।

মূল ৮১

প্রেমাবেশে কৈল বহু গান-নর্ত্তন।
দেখি চমৎকার হৈল সর্ব্বলোকমন ॥ ৮১ ॥

শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; কৈল—তৌরম্মী ; বহু—য়াম্না ; গান—ঈশৈ শকপা ; নর্ত্তন—জগোই শাবা ; দেখি—উবদা ; চমৎকার হৈল—ঙকখি ; সর্ব্বলোক—মী পুম্নমক্কী ; মন—পূক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা ঈশৈ য়াম্না শক্খি অমুগা জগোই শাখি। মহু উবদা মী পুম্নমক্কী পূক্নীঙ ঙক্খি।

মূল ৮২

শ্রীবৈষ্ণব এক—বেঙ্কটভট্ট নাম।

প্রভুকে নিমন্ত্রণ কৈল করিয়া সম্মান ॥ ৮২ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবৈষ্ণব—শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণব ; এক—অমা ; বেঙ্কট-ভট্টনাম—বেঙ্কটভট্ট কৌবা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন ; কৈল—তৌরম্মী ; করিয়া সম্মান—ইকায়খুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেঙ্কটভট্ট কৌবা শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণব অমনা প্রভুবু সম্মানগা লোয়ননা বার্ত্তোন তৌরম্মী।

মূল ৮৩

নিজঘরে লঞা কৈল পাদপ্রক্ষালন।

সেই জল সবংশেতে করিল ভক্ষণ ॥ ৮৩ ॥

শব্দার্থ

নিজঘরে—ময়ুমদা ; লঞা—পুবগা ; কৈল—তৌরম্মী ; পাদ—খোঙ ; প্রক্ষালন—হাম্বা, চাম্বা ; সেইজল—ঈশীঙ অমু ; সবংশেতে—মাগী বংশগা ; করিল ভক্ষণ—থক্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবেঙ্কটভট্টনা ময়ুমদা প্রভুবু পুবগা খোঙ চামথোক্লম্মী। খোঙজুম অমু মাগী বংশগা লোয়ননা থক্লম্মী।

মূল ৮৪-৮৫

ভিক্ষা করাইয়া কিছু কৈল নিবেদন।
চাতুর্ম্মাস্য আসি প্রভু হৈল উপসন্ন॥ ৮৪ ॥
চাতুর্ম্মাস্য কৃপা করি রহ মোর ঘরে।
কৃষ্ণ কথা কহি কৃপায় নিস্তার আমারে॥ ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

ভিক্ষা করাইয়া—প্রসাদী ফংহল্লগা ; কিছু—রা খরা ; কৈল—তৌরম্মী ; নিবেদন—হঙ্গৎপা ; চাতুর্ম্মাস্য—চাতুর্ম্মাস্য ব্রত ; আসি—লাক্লুনা ; প্রভু—হে প্রভু ; হৈল—ওইরে ; উপসন্ন—থুংলবা ; চাতুর্ম্মাস্য—চাতুর্ম্মাস্য মনুঙসি ; কৃপা করিয়া—থৌজানবিদুনা ; রহ—লৈবিয়ু ; মোর—ঐগী ; ঘরে—য়ুমদা ; কৃষ্ণকথা কৃষ্ণগী বারী ; কহি—শাদুনা ; কৃপায়—নথৌজান্না ; নিস্তার - লানবিয়ু ; আমারে—ঐবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবেঙ্কটভট্টনা প্রভুবু প্রসাদী ফংহল্লগা প্রভুদা রা খরা হঙ্গংখি—হে প্রভু ! চাতুর্ম্মাস্য লাক্লুনা থুংলরে। চাতুর্ম্মাস্য মতমসী থৌজানবিদুনা ঐগী য়ুমদা লেনবিরো। কৃষ্ণগী বারী শাদুনা ঐবু থৌজান্দুনা লানবিয়ু।

## নৈনরোল

**চাতুর্ম্মাস্য**—চাতুর্ম্মাস্য ব্রত ; হরিশয়ন ( লাইচেপ্পা ) একাদশীদগী হরি-উত্থান (লাই লেঙখৎপা) একাদশী ফাওবা থা মরিগী মতমসী চাতুর্ম্মাস্য ব্রতগী মতম্নী।

মূল ৮৬

তার ঘরে রহিলা প্রভু কৃষ্ণকথা-রসে।
ভট্ট-সঙ্গে গোঙাইলা সুখে চারি-মাসে॥ ৮৬॥

শব্দার্থ

তার—মাগী (বেঙ্কটভট্টগী) ; ঘরে—য়ুমদা ; রহিলা—লৈরম্মী ; প্রভু—

প্রভুনা ; কৃষ্ণকথারসে কৃষ্ণকথাগী রস চূপ্পুনা ; ভট্টসঙ্গে—বেঙ্কট ভট্টগা লোয়ননা ; গোঙাইলা—মতম লেনখি ; সুখে—নুংঙাইনা ; চারি মাসে—থা মরিদো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বেঙ্কট ভট্টগী য়ুমদা কৃষ্ণকথাগী রস চূপ্পুনা লৈখি । ভট্টগা লোয়ননা থা মরিদো নুংঙাইনা লেনখি ।

মূল ৮৭

কাবেরীতে স্নান করি শ্রীরঙ্গদর্শন ।

প্রতিদিন প্রেমাবেশে করেন নর্ত্তন ॥ ৮৭ ॥

শব্দার্থ

কাবেরীতে কাবেরী তুরেলদা ; স্নান করি—ইরুজরগা ; শ্রীরঙ্গ-দর্শন—শ্রীরঙ্গ দর্শন (তৌয়ি) ; প্রতিদিন-নুমীৎ খুদিংগী ; প্রেমাবেশে-প্রেমাবেশদা ; করেন—তৌয়ি ; নর্ত্তন—জগোইশাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাবেরীদা স্নান তৌবগা প্রভুনা শ্রীরঙ্গ দর্শন তৌখি । নুমীৎ খুদিংগী কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা জগোই শাখি ।

মূল ৮৮

সৌন্দর্য্য-প্রেমাবেশ দেখি সর্ব্বলোক ।

দেখিবারে আইসে সভার খণ্ডে দুঃখ শোক ॥ ৮৮ ॥

শব্দার্থ

সৌন্দর্য্য—শক ফজবা ; প্রেমাবেশ—কৃষ্ণবু নুংশিবদগী উংবা ; দেখি—উরগা ; সর্ব্বলোক মী পুম্নমক ; দেখিবারে—( প্রভুগী মতৌ ) য়েংননবগীদমক ; আইসে—লাকৃখি ; সভার—লোইনমক্কী ; খণ্ডে—কোকৃয়ি ; দুঃখ শোক—অরাবা-নুংঙাইতবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী শক্ ফজবনে প্রেমাবেশনে উরগা মী পুম্নমক প্রভুগী মতৌ য়েংননবগীদমক লাকৃখি ; লাক্লব্বা মী পুম্নমক্কী অরাবা-নুংঙাইতবা কোকৃখি ।

## মূল ৮৯

লক্ষ লক্ষ লোক আইসে নানা দেশ হৈতে।
সভে কৃষ্ণনাম কহে প্রভুরে দেখিতে ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

লক্ষ লক্ষ লোক—মী লাখ লাখ ; আইসে—লাকখি ; নানা—মখল মখা ; দেশ হৈতে—দেশদগী ; সভে—লোইনমক ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলোন ; কহে—শোল্লী ; প্রভুরে—প্রভুবু ; দেখিতে—উবদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেশ মখলমখাদগী মী লাখলাখ লাকখি। প্রভুবু উবদা মখোয় লোইনমক কৃষ্ণনাম শোন্‌খি।

## মূল ৯০

কৃষ্ণনাম বিনা কেহো নাহি বোলে আর।
সভে কৃষ্ণভক্ত হৈল লোকে চমৎকার ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম বিনা—কৃষ্ণনাম নত্তনা ; কেহো—কনামত্তা ; নাহি বোলে—শোল্দে ; আর—অতৈমা ; সভে—লোইনমক ; কৃষ্ণভক্ত—কৃষ্ণমনাই ; হৈল—ওইখি ; লোকে—মী ময়ামদো ; চমৎকার—ঙকখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামত্তনা কৃষ্ণনাম নত্তনা অতৈমা শোল্লমদে। লোইনমক কৃষ্ণভক্ত ওইখি ; মদু উবদা ময়াম্মা ঙকখি।

## মূল ৯১

শ্রীরঙ্গক্ষেত্রে বৈসে যতেক ব্রাহ্মণ।
এক এক দিনে সভে কৈল নিমন্ত্রণ ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরঙ্গক্ষেত্রে—শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা ; বৈসে—লৈরম্মী ; যতেক ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ

খিবিক ; এক এক দিনে নুমিৎ খুদিংগী ; সভে লোইনমক্না ; কৈল— তৌখি ; নিমন্ত্রণ—বার্তোন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণ খিবিক্তুগী ( অমমম্না ) নোংমা নোংমগী প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরম্মী ।

মূল ৯২

এক এক দিনে চাতুর্ম্মাস্য পূর্ণ হৈল ।

কতক ব্রাহ্মণ ভিক্ষার দিন না পাইল ॥ ৯২ ॥

শব্দার্থ

এক এক দিনে—নোংমা নোংমা হায়দুনা ; চাতুর্ম্মাস্য—চাতুর্ম্মাস্য অদু ; পূর্ণ হৈল—মপুঙ ফাখরে ; কতক ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ খরদি ; ভিক্ষার দিন—ভিক্ষাগী নুমীৎ ; না পাইল—ফংখিদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা নোংমা হায়দুনা চাতুর্ম্মাস্য মপুঙ ফাখরে । ব্রাহ্মণ খরদি প্রভুবু ভিক্ষা ফংহন্নবগী নুমীৎ ফংহৌদে ।

মূল ৯৩

সেই ক্ষেত্রে রহে এক বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ ।

দেবালয়ে বসি করে গীতা আবর্ত্তন ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

সেই ক্ষেত্রে—ক্ষেত্র অদুদা ; রহে—লৈ ; এক বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ—বৈষ্ণব ওইবা ব্রাহ্মণ অমা ; দেবালয়ে—মন্দিরদা ; বসি—ফমদুনা ; করে—তৌয়ি ; গীতা আবর্ত্তন—গীতা থীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গক্ষেত্র অদুদা বৈষ্ণব-ধর্ম্ম-চৎপা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী । মন্দিরদা ফম্লগা গীতা থীরম্মী ।

## মূল ৯৪

অষ্টাদশাধ্যায় পঢ়ে আনন্দ-আবেশে।
অশুদ্ধ পঢ়েন, লোকে করে উপহাসে ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

অষ্টাদশ-অধ্যায়— অধ্যায় তরানীপাল ; পঢ়ে—পাই ; আনন্দ-আবেশে—য়াম্না নুংঙাইনা ; অশুদ্ধ—শেরান্নবা ; পঢ়েন— পারম্মী ; লোকে—ময়াম্না ; করে – তৌয়ি ; উপহাসে—নোক্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গীতাগী) অধ্যায় তরানীপাল অদু ব্রাহ্মণঅদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পারম্মী ; পাবদবু শেরান্-তুরান্ পাই ; অদুদা মীনা নোক্নরম্মী।

## মূল ৯৫

কেহো হাসে কেহো নিন্দে, তাহা নাহি মানে।
আবিষ্ট হৈয়া গীতা পঢ়ে আনন্দিত মনে ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

কেহো—কনামনা ; হাসে—নোক্নি ; কেহো কনামনা ; নিন্দে - নিন্দা তৌয়ি ; তাহা—মদু ; নাহি মানে— থৌশারমদে : আবিষ্ট— লুপ্পা ; হৈয়া—ওইদুনা ; গীতা পঢ়ে—গীতা পাই ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মনে—পুক্নীঙনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণঅদুনা শেরান্নবা গীতা পাঠ তৌবদুদা ) কনামনা নোক্নরম্মী, কনামনা থীনা ঙাঙনরম্মী ; মদু পুম্না মান্না থৌশা-হ্রাশারমদে। অদুম পুক্নীঙ নুংঙাইনা গীতাদুদা লুপ্পুনা গীতা পাঠ তৌরম্মী।

## মূল ৯৬

পুলকাশ্রু কম্প স্বেদ যাবৎ পঠন।
দেখি আনন্দিত হৈল মহাপ্রভুর মন ॥ ৯৬ ॥

শব্দার্থ

পুলক—তুচুংবা ; অশ্রু পিরাং ; কম্প—নীক্পা ; স্বেদ—হুমাং ; যাবৎ—মতমতুদা ; পঠন—পাবা ; দেখি—উরগা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈল—ওইরম্মী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গীতা-পাঠ তৌরিঙৈ-মনুঙদা ব্রাহ্মণতুগী তুচুংবা, পিরাং চেন্থবা ; হকচাঙ নীক্পা, হুমাং চেন্থবনচিংবা সাত্ত্বিক ভাব ওইখি। মতু পুম্বা উবদা মহাপ্রভুগী মন অতু নুংঙাইবম্মী।

## মূল ৯৭

মহাপ্রভু পুছিলা তারে শুন মহাশয়।

কোন্ অর্থ জানি তোমার এত সুখ হয় ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

মহাপ্রভু পুছিলা—মহাপ্রভুনা হংলম্মী ; তাঁরে—মঙোন্দা ( গীতা-পাবা ব্রাহ্মণতুদা ) ; শুন নাকোঙনা তাবিয়ু ; মহাশয়—পুকচেল-চাওবা ; কোন অর্থ—করম্বা অর্থ ; জানি—খঙদুনা ; তোমার—নঙগী ; এত—অসুক ; সুখ—নুংঙাইবা ; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গীতা-পাঠক ব্রাহ্মণতুদা ) মহাপ্রভুনা হংখি—হে মহাশয়, তাবিয়ু। কবি অর্থ খঙবগী নঙনা অসুক নুংঙাইরিবা ?

## মূল ৯৮

বিপ্র কহে—মূর্খ আমি শব্দার্থ না জানি।

শুদ্ধাশুদ্ধ গীতা পড়ি গুরু-আজ্ঞা মানি ॥ ৯৮ ॥

শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণনা ; কহে—হায় ; মূর্খ খঙদবা ; অপড়বা ; আমি—ঐনী ; শব্দার্থ শব্দগী অর্থ ; না জানি—খঙদে ; শুদ্ধ-অশুদ্ধ চুম্বা-চুমদবা ; গীতা পড়ি—গীতা পাই ; গুরু আজ্ঞা গুরুগী য়াথং ; মানি—ইন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী—ঐদি মূর্খনী ; শব্দগী অর্থ ফাওবা খঙদে। চন্না-চুমদবা ঐনা গুরুগী য়াথং ইন্দুনা গীতা পাঠ তৌবনী।

## মূল ৯৯

অর্জ্জুনের রথে কৃষ্ণ হঞা রজ্জুধর।

বসিয়াছে হাথে তোত্র শ্যামল সুন্দর ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

অর্জ্জুনের রথে—অর্জ্জুনগী রথদা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; হঞা—ওইদুনা ; রজ্জু—লাগাম (থৌরি) ; ধর—পায়বা মী ; (রজ্জুধর—সারথি) ; বসিয়াছে—ফম্মী ; হাথে—খুত্তা ; তোত্র—চৈ ; শ্যামল—শংবান্নবা ; সুন্দর—ফজবা মহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণনা মখা তানা হায়রম্মী—অর্জুনগী রথদা শ্যামসুন্দর শ্রীকৃষ্ণনা সারথি ওইনা খুত্তা শাক্তি পায়দুনা ফম্মী।

## মূল ১০০-১০১

অর্জ্জুনেরে কহিতেছেন হিত-উপদেশ।

তাহা দেখি হয় মোর আনন্দ-আবেশ ॥ ১০০ ॥

যাবৎ পঢ়োঁ তাবৎ পাঙ তাঁর দরশন।

এই লাগি গীতাপাঠ না ছাড়ে মোর মন ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

অর্জ্জুনেরে—অর্জ্জুন-দা ; কহিতেছেন—তাঙ্গেরি ; হিত—কান্নবা ; উপদেশ—পাউতাক ; তাহা—মদু ; দেখি—উরগা ; হয়—ওই ; মোর—ঐগী ; আনন্দ-আবেশ—নুংঙাইবদা নুপ্পা ; যাবৎ—অদুফাওবা ; পঢ়োঁ—পাবদা ; তাবৎ—মতম অদুফাওবা ; পাঙ—ফংঙী ; তাঁর—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; দরশন—দর্শন ; এই লাগি—মসীগীদমক ; গীতাপাঠ—গীতা পাবনু ; না ছাড়ে—থাদোক্তে, মোর মন—ঐগী পুক্নীঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রাহ্মণতুনা মখা ত্থারম্মী)—(শ্রীকৃষ্ণনা) অর্জ্জুন-দা কান্নবা পাউতাক পীরি। মহু উবদা ঐ লুংঙাইবদা লূপ্‌চৈ। গীতা-পাঠ তৌরিবমখৈ তৌরিভৈ মনূঙদা মহাকপু উৎজৈ। মসীগীদমক্তা গীতা-পাঠবু ঐগী মন অসীনা থাদোক্তে।

মূল ১০২

প্রভু কহে—গীতা-পাঠে তোমারি অধিকার।

তুমি সে জানহ এই গীতার অর্থ সার ॥ ১০২ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রকয়ি ; গীতা-পাঠে—গীতা পাবদা ; তোমারি—নঙাক্কী ; অধিকার—মতীকচাবা (ওই) ; তুমি—নঙ ; সে—মহু ; জানহ—খঙঙী ; এই গীতার—গীতা অসিগী ; অর্থ সার—অর্থগী মচি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—গীতা পাঠ তৌবগী অধিকার নঙগী লৈরে। মরমদি নঙনা গীতাগী অর্থগী মচিদু খঙঙী।

মূল ১০৩

এত বলি সেই বিপ্রে কৈল আলিঙ্গন।

প্রভুর পাদ ধরি বিপ্র করেন স্তবন ॥ ১০৩ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; সেই বিপ্রে—বিপ্র অদুবু ; কৈল—তৌখি ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; প্রভুর—প্রভুগী ; পাদ—খোঙ ; ধরি—পায়দুনা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; করেন—তৌয়ি ; স্তবন—স্তুতি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা প্রভুনা বিপ্রদুবু কোল্লম্মী। অদুদগী বিপ্রদুনা প্রভুগী খোঙ পায়রগা স্তুতি তৌখি।

মূল ১০৪

তোমা দেখি তাহা হৈতে দ্বিগুণ সুখ হয়।

'সেই কৃষ্ণ তুমি' হেন মোর মনে লয় ॥ ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

তোমা—নঙবু ; দেখি—উরগা ; তাহা হৈতে— মতুদগী (গীতাপাঠদগী) ; দ্বিগুণ—শন্নক অনী হেন্না ; সুখ—নুংঙাইবা ; হয়—ওই . সেই কৃষ্ণ— কৃষ্ণ অদু ; তুমি—নহাক্কী ; হেন—অশুম্না ; মোর—ঐগী ; মনে— পুক্নীঙদা ; লয়—লৌয়ি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী)— নঙবু উরগা গীতাপাঠ তৌবদগী নুংঙাইবদু শন্নক অনী হেন্না নুংঙাইজৈ ; কৃষ্ণ অদু নহাক্কী হায়না ঐনা খনজৈ ।

### মূল ১০৫

কৃষ্ণস্ফূর্ত্ত্যে তার মন হৈয়াছে নির্ম্মল ।

অতএব প্রভুর তত্ত্ব জানিল সকল ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণস্ফূর্ত্ত্যে— কৃষ্ণগী স্ফূর্ত্তি ওইবদুদা ; তার—গীতাপাঠক অদুগী ; মন — মবুক ; হৈয়াছে — ওইরে ; নির্ম্মল মত্রুবা ; অতএব—মরমদুনা ; প্রভুর —প্রভুগী ; তত্ত্ব অওইবা ৱারোল ; জানিল খঙখি ; সকল অপুম্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণস্ফূর্ত্তি ওইবদুদা গীতাপাঠক ব্রাহ্মণ অদুগী মনগী অমকপা পুম্বা কোকখি । মরমদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী তত্ত্ব পুন্নমক খঙখি ।

### মূল ১০৬

তবে মহাপ্রভু তারে করাইল শিক্ষণ—

এই বাত কাহাঁ না কহিবে প্রকাশন ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তারে—মাবু ; করাইল শিক্ষণ —(প্রভু মহামক্কী তত্ত্ব) তাকপী তীকপীরম্মী ; এই বাত—ৱা অসী . কাহাঁ— কৈদসু ; না করিবে—তৌগনু ; প্রকাশন— ফোঙদোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা মছাগী তত্ত্ব তাকপীখি। মা অসী (হায়বদি প্রভুগী তত্ত্ব কথাসী হায়বদি মহাক শ্রীকৃষ্ণনী হায়বসী) কদায়দসু হায়দোকফদে হায়না ব্রাহ্মণদুদা হায়রম্মী।

মূল ১০৭

সেই বিপ্র মহাপ্রভুর মহাভক্ত হৈল।
চারিমাস প্রভুর সঙ্গ কভু না ছাড়িল॥ ১০৭॥

শব্দার্থ

সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অদু ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; মহাভক্ত—মশীক-মহৎ-লৈবা অচৌবা ভক্ত ; হৈল—ওইখি ; চারিমাস—থাবুম মরি ; প্রভুর সঙ্গ—প্রভুগী সঙ্গ ; কভু—কদৌইদেসু ; না ছাড়িল—থাদোকখিদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অদু মহাপ্রভুগী মহাভক্ত ওইখি। থাবুম মরি চুপ্পা মহাক প্রভুদ কদৌইদেসু থাদোকখিদে।

মূল ১০৮

এই মতে ভট্টগৃহে রহে গৌরচন্দ্র।
নিরন্তর ভক্তসঙ্গে কৃষ্ণকথা রঙ্গ॥ ১০৮॥

শব্দার্থ

এই মতে—মতৌ অসুম্না ; ভট্টগৃহে—বেঙ্কটভট্টগী য়ুমদা ; রহে—লৈ ; গৌরচন্দ্র—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ; নিরন্তর—অতেৎপা চৈতনা ; ভক্তসঙ্গে—ভক্তগা লোয়ননা ; কৃষ্ণকথা-রঙ্গ—কৃষ্ণগী বাবীগী নুংঙাইবা (ওইখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীবেঙ্কটভট্টগী য়ুমদা প্রভু গৌরচন্দ্রনা লৈখি। অতেৎপা চৈতনা ভক্তশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণকথা তৌরগা নুংঙাইনা লেংখি।

মূল ১০৯

শ্রীবৈষ্ণব ভট্ট সেবে লক্ষ্মীনারায়ণ।
তাঁর ভক্তিনিষ্ঠা দেখি প্রভুর তুষ্ট মন॥ ১০৯॥

কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; অভিলাষ—সঙ্গম তৌনীঙবা ; ইহাতে—মসিদা ; কি—করি ; দোষ—লানবা ; কেনে—করিগীনো ; কর—তৌরিবা ; পরিহাস—করেম্নবা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টনা হায়রম্মী )—রস-চেনবী লক্ষ্মীনা কৃষ্ণগা সঙ্গম তৌনীঙবনী : মসিদা করি দোষ লৈবগে ? করিগীদমক নোক্নরিবনো ?

মূল ১২০

প্রভু কহে—দোষ নাহি, ইহা আমি জানি ।
রাস না পাইল লক্ষ্মী—ইহা শাস্ত্রে শুনি ॥ ১২০ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; দোষ নাহি—দোষবুদি লৈতে ; ইহা—মসী ; আমি—ঐ ; জানি—খঙঙী ; রাস না পাইল রাস য়াওবদি ফংখিদে ; লক্ষ্মী—লক্ষ্মীনা ; ইহা—( রা ) অসী ; শাস্ত্রে—শাস্ত্রদা ; শুনি—নাকোঙনা তায় ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবদা দোষ লৈতে ( পতিব্রতা ওইবগী ধর্ম্ম মাঙদে ) হায়বা রাসী ঐহাক খঙঙী । অহন লক্ষ্মীদি রাস লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গ ফংখিদে হায়বসী ঐহাক শাস্ত্রদগী [illegible] ফংঙী ।

মূল ১২১

নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ ।
স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ ॥
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠ—
লব্ধাশিষাং য উদগাদ্‌ব্রজসুন্দরীণাম্ ॥ ১২১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ২/৮/৮০ গী অতুদা য়েংবিয়ু । লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ-রাসলীলা-ফংখিদে হায়বগী প্রমাণী শ্লোকনী ।

## মূল ১২২

লক্ষ্মী কেনে না পাইল, কি ইহার কারণ।

তপ করি কৈছে কৃষ্ণ পাইল শ্রুতিগণ ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

লক্ষ্মী—লক্ষ্মীনা ; কেনে—করিগী ; না পাইলা—ফংখিদে ; কি—করিনা ; ইহার—মসিগী ; কারণ—নরম্লো ; তপ করি—তপ তৌড়না ; কৈছে—করম্না ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু ; পাইল—ফংখি ; শ্রুতিগণ—শ্রুতিশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টগী বা তারগা প্রভুনা হায়রম্মী)—লক্ষ্মীনা রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ করিগীনো ফংদিদবা ? মসীগী মরম করিনো ? অদুগা শ্রুতিশিংনদি তপ তৌরগা মতৌ করম্না শ্রীকৃষ্ণবু ফংখিবনো ?

### তৈনরোল

মীমংসা অমা ফংননবা হায়জুনা প্রভুনা হংলম্মী। প্রভুগী বাহংদি অসিনী—"শ্রুতি হায়বা খুঙনবী দেবতাশিংনদি তোপ তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংখি, অদুগা লক্ষ্মীদেবীনা তপস্যা তৌন-তৌনমক শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ ফংখিদে, মসি করিগীনো ?

শ্রুতিশিংনা শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ ফংখিবগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অমা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখৎলী।

## মূল ১২৩

নিভৃতমরুন্মনোঽক্ষদৃঢ়যোগযুজো হৃদি য-

ন্মুনয় উপাসতে তদরয়োঽপি যযুঃ স্মরণাৎ।

স্ত্রিয় উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ডবিষক্তধিয়ো

বয়মপি তে সমাঃ সমদৃশোঽঙ্ঘ্রিসরোজসুধাঃ ॥ ১২৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মুল ২/৮/২১৮ অদুদা য়েংবিয়ু।

## মূল ১২৪

শ্রুতি পায়, লক্ষ্মী না পায়, ইথে কি কারণ।

ভট্ট কহে—ইহাঁ প্রবেশিতে নারে মোর মন ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

শ্রুতি—শ্রুতিশিংনা ; পায়—ফংঙী ; লক্ষ্মী—লক্ষ্মীনা ; না পায়—ফংদে , ইথে—মসিদা ; কি—করি ; কারণ—মরম্মনো ; ভট্ট কহে—ভট্টনা হায় ; ইহাঁ—মসিদা ; প্রবেশিতে—চঙবা ; নারে—ঙমদে ; মোর—ঐগী ; মন—পুক্নীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রুতিশিংনদি শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ ফংখি অদুগা লক্ষ্মীদেবীনদি ফংখিদে ; মসিগী মরম করিগীনো ? (প্রভুগী ৱাহংসী তারগা) ভট্টনা হায়খি মতাঙসিদা ঐগী মন অসিনা চঙবা ঙমদ্রে ( হায়বদি খন্‌ফম খঙদ্রে ) ।

### মূল ১২৫

আমি জীব ক্ষুদ্রবুদ্ধি—সহজে অস্থির ।
ঈশ্বরের লীলা কোটি-সমুদ্রগম্ভীর ॥ ১২৫ ॥

### শব্দার্থ

আমি—ঐদি ; জীব—জীবনী ; ক্ষুদ্রবুদ্ধি—লৌশিংথেন্‌বনী ; সহজে—পোকপদগী ; অস্থির—লেপ্তবনী ; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; লীলা—লীলাদি, থৌদৌদি ; কোটিসমুদ্রগম্ভীর—সমুদ্র কোটিগা মান্নবা লুবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টনা হায়রম্মী)—“ঐদি বুদ্ধিথেন্‌বা জীবনী ; পুক্নীঙ-লেপ্তবা হায়বদু পোকপদগী য়াওরক্লবনী । ঈশ্বরগী লীলাদি ( থৌদৌদি ) খঙবদা কোটি-সমুদ্রগী মরেপ তান্‌বা ফংদবগুম্ লুরিবনী (হায়বদি ঐগুম্বনা ঈশ্বরগী লীলাবু খল্লুবা ঙম্বা নত্তে অদুনা খঙবা ঙমদে) ।

### মূল ১২৬

তুমি সেই সাক্ষাৎ কৃষ্ণ—জান নিজ কর্ম্ম ।
যারে জানাহ, সেই জানে—তোমার লীলা মর্ম্ম ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নঙদি ; সেই—মদুমক ; সাক্ষাৎ—চঙচঙবা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনী ;

জান—( নঙনা ) খঙঙী ; নিজ কর্ম্ম—নছানা তৌবা থবক ; যারে—কনা-গুম্বা মাবু ; জানাহ—নঙনা খঙহল্লবা ; সেই—মহাক্তুদনা ; জানে—খঙী ; তোমার—নহাক্কী ; লীলামর্ম্ম—থৌদৌগী মরোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টনা প্রভুদা মখা তানা হায়রম্মী )—"নঙদি সাক্ষাৎ কৃষ্ণত্নমক্কী ; নঙনা নছাগী থবক খঙজবনী। কনাগুম্বা অমবু নঙনা খঙহল্লবা, মহাক অদুতনা নঙগী থৌদৌগী লোল অদু খঙবা ঙম্মী।"

## ঐনবরোল

ভট্টনা হায়রম্মী—"লক্ষ্মীনা ফংগে তান্নরম্বা সাক্ষাৎ কৃষ্ণদো নহাক্কী। নঙনা লক্ষ্মীদা নঙগী সঙ্গ ফংহন্দবা করিগীনো হায়বদো নহাক্কনা খঙঙী।"

### মূল ১২৭

প্রভু কহে—কৃষ্ণের এক স্বভাব বিলক্ষণ।
স্বমাধুর্য্যে করে সদা সর্ব্ব-আকর্ষণ॥ ১২৭॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; এক স্বভাব—চৌনশা অমা ; বিলক্ষণ—অঙকপা, থোইদোকপা ; স্বমাধুর্য্যে—মছাগী মাধুর্য্যনা ; করে—তৌয়ি ; সদা—মতম পুম্বদা ; সর্ব্ব—পুম্নমকপু ; আকর্ষণ—চিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইগী মান্নদবা অঙকপা স্বভাব অমা লৈ। মহুদি, মছাগী মাধুর্য্যনা পুম্নমকপু মতম পুম্বদা চিংঙী।

## ঐনবরোল

**স্বভাব বিলক্ষণ**—খ্বাইগা মান্নদবা অঙকপা চৌনশা ( স্বভাব ) ; নারায়ণখোয়দা লৈতবা স্বভাব-নী।

**স্বমাধুর্য্যে**-নচিংবা—শ্রীকৃষ্ণগী খ্বায়গা মান্নদবা অঙকপা স্বভাবত্তি অসিনী মহুদি—মছাগী মাধুর্য্যনা পুম্নমকপু—ভগবৎ-স্বরূপ অতৈবু, ভগবৎ-স্বরূপ অতৈগী কান্তাশিংবু, ব্রজবাসীশিংবু, করি হায়নী অচৎ-চৎতা পুম্ববু,

মহাক মহাবুদ্ধু—মতম পুম্বদা আকর্ষণ তৌয়ি—চিংডী ; মরমহুনা লং চিত্তবুম্ আকর্ষণ তৌরিবনী। অতুগা কৃষ্ণগী অসিগুম্বা স্বভাব-সে নারায়ণ-গীদি লৈতে, নারায়ন্না গোপীশিংগী চিত্তবু আকর্ষণ তৌবা ঙমদে।

মূল ১২৮

ব্রজলোকের ভাবে পাইয়ে তাঁর চরণ।
তাঁরে 'ঈশ্বর' করি নাহি জানে ব্রজজন॥ ১২৮॥

শব্দার্থ

ব্রজলোকের—শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধপরিকর ব্রজবাসীশিংগী ; ভাবে—ভাব-কী তুংইল্লগা ; পাইয়ে—ফংডী ; তাঁর—মাগী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; চরণ—খোঙ ; তাঁরে—মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ; ঈশ্বর করি—ঈশ্বরনী হায়না ; নাহি জানে—খঙদে ; ব্রজজন—ব্রজবাসীশিংনা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধপরিকর ব্রজবাসীশিংগী ভাব কী মতুং ইল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংবা ঙম্মী। ব্রজবাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণব ঈশ্বর-নী হায়না খঙদে।

## নৈনরোল

**ব্রজলোকের ভাবে**-নচিংবা—শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-সিদ্ধ পরিকর ওইবা ব্রজবাসীশিংগী ভাব ইন্দুনা ভজন তৌরগদা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা ফংগনী। ভাব অমগী ব্রজ-পরিকরশিংগী মতুং ইল্লগদি ( অনুগত ওইরগদি ) ভাব অতুগী লীলাদা বিলাসবান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবামক সাধক-না ফংগনী। বাৎসল্যভাব-কী পরিকর নন্দযশোদা নচিংবগী ভাব ইন্দুনা ( অনুগত ওইদুনা ) ভজন তৌবা মীনা বাৎসল্য-ভাব-তা শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনী ; সখ্যভাবকী পরিকর সুবল মধুমঙ্গল-নচিংবগী ভাব অতু ইন্দুনা ভজন তৌবা মীনা সখ্যভাব-তা শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনী ; ব্রজগোপীশিংগী ভাব তুং ইন্দুনা ভজন তৌবা মীনা রাসবিলাসী শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনী। সখ্যভাব-কী নত্রগা বাৎসল্যভাবকী অনুগত ওইবা মীনা গোপীভাবকী সেবা ফংলোই।

**তাঁরে ঈশ্বর**-নচিংবা—শ্রীকৃষ্ণনা মহামক্না ঈশ্বর ওইরবসু, মাগী

ব্রজপরিকরশিংনা মাবু ঈশ্বরনী হায়না খঙদে, ঈশ্বরনী হায়না মপুক্নীঙদ-ফাওবা খন্দে ; মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু নন্দযশোদাগী মচান্নুপানী হায়নতা খল্লী। ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লৈতে ( শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খঙদে ) হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না নুংশিবদু ময়েং খিত্তা ফাওবা তাদে।

মূল ১২৯

কেহো তাঁরে পুত্র জ্ঞানে উদূখলে বান্ধে।

কেহো তাঁরে সখাজ্ঞানে জিনি চড়ে কান্ধে ॥ ১২৯ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামনা ; তাঁরে—মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) . পুত্রজ্ঞানে—মচান্নুপানী হায়না : উদূখলে—শৃম্বন্দা ; বান্ধে—পুল্লী ; কেহো—কনামনা ; তাঁরে—মহাকপু ; সখাজ্ঞানে—সখানী হায়না ; জিনি—( শান্নবদা ) মায় পাক্লুনা ; চড়ে—তোংঙী ; কান্ধে—লেংবান্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা শ্রীকৃষ্ণবু মচান্নুপানী হায়না শৃম্বন্দা পুল্লী ; কনামনা শান্নবদা মায়পাক্লুনা মাবু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) সখানী হায়না মবেংবান্দা কারগা তোংঙী।

নৈনবা

শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খন্দবা মবম্না মাঙোন্দা তৌনীঙনদা তৌনদা ব্রজবাসীশিংনা কন্নিমন্না সম্বন্ধ চ (হংগে ইবা) তৌবমদে। মরমডুনা, যশোদা মাতানা মহাকপু মচানী হায়না খনবনা মহাক্কী নত্তবা থবক তৌবগীদমক্তা রারাক্লে হায়দুনা শৃম্বন্দফাওবা পুল্লম্মী। সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মনান্নবা মরূপনী হায়নদা খল্লী ; মরমডুনা মাগা শান্নমিন্নবদা শ্রীকৃষ্ণনা মায়থীরদি পোন্থানবা মতুং ইন্না মহাক্কী মরেঙবান্দা মখোয়না কাখৎতুনা তোংঙী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খল্লগদি যশোদা মাতানসু মাবু শৃম্বন্দা পুল্লম্লোই অদুগা সখাশিংনসু মরেঙবান্দা কাখৎতুনা তোংবা ঙম্লম্লোই।

মূল ১৩০

ব্রজেন্দ্রনন্দন তারে জানে ব্রজজন।

ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান নাহি - নিজ সম্বন্ধ-মনন ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

ব্রজেন্দ্র—ব্রজনিংথৌগী ; নন্দন—মচানুপানী ( হায়না ) ; তাঁরে—মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ; জানে—খঙউী ; ব্রজজন—ব্রজগী মীনা ; ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান—ঈশ্বরনী হায়না খঙবা ; নাহি—লৈতে ; নিজ— মছাগী ; সম্বন্ধ—লৈনরম্বা মরীহু ; মনন—খন্‌বা ( ওই ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজ-নিংথৌগী মচানী হায়না খঙলম্মী । ঈশ্বরনী হায়না খঙদে ; মছা মছাগী লৈনরম্বা মরীতুদা খল্লী ।

## নৈনরোল

**ব্রজেন্দ্রনন্দন**—ব্রজবাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজ-নিংথৌ নন্দ মহারাজগী মচানুপানী হায়নতা খল্লী, অদুনা মাবু ঈশ্বরনী হায়না খন্দে ।

**নিজ সম্বন্ধ-মনন**—ব্রজবাসীশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনরম্বা সম্বন্ধ মতা মতাগী মতুং ইন্না মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা চংলী । নন্দযশোদাগী মচা-নুপানী মহাক ; নন্দযশোদানা মহাকপু মচানী হায়বতমক খল্লী । সুবল-খোয়গীনা সখানী মহাক ; সুবলখোয়না মহাকপু সখানী হায়নতা খল্লী । ব্রজগোপীশিংগী কান্ত নী মহাক ; ব্রজগোপীশিংনা মহাকপু হুংনিজবা কান্তনী হায়নতা খল্লী । শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্ ওইরবসু ব্রজবাসীশিংনা মখোয়গী সম্বন্ধগী মতুং ইন্না ভগবান্-নত্তবা মী অমদা খন্‌বহুম্না অদুম মাগী মফমদা চংলম্মী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণহু স্বয়ং ভগবান্নী হায়বগী জ্ঞান মখোয়দা লৈরমদে ।

### মূল ১৩১

ব্রজলোকের ভাবে যেই করয়ে ভজন ।

সেইজন পায় ব্রজে ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ১৩১ ॥

## শব্দার্থ

ব্রজলোকের—ব্রজবাসীশিংগী ; ভাবে—ভাব তুংইন্না ; যেই—কনাগুম্বা মহাক্তুম্না ; করয়ে—তৌয়ি ; ভজন—নীঙবা, সেবা ; সেই জন—মীহুতনা ; পায়—ফংঙী ; ব্রজে—ব্রজদা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ-মপারিবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসীশিংগী ভাব তুংইন্না কৃষ্ণভজন তৌবা মী মাহুনা ব্রজদা ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণবু ফংই।

## ভৈনবোল

মমাংগী মল ১৩০ পয়ারদগী থৎবা ভর্মী মতুদি—যশোদা মাতানা শ্রীকৃষ্ণবু পুন্সন্দা পুল্লী; সুবল-মচিংবা সখাশিংনা মাগী লেংবান্দা কাদুনা তোংঙী; মসী পুন্নমক্তগী থৎবা ভন্থদি শ্রীকৃষ্ণদো ব্রজবাসীশিংগী প্রেমগী মখাপোল্লী, মখোয়গীদু মখা পোল্লী হায়বসিনী; মরমতুনা মখোয়না কৃপা তৌদুনা কনাগুম্বা অমদা কৃষ্ণসেবা ফংহল্লবোইদি শ্রীকৃষ্ণসু কনাগুম্বা অদুবু লৌশননী; অদুগুম্বা মহাক্তা কৃষ্ণসেবা ফংগনী। মরমতুনা হায়রিবনী—ব্রজপরিকরশিংগী ভাব-কী অনুগত ওইনা ভজন তৌবা মীতাশিংতনা ব্রজদা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা ফংবা ঙমগনী; অতৈনদি ফংলোই।

মূল ১৩২

নায়ং সুখাপো ভগবান্ দেহিনাং গোপিকাসুতঃ।

জ্ঞানিনাং চাত্মভূতানাং যথা ভক্তিমতামিহ ॥ ১৩২ ॥

ব্যাখ্যা মধ্যলীলাদি ৮/২৩২ মূল অতুদা য়েংবিউ।

মূল ১৩৩

অতএব গোপীগণের অনুগত হঞা।

ব্রজেশ্বরী-সুত ভজে গোপীভাব লঞা ॥ ১৩৩ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—শ্রুতি পুম্নমক; গোপীগণের—গোপীশিংগী; অনুগত—তুংইনবা; হঞা—ওইদুনা; ব্রজেশ্বরী—ব্রজগী মহারাণী (শ্রীযশোদা)-গী; সুত—মচানুপাবু; ভজে—নীংঙৈ; গোপীভাব—গোপী অমনী হায়বা ভাব; লঞা—লৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতএব হায়রবা দেবতাশিংনা ব্রজগোপীশিংগী তুংইনবী ওইরগা

ব্রজগোপীগী ভাব লৌহুনা (হায়বদি গোপীশিংগী হুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা-তৌজনীঙবী গোপী অমনী হায়না মহাবু খঙজহুনা) ব্রজগী মবেম্মাগী ( শ্রীযশোদাগী ) মপারিবু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) নীঙথী।

## মূল ১৩৪

বূ্যহান্তরে গোপীদেহ ব্রজে যবে পাইল।
সেই দেহে কৃষ্ণসঙ্গে রাসক্রীড়া কৈল ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

বূ্যহ—কায়বূ্যহ ; অন্তরে—অতোপ্পদা ; গোপীদেহ—গোপীগী হকচাঙ ; ব্রজে—ব্রজদা ; যবে—মতমদা ; পাইল—ফংখিবা ; সেই দেহে—হকচাঙ অদুদা ; রাসক্রীড়া—রাসলীলা ; কৈল - তৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রুতি-কৌবী দেবীগী দেহ নত্তবা) অতোপ্পা কায়বূ্যহ অমদা গোপীগী হকচাঙ ফংলবা মতমদা দেহ অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা রাস-লীলা শান্নখি ;

### তৈনরোল

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবা মতুঙদা শ্রুতি অভিমানিনী দেবতাগী দেহ অসী ওইখি—দেহে অমদা তান্নগী গুম্না মহাক শ্রুতি-অভিমানিনী দেবতাদু ওইনা লৈ, অতোপ্পা দেহদা মহাক ব্রজগোপী ওইদুনা ব্রজদা কৃষ্ণসেবা তৌখি। মী খুদিংগী দেহ অসীসিদু বূ্যহ অসীনী হায়নৈ।

## মূল ১৩৫

গোপজাতি কৃষ্ণ—গোপী প্রেয়সী তাঁহার।
দেবী বা অন্য স্ত্রী কৃষ্ণ না করে অঙ্গীকার ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

গোপজাতি—গোপগী জাতিনা মাগী জাতি ওইবা ; কৃষ্ণ— শ্রীকৃষ্ণনী ; গোপী—গোপীনা ; প্রেয়সী—হুংশিবী (ওই) ; তাঁহার—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; দেবী—দেবতা ; বা—নত্রগা ; অন্য—অতোপ্পা ; স্ত্রী—নুপীবু ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; না করে—তৌদে , অঙ্গীকার—লৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি গোপজাতিদা পোকপনী, অদুনা মহাক্কী নুংশিজবীসু গোপীনী। দেবীবু নত্রগা অতোপ্পা নুপীবু শ্রীকৃষ্ণনা লৌবিদে।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা মছাবু গোপ অমনী হায়না অভিমান তৌয়ি; নরলীলা তৌবা মতমদা মহাক্না মছাবু গোপ অমনা পোকপনী হায়না থল্লী; মরমদুনা মহাক্না গোপীত্রবু নুংশিজবদি মহাক্কী হৌনশানী; ভাব-তিন্নবা গোপগী মমোম অমনা মাগী থম্মোইবু হূবা মহূতুদি দেবী ওইগে ওইসনু নত্রগা অতোপ্পী নুপী কনাগুম্বী ওইগে ওইসনু কনামতনা হূবা ঙমদে। হিরম পূম্নমক্তা মান্নবা ভাব চেন্নদ্রবদি কনামতনা কনামতগী থম্মোই হূবা ঙমদে। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী-নত্তবা নুপী কনামতবু দেবী ওইরসু ওইদ্রসু লৌশন্দে; মরমদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গ ফংগে হায়রবদি গোপীভাব-কী ভজন তৌদবা য়াদে, নত্রগদি গোপীগী দেহ ফংলোই; গোপীদেহ ফংদ্রগদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী (নুংশিবী) ওইবসু য়ারোই। মরমসীনা ব্রজদা রাসলীলা-নটিংবদা শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংগে হায়রবদি গোপী ভাব পুদুনা ভজন তৌগদবনী।

## মূল ১৩৬

লক্ষ্মী চাহে সেই দেহে কৃষ্ণের সঙ্গম।
গোপিকা-অনুগা হঞা না কৈল ভজন ॥ ১৩৬ ॥

শব্দার্থ

লক্ষ্মী—শ্রীলক্ষ্মীনা; চাহে—পাম্মী; সেই দেহে—(মহামক্কী) দেহে অদুদা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; সঙ্গম—সঙ্গ, তিন্নবা; গোপিকা—গোপীগী; অনুগা—তুংইন্‌বী; হঞা—ওইদুনা; না কৈল—তৌখিদে; ভজন—নীডবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলক্ষ্মীদেবীনা মহাক্কী দেহতুদা শ্রীকৃষ্ণসঙ্গ পাম্খি। গোপীগী অনুগা (তুংইন্‌বী) ওইনা ভজন তৌখিদে।

## নৈনরোল

লক্ষ্মীদেবীনা মাগী লক্ষ্মী ওইবগী দেহতুমক থাদোক্তবমখৈ শ্রীকৃষ্ণগা

সঙ্গ তৌবা পামহ্নুনা তপস্যা তৌখি ; মহাক্কা গোপী দেহ ফংবস্থু পামখিদে, গোপীশিংগী অনুগতা ওইবস্থু তৌখিদে ; মরমহ্নুনা মহাক কৃষ্ণসঙ্গ ফংখিদে। ১২১ মূল-দা হংলিবা ৱাহংগী পাওখুমদি নৈনৱিবা পয়াবসীনা ওইরে।

## মূল ১৩৭

অন্যদেহে না পাইয়ে রাস-বিলাস।

অতএব "নায়ং" শ্লোক কহে বেদব্যাস ॥ ১৩৭ ॥

## শব্দার্থ

অন্যদেহে—( গোপীদেহ নত্তবা ) অতোপ্পা দেহদা ; না পাইয়ে ফংদেয়ে ; রাস-বিলাস—রাসলীলা য়াওবা ; অতএব—মরমহ্নুনা ; নায়ং শ্লোক—নায়ং হায়বা শ্লোক ; কহে—হায় ; বেদব্যাস—বেদব্যাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গোপীদেহ নত্তবা) অতৈ দেহদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাদা য় ওবা ফংদে। মরমহ্নুনা বেদব্যাসনা নায়ং হায়বা শ্লোকসি লেংলম্বনী।

## নৈনরোল

গোপী দেহ-নত্তনা অতৈ দেহদা লৈহ্নুনা হৃত্তগী রাস লীলা য়াওবা ফংবা য়াদে হায়হ্নুনা, অহুগা লক্ষ্মীদেবীনা গোপীদেহ ফংগে হায়নী৷হনগী পুক্চেল চেন্দবমখৈ মরম্নাই দেবী দেহহ্নুদা রাসবিলাসদা য়াওনীঙলম্মী হায়বগীদমক ব্যাসদেবনা "নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ"—নচিংবা শ্লোক অহুদা হায়রি—লক্ষ্মীদা খম-থেংবী প্রেমবতী ওইহ্নুনন্থু রাসবিলাস দদি কৃষ্ণসঙ্গ ফংখিদে।

## মূল ১৩৮-১৩৯

পূর্ব্বে ভট্টের মনে এক ছিল অভিমান।

শ্রীনারায়ণ হয়েন—স্বয়ং ভগবান ॥ ১৩৮ ॥

তাঁহার ভজন সর্ব্বোপরি কক্ষা হয়।

শ্রীবৈষ্ণব-ভজন এই সর্ব্বোপরি হয় ॥ ১৩৯ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে হান্নদি ; ভট্টের বেঙ্কটভট্টগী ; মনে পুক্নীঙদা, এক অমা,

ছিল—লৈরম্মী ; অভিমান—নাপল ; শ্রীনারায়ণ হয়েন —শ্রীনারায়ণনা ওই ; স্বয়ং ভগবান্—ভগবান্ মচামক ; তাঁহার—মহাক্কী ( শ্রীনারায়ণগী ) ; ভজন—ভজন অছনা ; সর্ব্বোপরি—পুম্নমক্কী মথক্তা ; কক্ষা—লৈফম ; হয় ওই ; শ্রীবৈষ্ণব-ভজন—শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণবশিংনা তৌবা ভজন ; এই অসিনা ; সর্ব্বোপরি পুম্নমক্কী মথক্তা ; হয়—লৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হান্নদা বেঙ্কট ভট্টগী পুক্নিংদা নাপল অমা লৈরম্মনী । ( মাগী নাপলদি অসিনী )—শ্রীনারায়ণ অদুনা স্বয়ংভগবান্নী । শ্রীনারায়ণগী ভজন্না খ্বায়দগী থোক্কবনী অদুগা শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণবশিংগী ভজন অদুনা খ্বায়দগী হেনবনী ।

পীনব থক

বেঙ্কট ভট্ট শ্রীসম্প্রদায়গী বৈষ্ণবনী ; লক্ষ্মীনারায়ণ নত্রগা রামসীতানা সম্প্রদায়সিগী লাংনচ্চইনী ( উপাস্যনী ) ; সম্প্রদায়সিনা শ্রীনারায়ণবু পরতত্ত্ব ওইন স্বয় ভগবান্নকুনী হায়না খল্লী ; মরমদুনা বেঙ্কট ভট্টনস্মু খল্লম্মী মদুদি—নারায়ণনা স্বয় ভগবান্নী ; হীরম খুদিংমক্তা ভগবৎ-স্বরূপ অতৈ পুম্নমকুগী কবি হায়নী শ্রীকৃষ্ণ-স্বরূপতগীসু—পুডহেল-হেল্লী । ভট্টনা অসিমস্মু খল্লম্মী অদুদি—শ্রীসম্প্রদায়গী লাইনীংডনস্মু ( ভজন প্রণালীনসু ) খ্বায়দগী থোক্কনী । অদুমক হেনবা ভজনা মরম্না মখোয়গী সম্প্রদায়না সম্প্রদায় পুম্নমক্কী মথক্তা হায়না ভট্টনা নাপল তৌরম্মনী । নাপল হায়বসিদি মচু খুদিংমক্তা সাধক অমগীদমকদা মঙ্গল ওইদনবগী মশক্নী ; মরমদুনা প্রভুনা ভট্টগী মফমদা কৃপা তৌবিদুনা মাগী নাপল মাংহনবিগে হায়না ইঙ্গিতনা লক্ষ্মীদেবীগী মতাংদা ( মূল ১১১—১১২ অদুদা হংখিবা ) রাহংতু হংখিবনী অদুগা রাহংতুগী সমাধান তৌরকপদা—রসগী মতাংদা নারায়ণদগী শ্রীকৃষ্ণনা হেনবগী রস পুথোক্তুনা ভট্টগী নাপল কোকহনখি ।

মতাংসিদা রা অমদি খন্নীংডবই লৈ । কনাগুম্বনা ভগবৎ-স্বরূপ অমবু লাংচবদা মাংনা লাংচরিবা ভগবৎ-স্বরূপ অদুবু স্বয়ং ভগবান্নী হায়না খনগদবনী ; নত্রগাদি উপাস্য স্বরূপ অদুদা নিষ্ঠা লৈরোক্ত অদুগা ভজন-দসু নিষ্ঠা লৈররে হই ; তৌইগুম্বসুং মহাক্কী লাংচরিবা ভগবৎ-স্বরূপ অদুমক স্বয়ং ভগবান্নী, মাগী উপাসনাদুমক্তা অথোক্কবনী হায়না খন্দুনা করিগুম্বা মওংগী নাপল তৌবদি য়াদে ; মরমদি নাপল হায়বসে অমঙ্গল পুম্নমক্কী

থোরক্কী। ভগবান্গী রূপানা উপাস্য স্বরূপ অদুনা তশেংনা প্রীতি পোক্কবা, অদুগা শাস্ত্রবিচার মতুং ইমা মহাক্কী উপাস্য ভগবৎস্বরূপ অদু স্বয়ং ভগবান্ নত্তে হায়না খণ্ডলকদু উপাস্যস্বরূপ-তা মাসী লৈরিবা নিষ্ঠা অমদি প্রীতি অদু নীঙথায়রোই।

মূল ১৪০

এই তাঁর গর্ব্ব প্রভু করিতে খণ্ডন।

পরিহাস দ্বারে উঠায় এতেক বচন॥ ১৪০॥

শব্দার্থ

এই—মসী; তাঁর—মহাক্কী (ভট্টগী); গর্ব্ব—নাপল; প্রভু—প্রভুনা; করিতে—তৌননবা; খণ্ডন—ককপা; পরিহাস—ফাগীজুগাইনা; দ্বারে—থোঙ ওইনা; উঠায়—হৌদোকখি; এতেক—অসী; বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টগী নাপল অসী ককবগীদমক ফাগী-জগাই ওইনা হাফম অসী হৌদোকখিবনী।

মূল ১৪১-১৪২

প্রভু কহে—ভট্ট, তুমি না কর সংশয়।

স্বয়ং ভগবান্-কৃষ্ণের এই স্বভাব হয়॥ ১৪১॥

কৃষ্ণের বিলাসমূর্ত্তি—শ্রীনারায়ণ।

অতএব লক্ষ্মী আদ্যের হরে তেঁহো মন॥ ১৪২॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; ভট্ট—হে ভট্ট; তুমি—নঙ; না কর—তৌগনু; সংশয়—চিংনবা; স্বয়ং ভগবান্—মশামক ভগবান্ ওইবা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; এই—অসী; স্বভাব—হৌনশা; হয়—ওই; কৃষ্ণের বিলাস-মূর্ত্তি—শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসমূর্ত্তিনী; শ্রীনারায়ণ—শ্রীনারায়ণ দি; অতএব—মরমদুনা; লক্ষ্মী-আদ্যের—লক্ষ্মীনচিংবগী; হরে—হুয়; তেঁহো—মহাক্না; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে ভট্ট! নঙ (নারায়ণগী মক্কমদা লক্ষ্মীগী লৈবা

নিষ্ঠাগী মরমদা ) চিংনবা তৌগনু। স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ( পূর্ণাঙ্গ হুবা ওম্বা ) হৌনশাহু লৈ। নারায়ণদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস মূর্ত্তি-নী ; মরমদুনা লক্ষ্মীনচিংবগী পূর্ণাঙ্গবু মহাক্না ( শ্রীকৃষ্ণনা ) হূয়।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী অমসুং নারায়ণনা মাগী বিলাসমূর্ত্তি অমা ওইবতনী হায়বদো প্রভুনা শেংনা রা মতাঙগী মতুং ইন্না হায়রম্মী।

-প্রভুনা হায়রম্মী—"হে ভট্ট! নারায়ণগী থবাক-ঙানজবী লক্ষ্মীদেবীগী পূর্ণাঙ্গবু শ্রীকৃষ্ণনা হূয় হায়দুনা নারায়ণগী মফমদা লক্ষ্মীদেবীগী লৈরম্বা নিষ্ঠাগী মরমদা চিংননঙাই লৈতে: লক্ষ্মীদেবীগী চিত্তবু শ্রীকৃষ্ণনা হূয় হায়বসিদা লক্ষ্মীগী করিগুম্বা দোষ অমতা লৈতে ; লক্ষ্মীগী চিত্তনু চিংখিবগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য ( ফজবা-লেম্বা )-নচিংবা মাগী স্বরূপকী তুংইনবা ধর্ম্মদুনী। শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী অদুগা শ্রীনারায়ণনা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসমূর্ত্তিনী. মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যমাধুর্য্যনা শ্রীনারায়ণগীদগী য়াম্না হেন্নী ; অদুদগী অমূক হায়রি—"কৃষ্ণমাধুর্য্যের এক স্বাভাবিক বল। কৃষ্ণ-আদি নরনারী করয়ে চঞ্চল,—কৃষ্ণমাধুর্য্যগী মহৌশা ওইবা মপাঙ্গল লৈ মদুনা কৃষ্ণনচিংবা নুপা-নুপীবু মথুম-মরাং হৌহল্লী। ১/৪/১৪৮॥" শ্রীকৃষ্ণগী "আপন মাধুর্য্যে হরে আপনার মন। আপনে আপনা চাহে করিতে আস্বাদন॥—মশাগী মাধুর্য্যনা মশামক্কী পূর্ণাঙ্গ হূয়, মশামকসু মহাও তানীঙ্গী॥ ২/৮/১৪৮॥" অসিগুম্বা ফীভমদা লক্ষ্মীদেবীগী পূর্ণাঙ্গবু শ্রীকৃষ্ণনা চিংশনগনী হায়বদা কবি ঙক্কঙাইনো ? শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা লক্ষ্মীকান্ত নারায়ণনচিংবা অবতারশিংগী পূর্ণাঙ্গ হূয় অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী পূর্ণাঙ্গবুসু মিহৌহল্লী, অদুগুম্বা—মাধুর্য্যদগী লক্ষ্মীদেবীনা করম্না নাম্থোকপা ঙমগনী ? থোইদোক্না শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা অনীনী স্বরূপকী য়েংলগদি অমতনী, মদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীগী চিত্তব্ চিংবনা নারায়ণগী মফমদা লৈবা লক্ষ্মীদেবীগী নিষ্ঠা অদুগী ময়েং তাবা লৈতে।

মূল ১৪৩

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥ ১৪৩॥
—শ্রীমদ্ভাগবৎনাচিংবদি ১/৩, ২৮ মূল

## মূল ১৪৪

নারায়ণ হৈতে কৃষ্ণের অসাধারণ গুণ ।
অতএব লক্ষ্মীর কৃষ্ণে তৃষ্ণা অনুক্ষণ ॥ ১৪৪ ॥

### শব্দার্থ

নারায়ণ হৈতে—নারায়ণদগী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগীনা ; অসাধারণ—খ্বাইগী মাপ্নদবা ; গুণ—গুণ (লৈ) ; অতএব—মরমসুনা ; লক্ষ্মীর—লক্ষ্মীগী ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; তৃষ্ণা—থৌরাংবা ; অনুক্ষণ—মতমপুম্বদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নারায়ণদগী কৃষ্ণনা হেনবা অমনা খ্বাইদবা য়াওবা থোইদোকপা গুণ শ্রীকৃষ্ণগী লৈ । মরমসুনা লক্ষ্মীদেবীনা মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু থৌরাংবনী ।

## নৈনরোল

**অসাধারণ** মী অমদগী হেন্না ময়ামদা য়াওবা অদুবু সাধারণ । খ্বাই অযাম্বগী ওইবা কৌই ; অদুগা মী অমখক্তদা য়াওবা পোত্তাদুবু **অসাধারণ** (সাধারণ নত্তবা) কৌই । গুণ কয়ামুক শ্রীকৃষ্ণগা নারায়ণগা অনীমক্তা লৈ, গুণশিংদু সাধারণ গুণ ওই ; সাধারণ গুণশিংগী মনুঙদা অচিন্ত্য-মহাশক্তিত্ব (খনবা থোক্তবা মহাশক্তি লেনবা) হায়বনচিংবা গুণ-মচাদি শ্রীকৃষ্ণদা চক্তংই ওইনা ওল্লী । অদুদগী অমুক লীলা, প্রেম-না লৈতেংলবা প্রিয়মণ্ডলগী (মুখিবা খুৎপুগী) মশীং হেনবা, বেণু-মাধুর্য অমসুং রূপ-মাধুর্য—মসিসিংনা শ্রীকৃষ্ণগী **অসাধারণ** (ময়ামদ লৈতবা) গুণ হায়বনী ; নারায়ণদসু অমদি অদৈত অদৈ ভগবৎস্বরূপ অমত্তদা হায়রিবা গুণ মসিনী য়াওদে ।

শ্রীকৃষ্ণগী অসাধারণ গুণ মসিনা মচা মক্না য়াওনা চিত্ত পুম্নমক্পু হূয় । গুণ মসিনা লক্ষ্মীদেবীগী চিত্তবুসু হূয় ; মরমঅদুনা লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনীঙ-বগী থৌরাংনী ।

মথক্তা পল্লিবা অসাধারণ গুণশিংনা শ্রীনারায়ণদগী শ্রীকৃষ্ণনা হেল্লী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনি স্বয়ং ভগবান্নী হায়বদুবু প্রমাণ তৌবনী ।

## মূল ১৪৫

তুমি যে পঢ়িলে শ্লোক—সেই পরমাণ।

সেই শ্লোকে আইসে—কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নঙনা ; যে—মদু ; পঢ়িলে—থীখিবা ; শ্লোক—শ্লোক ; সেই—মদুমক্তা ; পরমাণ—প্রমাণ ( ওই ) ; সেই শ্লোকে—শ্লোক অদুদা ; আইসে—লাক্লি ( য়াওরি ) ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি ; স্বয়ং ভগবান্—মছামক ভগবাননমক্তী ( হায়বা ঙাকম )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা ভট্টদা হায়রম্মী ) নঙনা থীখিবা শ্লোক অদুনা প্রমাণনী। শ্লোক অদুদা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ংভগবাননী হায়বা ঙাকনদু য়াওরি।

### তৈনরোল

ভট্টনা থীখিবা শ্লোক অদুদি "সিদ্ধান্ততস্ত্বভেদেঽপি" নচিংবা শ্লোক অদুনী।

## মূল ১৪৬

সিদ্ধান্ততস্ত্বভেদেঽপি শ্রীশকৃষ্ণস্বরূপয়োঃ।

রসেনোৎকৃষ্যতে কৃষ্ণরূপমেষা রসস্থিতিঃ ॥ ৪৬ ॥

শব্দার্থনচিংদদি মূল ১/২/১১৭-তা য়েংবিয়ু।

## মূল ১৪৭

স্বয়ং ভগবত্বে কৃষ্ণ হরে লক্ষ্মীর মন।

গোপিকার মন হরিতে নারে নারায়ণ ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

স্বয়ং ভগবত্বে—স্বয়ং ভগবাননী হায়বদুনা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; হরে—হুয় ; লক্ষ্মীর মন—লক্ষ্মীগী পুক্নীঙনু ; গোপিকার মন—গোপিকাগী পুক্নীঙ ; হরিতে—হুবা ; নারে—ঙমদে ; নারায়ণ—শ্রীনারায়ণ দি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ং ভগবান্নী হায়বত্থুনা খুংলাই ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীদেবীগী পুক্নীঙ হুরিবনী। শ্রীনারায়ণনদি গোপীগী মন হূবা ঙমদে।

## মৈনঙ্লোল

শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্ ওইবগী প্রমাণ তৌরগা হৌজিক শ্রীনারায়ণদি স্বয়ং ভগবান্ ওইদে হায়বত্থু প্রমাণ তৌরি। প্রভুনা হায়রম্বা যুক্তিদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী হায়তুনা লক্ষ্মীগী পুক্নীঙ হুরিবনী ; অদুগা শ্রীনারায়ণদি গোপিকাশিংগী পুক্নীঙ হূবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যান-চিংবদা গোপিকাশিংনা লূপ্তুনা লৈ, মত্থুবু থাদোক্তুনা মখোয়না শ্রীনারায়ণগী সঙ্গবু মিহৌখিদে ; অদুগা লক্ষ্মীদেবীদি নারায়ণগী থবাক-ভানবী ওইনমক শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যানা মাগী পুক্নীঙ হুখি। মসিদগী তশেংনা খঙঙী—মাধুর্য্যান-চিংবদদি শ্রীনারায়ণদগী শ্রীকৃষ্ণনা হেল্লী অদুগা শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীনারায়ণনা হট্টে। মরমসিনা শ্রীনারায়ণ স্বয়ং ভগবান্ ওইবা য়াদে, শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী।"

## মূল ১৪৮

নারায়ণের কা কথা—শ্রীকৃষ্ণ আপনে।

গোপিকারে হাস্য করিতে হয় নারায়ণে॥ ১৪৮॥

## শব্দার্থ

নারায়ণের—শ্রীনারায়ণগী ; কা কথা - করি রা হায়নী ; শ্রীকৃষ্ণ আপনে—শ্রীকৃষ্ণ মত্থামক্না ; গোপিকারে—গোপিকাবু ; হাস্য করিতে নোক্নহনগে হায়দুনা ; হয়—ওই ; নারায়ণে—নারায়ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নারায়ণগী রাদি করিবু হায়সিগে ? শ্রীকৃষ্ণ মত্থামক্না গোপিকাশিংদা নোক্নবা হায়দুনা ফাগি তৌদুনা নারায়ণ ওইনা লেপ্পম্মী।

## মূল ১৪৯

চতুর্ভুজমূর্ত্তি দেখায় গোপীগণ আগে।

সেই কৃষ্ণে গোপিকার নহে অনুরাগে॥ ১৪৯॥

### শব্দার্থ

চতুর্ভুজমূর্ত্তি—পাম্বোম-মরি-লোঙবা মূর্ত্তি; দেখায়—উৎলী; গোপীগণ আগে—গোপীশিংগী মাঙদা; সেই কৃষ্ণে—(চতুর্ভুজমূর্ত্তি ওইবা) কৃষ্ণদুদা; নহে—ওইদে; অনুরাগে—পাম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা চতুর্ভুজমূর্ত্তি গোপীশিংগী মাঙদা উৎলী। (চতুর্ভুজমূর্ত্তি লৌবা) শ্রীকৃষ্ণতুনা গোপীশিংগী পূক্নীঙ হূবা ঙমদে।

### মূল ১৫০

গোপীনাংপশুপেন্দ্রনন্দনজুষো ভাবস্য কস্তাং কৃতী
বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহপদবীসঞ্চারিণঃ প্রক্রিয়াম্।
আবিষ্কুর্ব্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন্ ভুজৈর্জিষ্ণুভি-
র্যাসাং হন্ত চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয় কুঞ্চতি ॥ ১৫০ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/১৭/২৮৯-দা য়েংবিয়ু।

### মূল ১৫১

এত কহি প্রভু তার গর্ব্ব চূর্ণ করিয়া।
তারে সুখ দিতে কহে সিদ্ধান্ত ফিরাইয়া ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক; কহি—হায়দুনা; প্রভু—প্রভুনা; তার—মহাক্কী (ভট্টগী); গর্ব্ব—নাপল; চূর্ণ—তোইহনবা; করিয়া—তৌদুনা; তারে—মহাক্তা; সুখ দিতে—নুংঙাইবা পীনবা হায়দুনা; কহে—হায়খি; সিদ্ধান্ত ফিরাইয়া—সিদ্ধান্ত হন্দোকুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা মসী হায়দুনা বেঙ্কট ভট্টগী নাপল থুদেক্লগা মহাকপু খেম্জনবী দমক সিদ্ধান্ত হান্দোক্লগা হায়রম্মী।

## নৈনরোল

বেঙ্কটভট্টনা তৌরম্বা নাপন্‌সে হীরম অনীদনী। অহান্‌বদনা, মানা খল্লম্বসী মাগী উপাস্য শ্রীনারায়ণমক্লা স্বয়ং ভগবান্নী। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী হায়বত্থু প্রমাণ তৌরগা বেঙ্কটভট্টগী নাপল পুঙতোই তোইহন্‌খি। অনীশুবদনা মহাক্কী (হায়বদি শ্রীসম্প্রদায়গী) ভজন-তনা খ্বাইদগী থোইবনী হায়না ভট্টনা খল্লম্মী। ভজনগী মাহাত্ম্য খঙগে হায়রবদি ভজন তুগী মপাম্মা ফংবা পোৎতুগী মাহাত্ম্যগী মপান্না খঙগদবনী। শ্রীসম্প্রদায়গী ভজন-গী ফল ওইনা ফংবদি শ্রীনারায়ণগী সেবানী। মরম-তুনা শ্রীনারায়ণগী সেবাতনা পুঙহেন-হেন্না পাম্নঙাইনী হায়না বেঙ্কট ভট্টনা নাপন্ তৌজরম্বনী। নাপন্দুগী চাংস্থ প্রভুনা ময়েং তাহন্‌খি। করম্বা মওংদা ময়েং তাহন্‌খি হায়বত্থু হায়জরি। শ্রীনারায়ণগী অন্তরঙ্গ-সেবাদি লক্ষ্মীনা ফংবগুম্না কনামতনা ফংবা ঙমদে। অত্থবু অত্তগুম্বী লক্ষ্মীদেবীস্থ বৈকুণ্ঠগী মুংঙাইবত্থু থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংননবা অকন্‌বা তপস্যা তৌখি; মসিমক্লা শ্রীনারায়ণগী সেবাদগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবানা হেন্না পাম্নঙাইনী হায়না অত্থগা শ্রীসম্প্রদায়গী ভজন দগী শ্রীকৃষ্ণভজন অত্থনা হেন্নী হায়বত্থু প্রমাণ তৌরে। মতৌ অসুম্না শ্রীমন্মহাপ্রভুনা বেঙ্কটভট্টগী নাপল মাঙহন্‌খি।

**তাঁরে সুখ দিতে**— বেঙ্কট ভট্টবু নুংঙাইহন্নবা, মপুক্লীঙ পেম্‌হন্নবা। নাপল য়েথেক্‌পীরবদি নুংঙাইতবা পোক্‌নি। ভট্টগী নাপল য়েথক্লবগীদমক প্রভুনা মূল ১১.—১৪৯-দা আলোচনা তৌখৎলকপনী। নাপল য়েথেক্‌পী-বনা ভট্টনা নুংঙাইরম্লোই হায়বত্থু প্রভুনা খঙলম্মী। নুংঙাইতবগী মৈচাক মুথৎনবগীদমক প্রভুনা পরিহাসগী (ফাগীজুগাইগী) মতেং তৌরম্মী, মরমদি পরিহাসগী মাধুর্যাত্থুনা ভট্টগী নুংঙাইতবত্থু পোক্কনী হায়বগী ভরসাদা। অত্থুম ওইনমক ভট্টগী মপুক্লীঙদা নুংঙাইতবত্থু লৈরম্মী, তৌবগী-বুদি মপাম্থোংমক্তদদি উৎলমদে। ভট্টগী নুংঙাইতবসী কোকহল্লগা মপুক্লীঙ-তুবু থেম্‌জন্নবা হায়তুনা প্রভুনা তুংদা লাক্লিবা মূল ১৫৪—১৫৫-দা অথুপ্পা সিদ্ধান্তসী হায়রি।

**সিদ্ধান্ত ফিরাইয়া**—প্রভুনা হান্না তৌখিনা সিদ্ধান্ত হন্দোক্তুনা ১৫৩—১৫৫ মূল-দা পল্লিবা অথুপ্পা সিদ্ধান্তগী রাস্থ হায়রম্মী। অত্থু প্রভুনা তৌখিবা সিদ্ধান্তনা করিনো অত্থগা মত্থবু করম্না ফিরায়-ক্লিবা (হন্দোক্লিবা)?

'ফিরাইয়া'—শব্দগী তাৎপর্য্য করিনো ? প্রভুনা সিদ্ধান্ত তৌরম্বদি অসিনী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী অমসুং স্বয়ং ভগবান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অসমোর্দ্ধ ( মান্নবসু লৈতবা মথক্কসু লৈত্রবা ) মাধুর্য্যনা চিংখিবা মরম্না কৃষ্ণসঙ্গ ফংনীংবনা অকন্‌বা তপস্যা তৌহুনসু লক্ষ্মীদেবীনা মহাক্কী লক্ষ্মী-দেবীগী দেহদা কৃষ্ণসঙ্গ ফংখিদে। তুংদা লাক্‌পা মূল ১৫৩—১৫৫-দগী খণ্ডবা ওয়দি প্রভুগী সিদ্ধান্ত অনীতুগী অমফাওবা হোংদোক্লমদে ( পরিবর্ত্তন তৌরমদে ) ; মরমতুনা "ফিরান"-শব্দগী অর্থদি 'পরিবর্ত্তন' (হোংদোকপা) হায়বা নত্তে হায়বনী শেংলে। কনাগুম্বা মী অমনা মফম অমদগী যাত্রা তৌরগা অনীশুবা মফম অমদা য়ৌরুরগা অমূক হল্লক্লবদি মীদো হান্নগী মফমদা হল্লক্লে ( ফিরিয়া আসিয়াছে ) হায়নৈ। হল্লকপা অসিনা ( ফিরিয়া আসা হায়বসিনা ) অনীশুবা মফমতু মাঙখ্রে হায়নদি খঙনদে ; অনীশুবা মফমতুদা মীতুনা চৎলুবা হায়বা থৌদোক্কুসু থোক্‌খিদে হায়বা রাদে ; থৌদোক্কুগী খোঙচৎ (গতি) অতু হোংদোকপদনী ( পরিবর্ত্তন তৌবদনী )। অতুগুম্না হান্নগা প্রভুনা তৌখিবা সিদ্ধান্ততু খণ্ডন তৌরে ( করে ) হায়বা নত্তে—সিদ্ধান্ততুবু লংশেক্লে হায়বা নত্তে। অতুনা খণ্ডনহল্লিবা রাদি, অসিনী মতুদি—সিদ্ধান্ততু য়ৌনবা হোৎনবদা শীজন্নখিবা যুক্তি অতুগী মায়কৈ পরিবর্ত্তন তৌরে হায়না খঙহনবনী। মহাক্কী পূর্ব্বসিদ্ধান্তগী য়ুমফম ওইখিবা গূঢ় সিদ্ধান্ততুগী মায়কৈদা প্রভুগী যুক্তিগী গতিতু পাংখরে হায়বগী বেঙ্কটভট্ট মরীক চুন্না খঙলে। গূঢ়সিদ্ধান্তনী মরীক চুন্না খঙলবদা বেঙ্কটভট্টগী লৈরম্বা নুংঙাইতবদো কোক্‌খরে।

মূল ১৫২

দুঃখ না মানিহ ভট্ট ; কৈল পরিহাস ।

শাস্ত্রসিদ্ধান্ত শুন যাতে বৈষ্ণব-বিশ্বাস ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

দুঃখ—নুংঙাইতবনী (হায়না) ; না মানিহ—লৌগনু ; ভট্ট—হে ভট্ট ; কৈল—( ঐনা ) তৌখিবনী ; পরিহাস—নোক্কনা হাঙাগ ; শাস্ত্রসিদ্ধান্ত—শাস্ত্রগী সিদ্ধান্ত ( য়ারেপ ) ; শুন—নাকোঙনা তাও ; যাতে—মতুদা ; বৈষ্ণব-বিশ্বাস—বৈষ্ণবশিংনা থাজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—হে ভট্ট, মুংঙাইতবা তৌগনু। ঐনা নোঙ্খি হায়দুনা ক্বাগি তৌবনী। বৈষ্ণবশিংনা থাজনরিবা শাস্ত্র-সিদ্ধান্তদু নাকোংনা তারো।

## নৈনরোল

হায়রিবা সিদ্ধান্তদু মতুংগী মূল পয়ার অসুমসিদা হায়রি।

## মূল ১৫৩

কৃষ্ণ-নারায়ণ যৈছে একই স্বরূপ।

গোপী-লক্ষ্মী ভেদ নাহি—হয় একরূপ ॥ ১৫৩ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ-নারায়ণ—শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা ; যৈছে—মদুগুম্না ; একই-স্বরূপ—স্বরূপ অমতা ( ওই ) ; গোপী-লক্ষ্মী—গোপীগা লক্ষ্মীগা ; ভেদ—খেন্নবা ; নাহি—লৈতে ; হয় - ওই ; একরূপ— স্বরূপ অমতনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা অনীসিগী স্বরূপ অমতনী, মদুগুম্না গোপীগা লক্ষ্মীগসু স্বরূপ অমতগীনী, স্বরূপকী য়েংলবদি মখোয়গী মরক্তা খেন্নবা লৈতে।

## নৈনরোল

শ্রীনারায়ণদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অমনী—বিলাসরূপনী, মরমদুনা স্বরূপকী য়েংলবদি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগগী মরক্তা করিমত্তা খেন্নবা লৈতে। মমাঙদা পন্খিবা 'সিদ্ধান্ততস্ত্বভেদেঽপি'—নচিংবা শ্লোক অদুনা রাকমদুগী শাস্ত্রীয় প্রমাণনী। মতৌ অদুগুম্না গোপীগা (শ্রীরাধাগা) শ্রীলক্ষ্মীগসু স্বরূপকী হায়রগদি করিমত্তা খেন্নদে—মখোয়নী অমত্তনী। শ্রীকৃষ্ণনক্না বৈকুণ্ঠদা শ্রীনারায়ণ ওইনা শকউৎপগুম শ্রীকৃষ্ণগী মূলকান্তাশক্তি ওইবী গোপী শ্রীরাধাসু বৈকুণ্ঠদা নারায়ণগী কান্তা লক্ষ্মী ওইনা শকউৎপনী। শ্রীনারায়ণনা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপ অংশ ওইবগুম্না শ্রীলক্ষ্মীদেবীসু শ্রীরাধাগী বিলাসরূপ অংশনী। "শ্রীরাধিকা হৈতে কান্তাগণের বিস্তার। অবতারী কৃষ্ণ যৈছে করে অবতার। অংশিনী রাধা হৈতে তিন গণের বিস্তার ॥ লক্ষ্মীগণ তাঁর বৈভব-বিলাসাংশরূপ /১/৪/৭৫-৭৭ ॥"

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা ( অমসুং মতৌ অদুগুম্না গোপী শ্রীরাধাগা শ্রীলক্ষ্মীদেবীগা ) তোঙানবা প্রকাশ ওইরবসু করম্না স্বরূপ য়েংলগা খেন্নদবনা হায়বদু তুংদা লাক্লিবা মূল ১৫৫-দা অদুগা 'মণির্যথা'-নচিংবা শ্লোক অদুদা হায়রি।

## মূল ১৫৪

গোপীদ্বারা লক্ষ্মী করে কৃষ্ণসঙ্গাস্বাদ।
ঈশ্বরত্বে ভেদ মানিলে হয় অপরাধ ॥ ১৫৪ ॥

## শব্দার্থ

গোপীদ্বারা—গোপীনা থোঙ ওইরগা; লক্ষ্মী করে—লক্ষ্মীনা তৌয়ি; কৃষ্ণসঙ্গ-আস্বাদ—কৃষ্ণসঙ্গগী মহাও তংবা; ঈশ্বরত্বে—ঈশ্বর ওইবগী মতাংদা; ভেদ—খেন্নবা; মানিলে—লৈ হায়রবদি; হয়—ওই; অপরাধ—অকায়বা, লানবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

গোপীনা থোঙ ওইদুনা লক্ষ্মীনা কৃষ্ণসঙ্গগী মহাও তংঙী। ঈশ্বরগী তোঙান তোঙানবা প্রকাশদা স্বরূপ খেন্নৈ হায়রবদি দোষ ওই।

## নৈনরোল

অদুনা হায়নদি লক্ষ্মীদেবীনা কৃষ্ণসঙ্গ ফংদে হায়রে; অদুবু মহাক কৃষ্ণসঙ্গ ইঙ্খং ফংদনবদি নত্তে। লক্ষ্মীগী দেহদা লক্ষ্মীনা কৃষ্ণসঙ্গ ফংদে হায়রবসু গোপীদেহদদি ফংখি। গোপী শ্রীরাধাগা শ্রীলক্ষ্মীগা স্বরূপকী হায়রগদি করিমত্তা খেন্নদে, অদুনা গোপী শ্রীরাধানা কৃষ্ণসঙ্গ ফংবনীনা রাধাগী থোঙদা লক্ষ্মীসু কৃষ্ণসঙ্গ ফংলিবনী।

ঈশ্বরত্বে ভেদ-নচিংবা—ঈশ্বরগী তোঙান তোঙানবা প্রকাশদা স্বরূপকী য়েংলগা খেন্নৈ হায়না খল্লবদি অপরাধ ( দোষ ) ওই। মরমদি, মতুম হায়রগদি ঈশ্বরগী তত্ত্বগী, মহাক্কী নিত্য ওইবা তত্ত্বগী—ব্রহ্মতত্ত্বগী মবমদা ওইদবা ডাঙবা ( অপলাপ ) তৌবা হায়বদু থোকয়ি। মরমসিনা শিবগী অমসুং শ্রীবিষ্ণুগী নাম রূপ-লীলা নচিংবদ খেন্নবনী হায়না খল্লগদি মতু নামাপরাধগী মচুং চল্লী। শিবস্য শ্রীবিষ্ণোর্য ইহ গুণনামাদিকমলং ধিয়া

ভিন্নং পশ্যেৎ স খলু হরিনামাহিতকরঃ। হ, ভ, বি, ১১/২৮৩-৮৬ ॥ মমাঙগী ১৫৩ মূল অদুগা নৈনরিবা মূলগী প্রথমার্দ্ধ-য়েংলগা বিচার তৌরগদি খঙবা ঙম্মী অদুদি—শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কী শ্রীনারায়ণচিংবা তোঙান্ তোঙান্বা স্বরূপকা খেন্নে খল্লগা অপরাধ ওইবগুম্না শ্রীরাধাগা লক্ষ্মীনচিংবা শ্রীরাধাগী তোঙান্ তোঙান্বা স্বরূপকা খেন্নে হায়না খল্লগসু অপরাধ হয়। শক্তিগা শক্তিমান্গা ( শক্তিগী মপুগা ) খেন্নবা লৈতে হায়বনা, থোইদোক্না শক্তিগী থবক্তনা ঈশ্বরনা ঈশ্বর ওইবত্থু য়ারিবনী অদুগা শক্তি নত্তনা ঈশ্বরনা ঈশ্বর ওইববু য়াদে হায়বনসু কৃষ্ণগী পূর্ণশক্তি ওইবী শ্রীরাধাবু অমসুং মহাক্কী তোঙান্-তোঙান্বা স্বরূপশিংবুসু নৈনরিবা পয়ারসিদা ঈশ্বরতত্ত্বনী হায়রি।

## মূল ১৫৫

একই ঈশ্বর ভক্তের ধ্যান-অনুরূপ।

একই বিগ্রহে করে নানাকার রূপ ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

একই ঈশ্বর— ঈশ্বর অমথক্তনা ; ভক্তের— ভক্তগী ; ধ্যান অনুরূপ— ধ্যান মতুং ইন্না ; একই বিগ্রহে— দেহ অমতদা ; করে—লৌয়ি ; নানা-আকার—মওং মখল-মখাগী ; রূপ —শক্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরদি অমথক্তনী ; অমথক্তা ওইবা ঈশ্বরদুনা ভক্তগী ধ্যান (লাইনীঙ) মতুং ইন্না দেহ অমতদা শকওং মখল মখা লৌয়ি।

### নৈনরোল

মীওইবশিংগী মরক্তা খেন্নবা লৈবনা মখোয় মখোয়গী অপাম্বসু খেন্নে, মখোয় মখোয়গী স্বভাবসু (হৌনশাস্থু) খেন্নে ; মরমদুনা মখোয়গী অভীষ্টসু (নুংশিজবসু) তোঙান্-তোঙাল্লী অদুগা উপাসনাসু ( লাইনীঙ ) তোঙাল তোঙাল্লী। কনামনা কৃষ্ণসেবা পাম্মী, মরমদুনা কৃষ্ণবু লাৎচৈ, কৃষ্ণবু ধ্যান তৌয়ি ; কনামনা নারায়ণবু সেবা তৌনীঙভী, মরমদুনা মানা নারায়ণবু উপাসনা তৌয়ি, নারায়ণবু ধ্যান তৌরি ; কনা কনাগুম্বনা রাম-নৃসিংহন-চিংববু সেবা তৌনীঙভী ; অদুনা মখোয়না রাম-নৃসিংহনচিংবব উপাসনা

তৌয়ি, রাম-নৃসিংহনচিংববু ধ্যান তৌয়ি। ঈশ্বর অমখক্তুনা দেহ অমত্তদা কৃষ্ণগী উপাসকী মক্ষমদা কৃষ্ণ ওইনা, নারায়ণগী উপাসকী মক্ষমদা নারায়ণ ওইনা, রাম-নৃসিংহনচিংবগী উপাসকশিংগী মক্ষমদা রাম-নৃসিংহনচিংবো ওইনা দর্শন পীতুনা মখোয় মখোয়গী সেবা লৌবিতুনা তোঙান্-তোঙানবা ভাব-কী ভক্তশিংবু চান্বী।

**একই ঈশ্বর** - ঈশ্বরদি অমখক্তনী ; অমদগী হেন্বা ঈশ্বর লৈতে, লৈবস্যু য়াদে ; মহাক্তি অমতনী অদুগা অনীশুদবা অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্বনী। উপনিষদ্না মাবু ব্রহ্ম কৌরিবা, "বৃহত্বাদ্ বৃংহণত্বাচ্চ তদ্ব্রহ্ম পরমং বিদুঃ"—হায়দুনা বিষ্ণুপুরাণা, "কৃষ্ণস্তুভগবান্ স্বয়ং"—হায়দুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্-না, "কৃষিভূর্বাচকশব্দোণশ্চ নিবৃত্তিবাচকঃ। তয়োরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥" হায়দুনা স্মৃতিনা, "ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥" হায়দুনা ব্রহ্মানা পরিচয় পীরিবা মহাক্তনা অমতাঙায়বা অমসুং অনীশুদবা ঈশ্বর, পরম ঈশ্বর, স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র অসিনী। তোঙাস্তাবা (পরিচ্ছিন্ন) ওইবা মাল্লবস্যু মহাক্কী বিগ্রহ হায়বদি দেহতু স্বরূপ মতুংইন্না পরিচ্ছিন্ন ( তোঙান্-তোপ্‌তোপ্-তাবা ) নত্তে, -মক্ষম পূম্বদা চৎপনী ( সর্ব্বগ )-নী, ভমখৈ-নাইদবনী ( অনন্তনী ), বিভুনী (শীন্থুংনা লৈবনী)। ভমখৈ-নাইবা-মান্বা দেহদা মহাক পরিচ্ছিন্ন-নত্তবা বিভু-বস্তুনী হায়বদো প্রকটলীলাগী মতমদা দ্বারকাদা মহাক্কা মতম অমতদা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী ব্রহ্মাশিংবু নীংশীংখি ; মখোয় লোইনমক লাক্তুনা থুংলখি অদুগা মখোয় খুদিংমক্কা থল্লম্মী—শ্রীকৃষ্ণ মতমদুদা মা মাগী ব্রহ্মাণ্ডদা লৈ। মসিদগী খঙবা য়াবদি মহাক পরিচ্ছিন্ন ওইনা—ভমখৈনাইবা ওইনা—উরিবা হকচাংদু ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা শন্দুনা লৈরম্মী। ব্রজদা লৈখোম-চাবগী লীলাদা অঙাং অপিশকী পীকৃপ্রবা য়াম্লুংদা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ব্রজধাম-নচিংবা উৎলগা শ্রীকৃষ্ণনা ভমখৈনাইগুম্বা মান্বা দেহগী ভমখৈনাইদবতু উৎখি। অমতা-ঙায়বা অনীশুদবা ঈশ্বরসিগী শীঙনাইদবা শক্তি লৈ ; শক্তি খুদিংগী অমসুং শক্তিনা তৌবা থবক্কী মখল মখেনস্যু শীঙনাইদবনী ; শক্তিসিগী থবক্তি মাগী শীঙনাইদবা ঐশ্বর্য্য, শীঙনাইদবা মাধুর্য্য অদুগা শীঙনাইদবা রসগী মখল-মখেনশিংদুনী ; শীঙনাইদবা শক্তি, শক্তিশিংদুগী শীঙনাইদবা থবক,

শীগুনাইদবা ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য অমস্তুং রসগী শীগুনাইদবা মথল মথেল শীগুনাই-দবা মওংদা তিন্নরবদা অমূকস্তু শীগুনাইদবা মথস মথেল কয়ান্দা। শীগুনাইদবা মথল মথেল পূম্নমকসীগী শক্লাই-মূর্ত্তিদি নারায়ণ, রাম-নৃসিংহনচিংবা শীগুনাইদবা ভগবৎ-স্বরূপশিংসিনী। শক্তিমান্‌গী ( শক্তিমপুগী ) মছাক্তুংদা শক্তিগী লৈফম্নী। মরমতুনা অমতা-ভায়বা অনীশুদবা ঈশ্বর মহাক্কী দেহ অতুমতংতুদা—মহাক্কী অনন্ত শক্তি, অনন্তশক্তিগী থবক্লচিংবা অতুগা থবক-শিংতুগী মথল মথেলশিং—অতুগা মথল-মথেল ( বৈচিত্রী ) ময়ামসীগী মূর্ত্ত-বিগ্রহগী মশক ওইবা নারায়ণ-রাম নৃসিংহনচিংবা ভগবৎস্বরূপ পূম্নমক লৈরিবনী। হায়রিবা রাসী থূদম অমগী মতেঙনা থঙবা য়াই। অঙাঙবা, অমুবা, অশংবা নাপুনচিংবা মচুশিং তিন্নরগা ময়ুবকণ্ঠী'রং হায়বদি বৈদূর্য্য-মণিগী মচু ওই। মচু পূম্নমক তিন্নরগা ওইবা মচুতুবু ময়ূরকণ্ঠী রং কৌয়ি। বৈদূর্য্যমণিগী মচুস্তু অতুগুম্বনী, অতুবু অঙাঙবা, অমুবা, অশংবনচিংবা মচু থুদিংমকস্তু ময়ুরকণ্ঠী মচুগী অমস্তুং বৈদূর্য্যমণি মচুগী মস্তুংচনবনী ; ময়ুরকণ্ঠী রংগী ফি অমদা ময়ুরকণ্ঠী রং লৈবা মফম মফমদা অঙাঙবা অমুবনচিংবা মচু থুদিঙমক লৈরিবনী ; ময়ুবকণ্ঠী বর্ণগী মাপান্দা ফিতুদা অঙাঙবা, অমুবনচিংবা মচু লৈতে। মতৌ অতুগুম্না মথল মথেল ( বৈচিত্রী ) ময়াম তিল্লগা ওইবা ভগবৎস্বরূপ অতুমক অমতাভায়বা অনীশুদবা ঈশ্বরনী ; মাগী মস্তুংদা তোঙান্ তোঙান্‌বা বৈচিত্রী নল্লগা তোঙান্ তোঙান্‌বা ভগবৎ স্বরূপ পূম্নমক চল্লিবনী ; মাগী নত্তবা করিগুম্বা বৈচিত্রী নল্লগা ভগবৎস্বরূপ লৈতে—লৈবস্তু য়াদে।

**ভক্তের ধ্যান অনুরূপ**—ভক্তগী উপাসনা ( লাইড়াং ) মতুংইন্না। তোঙান্ তোঙান্‌বা ভক্তগী অপাম্বশিংতু তোঙান্ তোঙাল্লী ; মখোয়গী প্রকৃতিস্তু (মতৌস্তু) তোঙান্ তোঙাল্লী। অমতা-ভায়বা অনীশুদবা ঈশ্বরদা লৈবা রস বৈচিত্রীদি শীঙলাক্-ঙমদবনী। বৈচিত্রী পূম্নমক্কা মী পূম্নমক্কী পূক্নীঙ হূবা ঙমদে। মী মীতুনা পাম্জবা বৈচিত্রীতুবু ( বৈচিত্রীতুগী মূর্ত্ত-বিগ্রহ ওইবা ভগবৎ স্বরূপতুবু ) মী মীতুনা উপাসনা তৌয়ি। মাবুদা থল্লী, মাবুদা সেবা তৌনীঙঙী। মরমতুনা কনামনা শ্রীকৃষ্ণ উপাসনা তৌয়ি, কনামনা নারায়ণবু উপাসনা তৌয়ি, কনা কনানা রাম নৃসিংহনচিংববু উপাসনা তৌয়ি। মতৌ অসুম্না তোঙান তোঙানবা ভক্তগী তোঙান

তোঙানবা উপাসনা মতুং ইন্না অমতা-ঙায়বা অনীশুদবা ঈশ্বরমা বিগ্রহ অমত্তদা—মহাক্কী বৈচিত্রী পূম্বী মপূমগী মশক ওইবা দেহ অতুমত্তনা (তোঙানবা দেহ অমা মত্তনা) ধরে নানাকার রূপ—(মওং তোঙান্ তোঙানবগী শক ফৌয়ি)। নারায়ণগী উপাসক অতুদা নারায়ণগী রূপ উহল্লী অমুগা সেবা ফংহল্লী, অতুম্না রামগী উপাসক-তা রামগী রূপ উহল্লী অতুগা সেবা ফংহল্লী অতুগা মহে য়াল্হল্লী। নারায়ণ-রাম-নৃসিংহনচিংবা রূপ অসী মাগী স্বয়ংরূপ ওগী তোঙানবা বিগ্রহ-দা উৎপা নত্তে—রস-বৈচিত্রী পূম্নমক্কা ত্রিভঙ্গিবা মাগী বিগ্রহ—পাম্বোম-অনী-প্যানবা মুরলী-পায়বা বিগ্রহ-তুত্তনা মহাক্না রাম-নৃসিংহনচিংবা বিগ্রহশিং উৎপনী। ময়ুরকণ্ঠী রং লৈবা কৌবদগী মাগী মনুঙদা অঙাঙবা অমুবা নচিংবা লৈবগুম্না অনাদিকাল-দগী লৈরক্লবা অমতা-ঙায়বা অনীশুদবা ঈশ্বরগী নিত্য বিগ্রহদা (হকচাঙ্গুংদা) নারায়ণ-রাম-নৃসিংহনচিংবা রূপ-স্ু মম্তম পুম্বা ঙাম্মোইনা লৈবনী। অয়েংবা মীগী মফম থেন্নবনা হায়বদি মীৎয়েংফম থেন্নবনা ময়ুরকণ্ঠ বর্ণগী মনুঙদা অউবা মীনা অঙাঙবা অশংবনচিংবা মচু তোঙান্ তোঙান্ উবগুম্না ভক্তগী লাইনীঙ (উপাসনা) মতুং ইন্না অমতা ঙায়বা অনীশুদবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদা ভক্তনা মাগী উপাস্য (লাৎচবা) স্বরূপ অতুবু উনা ফংজে।

নৈনরিবা পয় রসিদগী থওবা ওথদি অসিনী. মতুদি— অমতা ঙায়বা অনীশুদবা (একম্ এব অদ্বিতীয়ম্) ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদগী তোঙানবা বিগ্রহ অমদা নারায়ণ নত্রগা রাম নত্রগা নৃসিংহনচিংবা অতোপ্পা কনাগুম্বা ভগবৎ-স্বরূপ অমতা লোতে। ময়ুরকণ্ঠী মচুগা অঙাঙবা-অশংবনচিংবা তোঙান্ তোঙানবা মচুগা স্বরূপকী মতুং ইন্না থেন্নদবগুম্ শ্রীকৃষ্ণগা তোঙান্-তোঙানবা ভগবৎস্বরূপশিংগা থেন্নদে।

ময়ুরকণ্ঠ মচুগীগুন্না মহাক্কী তোঙান্ তোঙানবা বৈচিত্রী ওইবা অঙাংবা-অশংবনচিংবা মচুনম্ভ ময়ুরকণ্ঠ মচুগী ফি অতুব পুওথুং হুনা চুবগুম্না, অমতা ঙায়বা অনীশুদবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী সর্বগ অনন্ত বিভু বিগ্রহগী মতৌগুম্না মহাক্কী শীঙলাক ওমদবা রস-বৈচিত্রীগী মূর্ত বিগ্রহ ওইবা অনন্ত ভগবৎ স্বরূপশিংনী মথেৎয় পুদিওমক্ সর্বগনি (মফম পুম্বদা চংলী), অনন্তনী (লোইশিন্না নাইদবনী), বিভুনী (পুম্নমক শীনদুনী)। পোংকী স্বরূপকী ওইবা

ধর্ম্মহ মাগী অংশদস্ু লৈ। বিভু ওইবা হায়বসী শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগী স্বরূপকী ওইবা ধর্ম্মনী ; মহাকী মখলমখাগী বৈচিত্রীশু বিভু ওইগনী।

মথাঙগী ১৫৩—১৫৪ মূলগা লোয়নননা য়েংলগা ফংথদি অদিনী—শ্রীকৃষ্ণনা নারায়ণচিংবা ওইহুনা নারায়ণচিংবগী উপাসকশিংগী নীঙবা থুংহনবগুম্না গোপী-শ্রীরাধাসু লক্ষ্মীনচিংবগী ওইহুনা লক্ষ্মীনচিংবগী উপাসক-শিংগী নীঙবা থুংহল্লী। শ্রীকৃষ্ণ-বিগ্রহ-নত্তবা বিগ্রহ অমা নারায়ণচিংবগী লৈত্তবগুম্না লক্ষ্মীনচিংবী ভগবৎ-কান্তাশিংগীসু শ্রীরাধাগী বিগ্রহদগী তোঙানবা বিগ্রহ অমা লৈতে। মসিমক মহাপ্রভুগী মত মতুং ইন্না শাস্ত্রনা য়াবা বৈষ্ণবশিংগী থাজবা অমনী।

মরম অনীগীদমক বেঙ্কট ভট্টনা থম্মোই সুংডাইরমদবনী। মরম অনীহুদি অসিনী—অমনা, মাম্না লাৎচবা নারায়ণ অহু স্বয়ং ভগবান্ নত্তে হায়বা, অহুগা অমমা, লক্ষ্মীদেবীনা কৃষ্ণসঙ্গ ফংদবা। হৌজিক মহাপ্রভুদগী বৈষ্ণব-সিদ্ধান্ত মনাকোঙনা তারগা মানা খঙখি—শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা অমতনী—নারায়ণগী শকৃকমদা শ্রীকৃষ্ণমক মাগী উপাস্যনী অমসুং গোপী-শ্রীরাধাগা লক্ষ্মীগসু অমতনী। ময়ুরকণ্ঠী মচুগী ফি-ইনবা কনাগুম্বা মীগী হকচাঙবু ময়ুরকণ্ঠী মচুগা লোয়নননা অঙাঙবা-অশংবনচিংবা মচুশিংনা শোকপা ফংবগুম্না শ্রীরাধানা থোঙ ওইহুনা লক্ষ্মীসু কৃষ্ণসঙ্গ ফংলি—হায়বা তৱসী বেঙ্কট ভট্টনা প্রভুগী কৃপানা খঙলবহুদা মানা রারম্বা অহু রাকম থোক্তে হায়না মহাক খঙখি।

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা পীরি।

## মূল ১৫৬

মণির্যথা বিভাগে নীলপীতাদিভির্যুতঃ।
রূপভেদমবাপ্নোতি ধ্যানভেদাত্তথাচ্যুতঃ॥ ১৫৬॥

## শব্দার্থ

মণি—বৈদূর্য্যমণিনা ; যথা—গুম্না ; বিভাগেন—থায়দোকপনা ; নীল—মুরৈনবা ; পীত—নাপু ; আদিভিঃ—চিংবনা ; যুতঃ—তিনবা ; রূপভেদম্—শকাগননা ; অবাপ্নোতি—ফংঙী ; ধ্যানভেদাৎ ধ্যান শেম্নবনা ; তথা গুম্না ; অচ্যুতঃ—শ্রীকৃষ্ণ

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈদূর্য্যমণিনা বিভাগ তোঙান্‌বা মতুং ইন্না মুরৈনবা, নাপুনচিংবা মচুগী ওইবগুম্না অচ্যুত ( কেন্‌বা-নাইদবা ) শ্রীকৃষ্ণনা (ভক্তগী) ধ্যান খেন্নবা মতুং ইন্না তোঙান্ তোঙান্‌বা শক্ লৌয়ি।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীনারদপঞ্চরাত্রদগীনী।

**মণিঃ**—মফমসীদা মনিগী অর্থ বৈদূর্য্যমণি-নী। বৈদূর্য্য-মণিবু বহুরূপী (শক্লোন্‌পুবা) হায়নস্‌ কৌনৈ। মণিসিদা হৌদোং মমিৎ মান্‌বা কোয়রোক কোয়রোকপা মওংদা মুরৈনবা নাপুনচিংবা মচু মখল মখল য়াওয়ি; মফম-লৈফম খেন্নবা মতুং ইন্না মণিসীদা মচু মখল মখল উবা ফংঙী; মায়কৈ অমরোমদগী য়েংলগা মুরৈনৈ, অতোপ্পা মারকৈ অমদগী য়েংলগা নাপু মচু ওইনা উই।

বিভাগেন—লুপ্‌খায় খেন্নবনা; মফমগী নত্রগা মায়কৈগী নত্রগা মতমগী মখায় খেন্নবনা। তোঙান্ তোঙান্‌বা মফমদগী, তোঙান্ তোঙান্‌বা মায়কৈদগী, নত্রগা তোঙান্ তোঙান্‌বা মতমদা বৈদূর্য্যমণিবু য়েংবদা মঙোন্দা তোঙান্ তোঙান্‌বা মচু উবা ফংঙী; অদুমন্নদি ওইরগা মণিত্নদি মতমপুম্নদা অমতা ওইনা লৈ। মঙোন্দা অদুগুম্না তোঙান্ তোঙান্‌বা সাধনা তৌদুনা, তোঙান্ তোঙান্‌বা ধ্যান তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্ য়েংলগসু শ্রীকৃষ্ণবু তোঙান্ তোঙান্‌বা শক্তমদা উবা ফংগনী। মাগী মাগী ধ্যান মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী রূপস্ উগনী।

মূল ১৫৭

ভট্ট কহে—কাহাঁ মুই জীব পামর।

কাহাঁ তুমি সেই কৃষ্ণ—সাক্ষাৎ ঈশ্বর॥ ১৫৭॥

শব্দার্থ

ভট্ট কহে—ভট্টনা হায়; কাহাঁ—কদায়; মুঞি—ঐ; জীব—জীব; পামর—অপ্তানবা; কাহাঁ—কদায়; তুমি—নঙনা; সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণদুনী; সাক্ষাৎ—শংশংবা; ঈশ্বর—ঈশ্বরনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টনা হায়রক্মী—"ঐদি তোল্লবা জীবনী ; অদুগা নঙদি (নঙনা প্রমাণ তৌছনা তাক্‌খিবা) কৃষ্ণ অদুমক্কী ; অদুগা সাক্ষাৎ ঈশ্বরমক্কী নঙদি ।

মূল ১৫৮

মোরে পূর্ণ কৃপা কৈল লক্ষ্মীনারায়ণ ।
তাঁর কৃপায় পাইল তোমার চরণদর্শন ॥ ১৫৮ ॥

শব্দার্থ

মোরে—ঐবু ; পূর্ণ—মপুঙ ফাবা ; কৃপা—থৌজাল্ ; কৈল—তৌবিরে ; লক্ষ্মীনারায়ণ—শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ অনীনা ; তাঁর—মখোয়গী ; কৃপায়—থৌজাল্না ; পাইল—ফংলে ; তোমার—নঙগী ; চরণদর্শন—খোঙ উবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ অনীনা মপুঙফানা চান্‌বীরে । মখোয়নীনা চান্‌বিবদগী ঐনা নঙগী ( মহাপ্রভুগী ) চরণদর্শন ফংজবনী ।

মূল ১৫৯

কৃপা করি কহিলে মোরে কৃষ্ণের মহিমা ।
যাঁর রূপ-গুণৈশ্বর্য্যের কেহো না পায় সীমা ॥ ১৫৯ ॥

শব্দার্থ

কৃপা করি—চান্‌বিদুনা ; কহিলে—হায়বিরে ; মোরে—ঐঙোন্দা ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ; মহিমা—মতীকময়াই ; যাঁর—মগী ; রূপ—শক্ ; গুণ—গুণ ; ঐশ্বর্য্যের—ঈশ্বর ওইবা মতৌগী ; কেহে—কনামত্তনা ; না পায়—ফংদে ; সীমা—ডমথৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজাল্‌বিদুনা ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা তাকপীরে । কনামত্তনা মহাক্কী রূপ-গুণ-ঐশ্বর্য্যগী ডমথৈ খঙদবনী ।

মূল ১৬০

এবে সে জানিল কৃষ্ণভক্তি সর্ব্বোপরি।
কৃতার্থ করিলে মোরে কহি কৃপা করি ॥ ১৬০ ॥

## শব্দার্থ

এবে—হৌজিক ; সে—মতু ; জানিল--খঙজরে ; কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণ নীঙবা হায়বতুনা ; সর্ব্ব-উপরি—খ্বায়গী মথক্তনী ; কৃতার্থ—মহৈয়ান্বা : করিলে—ওইহন্বিরে ; মোরে—ঐবু ; কহি—হায়বিতুনা ; কৃপা করি—চান্বিতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিমার্গদা শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌবনা ভজন পুম্নমক্কী মথক্তনী হায়বতু ঐহাক হৌজিক খঙজরে। প্রভুনা চান্বিতুনা রাফমসী তাক্পীবদগী ঐগী মহৈ য়ান্বা হায়বতু ওইরে।

মূল ১৬১

এত বলি ভট্ট পড়ে প্রভুর চরণে।
কৃপা করি প্রভু তারে কৈল আলিঙ্গনে ॥ ১৬১ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসী ; বলি—হায়তুনা ; ভট্ট—বেঙ্কট ভট্না ; পড়ে—তুথৈ ; প্রভুর চরণে প্রভুগী খুযাদা ; কৃপা করি চান্বিতুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; তারে মাবু ; কৈল—তৌখি, আলিঙ্গন কোন্থংপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসী হায়রগা বেঙ্কট ভট্না প্রভুগী খুযাখাদা তুরম্মী। প্রভুনা চান্বির-তুনা মহাকপু কোন্থংপীরম্মী।

মূল ১৬২

চাতুর্ম্মাস্য পূর্ণ হৈল, ভট্টের আজ্ঞা লঞা।
দক্ষিণ চলিলা প্রভু শ্রীরঙ্গ দেখিয়া ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

চাতুর্মাস্য পূর্ণ হৈল—চাতুর্মাস্য মপুঙ ফারে ; ভট্টের—বেঙ্কট ভট্টগী ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা—লৌহুনা ; দক্ষিণ—খা-লৈবাক্তা ; চলিলা—লেঙডী ; প্রভু—শ্রীমন্মহাপ্রভু ; শ্রীরঙ্গ দেখিয়া—শ্রীরঙ্গ দর্শন তৌরগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাতুর্মাস্যগী মতম শুরে । বেঙ্কট ভট্টগী য়াথং লৌরগা অমস্তুং শ্রীরঙ্গ দর্শন তৌরগা প্রভু খা-ভারতকী মথা তাথনা লেংখিরম্মী ।

### মূল ১৬৩

সঙ্গেতে চলিলা ভট্ট না যায় ভবনে ।

তাঁরে বিদায় দিল প্রভু অনেক যতনে ॥ ১৬৩ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্গেতে—লোয়ননা ; চলিলা—চংলম্মী ; ভট্ট—বেঙ্কট ভট্ট ; না যায়—চত্তে ; ভবনে—য়ুমদা ; তাঁরে—মহাকপু ( ভট্টবু ) ; বিদায় দিল—বিদায় পীরম্মী : প্রভু—প্রভুনা ; অনেক—য়াম্না ; যতনে—হোৎনজুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা লোয়ননা বেঙ্কট ভট্ট চংলম্মী, মযুমদা হন্গে হায়দে । অদুদা প্রভুনা য়াম্না হোৎনজনা ভট্টদা বিদায় পীরম্মী ।

### মূল ১৬৪

প্রভুর বিচ্ছেদে ভট্ট হৈল অচেতন ।

এই রঙ্গে লীলা করে শ্রীশচীনন্দন ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর বিচ্ছেদে—প্রভুগা কায়নবদা ; ভট্ট—বেঙ্কট ভট্ট ; হৈল—ওইখি ; অচেতন—ৱাস্থবা ; এই রঙ্গে—মতৌ অসুম্না ; লীলা করে—লীলা তৌয়ি ; শ্রীশচীনন্দন—শ্রীশচীগী মপারি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা কায়নবদা বেঙ্কট ভট্ট রাম্বরম্মী। মতৌ অসুম্না শ্রীশচীগী মপা-রি-না লীলা শান্নে।

মূল ১৬৫

ঋষভ পর্ব্বতে চলি আইলা গৌরহরি।

নারায়ণ দেখি তাহাঁ স্তুতি-নতি করি ॥ ১৬৫ ॥

শব্দার্থ

ঋষভপর্ব্বতে চলি—ঋষভপর্বত তায়া; চলি—চৎলগা; আইলা—লাকখি; গৌরহরি—শ্রীগৌরহরি; নারায়ণ দেখি—নারায়ণ দর্শন তৌরগা; তাহাঁ—মফমদুদা; স্তুতি—স্তব; নতি—খুরুম্বা; করি—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষভপর্ব্বত তায়না গৌরহরিনা লেঙলকখি। মফমদুদা শ্রীনারায়ণ-বিগ্রহ দর্শন তৌরগা স্তব তৌখি অমসুং খুরুমখি।

মূল ১৬৬

পরমানন্দপুরী তাহাঁ রহে চতুর্মাস।

শুনি মহাপ্রভু গেলা পুরীগোসাঞি পাশ ॥ ১৬৬ ॥

শব্দার্থ

পরমানন্দপুরী—পরমানন্দপুরী; তাহাঁ—মফমদুদা; রহে—লৈ; চতুর্মাস—থা মরি; শুনি—নাকোঙনা তাদুনা; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; গেলা—চৎখি; পুরীগোসাঞি পাশ—পুরীগোসাঞিগী নাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমানন্দপুরীডু ঋষভপর্ব্বতে অদুদা থা মরি লৈ হায়না প্রভুনা তাবদুনা পুরীগোসাঞিগী নাক চান্না লেংখিরম্মী।

তৈনংরোল

পরমানন্দপুরী—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্যনী অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী গুরু ঈশ্বরপুরীগী গুরুভাইনী (হায়বদি গুরু অমত্তগী শিষ্য মশেন্নী)।

মূল ১৬৭

পুরীগোসাঞির প্রভু কৈল চরণ-বন্দন।
প্রেমে পুরীগোসাঞি তাঁরে কৈল আলিঙ্গন ॥ ১৬৭ ॥

শব্দার্থ

পুরীগোসাঞির—পরমানন্দপুরীগী ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌখি ; চরণ-বন্দন—খোঙদা খুরুম্বা ; প্রেমে—নুংশিবনা ; পুরীগোসাঞি—পরমানন্দ পুরী গোস্বামীনা ; তাঁরে—মহাকপু (প্রভুবু) ; কৈল—তৌখি ; আলিঙ্গন—কোন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীপাদ পরমানন্দপুরী গোস্বামীগী চরণ-খাদা খুকমখি। পুরীগোসাঞিসু নুংশি-নুংশিনা প্রভুবু কোন্শল্লম্মী।

মূল ১৬৮

তিনদিন প্রেমে দোঁহে কৃষ্ণকথা রঙ্গে।
সেই বিপ্রঘরে দোঁহে রহে একসঙ্গে ॥ ১৬৮ ॥

শব্দার্থ

তিনদিন—নুমীৎ হুম্নী ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; দোঁহে—অনীনা ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী ৱা ঙাঙনৈ ; রঙ্গে—নুংঙাইনা ; সেই বিপ্রঘরে—ব্রাহ্মণগী য়ুমদা ; দোঁহে—অনীনা ; রহে—লৈ ; এক সঙ্গে—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎহুম্নী অনীমু (প্রভু অমসুং পুরী গোসাঞি) কৃষ্ণপ্রেমদা কৃষ্ণগী ৱা নুংঙাইনা ঙাংনরম্মী। ব্রাহ্মণগী য়ুমদা অনীমক পুল্লপ লৈমিন্নরম্মী।

মূল ১৬৯

পুরী গোসাঞি কহে—আমি যাব পুরুষোত্তমে।
পুরুষোত্তম দেখি গৌড়ে যাব গঙ্গাস্নানে ॥ ১৬৯ ॥

শব্দার্থ

পুরীগোসাঞি—পরমানন্দ পুরী গোস্বামী ; কহে— হায় ; আমি— ঐ , যাব—চৎকনী ; পুরুষোত্তমে—শ্রীক্ষেত্রদা ; পুরুষোত্তম—শ্রীক্ষেত্র ; দেখি—য়েংলগা ; গৌড়ে বাঙ্গালা-দেশদা ; যাব—চৎকনী ; গঙ্গাস্নানে—গঙ্গাস্নানগীদমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীগোসাঞিনা হায়রম্মী—ঐ পুরুষোত্তমদা চৎকনী । পুরুষোত্তম দর্শন তৌরগা গৌড়দা গঙ্গাস্নান তৌবা চৎকনী ।

মূল ১৭০

প্রভু কহে তুমি পুন আইস নীলাচলে ।

আমি সেতুবন্ধ হৈতে আসিব অল্পকালে ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; তুমি নহাক ; পুন—অমুক হন্না ; আইস—লাকুউ , নীলাচলে—নীলাচল-দা ; আমি—ঐ ; সেতুবন্ধ হৈতে সেতুবন্ধদগী ; আসিব—লাক্কনী ; অল্পকালে—মতম খরদগী মনুঙদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নঙ অমুক হন্না নীলাচলদা লাকুউ । ঐহাক সেতুবন্ধদগী মতম খরদগী মনুঙদা হল্লকনী ।

মূল ১৭১

তোমার নিকটে রহি হেন বাঞ্ছা হয় ।

নীলাচলে আসিবে মোরে হইয়া সদয় ॥ ১৭১ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; নিকটে—নাক্তা ; রহি—লৈগে ; হেন—অসিগুম্বা ; বাঞ্ছা—অপাম্বা ; হয় ওই ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আসিবে—লাকুউ ; মোরে—ঐবু ; হইয়া সদয়—চান্‌বিদুনা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী ) নঙগী নাক্তা লৈবা পাম্মী। ঐবু চান্‌বিদুনা নীলাচলদা লাক্‌উ।

মূল ১৭২

এত বলি তার ঠাঞি এই আজ্ঞা লঞা।
দক্ষিণ চলিলা প্রভু হরষিত হঞা ॥ ১৭২ ॥

শব্দার্থ

এত বলি—অসী হায়রগা ; তার—মাগী ; ঠাঞি—মফমদা ; এই—মসী ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা লৌদুনা ; দক্ষিণ খা ; চলিলা—পাংখি ; প্রভু—প্রভুনা ; হরষিত—হরাওবা ; হঞা ওইদুনা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

বা অসী হায়রগা প্রভুনা মাগী মফমদগী য়াথং লৌবগা দক্ষিণলোমদা হরাওনা পাংখি।

মূল ১৭৩

পরমানন্দপুরী তবে চলিলা নীলাচলে।
মহাপ্রভু চলি চলি আইলা শ্রীশৈলে ॥ ১৭৩ ॥

শব্দার্থ

পরমানন্দপুরী পরমানন্দপুরী ; তবে—অদুদগী ; চলিলা—চংখি ; নীলাচলে—নীলাচললোমদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; চলি চলি চংলা চংলগা ; আইলা লাকখি ; শ্রীশৈলে শ্রীশৈলদা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অদুদগী পরমানন্দপুরীনা নীলাচল মায়কৈ পাংখি অদুগা মহাপ্রভুনা অম্সুম অম্সুম লেংবা অদুনা শ্রীশৈলদা থুংখি।

মূল ১৭৪

শিবদুর্গা রহে তাহাঁ ব্রাহ্মণের বেশে।
মহাপ্রভু দেখি দোঁহার হইল উল্লাসে ॥ ১৭৪ ॥

শব্দার্থ

শিবদুর্গা—শিবগা দুর্গাগা ; রহে—লৈ ; তাহাঁ—মফমতুদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু ; দেখি—উরগা ; দোঁহার—অনীমক্কী ; হইল—ওইরম্মী ; উল্লাসে হরাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদা (শ্রীশৈলদা) ব্রাহ্মণগী বেশদা শিবগা দুর্গাগা লৈ। মখোয়নীনা মহাপ্রভুব উজবদা হরাওরম্মী।

মূল ১৭৫

তিনদিন ভিক্ষা দিল করি নিমন্ত্রণ।
নিভৃতে বসি গুপ্তকথা কহে দুইজন ॥ ১৭৫ ॥

শব্দার্থ

তিন—অহুম , দিন—নুমীৎ ; ভিক্ষা দিল—প্রসাদী খুলহল্লী ; করি—তৌদুনা ; নিমন্ত্রণ—কার্ড্রোন ; নিভৃতে—অচাক্পদা ; বসি—ফম্মগা ; গুপ্তকথা—অথুপ্পা ৱা ; কহে—হায়নৈ ; দুইজন—মখোয় অনীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমন্ত্রণ তৌদুনা নুমীৎ হুম্না ভিক্ষা কংহল্লখি। মখোয় অনীনা অচাক্পদা ফম্মিন্নগা অথেম্পা ৱারী শান্নখি।

মূল ১৭৬

তাঁর সঙ্গে মহাপ্রভু করি ইষ্টগোষ্ঠী।
তাঁর আজ্ঞা লঞা আইলা প্রভু কামকোষ্ঠী ॥ ১৭৬ ॥

শব্দার্থ

তাঁর সনে—মখোয়গা লোয়নননা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; করি—তৌদুনা ইষ্টগোষ্ঠী—অপাম্বা হীরমদা ৱারীশাক্তাই শানা ; তাঁর—মহাক্কী (মখোয়গী) ; আজ্ঞা—য়াথং ; লঞা—লৌবগা . আইলা—লাকখি ; প্রভু—প্রভুনা ; কামকোষ্ঠী—কামকোষ্ঠীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবদুর্গাগী লোয়ননা অপাম্বা বিষয়গী ৱারী-ৱাতাই শাম্নরগা মখোয়গী য়াথং লৌতুনা প্রভুনা কামকোষ্ঠী থুংলখি।

মূল ১৭৭

দক্ষিণমথুরা আইলা কামকোষ্ঠী হৈতে।
তাহাঁ দেখা হৈলা এক ব্রাহ্মণ সহিতে॥ ১৭৭॥

শব্দার্থ

দক্ষিণমথুরা—দক্ষিণমথুরাদা ; আইল— লাকখি ; কাম-কোষ্ঠী হৈতে—কামকোষ্ঠীদগী ; তাঁহা—মফমতুদা ; দেখা—উনবা ; হৈলা— ওইখি ; এক—অমা ; ব্রাহ্মণ সহিতে—ব্রাহ্মণগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কামকোষ্ঠীদগী দক্ষিণমথুরা থুংখি। মফমতুদা ব্রাহ্মণ অমগা উনখি।

মূল ১৭৮

সেই বিপ্র মহাপ্রভুর কৈল নিমন্ত্রণ।
রামভক্ত সেই বিপ্র বিরক্ত মহাজন॥ ১৭৮॥

শব্দার্থ

সেই—মহু ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুবু ; কৈল—তৌখি ; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন ; রামভক্ত—শ্রীরামচন্দ্রগী ভক্তনী, সেই বিপ্র ব্রাহ্মণ অহু ; বিরক্ত—সংসারদা মায়ওন্সন্দ্রবা ; মহাজন মহান্ত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহুনা মহাপ্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। ব্রাহ্মণ অহু রামভক্তনী, সংসারদা মায়ওন্সন্দ্রবা মহান্ত অমনী।

নৈনবোক্সা

মহান্ত কদায়বু কৌবগে হায়বহু ১/১/৫৮-মূলগী নৈনবোক্সা য়েংবিয়ু।

মূল ১৭৯

কৃতমালায় স্নান করি আইলা তাঁর ঘরে।

ভিক্ষা কি দিবেক? বিপ্র পাক নাহি করে॥ ১৭৯ ॥

শব্দার্থ

কৃতমালায়— কৃতমালাদা; স্নান করি— স্নান তৌরগা; আইলা— (প্রভু) লেঙলকখি; তাঁর মাগী (ব্রাহ্মণতুগী); ঘরে— য়ুমদা; ভিক্ষা কি - করি ভিক্ষা; দিবেক— পীদৌরিবনো: বিপ্র— ব্রাহ্মণতুদি; পাক— চাকথোংবা; নাহি করে তৌদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃতমালাদা স্নান তৌরগা প্রভুনা ব্রাহ্মণতুগী ময়ুম য়ৌরকখি। করি ভিক্ষানো পীগদৌরিবতুব? ব্রাহ্মণতুদি চাক থোংলমদে।

মূল ১৮০

মহাপ্রভু কহে তারে— শুন মহাশয়।

মধ্যাহ্ন হইল, কেনে পাক নাহি হয়॥ ১৮০ ॥

শব্দার্থ

মহাপ্রভু কহে— মহাপ্রভুনা হায়রম্মী; তাঁরে— মঙোন্দা (ব্রাহ্মণতুদা); শুন— নাকোঙনা তাবিয়ু; মহাশয় - হে পূকচেল চাওবা; মধ্যাহ্ন— নুমীৎ য়ুংবা (মধ্যান্); হইল— ওইরে; কেনে— করিগীনো; পাক— চাকথোংবা; নাহি হয় ওইদ্রিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণতুদা হংলম্মী— মহাশয় তাবিয়ু। মধ্যান্ ওইরে, করিগীনো হৌজিক ফাওবা চাক থোংদবদি?

মূল ১৮১-১৮২

বিপ্র কহে - প্রভু! মোর অরণ্যে বসতি।

পাকের সামগ্রী বনে না মিলে সম্প্রতি॥ ১৮১ ॥

বন্য অন্ন ফল শাক আনিবে লক্ষ্মণ।

তবে সীতা করিবেন পাক-প্রয়োজন॥ ১৮২ ॥

## শব্দার্থ

বিপ্র কহে—ব্রাহ্মণনা হায় ; প্রভু—হে প্রভু ; মোর—ঐগীদি ; অরণ্যে—উমংদা ; বসতি—য়ুম্মী ; পাকের—থোংননবা ; সামগ্রী—পোৎচঙ ; বনে—উমংদা ; না মিলে—ফংদে ; সম্প্রতি—তৌজিক ; বন্য—উমংগী ; অন্ন—অচাপোৎ ; ফল—উহৈ ; শাক—মনামশীঙ ; আনিবে—পুরক্কনী ; লক্ষ্মণ—লক্ষ্মণনা ; তবে—অতু ওইরবদি ; সীতা—সীতাদেবীনা ; করিবেন—তৌগনী ; পাক—থোংবগী ; প্রয়োজন—থৌরাং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণনা হায়রকয়ি—হে প্রভু ! ঐদি উমংদা লৈবনী । তৌজিক থোংননবা পোৎ অমত্তা উমংদা ফংদে । উমংগী অচা-পোৎ উহৈ-শাকচিংবা লক্ষ্মণনা পুবক্কনী । অতুদগী সীতানা চাক থোংবগী থৌরাং তৌগনী ।

## তৈনবোরা

পয়ার অনীসিদা হায়রিবা বাসী রামভক্ত ব্রাহ্মণনা ভজন দা আবেশ তৌবগী বানী । মঙোন্দা প্রভুনা চাক-থোংবগী বা হংলম্বা মতমদা মহাক রামচন্দ্রনা বনবাস তৌবগী লীলা স্মরণ ( নীঙশীচবা ) তৌবম্বনী । রাম, সীতা অমসুং লক্ষ্মণ অহুমনী পঞ্চবটীবন-দা লৈরম্মী . রামভক্ত বিপ্রস্তু অন্তশ্চিন্তিত ( অন্তর দা খনচবা ) সিদ্ধদেহদা মথোয়গী দাসী ( মনাইনুপী ) ওইনা পঞ্চবটী বন-দা মথোয়গা লোয়ননা লৈরম্বনী হায়না খল্লম্বা তাই । মতমতুদা মানা খল্লম্বদি—লক্ষ্মণনা উমংদ ফংবা উহৈ অমদি শাক নচিংবা থিবা চৎখি ; মহাক্কা হল্লক্লগা সীতাদেবীনা শ্রীরামচন্দ্রগী লুক কংননবগী থৌরাং তৌগনী ; লক্ষ্মণনা হল্লকপা ভাইডুনা মথোয় লোয়ননমক ফম্-ফমদুনা লৈরিবনী- হায়বসিনী । বিপ্রদুনা ভাবনা অসিদা লুপ্নুনা লৈরিঙৈদা প্রভুনা মঙোন্দা চাক-থোংবগী বা হংখিবনী । প্রভুগী খেন্ তাবদা মহাক্কী বাহ্য মতেক অমা ওইখি - অদুবু মহাক্কী অন্তরগী আবেশ অদু মতমদু-ফাওবা পুডলেপ লৈপ্লমদ্রি । মরমতুনা আবেশ-না খুড়ম চনবদগী মহাক্কা হায়রম্বনী—"হে প্রভু । উমংদা লৈবনী ; মফমসিদা থোংননবা পোৎ ফংদে । লক্ষ্মণনা উমংদা ফংবা উহৈমচিংবা থিবা চৎখি ; মহাক্কা হল্লক্লগা সীতাদেবীনা লুক-হৌননবা থৌরাংগনী ।"

মূল ১৮৩

তাঁর উপাসনা জানি প্রভু তুষ্ট হৈলা।

আস্তেব্যস্তে সেই বিপ্র রন্ধন করিলা ॥ ১৮৩ ॥

শব্দার্থ

তাঁর— মহাক্কী ( রামভক্তগী ) ; উপাসনা—লাইনীঙ ; জানি—খঙলগা ; প্রভু—প্রভুনা ; তুষ্ট—পেনবা ; হৈলা—ওইখি ; আস্তেব্যস্তে—হাথু হাথু ; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অদুনা ; রন্ধন—চাক থোংবা ; করিলা — তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামভক্তদুগী উপাসনা খঙলগা প্রভুনা পেনবিখি। হাথু হাথু ব্রাহ্মণদুনা চাক্ থোংলম্মী।

মূল ১৮৪

প্রভু ভিক্ষা পাইল—দিন তৃতীয় প্রহরে।

নির্বিঘ্ন সেই বিপ্র উপবাস করে ॥ ১৮৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভু- প্রভু ; ভিক্ষা পাইল—লুক চাবে ; দিন—নুংথিল ; তৃতীয় অহুম শুবা ; প্রহরে—প্রহরদা ( নোংমগী শরূক নীপাল থোকপগী অমা, পুঙ অহুম ) ; নির্বিঘ্ন অরাবগীশকফম-পুবা ; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণদু ; উপবাস চরা কেনবা ; করে তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংথিলগী অহুমশুবা প্রহর-দা প্রভু প্রসাদী থুম্লে। অরাবগী শকফম-পুবা ব্রাহ্মণদু চরা কেল্লম্মী ( উপবাস তৌরম্মী )।

মূল ১৮৫

প্রভু কহে—বিপ্র ! কাঁহে কর উপবাস ?।

কেনে এত দুঃখে তুমি করহ হুতাশ ? ॥ ১৮৫ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; বিপ্র – হে বিপ্র ; কাঁহে—করিগীনো ; কর—তৌরি ; উপবাস—চাদবা ; কেনে – করিগীনো ; এত—অস্মুক ; দুঃখে—য়ানা ; তুমি—নঙনা ; করহ—তৌরি ; হুতাশ—নীঙবা কায়বগী য়াবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হংলম্মী—হে বিপ্র ! করিগীনো চরা হেল্লিবা ? করিগীদমক অস্মুক য়ানা নীঙবা কায়বগী মতৌ তৌরিবা ?

## মূল ১৮৬

বিপ্র কহে—জীবনে মোর নাহি প্রয়োজন।

অগ্নিজলে প্রবেশিয়া ছাড়িব জীবন ॥ ১৮৬ ॥

## শব্দার্থ

বিপ্র কহে—ব্রাহ্মণনা হায় ; জীবনে—হিংবনা ; মোর— ঐগী ; নাহি—লৈত্রে ; প্রয়োজন—কান্নবা ; অগ্নি জলে— মৈ অমসুং ঈশীঙদা ; প্রবেশিয়া—চঙদুনা ; ছাড়িব—থাদোক্লগে ; জীবন—থবাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামভক্ত ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী হিংদুনা কান্নদ্রে ঐ। মৈদা নত্রগা ঈশীঙদা চঙদুনা থবাই থাদগনী।

## মূল ১৮৭

জগন্মাতা মহালক্ষ্মী সীতা ঠাকুরাণী।

রাক্ষসে স্পর্শিল তাঁরে – ইহা কর্ণে শুনি ॥ ১৮৭ ॥

## শব্দার্থ

জগন্মাতা—জগৎকী মমা ; মহালক্ষ্মী—মহালক্ষ্মী ; সীতা ঠাকুরাণী—সীতা ইবেম্মা ; রাক্ষসে—হিংচাবনা ; স্পর্শিল—খুৎনা শোক্লে ; তাঁরে—মহাকপু ; ইহা – মসী ; কর্ণে—নাকোঙদা ; শুনি—তায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী ইবেম্মা সীতাদি জগৎকী মমাশকপীনী, মহালক্ষ্মীনী, অদুগুম্বা মহাকপু হিংচাবনা মখুৎ পায়খরে হায়বসী ইনাকোঙনা তাজে।

নৈনরোল

বিপ্রনা মথরাই চাক্লত্থগী মরুম প্রভুদা লীরি। পঞ্চবটীবনগী মীচীক-মীরা ওখোন্-তাদবা খাঙপোকশঙদগী রাক্ষস-নিংথৌ রাবণ হায়বত্থুনা সীতাদেবীবু হুরান্দুনা পুখি; সীতা-হুরান্বগী লীলাত্থু নীঙশীঙলগা রাখিবনা পাখৎপদগী বিপ্রত্থুনা চরা হেন্দুনা থরাই থাগে হায়না সঙ্কল্প তৌখি।

মূল ১৮৮

এ শরীর ধরিবারে কভু না জুয়ায়।

এ দুঃখে জ্বলে দেহ, প্রাণ নাহি যায়॥ ১৮৮॥

শব্দার্থ

এ— অসী; শরীর—হকচাঙ; ধরিবারে—পুবগী; কভু—কদৌঙৈদসু; না জুয়ায়—মতীক চাদ্রে; এ দুঃখে—অরাবা অসীনা; জ্বলে—চাকয়ি; দেহ—হকচাঙ; প্রাণ—থরাই; নাহি যায়—থাদ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙসী পুন্না লৈবদি মতীক চাদ্রে। অরাবসিগীদমক দেহসী প্রোক্ প্রোক্ চান্নে থরাই থাবদি ঙমদে।

মূল ১৮৯

প্রভু কহে এ ভাবনা না করিহ আর।

পণ্ডিত হইয়া কেনে না কর বিচার॥ ১৮৯॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; এ—অসী; ভাবনা রাখল; না করিহ—তৌরন্থু; আর—অমুক; পণ্ডিত হইয়া—পণ্ডিত ওইরগা; কেনে—করিগী; না কর—তৌদ্রি; বিচার—অওইবা খিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—চিন্তা অসী অমুক তৌরন্থু। পণ্ডিত ওইরগা কদৌনা অওইবা খিদবগে?

মূল ১৯০

ঈশ্বরপ্রেয়সী সীতা চিদানন্দ-মূর্ত্তি।
প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়ে তাঁরে দেখিতে নাহি শক্তি॥ ১৯০ ॥

শব্দার্থ

ঈশ্বরপ্রেয়সী—ঈশ্বরগী নুংশিবী ; সীতা—সীতা দেবী ; চিদানন্দমূর্ত্তি চিং অমসুং আনন্দগী মূর্ত্তিনী ; প্রাকৃত ইন্দ্রিয়ে—প্রাকৃত ইন্দ্রিয়না ; তাঁরে—মহাকপু ; দেখিতে—উননবা ; নাহি—লৈতে ; শক্তি—পাঙ্গল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী নুংশিনী সীতাদি চিংকা আনন্দগা অনীগী মূর্ত্তিনী। (মাবু খুৎনা শোকপদি থমথত্নুনা) প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়না মাবু উননবা শক্তি কনাগীসু লৈতে।

মূল ১৯১

স্পর্শিবার কার্য্য আছুক, না পায় দর্শন।
সীতার আকৃতি মায়া হরিল রাবণ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

স্পর্শিবার—খুৎনা শোকপগী ; কার্য—থবক্তি ; আছুক—লৈশনু ; না পায়—ফংদে ; দর্শন—উবা ; সীতার—সীতাগী ; আকৃতি মায়া—মূর্ত্তি-লৌবী মায়া হায়বদি মায়ানা শাবা শক্তম, মায়াসীতা ; হরিল—হুরানখি ; রাবণ—রাবণনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সীতাবু খুৎনা শোকপগী রাদি থনথো, উবা ফাওবা ফংদে। রাবণনা হুরানখিবদি মায়া-না শাবা মূর্ত্তিদুনী ( মায়া-সীতানী )।

মূল ১৯২

রাবণ আসিতে সীতা অন্তর্দ্ধান কৈল।
রাবণের আগে মায়াসীতা পাঠাইল॥ ১৯২ ।

শব্দার্থ

রাবণ আসিতে- রাবণ লাক্পগা ; সীতা অন্তর্দ্ধান কৈল—সীতা থুপ্খি ; রাবণের আগে—রাবণগী মাঙদা ; মায়াসীতা পাঠাইল—মায়া-সীতা থারকখিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাবণ হেক লাক্পগা সীতা থুপ্খিবনী। রাবণগী মাঙদা মায়াসীতা থারকপনী।

মূল ১৯৩

অপ্রাকৃত বস্তু নহে প্রাকৃতগোচর।

বেদপুরাণেতে এই কহে নিরন্তর ॥ ১৯৩ ॥

শব্দার্থ

অপ্রাকৃত - প্রাকৃত-নত্তবা, দিব্য ; বস্তু—পোৎ ; নহে—নত্তে ; প্রাকৃতগোচর— প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা উবা ; বেদপুরাণেতে—বেদ পুরাণশিংদা ; এই—অসী ; কহে—হায় ; নিরন্তর—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত-নত্তবা পোৎপু প্রাকৃত ওইবা মীৎনা উবা ফংদে। বেদ পুরাণ পুম্নমক্না রাসী মতম পুম্বদা হায়রিবনী।

মৈনলবোল

প্রাকৃত নত্তবা পোৎশিং প্রাকৃত ওইবা মীৎনা উবা ফংদে, প্রাকৃত ওইবা নাকোংনা প্রাকৃত-নত্তবা পোৎকী মখোন্ তাবা ফংদে, প্রাকৃত ওইবা মাতোন্না প্রাকৃত-নত্তবা পোৎকী মগম্ পম্বা ফংদে। মরমসিনা ভগবান্দি মতমপুম্বদা মফম পুম্বদা লৈরবসু প্রাকৃত জীব ওইবা ঐখোয়না উবা ফংদে, মাগী অঙ্গপঙ্কনচিংবা ফংদে।

মূল ১৯৪

বিশ্বাস করহ তুমি আমার বচনে।

পুনরপি কু-ভাবনা না করিহ মনে ॥ ১৯৪ ॥

## শব্দার্থ

বিশ্বাস—থাজবা ; করহ—তৌও ; তুমি—নহাক ; আমার—ঐগী ; বচনে—বা ; পুনরপি—অমূক হন্না ; কু-ভাবনা—শেরান্নবা রাখল ; না করিহ—তৌরনু ; মনে—পুক্নীংদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা হায়রিবা বাসী নহাক থাজোকো । অমূক হন্না নপুক্নীংদা শেরান্নবা রাখল তৌরগনু ।

### মূল ১৯৫

প্রভুর বচনে বিপ্রের হইল বিশ্বাস ।

ভোজন করিল, হৈল জীবনের আশ ॥ ১৯৫ ॥

শব্দার্থ

প্রভুব বচনে—প্রভুগী বাক্তুদা , বিপ্রেব—রামভক্ত ব্রাহ্মণতুগী ; হইল—ওইরে ; বিশ্বাস—থাজবা ; ভোজন—চাকচাবা ; করিল—তৌরে ; হৈল—ওইবে ; জীবনের—হিংবগী ; আশ—আশা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী বাক্তুদা রামভক্ত ব্রাহ্মণতু থাজরম্মী । মতাক চাক চারে, হিংবগী আশা তৌরে ।

### মূল ১৯৬

তারে আশ্বাসিয়া প্রভু করিলা গমন ।

কৃতমালায় স্নান করি আইলা দুর্বেশন ॥ ১৯৬ ॥

## শব্দার্থ

তারে—মহাকপু ; আশ্বাসিয়া—থেমজনল্লগা ; প্রভু করিলা—প্রভুনা তৌখি ; গমন—লেংবা ; কৃতমালায়—কৃতমালাদা ; স্নান করি—চাইথবগা ; আইলা—থুংলখি ; দুর্বেশন—দুর্বেশন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামভক্ততুবু থেমজনল্লগা প্রভুনা লেংখি । কৃতমালাদা স্নান তৌরগা দুর্বেশন-দা থুংখি ।

মূল ১৯৭

দুর্ব্বেশন-রঘুনাথে করি দরশন।
মহেন্দ্রশৈলে পরশুরামে করিলা বন্দন ॥ ১৯৭ ॥

শব্দার্থ

দুর্ব্বেশন-রঘুনাথে— দুর্ব্বেশন-দা লৈবা রঘুনাথগী বিগ্রহ ; করি দরশন — দর্শন তৌরগা ; মহেন্দ্রশৈলে—মহেন্দ্র চীঙদা ; পরশুরামে— পরশুরামবু ; করিলা—তৌরম্মী ; বন্দন—খুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দুর্ব্বেশন দা লৈবা রঘুনাথগী বিগ্রহ দর্শন তৌরগা মহেন্দ্রশৈলদা পরশুরাম খুরুমখি ( প্রভুনা ) ।

মূল ১৯৮

সেতুবন্ধে আসি কৈল ধনুস্তীর্থে স্নান।
রামেশ্বর দেখি তাঁহা করিলা বিশ্রাম ॥ ১৯৮ ॥

শব্দার্থ

সেতুবন্ধে আসি সেতুবন্ধদা লাক্লগা : কৈল—তৌরম্মী ; ধনুস্তীর্থে — ধনুস্তীর্থদা : স্নান—চাইথবা : রামেশ্বর দেখি— রামেশ্বর দর্শন তৌরগা ; তাঁহা— মফমদুদা : করিলা—তৌখি ; বিশ্রাম— পোথাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেতুবন্ধদা থুংলগা ধনুস্তীর্থদা স্নান তৌখি । রামেশ্বর দর্শন তৌরগা মফমদুদা বিশ্রাম তৌখি ।

মূল ১৯৯-২০০

বিপ্র-সভায় শুনে তাঁহা কূর্ম্মপুরাণ।
তার মধ্যে আইল পতিব্রতা উপাখ্যান ॥ ১৯৯ ॥
'মায়াসীতা নিল রাবণ' শুনিল ব্যাখ্যানে।
শুনি মহাপ্রভু হৈলা আনন্দিত মনে ॥ ২০০ ॥

## শব্দার্থ

বিপ্রসভায় ব্রাহ্মণশিংগী সভাদা ; শুনে নাকোঙনা তানৈ ; তাঁহা —মফমদুদা ; কূর্ম্মপুরাণ—কূর্ম্মপুরাণ ; তার – মদুগী ; মধ্যে— মরক্তা ; আইল—লাকখি ; পতিব্রতা-উপাখ্যান—মপুরোয়বা নীঙবীশিংগী রারী ; মায়াসীতা নিল — মায়াসীতাবু পুখি ; রাবণ—রাবণা ; শুনিল—নাকোঙনা তারম্মী ; ব্যাখ্যানে—ব্যাখ্যাদা ; শুনি—তাদুনা ; মহাপ্রভু— শ্রীমন্মহা-প্রভু ; হৈলা—ওইখি ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মনে—পূক্নীঙদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামেশ্বরগী বিপ্রসভাদা কূর্ম্মপুরাণ পাঠ তৌবদু তানরম্মী । মদুগী মরক্তা পতিব্রতা উপাখ্যানগী মতাঙদু য়েৌরক্লে । পাঠক অদুনা ব্যাখ্যান তৌরকপদা রাবণা মায়া-সীতাবু পুখি হায়বদু প্রভুনা তারম্মী । মদু তারগা প্রভুনা মপূক্নীঙদা নুংঙাইখি ।

## মূল ২০১-২০২

পতিব্রতা-শিরোমণি জনকনন্দিনী ।
জগতের মাতা সীতা শ্রীরামগৃহিনী ॥ ২০১ ॥
রাবণ দেখি সীতা লৈল অগ্নির শরণ ।
রাবণ হৈতে অগ্নি কৈলা সীতা-আবরণ ॥ ২০২ ॥

## শব্দার্থ

পতিব্রতা—মপুরোয়বা নীঙবীশিংগী ; শিরোমণি—কোক্কী মণি ; জনক-নন্দিনী—জনক-নিংথৌগী মমোম্মোই ; জগতের মাতা- জগৎকী মমাশকপী ; সীতা—সীতা ; শ্রীরামগৃহিনী—শ্রীরামগী তালোই ; রাবণ দেখি— রাবণবু উবদা ; সীতা—সীতানা ; লৈল লৌখি ; অগ্নির— মৈদা ; শরণ— চঙজবা ; রাবণ হৈতে—রাবণ-দগী ; অগ্নি—মৈনা ; কৈলা— তৌখি ; সীতা-আবরণ—সীতাবু খন্দোকপা ( কুপ্শিন্বা ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপুরোয়বা-নীঙবীলক্তা অথোইবী, জনক নিংথৌ মমোম্মোই, জগৎকী

মমাশকপী সীতাদি শ্রীরামগী তালোইনী। সীতানা রাবণবু উবদা মৈগী ( অগ্নিগী ) মফমদা চংজখি। অগ্নিনা রাবণবু সীতা উহন্‌খিদে।

মূল ২০৩

সীতা লঞা রাখিলেন পার্ব্বতীর স্থানে।
মায়াসীতা দিয়া অগ্নি বঞ্চিলা রাবণে॥ ২০৩॥

শব্দার্থ

সীতা—সীতাবু ; লঞা—পুদুনা ; রাখিলেন—থম্‌খি ; পার্ব্বতীর—পার্ব্বতীগী ; স্থানে—মফমদা ; মায়াসীতা দিয়া—মায়াসীতা পীদুনা ; অগ্নি—অগ্নিনা ; বঞ্চিলা—লৌনম্‌খি ; রাবণে—রাবণবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অগ্নিনা সীতাবু পুবগা পার্ব্বতীগী নাক্তা থম্‌খি। অগ্নিনা মায়াসীতা পীদুনা রাবণবু লৌনম্‌খি।

মূল ২০৪-২০৫

রঘুনাথ আসি যবে রাবণে মারিল।
অগ্নি-পরীক্ষা দিতে যবে সীতারে আনিল॥ ২০৪॥
তবে মায়া সীতা অগ্নি করি অন্তর্দ্ধান।
সত্য-সীতা আনি দিল রাম বিদ্যমান॥ ২০৫॥

শব্দার্থ

রঘুনাথ—শ্রীরামচন্দ্র ; আসি—লেঙলকুনা ; যবে—মতমদুদা ; রাবণে—রাবণবু ; মারিল—হাৎখি ; অগ্নি-পরীক্ষা—মৈদা চাংয়েংবা ; দিতে—পীননবা ; যবে—মতমদুদা ; সীতারে—সীতাবু ; আনিল—পুরকখি ; তবে—মতমদুদা ; মায়াসীতা—মায়াসীতাবু ; অগ্নি—অগ্নিনা ; করি—তৌহন্দুনা ; অন্তর্দ্ধান—মাংবা ; সত্য-সীতা—অচুম্বী-চানবী সীতাবু ; আনি—পুরক্লগা ; দিল—পীখি ; রাম বিদ্যমান—রামগী মাংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামচন্দ্রনা লেঙলকুনা রাবণবু হাৎলবা মতমদা সীতাবু অগ্নিপরীক্ষা

পীহনবনীদমক পুরকখিবা মতমদা মায়াসীতাবু মাঙহনখ্রগা অগ্নিনা অওইবী-চানবী সীতাবু পুরক্লগা শ্রীরামচন্দ্রগী মাঙদা পীরম্মী।

## মৈনরোল

রাবণ হাৎলবা মতুঙদা রামচন্দ্রনা সীতাবু অগ্নিপরীক্ষা তৌনবা থোরাং-লম্বা মতমদা মায়াসীতানা মৈনূঙদা চঙখি ; অগ্নিনা মহাকপু থম্লগা অওইবী সীতাবু পুরক্লনা শ্রীরামগী মফমদা পীখি।

## মূল ২০৬

শুনিঞা প্রভুর আনন্দিত হৈল মন।

রামদাস বিপ্রের কথা হইল স্মরণ ॥ ২০৬ ॥

## শব্দার্থ

শুনিঞা— নাকোঙনা তারগা; প্রভুর - প্রভুগী ; আনন্দিত নুংঙাইবা; হৈল—ওইখি ; মন - পুক্নীঙ ; রামদাস—রামগী মনাইভক্ত ; বিপ্রের— ব্রাহ্মণচুগী ; কথা ৱা ; হইল—ওইখি ; স্মরণ—নীঙশীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মায়াসীতাগী ৱাফমগী ) তারগা প্রভুগী পুক্নীঙ নুংঙাইখি। অদুদগী রামভক্ত ব্রাহ্মণচুগী ৱা নীঙশীঙলকখি।

## মৈনরোল

রামদাস বিপ্র— দক্ষিণমথুরাদা লৈবা রামভক্ত বিপ্রচুনী।

## মূল ২০৭

এ সব সিদ্ধান্ত শুনি প্রভুর আনন্দ হৈল।

ব্রাহ্মণের স্থানে মাগি সেই পত্র লৈল ॥ ২০৭ ॥

## শব্দার্থ

এ সব - অসি পুম্বা ; সিদ্ধান্ত—ৱারেপ, ৱাৱোঙ ; শুনি - তারগা ; প্রভুর - প্রভুগী ; আনন্দ- নুংঙাইবা ; হৈল—ওইরে ; ব্রাহ্মণের—ব্রাহ্মণগী মফমদা ; মাগি—নিরগা ; সেই পত্র—চেনাদু ; লৈল- লৌরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সিদ্ধান্ত পূম্বসী তারগা প্রভুনা মুংঙাইখি। কূর্ম্মপুরাণ পাঠ তৌরম্বা ব্রাহ্মণত্নদগী চেনাডু নিহুনা লৌরম্মী।

**নৈনরোল**

সেই পত্র– কূর্ম্মপুরাণগী মনূঙদা সীতাহরণগী রা ইরম্বা চেনাডু।

মূল ২০৮

নূতন পত্র লিখিয়া পুস্তকে রাখাইল।
প্রতীতি লাগি পুরাতন পত্র মাগি নিল॥ ২০৮॥

শব্দার্থ

নূতন অনৌবা, অহনবা ; পত্র - চেনা : লিখিয়া—ইদুনা ; পুস্তকে —লাইরীক্তা ; রাখাইল —থম্লহনখি ; প্রতীতি—থাজবা ; লাগি—দমক ; পুরাতন অমনবা ; পত্র চেনা ; মাগি—নিহুনা ; নিল- লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহনবা চেদা শিন্দোক্লুনা ইরগা মহু লাইরীক্তা হাপচনহনখি। (রাম-ভক্ত ব্রাহ্মণহুনা) থাজননবা হায়দুনা প্রভুনা অমনবা চেনাডু নিহুনা পুখি।

নৈনরোল

নূতন পত্র—অনৌবা চে অমদা কূর্ম্মপুরাণগী চে অমনবদুদা ইরম্বা রাডু শিন্দোক্লগা লাইরীক্কী মরক্তা হাপচল্লম্মী।

প্রতীতি লাগি—থ জননবগীদমক। রামভক্ত বিপ্রনা থাজননবা হায়-দুনা চেনা অমনবডু প্রভুনা পুরকখি। চে অহনবদা নৌনা শিন্দোকপা খুৎইদু উরগদি মতুং শাশন্নবা পোৎনী হায়দুনা রামভক্ত বিপ্রনা চিংনবা য়াই।

মূল ২০৯

পত্র লঞা পুন দক্ষিণমথুরা আইলা।
রামদাস বিপ্রে সেই পত্র আনি দিলা॥ ২০৯॥

## শব্দার্থ

পত্র—লাইরীকী চেনা ; লঞা—পুতুনা ; পুন—অমূক হন্না ; দক্ষিণ-মথুরা—দক্ষিণমথুরা ; আইলা—লাকৃখি ; রামদাস বিপ্রে—রামভক্ত ব্রাহ্মণদা ; সেই পত্র—চেনাহু ; আনি—পুরক্তুনা ; দিলা—পীখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেনাহু পুতুনা প্রভুনা অমূক দক্ষিণমথুরাদা লেঙলকৃখি অহুগা রামদাস বিপ্রদা চেনাহু পুরক্তুনা পীরম্মী।

### মূল ২১০-২১১

সীতয়ারাধিতো বহ্নিশ্ছায়াসীতামজীজনৎ।
তাং জহার দশগ্রীবঃ সীতা বহ্নিপুরং গতা ॥ ২১০ ॥
পরীক্ষাসময়ে বহ্নিং ছায়াসীতা বিবেশ সা।
বহ্নিঃ সীতাং সমানীয় স্বপুরাদুদনীনয়ৎ ॥ ২১১ ॥

## শব্দার্থ

সীতয়া—সীতানা ; আরাধিতঃ—হায়জরবা ; বহ্নিঃ—মৈনা ; ছায়া-সীতাম্—মায়াসীতাবু ; অজীজনৎ—পুথোকখি ; তাম্—মহাকপু ; জহার হুরান্‌খি ; দশগ্রীবঃ—কোক-তরা-লোঙবা রাবন্না ; সীতা—অশেংবা সীতানা ; বহ্নিপুরম্—মৈগী পুরদা ; গতা—লেঙখি ; পরীক্ষাসময়ে—অগ্নিপরীক্ষাগী মতমদা ; বহ্নিম্—মৈনুঙদা ; ছায়াসীতা—মায়াসীতা ; বিবেশ—চঙখি ; সা—মহাক ; বহ্নিঃ—মৈনা ; সীতাম্—অওইবী চানবী সীতাবু ; সমানীয়—পুরক্তুনা ; স্বপুরাৎ—মাগী পুর-দগী ; উদনীনয়ৎ—পীখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সীতানা হায়জরবদা অগ্নিদেবনা মায়াসীতা অমা পুথোকখি ; মায়া-সীতাসীবু কোক-তরা লোঙবা রাবন্না হুরান্‌খি ; অহুগা সতা-সীতানা অগ্নিদেবগী পুরীদা লেঙখি। (রাবণ-হাৎপা মতুঙদা) সীতাগী অগ্নিপরীক্ষাগী মতমদা মায়াসীতাহুনা মৈনুঙদা চঙখি ; অহুগা অগ্নিদেবনা মাগী পুরীদগী স্বয়ং-রূপ সীতাদেবীবু পুরক্তুনা শ্রীরামচন্দ্রদা পীখি।

## নৈনরোল

রাক্ষস নিংথৌ রাবন্না পঞ্চবটী উমংদা শ্রীরামচন্দ্রগী খাংপোকশঙগী স্নুমাঙদা চঙলকপা মতমদা শঙ মনূঙদা সীতাদেবী মথন্তমক লৈরম্মী। রাবন্না হান্ননা শ্রীরামগা লক্ষ্মণগা অনীনা খাংপোকশঙ থাদোক্তুনা চৎখিনবা থৌরাং তৌখ্রবনী। মাগী পার্ষদ মারীচবু স্নাগী শজি ওল্‌হল্লগা খাংপোক্‌শঙ মনাক্তা থাখি : সনাগী শজি উবদা সীতাদেবীনা মহুবু পামখি, অদুনা মহাক্না শজি ফাবিনবা হায়দুনা শ্রীরামচন্দ্রদা হঙ্গৎলম্মী। লীরুংতেন পায়দুনা রামচন্দ্রস্নু শজি থিবা লেংখি। অদুগা লক্ষ্মণদা খাংপোক্‌শঙ ঙাকশেল্লু হায়রম্মী। শজিশন্নৌবা মারীচ চেল্লগা লম লাপ্পা মফম য়ৌখি। রামচন্দ্রস্নু শজি মতুং ইন্না তান্নরম্মী ; মমৈদদি শজিদা তেন কাপ্লম্মী : তেন্না পাল্লবদা মারীচ তুরম্মে, অদুগা রামচন্দ্রগী খোনগী মতৌ তম্লগা—"ইয়াম্বগী লক্ষ্মণ! ঐহাক রাক্ষসগী মথুক্তা অরাবা তারে, থুনা লাক্কুনা ইয়াম্ববু কল্লো"— অসিনচিংবা হায়দুনা থরাই ফুক্না লাউরকখি। খোল্লাউদু তাবদা সীতা-দেবীনা লক্ষ্মণবু থারম্মী। শঙনূঙদা সীতাদেবীদা ঙায়হৌরে। তান্ চারে খঙবনা রাবন্না সন্ন্যাসী শাশন্নদুনা ভিক্ষা নিররে। সীতাদেবী অরাবদা তারম্মী। শঙনুঙদগী মথন্তমক থোক্‌পস্নু উম্‌দা অদুগা থোক্রবস্নু সন্ন্যাসী-দুনা শাউগদৌরি। নূঙ অনীগী মরক্তা হা ওন্‌বগুম্ তৌবা ফীভমদুদা গতি লৈত্রদুনা সীতাদেবীনা অগ্নিদেবদা চঙজখি। অগ্নিদেবনা ফল্লবা রাবণগী শরৌদু খঙদনা জানকীদ্ রক্ষ তৌরগা মায়াসীতাবু রাবণ-গী নাক্তা থারম্মী। রাবন্না মায়াসীতাদিবু পুবগা লঙ্কাদা অশোকবন-দা থমখি। রাবণ হাৎলবা মতুংদা রামচন্দ্রনা মায়াসীতাদুবু উদ্ধার তৌদুনা মনাক্তা পুরকখি। তৌনগীদি, মহাকসিনা মায়াসীতানী সত্যসীতা নত্তে, সত্যসীতাদি অগ্নি-দেবগী পুনীদা লৈ হায়বসী রামচন্দ্র খঙলমদে : খঙলবদি লীলারস য়োক-খৎপা য়ারোই। লীলাশক্তিনা লীলারস য়োকখৎনবা হায়দুনা রারোল পুন্নসী লোৎতুনা থমখিবনী।

সীতাদেবীদু কলঙ্ক-লৈতদ্রীনী হায়বা রামচন্দ্রনা খঙলবস্নু মী ময়াম্বু পেল্‌হন্নবা হায়দুনা মহাক্না সীতাদেবীবু অগ্নিপরীক্ষা তৌননবা থৌগাংখি। মহাক্না সীতাদেবীদা হায়রম্মী—"নঙবু পূকফত্তবা রাবণগী মথুক্তগী উদ্ধার তৌবা ঐগী ইথৌনী, ঐ ইথৌদু পাঙথোক্লে হৌজিক। নঙনা মতম অস্নুক কুইবনী (থাবুম তরা চুপ্পা) ফজরবা রাবণগী নাক্তা লৈরুরে। নঙগী হকচাঙদু

শেংদবা নত্তে হায়বগী প্রমাণ মৈনূঙ চঙলগা পীবা ঙম্লবদি ঐহাক নঙবু লৌশনগনী।" অগ্নিপরীক্ষা হৌরে। রামচন্দ্রবু পরিক্রমা তৌরগা অমস্তং থুরুম্লগা মায়াসীতা মৈনূঙদা চঙখরে। অগ্নিদেবনা হান্নদগী মাগী পুরীদগী ময়াম্মুদি উহন্দবমথৈ সীতাদেবী পুরক্তুনা পরীক্ষা তৌফমদা থনম্মী। পরীক্ষাগী অকক্লবা মতমগী মতুংদা মায়াসীতা মাঙখরে; স্বয়ং জনকনিংথৌ মমোম্মেই মৈগী কোমদগী থোরক্তুনা শ্রীরামচন্দ্রগী চরণ-খাদা হুক্লনখি।

## মূল ২১২

পত্র পাঞা বিপ্রের হৈল আনন্দিত মন।
প্রভুর চরণ ধরি করয়ে ক্রন্দন ॥ ২১২ ॥

### শব্দার্থ

পত্র—চেনা; পাঞা—ফংডুনা; বিপ্রের—রামদাস ব্রাহ্মণগী; হৈল ওইখি; আনন্দিত—নুংঙাইবা; মন—পুক্নীঙ; প্রভুর প্রভুগী, চরণ—খোঙ; ধরি—পায়ডুনা; করয়ে শৌয়ি; ক্রন্দন কপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা পুবকপা সীতাহৌবণগী) চেনাডু ফংবদা রামদাস বিপ্রগী মপুক্নীঙ নুংঙাইরম্মী; মানা প্রভুগী খোঙ পায়ডুনা কপ্খি।

## মূল ২১৩

বিপ্র কহে—তুমি সাক্ষাৎ শ্রীরঘুনন্দন।
সন্ন্যাসীর বেশে মোরে দিলে দরশন ॥ ২১৩ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র—রামদাস ব্রাহ্মণ; কহে—হায়; তুমি নহাক; সাক্ষাৎ—চংচংবা; শ্রীরঘুনন্দন শ্রীরামচন্দ্রনী; সন্ন্যাসীর বেশে—লম্বোইবগী ফি শেংডুনা; মোরে—ঐঙোন্দা; দিলে দরশন—দর্শন পীরবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামদাস বিপ্রনা হায়রম্মী—নহাক সাক্ষাৎ শ্রীরামচন্দ্রনী; সন্ন্যাসীগী বেশ শোন্দুনা ঐবু উহনবিবনী।

## মূল ১১৪

মহাদুঃখ হৈতে মোরে করিলা নিস্তার।
আজি মোর ঘরে ভিক্ষা কর অঙ্গীকার ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

মহাদুঃখ হৈতে—অচৌবা অৱাবা অমদগী ; মোরে—ঐবু ; করিলা—তৌবিরে ; নিস্তার—লানবীবা ; আজি—ঙসী ; মোর—ঐগী ; ঘরে—য়ুমদা ; ভিক্ষা ভিক্ষা ; কর তৌবীয়ু ; অঙ্গীকার—লৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবু নহাক্না অচৌবা অৱাবা অমদগী লান্থোকহনবীবে। ঙসিদি ঐগী য়ুমদা ভিক্ষা লৌবিরো।

## মূল ১১৫

মনোদুঃখে ভাল ভিক্ষা না দিল সেইদিনে।
মোর ভাগ্যে পুনরপি পাইল দরশনে ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

মনোদুঃখে—পুক্নীঙ ৱাখিবনা ; ভাল—নীঙথিনা ; ভিক্ষা না দিল—ভিক্ষা পীহৌদ্রে ; সেইদিনে—মতুগী নুমীত্তা ; মোর—ঐগী ; ভাগ্যে—লাইবক্না ; পুনরপি অমুক হন্না ; পাইল—ফংবনী ; দরশনে—দর্শন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না মুক্তো পুক্নীঙ ৱাখিবনা ঐনা নীঙথিনা ভিক্ষা হাপহৌদ্রে। ঐগী লাইবক্না অমুক হন্না নঙবু দর্শন ফংজরে।

## মূল ১১৬

এত বলি সুখে বিপ্র শীঘ্র পাক কৈল।
উত্তম প্রকারে প্রভুকে ভিক্ষা করাইল ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়বগা ; সুখে—নুংঙাইনা ; বিপ্র—রামদাস

ব্রাহ্মণনা ; শীঘ্র—থুনমক ; পাক কৈল—চাক থোংলম্মী ; উত্তম—খ্বাইদগী হেন্‌বা ; প্রকারে—মওংদা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; ভিক্ষা করাইল—প্রসাদী ফংহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রা অসিথক হায়রগা বিপ্রনা থর়াই মুংঙাইনা থুনমক লূক হৌখি। খ্বাইদগী হেন্‌বা মওংদা প্রভুবু প্রসাদী ফংহন্‌খি ;

মূল ২১৭

সেই রাত্রি তাহাঁ রহি তাঁরে কৃপা করি।
পাণ্ড্যদেশে তাম্রপর্ণী আইলা গৌরহরি ॥ ২১৭ ॥

শব্দার্থ

সেই রাত্রি—অহিংদু ; তাহাঁ—মফমদুদা ; রহি—লৈদুনা ; তাঁরে—মহাকপু (রামভক্ত বিপ্রবু) ; কৃপা করি—চান্‌বিরগা ; পাণ্ড্যদেশে—পাণ্ড্যদেশদা ; তাম্রপর্ণী—তাম্রপর্ণীদা ; আইলা—থুংলখি ; গৌরহরি—চৈতন্য মহাপ্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভু গৌরহরিনা অহিং অদু মাবু (রামদাস বিপ্রবু) চান্‌বিদুনা মফমদুদা লেল্লগা পাণ্ড্যদেশদা তাম্রপর্ণীদা য়ৌখি।

মূল ২১৮

তাম্রপর্ণী স্নান করি তাম্রপর্ণী তীরে।
নয়ত্রিপদী দেখি বুলে কুতূহলে ॥ ২১৮ ॥

শব্দার্থ

তাম্রপর্ণী স্নান করি—তাম্রপর্ণী তুরেলদা স্নান তৌরগা ; তাম্রপর্ণী-তীরে—তাম্রপর্ণী তোর্বান্দা ; নয়ত্রিপদী দেখি—নয়ত্রিপদী দর্শন তৌরগা ; বুলে—কোয়রম্মী ; কুতূহলে—হরাওনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তাম্রপর্ণীদা স্নান তৌরগা তাম্রপর্ণী-তোর্বান্দা নয়ত্রিপদী দর্শন তৌরগা হরাওনা লম কোয়রম্মী (প্রভুনা)।

মূল ২১৯

চিড়য়তালা-তীর্থে দেখি শ্রীরাম-লক্ষ্মণ।

তিলকাঞ্চী আসি কৈল শিব দরশন ॥ ২১৯ ॥

শব্দার্থ

চিড়য়তালা-তীর্থে—চিড়য়তালা তীর্থদা ; দেখি দর্শন তৌরগা ; শ্রীরাম-লক্ষ্মণ---শ্রীরাম-লক্ষ্মণগী বিগ্রহ ; তিলকাঞ্চী আসি—তিলকাঞ্চীদা লেঙলক্তুনা ; কৈল—তৌখি ; শিব দরশন—শিবদর্শন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা চিড়য়তালা তীর্থদা শ্রীরাম-লক্ষ্মণগী বিগ্রহবু দর্শন তৌরগা তিলকাঞ্চীদা য়ৌরগা শিব দর্শন তৌখি।

মূল ২২০

গজেন্দ্রমোক্ষণ তীর্থে দেখি বিষ্ণুমূর্ত্তি।

পানাগড়ি তীর্থে আসি দেখে সীতাপতি ॥ ২২০ ॥

শব্দার্থ

গজেন্দ্রমোক্ষণ তীর্থে— গজেন্দ্রমোক্ষণ তীর্থদা ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; বিষ্ণুমূর্ত্তি— বিষ্ণুমূর্ত্তিবু ; পানাগড়ি-তীর্থে—পানাগড়ি তীর্থদা ; আসি— থুংলগা ; দেখে—দর্শন তৌয়ি ; সীতাপতি শ্রীরামচন্দ্র।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গজেন্দ্রমোক্ষণ তীর্থদা শ্রীবিষ্ণুমূর্ত্তি দর্শন তৌরগা পানাগড়ি তীর্থদা থুংহুনা সীতাপতি ( শ্রীরামচন্দ্র ) দর্শন তৌখি।

মূল ২২১

চামতাপুরে আসি দেখে শ্রীরামলক্ষ্মণ।

শ্রীবৈকুণ্ঠে বিষ্ণু আসি কৈল দরশন ॥ ২২১ ॥

শব্দার্থ

চামতাপুরে আসি চামতাপুরদা লাক্লগা ; দেখে— দর্শন তৌখি ;

শ্রীরামলক্ষ্মণ— শ্রীরাম অমসুং শ্রীলক্ষ্মণ ; শ্রীবৈকুণ্ঠে—শ্রীবৈকুণ্ঠদা ; বিষ্ণু — শ্রীবিষ্ণু ; আসি—লাক্লুনা ; কৈল দরশন— দর্শন তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা ) চামতাপুরদা য়োরগা শ্রীরামলক্ষ্মণ দর্শন তৌয়ি, অদুদগী শ্রীবৈকুণ্ঠদা লেঙলগা বিষ্ণু দর্শন তৌখি।

মূল ২২২

মলয়পর্ব্বতে কৈল অগস্ত্য বন্দন।

কন্যাকুমারী তাহাঁ কৈল দরশন ॥ ২২২ ॥

শব্দার্থ

মলয়পর্ব্বতে মলয়পর্ব্বত অদুদা ; কৈল—তৌখি ; অগস্ত্য— শ্রীঅগস্ত্য মুনিবু বন্দন—খুৎকুম্বা ; কন্যাকুমারী—কন্যা কুমারীবু ; তাহাঁ— মফমদুদা ; কৈল দরশন—দর্শন তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মলয় পর্ব্বত্তা শ্রীঅগস্ত্যবু খুৎকুমখি। মফমদুদা কন্যাকুমারী দর্শন তৌখি।

মূল ২২৩

আমলীতলাতে রাম দেখি গৌরহরি।

মল্লারদেশেতে আইলা যাহাঁ ভট্টমারি ॥ ২২৩ ॥

শব্দার্থ

আমলীতলাতে—আমলীতলাদা ; রাম শ্রীরাম ; দেখি দর্শন তৌবগা ; গৌরহরি—মহাপ্রভু গৌরহরিনা ; মল্লারদেশেতে—মল্লার দেশতা ; আইলা—থুংলখি ; যাহাঁ মফমদুদা ; ভট্টমারি— বাম চারী সন্ন্যাসী মখল (লৈ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভু গৌরহরিনা আমলীতলাদা শ্রীরাম দর্শন তৌরগা ভট্ট- মারি ( বামাচারী সন্ন্যাসী ) লৈবা মল্লারদেশদা থুংখি।

## মূল ২২৪

তমাল কার্ত্তিক দেখি আইলা বাতাপানী।

রঘুনাথ দেখি তাহাঁ বঞ্চিলা রজনী ॥ ২২৪ ॥

## শব্দার্থ

তমাল কার্ত্তিক দেখি তমাল কার্ত্তিক দর্শন তৌরগা ; আইলা—লাকখি ; বাতাপানী—বাতাপানীদা ; রঘুনাথ দেখি—শ্রীরঘুনাথবু উরগা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; বঞ্চিলা—লেন্‌খি ; রজনী—অহিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তমাল কার্ত্তিক দর্শন তৌরগা প্রভু বাতাপানীদা থুংখি। মফমদুদা শ্রীরঘুনাথ দর্শন তৌরগা অহিং লেন্‌খি।

## মূল ২২৫

গোসাঞির সঙ্গে রহে কৃষ্ণদাস ব্রাহ্মণ।

ভট্টমারিসহ তাঁর হৈল দরশন ॥ ২২৫ ॥

## শব্দার্থ

গোসাঞির সঙ্গে- প্রভুগা লোয়ননা ; রহে- লৈ ; কৃষ্ণদাস ব্রাহ্মণ — কৃষ্ণদাস কৌবা ব্রাহ্মণ অমা ; ভট্টমারি সহ - ভট্টমারিগা লোয়ননা ; তাঁর মহাক্কা ( কৃষ্ণদাসগা ) ; হৈল—ঙাইখি ; দরশন উনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুগা লোয়ননা কৃষ্ণদাস কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। কৃষ্ণদাসনা ভট্টমারিগা লোয়ননা উনখি।

## মূল ২২৬

স্ত্রীধন দেখাইয়া তাঁর লোভ জন্মাইল।

আর্য্য-সরল বিপ্রের বুদ্ধিনাশ কৈল ॥ ২২৬ ॥

## শব্দার্থ

স্ত্রী নুপী ; ধন—লন্‌থুম্ ; দেখাইয়া উইহন্দুনা ; তাঁর—মহাক্কী ;

লোভ—মিহৌবা ; জন্মাইল—পোকহন্‌খি ; আর্য্য—সাধু-ওইবা ; সরল—পূক্‌চেল-তিংবা ; বিপ্রের—ব্রাহ্মণগী ; বুদ্ধিনাশ—বুদ্ধিমাঙবা ; কৈল—ওইহন্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুপীনে লন্‌থুম্নে উহল্লগা কৃষ্ণদাসবু পামহন্‌খি । সাধু ওইবা পূকচেল-তিংবা ব্রাহ্মণ কৃষ্ণদাসগী বুদ্ধি মাঙহন্‌খি ।

**মূল ২২৭**

প্রাতে উঠি আইলা প্রভু ভট্টমারি-ঘরে ।
তাহার উদ্দেশে প্রভু আইলা সত্বরে ॥ ২২৭ ॥

**শব্দার্থ**

প্রাতে—অয়ুক্তা ; উঠি—হৌগৎলগা ; আইলা—লাক্‌খি ; প্রভু—প্রভুনা ; ভট্টমারি ঘরে—ভট্টমারিগী য়ুমদা ; তাহার উদ্দেশে—মহাকপু তম্না ; প্রভু—প্রভুনা ; আইলা—লাকখি ; সত্বরে থুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুকতন্থা লেঙথৎলগা প্রভুনা ভট্টমারিগী য়ুমদা য়ৌখি । প্রভুনা থুনা-য়াঙনা মহাকপু ( ভট্টমারিবু ) তম্না লেঙলম্খী ।

**মূল ২২৮**

আসিয়া কহেন সব ভট্টমারিগণে—
আমার ব্রাহ্মণ তুমি রাখ কি কারণে ॥ ২২৮ ॥

**শব্দার্থ**

আসিয়া—লাকুনা ; কহেন—হায়রম্মী ; সব ভট্টমারিগণে—ভট্টমারিশিং পুম্নমক্তা ; আমার ব্রাহ্মণ—ঐগী বামোনবু ; তুমি—নঙনা ( নখোয়না ) ; রাখ—থম্মি ; কি—করি ; কারণে—মরমগীদমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লেংলক্‌লগা ভট্টমারিশিং পুম্নমক্তা হায়রম্মী- ঐগী বামোন-বু করি মরমগী নখোয়না থমজল্লিবনো ?

## মূল ১২৯

তুমিহ সন্ন্যাসী আমিহ সন্ন্যাসী।
আমায় দুঃখ দেহ তুমি, ন্যায় না বাসি ॥ ১২৯ ॥

### শব্দার্থ

তুমিহ—নঙস্থ ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবা ; আমিহ—ঐস্থ ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবা ; আমায়—ঐঙোন্দা ; দুঃখ—অরাবা ; দেহ—পীরি ; তুমি—নঙনা (নখোয়না) ; ন্যায় অচুম্বনী (হায়না) ; না বাসি—ঐদি খন্দে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙস্থ লম্বোইবা, ঐস্থ লম্বোইবা। ঐঙোন্দা নখোয়না অরাবা পীবদি নাইৈ চায় হায়না ঐদি খন্বা ঙমদে।

## মূল ১৩০

শুনি সব ভট্টমারি উঠে অস্ত্র লঞা।
মারিবারে আইসে সব চারিদিকে ধাঞা ॥ ১৩০ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; সব ভট্টমারি—ভট্টমারি পুম্নমক ; উঠে—হৌগৎলী ; অস্ত্র—খুৎলাই ; লঞা—পায়দুনা ; মারিবারে—হৈয়গদবগী ; আইসে—লাকয়ি ; সব—লোইনমক ; চারিদিকে—মায়কৈ মরিমক্তা ; ধাঞা—চেন্শন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী রা তাবদা ভট্টমারি পুম্নমক খুৎলাই পায়দুনা হৌগৎলী। প্রভুবু হৈয়গদোবগীদমক লোইনমক্তা মায়কৈ মরিমক্তগী চেন্শল্লম্মী।

## মূল ১৩১

তার অস্ত্র তার অঙ্গে পড়ে হাথ হৈতে।
খণ্ড খণ্ড হৈল ভট্টমারি পলায় চারিভিতে ॥ ১৩১ ॥

### শব্দার্থ

তার অস্ত্র—মাগী খুৎলাই ; তার অঙ্গে—মাগী মহাদা ; পড়ে—তাখি ;

হাথে—খূৎ ; হৈতে—দগী ; খণ্ড খণ্ড— মচোই-মচোই ; হৈল— ওইরে ; ভট্টমারি—ভট্টমারিশিং ; পলায়—চেল্লী ; চারি— মায়কৈ মরিমক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টমারিশিংদো মাগী মাগী মথুক্তগী মছা মছাদা মানা মানা পায়রম্বা খূৎলাইদো তারম্মী। মতুদা লৈফম খণ্ড্রেহুনা ভট্টমারি পূম্নমক মচোই মচোই কায়নহুনা মায়কৈ মরিমক্তা চেল্লম্মী।

## লৈনরোল

ভট্টমারিশিংদো মাগী মাগী খূৎলাইনা মছা মছাবু শোক্‌হন্দুনা কোয়চেন চেন্‌খি। মহাপ্রভুবু য়েগে তৌরম্বদো ওম্‌খিদ্রে। মসী প্রভুগী ঐশ্বর্য্যাশক্তিগী শান্নবা মখল অমনী।

### মূল ১৩২

ভট্টমারি-ঘরে মহা উঠিল ক্রন্দন।
কেশে ধরি বিপ্র লঞা করিলা গমন॥ ১৩২ ॥

শব্দার্থ

ভট্টমারি ঘরে—ভট্টমারিশিংগী য়ুমদা ; মহা—মহা ওইনা ; উঠিল—তৌরম্মী ; ক্রন্দন—কপ্পা ; কেশে—মশম ; ধরি—পায়হুনা ; বিপ্র লঞা—বিপ্রবু পুবগা ; করিলা—তৌখি , গমন চৎপা ( প্রভুনা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টমারিশিংগী য়ুমদা মহা ওইনা কপ্পরম্মী। প্রভুনা মহাক্কী ব্রাহ্মণচুগী মশম পায়হুনা লেংখি।

## লৈনরোল

কৃষ্ণদাস-ব্রাহ্মণবু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা প্রভুনা উংখি মতুদি—কামিনী কাঞ্চন ( নুপীগা সনাগা ) পাম্বা সম্প্রদায়গা শম্নবা সাধক খুদিংনা তৌক্কদে। লাইবক থীহুনা কনাগুম্বনা অদুগুম্বা সম্প্রদায়দা চঙলুরবদি প্রভুনা কৃপা তৌবিহুন্না লৌথোকহৌদ্রনদি মহাক হিংবগী উপায় লৈতে।

কৃষ্ণদাসদো স্বয়ং-মহাপ্রভুগা লোয়নবস্নী, মহাক প্রভুগী পার্ষদ অমনী ; স্বয়ং-প্রভুগী সেবা ফংবগী লাইবক ফবা হায়বহু ওইরবা মীশিংদি, কামিনী-কাঞ্চনগী ৱাদি লাপ্না হুঞ্জেকৃখ্রহুনা, সালোক্য-নচিংবা মুক্তি ফংনীঙবনা মথোয়গী মপুক্নীঙব্ লাঙহনবা ঙমদে। প্রভুগী পার্ষদ কৃষ্ণদাসগী মন অহুনা ভট্টমারিশিংগী ক্নপীগা সনাগব্ পাম্নবগী মৱম নৈবা হৌনদে ; ভজনগী লম্বীদা ৱাংনা নৈরবা মীফাওবা কামিনী-কাঞ্চনবু কিগদবনী হায়বহু উৎকে হায়বগীদমক কৃষ্ণদাসবু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা প্রভুনা শান্নখিবা লীলানী অসী।

মূল ২৩৩

সেইদিনে চলি আইলা পয়স্বিনী তীরে।

স্নান করি গেলা আদি-কেশব-মন্দিরে ॥ ২৩৩ ॥

শব্দার্থ

সেইদিনে—ক্নমীংতুমক্তদা ; চলি—চৎলগা ; আইলা—য়ৌরকখি ; পয়স্বিনী তীরে—পয়স্বিনী তোর্বান্দা ; স্নান করি—চাইথরগা ; গেলা—লেঙখি ; আদি কেশব-মন্দির—আদিকেশবকী মন্দিরদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্নমীংতুমক্তদা মহাপ্রভুনা পয়স্বিনী তোর্বান্দা লেঙলগা য়ৌরকখি। মতুদা স্নান তৌরগা আদি-কেশব-মন্দিরদা লেঙখি।

মূল ২৩৪

কেশব দেখিয়া প্রেমে আবিষ্ট হইলা।

নতি-স্তুতি নৃত্য গীত বহুত করিলা ॥ ২৩৫ ॥

শব্দার্থ

কেশব—শ্রীকেশব-বিগ্রহবু ; দেখিয়া—দর্শন তৌবদা ; প্রেমে—প্রেমদা, আবিষ্ট চঙনা ; হইলা—ওইখি ; নতি—খুরুম্না ; স্তুতি—স্তব ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ; বহুত—য়াম্না ; করিলা—তৌরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকেশব-বিগ্রহ দর্শন তৌবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখি। অহুদগী প্রভুনা খুরুম্না, স্তব, জগোই, ঈশৈ য়াম্না শক-শোল্লম্মী।

## মূল ২৩৫

প্রেম দেখি লোকের হৈল মহা চমৎকার।
সর্ব্বলোক কৈল প্রভুর পরম সৎকার ॥ ২৩৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রেম—প্রভুগী কৃষ্ণপ্রেম ; দেখি—উরগা ; লোকের—মী ময়ামগী ; হৈল—ওইখি ; মহা চমৎকার—মহা ওইনা ঙকপা ; সর্ব্বলোক—মী পুম্নমক ; কৈল—তৌরম্মী ; প্রভুর—প্রভুগী মফমদা ; পরম সৎকার—শ্রদ্ধাভক্তি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী প্রেমাবেশ উরগা ময়াম পুম্নমক রাম্না ঙকখি। মীপুম্নমক্না প্রভুদা শ্রদ্ধা-ভক্তি উৎতুনা লুনা তৌখি।

## মূল ২৩৬

মহাভক্তগণ সহ তাহাঁ গোষ্ঠী হৈল।
ব্রহ্মসংহিতাধ্যায় তাহাঁই পাইল ॥ ২৩৬ ॥

### শব্দার্থ

মহাভক্তগণসহ—মহাভক্তশিংগা লোয়ননা ; তাহাঁ—মফমতুদা ; গোষ্ঠী—রারী রাতাই ; হৈল—ওইখি ; ব্রহ্মসংহিতা-অধ্যায়—ব্রহ্মসংহিতাগী অধ্যায় ; তাহাঁই—মফমতুদা ; পাইল—ফংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভক্তশিংগা লোয়ননা মফমতুদা প্রভুনা কৃষ্ণগী মতমদা রারী-রাতাই শাম্নখি। মফমতুদা ব্রহ্মসংহিতাগী অধ্যায় ফংখি।

### নৈনারাগ

**ব্রহ্মসংহিতাধ্যায়**—ব্রহ্মসংহিতাগী পঞ্চম ( মঙাশুবা ) অধ্যায়। ব্রহ্মসংহিতাসী সিদ্ধান্তগ্রন্থ অমনী ; মসী ব্রহ্মমছামক্তা ইরম্নী হায়। গ্রন্থ মপুমদদি অধ্যায় চামখক য়াওবনী হায়না হায়। অদুবু পয়স্বিনী তোর্ববান্দা আদি-কেশব-মন্দিরদা পঞ্চম অধ্যায়সিতমক উবা ফংখি। প্রভুনা মদু

পারগা ওক্‌খি ; লাইরীক অদু শিন্দোকহল্লগা প্রভুনা পুরকখি ; পুরক্লগা গৌড়গী ভক্তশিংদা পীরম্মী ; মতৌ অসুম্না বঙ্গদেশদা লাইরীকসী চৎনখিবনী। লাইরীকসীদা শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণধামগী তত্বগী মহিমাগা নৈনরি।

মূল ২৩৭

পুথি পাইয়া প্রভুর আনন্দ অপার।
কম্প অশ্রু স্বেদ স্তম্ভ পুলক বিকার ॥ ২৩৭ ॥

শব্দার্থ

পুথি—লাইরীক ; পাইয়া—ফংবদা ; প্রভুর প্রভুগী ; আনন্দ—নুংঙাইবা (ওইখি) : অপার—ওমথৈ-নাইদবা ; কম্প—নীকপা ; অশ্রু—পিরাং ; স্বেদ—হুমাং : স্তম্ভ—পঙথবা ; পুলক—তুজুংবা ; বিকার—সাত্বিক ভাব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক ফংবদা প্রভুনা ওমথৈ নাইদনমথৈ নুংঙাইখি প্রভুগী নীকপা, পিরাং শিন্থবা; হুমাং কাংবা, পঙথবা, তুজুংবনচিংবা সাত্বিক বিকার ওইখি।

মূল ২৩৮

সিদ্ধান্তশাস্ত্র নাহি ব্রহ্মসংহিতার সম।
গোবিন্দ-মহিমা জ্ঞানের পরম কারণ ॥ ২৩৮ ॥

শব্দার্থ

সিদ্ধান্তশাস্ত্র রারেপ্পবা শাস্ত্র ; নাহি—লৈতে : ব্রহ্মসংহিতার সম—ব্রহ্মসংহিতাগা মান্নবা ; গোবিন্দমহিমা—গোবিন্দগী মহিমা ; জ্ঞানের—খঙনবগী ; পরম কারণ—খোদ্রকফম মকোক্পী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মসংহিতাগা মান্নবা সিদ্ধান্তশাস্ত্র লৈতে। শ্রীগোবিন্দগী মহিমা খঙননবা উপায় মকোক্পী।

## মূল ২৩৯

অল্প অক্ষরে করে সিদ্ধান্ত অপার।
সকল বৈষ্ণবশাস্ত্র-মধ্যে অতিসার ॥ ২৩৯ ॥

### শব্দার্থ

অল্প—য়ামদবা ; অক্ষরে—ময়েক্তা ; কহে—হায় ; সিদ্ধান্ত অপার—ওমথৈ-নাইদবা সিদ্ধান্ত ; সকল—পুম্নমক ; বৈষ্ণবশাস্ত্র-মধ্যে—বৈষ্ণব-শাস্ত্র মনুঙদা ; অতিসার—অয়েৌবী মচি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মসংহিতানা ইয়াম্-য়াম্দবা ময়েক্তা শীঙনাইদবা সিদ্ধান্ত ফোঙ-দোকয়ি। লাইরিকসী বৈষ্ণবশাস্ত্র পুম্নমক্কী মনুঙদা অয়েৌবী মচি ওইবা পোত্তানী।

## মূল ২৪০

বহুযত্নে সেই পুথি নিল লেখাইয়া।
অনন্তপদ্মনাভ আইলা হরষিত হঞা ॥ ২৪০ ॥

### শব্দার্থ

বহুযত্নে য়াম্না চেকশিন্না ; সেই পুথি—লাইরীক অদু ; নিল—পুখি ; লেখাইয়া—ইহল্লগা ; অনন্তপদ্মনাভ—অনন্তপদ্মনাভগীদা ; আইলা—লাকখি ; হরষিত—হরাওবা ; হঞা—ওইরদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক অদু য়াম্না চেকশিন্না শিন্দোকহনখি। অদুদগী হরাও হরাওনা অনন্তপদ্মনাভগীদা য়ৌখি।

## মূল ২৪১

দিন দুই পদ্মনাভের করি দরশন।
আনন্দে দেখিতে আইল শ্রীজনার্দ্দন ॥ ২৪১ ॥

### শব্দার্থ

দিন—কুমীৎ ; দুই—অনী ; পদ্মনাভের—পদ্মনাভবু ; করি—তৌদুনা ;

দরশন—দর্শন ; আনন্দে—নুংঙাইনা ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; আইল—লাকখি ; শ্রীজনার্দ্দন—শ্রীজনার্দ্দনবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ নীনী পদ্মনাভবু দর্শন তৌরগা থরাই নুংঙাইনা শ্রীজনার্দ্দন দর্শন তৌরখি।

মূল ২৪২

দিনদুই তাহাঁ করি কীর্ত্তন-নর্ত্তন।

পয়োষ্ণী আসিয়া দেখে শঙ্কর-নারায়ণ ॥ ২৪২ ॥

শব্দার্থ

দিন দুই—নুমীৎ নীনী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; করি—তৌরগা ; কীর্ত্তন-নর্ত্তন—কীর্ত্তন অমসুং জগোই ; পয়োষ্ণী আসিয়া—পয়োষ্ণীদা লাকুনা ; দেখে—দর্শন তৌয়ি ; শঙ্কর-নারায়ণ—শঙ্কর-নারায়ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা নুমীৎ নীনী কীর্ত্তন-বু তৌবনে জগোইবু শাবনে তৌরগা পয়োষ্ণীদা য়ৌখি অদুগা শঙ্কর নারায়ন দর্শন তৌখি।

মূল ২৪৩

সিংহারিমঠ আইলা শঙ্করাচার্য্যস্থানে।

মৎস্যতীর্থ দেখি কৈল তুঙ্গভদ্রায় স্নানে ॥ ২৪৩ ॥

শব্দার্থ

সিংহারিমঠ আইলা—সিংহারিমঠদা লাকখি ; শঙ্করাচার্য্যস্থানে—শঙ্করাচার্য্যগী লমদমদা ; মৎস্যতীর্থ দেখি—মৎস্যতীর্থ দর্শন তৌরগা ; কৈল—তৌখি ; তুঙ্গভদ্রায়—তুঙ্গভদ্রাদা ; স্নানে—স্নান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা শঙ্করাচার্য্যগী লমদমদা সিংহারিমঠদা চেঙলকখি। অদুদগী মৎস্যতীর্থ দর্শন তৌরগা তুঙ্গভদ্রা-তুরেন্দা স্নান তৌখি।

## মূল ২৪৪

মধ্বাচার্য্য-স্থানে আইলা যাহাঁ তত্ত্ববাদী।
উড়ুপকৃষ্ণ দেখি তাহাঁ হৈলা প্রেমোন্মাদী ॥ ২৪৪ ॥

### শব্দার্থ

মধ্বাচার্য্য-স্থানে—শ্রীপাদমধ্বাচার্য্যগী শ্রীপাটদা ; আইলা—লাকখি ; যাহাঁ—মফমতুদা ; তত্ত্ববাদী—শ্রীমধ্বাচার্য্যগী সম্প্রদায়দা য়াওবা ভক্তশিং ; উড়ুপ—নোংদোম্বক্কী থাজ ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; তাহাঁ—মফমতুদা ; হৈলা—ওইখি ; প্রেম-উন্মাদী—কৃষ্ণপ্রেমদা ভাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপাদ মধ্বাচার্য্যগী শ্রীপাটদা প্রভু থুংখি ; মফমতুদা তত্ত্ববাদী (হায়বদি শ্রীমধ্বাচার্য্যগী সম্প্রদায়দা য়াওবা ভক্ত) য়াম্না লৈ। মফমতুদা উড়ুপ কৃষ্ণ (কৃষ্ণচন্দ্র) দর্শন তৌরগা প্রভু কৃষ্ণপ্রেমদা ভাওখি।

### নৈনরোল

তত্ত্ববাদী—শ্রীমধ্বাচার্য্যগী সম্প্রদায়দা য়াওবা সাধকশিংবু তত্ত্ববাদী কৌয়ি ; মখোয়সী দ্বৈতবাদী-নী অদুগা শঙ্করাচার্য্যগী অদ্বৈতবাদবু য়াদবা কাওবুনী। উড়ুপ—নোংদোনথক্কী থাজ (চন্দ্র)। উড়ুপকৃষ্ণ—চন্দ্রকৃষ্ণ হায়বদি কৃষ্ণচন্দ্র হায়বনী।

## মূল ২৪৫

নর্ত্তকগোপাল কৃষ্ণ পরমমোহনে।
মধ্বাচার্য্যে স্বপ্ন দিয়া আইলা তাঁর স্থানে ॥ ২৪৫ ॥

### শব্দার্থ

নর্ত্তকগোপাল—জগোই শাবা শঙ্গেন্নবা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ ; পরমমোহনে—য়েৌনা শুমহৎনবগী মশক ওইবা ; মধ্বাচার্য্যে—মধ্বাচার্য্যদা ; স্বপ্ন দিয়া—মঙ-মঙহল্লগা ; আইলা—লাকখি ; তাঁর স্থানে—মাগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হায়নভাই নৈতনা শুমহৎনভাই ওইবা নর্ত্তক-গোপাল শ্রীকৃষ্ণনা মধ্বাচার্য্যগী মমঙদা শক্ত উৎলম্লগা মাগী মফমদা লেঙলকখি।

## নৈনরোল

**নর্ত্তকগোপাল**- উড়ুপ-কৃষ্ণগী বিগ্রহত্থু নর্ত্তক-গোপালগী (জগোই-শাবা শঞ্জেন্নহাগী) শকফমদা শাখিবনী।

**মধ্বাচার্য্যে স্বপ্ন দিয়া**—লল্লোনবা মুপা অমনা হি তোংতুনা দ্বারকাদগী লাক্লম্মী ; হিত্তুনা মফম অসিরাইদা ( হায়বদি মধ্বাচার্য্যগী শ্রীপাটগী নাক্তা ) য়ৌরবা মতমদা ঈশিংদা লূপখি। হিত্তুদা গোপীচন্দন য়াম্না য়াওরম্মী ; গোপীচন্দন মরক্তা বালগোপালগী মূর্ত্তি য়াওরম্মী। গোপীচন্দনগা লোয়ননা বালগোপালগী মূর্ত্তিসু লূপ্লম্মী ; ঈরোন্নংদা লূপ্লতুনা মহাক্না মধ্বাচার্য্যগী মমঙদা ৱারোল পুন্নমক লীরগা ঈশীঙদগী মহাকপু লৌখৎনবা য়াথং তাউথখি। মতুগী মতুং ইন্না মধ্বাচার্য্যনা বালগোপালদুবু লৌখৎলুরগা সেবা চৎখি। ৱারীসী মথং মথং লীথনরক্নুনা খঙনবনী।

### মূল ২৪৬

গোপীচন্দন-ভিতর আছিলা ডিঙ্গাতে।
মধ্বাচার্য্য সেই কৃষ্ণ পাইলা কোনমতে ॥ ২৪৬ ॥

#### শব্দার্থ

গোপীচন্দন-ভিতর—গোপীচন্দনগী মরক্তা ; আছিলা—লৈরম্মী ; ডিঙ্গাতে—হিদা ; মধ্বাচার্য্য—শ্রীলমধ্বাচার্য্যনা ; সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণগী বিগ্রহদু ; পাইলা—ফংখি ; কোনমতে—কৈনোমা তৌদুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হি মনূঙদা গোপীচন্দন মরক্তা লৈরম্বা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিদু মধ্বাচার্য্যনা ফংখি।

### মূল ২৪৭

মধ্বাচার্য্য আনি তাঁরে করিল স্থাপন।
অদ্যাপি তাঁর সেবা করে তত্ত্ববাদিগণ ॥ ২৪৭ ॥

#### শব্দার্থ

মধ্বাচার্য্য—মধ্বাচার্য্যনা ; আনি—পুবক্নুনা ; তাঁরে—মাবু (শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদুবু) ; করিল—তৌখি ; স্থাপন—খিনবা ; অদ্যাপি—ঙসিফাওবা ; তাঁর সেবা—মাগী সেবা ; করে—তৌরি ; তত্ত্ববাদিগণ—তত্ত্ববাদীশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলমধ্বাচার্য্যনা মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তিদুবু ) পুরক্তুনা থিন্‌থি ; ডসি ফাওবা মাগী সেবা তত্ত্ববাদীশিংনা তৌরি ।

মুল ১৪৮

কৃষ্ণমূর্ত্তি দেখি প্রভু মহাসুখ পাইল ।

প্রেমাবেশে বহুক্ষণ নৃত্যগীত কৈল ॥ ২৪৮ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণমূর্ত্তি—উড্‌পকৃষ্ণগী মূর্ত্তি : দেখি দর্শন তৌবদা : প্রভু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ; মহাসুখ—য়াম্না নুংঙাইবা ; পাইল ফংখি ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; বহুক্ষণ—মতম শাংনা ; নৃত্য জগোই ; গীত—ঈশৈ ; কৈল – তৌখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু কৃষ্ণগী মূর্ত্তিদু উবদা য়াম্না নুংঙাইখি । প্রেমাবেশ ওইদুনা প্রভু মতম শাংনা জগোই শার ঈশৈ শক্ল লেন্‌খি ।

মুল ১৪৯

তত্ত্ববাদিগণ প্রভুকে মায়াবাদিজ্ঞানে ।

প্রথমদর্শনে প্রভুর না কৈল সম্ভাষণে ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

তত্ত্ববাদিগণ—তত্ত্ববাদীশিংনা ; প্রভুকে—প্রভুব ; মায়াবাদিজ্ঞানে——মায়াবাদীনী খন্দুনা ; প্রথমদর্শনে— অহানবা উবদা ; প্রভুর— প্রভুগা ; না কৈল তৌরমদে ; সম্ভাষণে- রা ওাওনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ববাদীশিংনা প্রভুবু মায়াবাদী সন্ন্যাসী ওইরম্লে খন্দুনা অহানবা উবদা প্রভুগা রা ওাওনরমদে ।

মৈননরোল

ময়াবাদীজ্ঞানে- মতমদুদা সন্ন্যাসী উরগ. মীশিংনা শঙ্করাচার্য্যগী

তুংইন্বা মায়াবাদী সন্ন্যাসীনা হায়না তেক্তা থম্নরম্মী। না কৈল সম্ভা-ষণে—প্রভুবু অদ্বৈতবাদীনী খন্দুনা প্রভুগা তত্ত্ববাদীশিংগা ৱা ঙাঙনদে। হায়নবা ৱা লৈ, মতম অতুৱাইদদি তত্ত্ববাদীশিংনা মায়াবাদীগী শক উবদদা মফি তুম্নগা ইরুজ্থোকয়ি।

মূল ১৫০

পাশে প্রেমাবেশ দেখি হৈল চমৎকার।
বৈষ্ণব জ্ঞানেতে বহু করিল সৎকার ॥ ২৫০ ॥

### শব্দার্থ

পাশে—তুংদা ; প্রেমাবেশ—প্রভুগী প্রেমাবেশতু ; দেখি—উবদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা ; বৈষ্ণব-জ্ঞানেতে— বৈষ্ণব-নী হায়না খঙলক্তুনা ; বহু—য়াম্না ; করিল—তৌখি ; সৎকার—লুনা তৌবা, পূজা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুংদা প্রভুগী প্রেমাবেশতু উরগা য়াম্না ঙকখি। অতুদগী প্রভুবু বৈষ্ণবনী হায়না খঙলক্তুনা য়াম্না লুনা সেবা তৌখি।

মূল ১৫১

তা-সভার অন্তরে গর্ব্ব জানি গৌরচন্দ্র।
তা-সভা-সহিত গোষ্ঠী করিল আরম্ভ ॥ ২৫১ ॥

তা-সভার মখোয় পুম্নমক্কী ; অন্তরে—মবুক্কুংদা ; গর্ব্ব—নাপল (লৈরে) ; জানি—খঙলদুনা . গৌরচন্দ্র—শ্রীমৎগৌরচন্দ্র প্রভুনা ; তা-সভা-সহিত—মখোয় লোইনমক্কা লোয়ননা ; গোষ্ঠী—তত্ত্ব নৈনবা ; করিল—তৌখি ; আরম্ভ—হৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্কী ( তত্ত্ববাদীশিংদুগী ) মবুক্কুংদা নাপল অমা লৈরম্বদু শ্রীমন্মহাপ্রভু গৌরচন্দ্রনা খঙলদুনা মখোয় পুম্নমক্কা লোয়ননা তত্ত্বগী মরমদা নৈনবা হৌখি।

### মূল ১৫২

তত্ত্ববাদি-আচার্য্য শাস্ত্রে পরম প্রবীণ।
তাঁরে প্রশ্ন কৈল প্রভু হঞা যেন দীন ॥ ১৫২ ॥

### শব্দার্থ

তত্ত্ববাদি আচার্য্য - তত্ত্ববাদীশিংগী আচার্য্য হায়বদি মকোক ; শাস্ত্রে — শাস্ত্রদা ; পরম — য়ৌনা ; প্রবীণ — খঙহৈবা ; তাঁরে — মঙোন্দা ; প্রশ্ন কৈল — হংলম্মী ; প্রভু — প্রভুনা ; হঞা — ওইদুনা ; যেন — গুম্না ; দীন — অতোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ববাদীশিংগী আচার্য্যদু শাস্ত্র য়াম্না খঙবা মীনী। প্রভুনা য়াম্না নোল্লুক্না তোল্লবা অমগুম্না আচার্য্যদুদা রা হংখি।

### মূল ১৫৩

সাধ্য-সাধন আমি না জানি ভালমতে।
সাধ্য-সাধন শ্রেষ্ঠ জানাহ আমাতে ॥ ১৫৩ ॥

### শব্দার্থ

সাধ্য - ফংনঙাই, তান্নঙাই ; সাধন - ফংনঙাই পাম্বৈ ; আমি — ঐদি ; না জানি - খঙদে ; ভালমতে - ফজনা ; সাধ্য সাধন শ্রেষ্ঠ — অথোইবা সাধ্য অদুগা সাধন-অদু . জানাহ — খঙহল্লু ; আমাতে — ঐহাকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী) - ঐদি সাধ্য করিনো সাধন করিনো হায়বদু ফজনা খঙদে। অদুনা অথোইবা সাধ্য অদুগা সাধন অদুগা ঐহাকপু খঙহল্লু।

### মূল ১৫৪-১৫৫

আচার্য্য কহে — বর্ণাশ্রমধর্ম্ম কৃষ্ণে সমর্পণ।
এই হয় কৃষ্ণভক্তের শ্রেষ্ঠ সাধন ॥ ১৫৪ ॥
পঞ্চবিধ মুক্তি পাঞা বৈকুণ্ঠে গমন।
সাধ্যশ্রেষ্ঠ হয় এই শাস্ত্র-নিরূপণ ॥ ১৫৫ ॥

শব্দার্থ

আচার্য্য—তত্ত্ববাদী আচার্য্যনা ; কহে—হায় ; বর্ণ-আশ্রমধর্ম্ম—বর্ণ অমসুং আশ্রম ধর্ম্মদু ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; সমর্পণ—কৎথোকপা ; এই—মসিনা ; হয়—ওই ; কৃষ্ণভক্তের—কৃষ্ণভক্তগী ; শ্রেষ্ঠ—অথোইবা ; সাধন—পাম্বৈ ; পঞ্চবিধ মখলমঙাগী ; মুক্তি—অরানখুভম ; পাঞা—ফংলগা ; বৈকুণ্ঠে—বৈকুণ্ঠদা ; গমন—চৎপা ; সাধ্যশ্রেষ্ঠ—অথোইবা সাধ্য ; হয়—ওই ; এই—মসী ; শাস্ত্র-নিরূপণ—শাস্ত্রনা লেপ্পা ৱানী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আচার্য্যনা হায়বম্মী— বর্ণ অমসুং আশ্রম ধর্ম্মদু শ্রীকৃষ্ণদা কৎথোকপা হায়বসিনা কৃষ্ণভক্তগী খ্বাইদগী থোইবা সাধন হায়বদুনী। মখল মঙাগী মুক্তি ফংলগা বৈকুণ্ঠদা চৎপা হায়বসিনা পুঙথোই-থোইবা সাধন হায়বদুনী হায়না শাস্ত্রনা লেপ্লবনী।

## নৈনরোল

**পঞ্চবিধ মুক্তি**—সালোক্য, সার্ষ্টি, সারূপ্য, সামীপ্য অমদি সাযুজ্য হায়বা মুক্তি মখল মঙানী। ১/৩/১৮ পয়ারগী নৈনরোল য়েংবিয়ু। "পঞ্চবিধ মুক্তি পাঞা বৈকুণ্ঠে গমন" হায়বা পয়ার তংখাইসিদা ৱা অমা খন্নবনঙাই লৈরে। তত্ত্ববাদীশিংদি দ্বৈতবাদীনী; মখোয়দি অদ্বৈতবাদবু শাথিনা য়াদবনী— কয়ামুক য়াদবগে হায়ববু, প্রভুবু অহানবমক্তদা অদ্বৈতবাদীনী খল্লুবদগী প্রভুগা ৱা ফাওবা ঙাঙনরমদ্রিবনী। অসুম্না লৈবসিদা, মখোয়না অদ্বৈতবাদীশিংগী সাধনগী পান্দম সাযুজ্যমুক্তিবু পামগনী হায়বসী থাজবা য়াদবনী ; সাযুজ্যমুক্তিব পাম্বদি দ্বৈতবাদনা শৃকয়ায়াদবনী। অদুদগী ৱা অমনা, সাযুজ্যমুক্তিগী মফমসু বৈকুণ্ঠদা নত্তে···বৈকুণ্ঠগী ৱাংমদা মঙালঙাক্তা-ঙায়বা নির্ব্বিশেষ ( শক্তিহীনবা ) ধাম সিদ্ধলোক অদুদনী। অদুগা বৈকুণ্ঠ হায়রগা পরব্যোমবু খঙহন্নী হায়না খল্লবসু সিদ্ধলোক-সু লেপ্পমক মদুগী মনুং চন্‌বনী। অদু ওইরবসু সাযুজ্যমুক্তিদি দ্বৈতবাদীশিংনা পাম্বদু ওইবা য়াদে। মরমময়ামসিনা খন্নবনঙাই ওইবদি "পঞ্চবিধ মুক্তি" গী মফমদা "চতুর্ব্বিধ মুক্তি" লৈরম্লবদি য়ৎ চাগদবনী। ওইবা য়াই, লাইরীক শিন্দোকপা কাওবুনা শোয়বদগী "চতুর্ব্বিধ" গী মফমদা "পঞ্চবিধ" হাপ্‌খিবা।

### মূল ২৫৬

প্রভু কহে—শাস্ত্রে কহে 'শ্রবণ-কীর্ত্তন।

কৃষ্ণপ্রেমসেবাফলের পরম সাধন ॥ ২৫৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; শাস্ত্রে কহে—শাস্ত্রনা হায় ; শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা ; কীর্ত্তন—শক্ শোন্বা হায়বদুনা ; কৃষ্ণপ্রেম সেবা—কৃষ্ণবু প্রেমগা লোয়ননা তৌবা সেবা ; ফলের—মহৈহুগী ; পরম সাধন—অয়োবী পাম্বৈনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা তত্ত্ববাদীদা খুম্লম্মী শাস্ত্রনা হায়, শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন অসিনা কৃষ্ণবু প্রেমসেবা ( নুংশিনা সেবা তৌবা ) হায়বা ফল অদু ফংননবা উপায় মকোক্নী।

### নৈনরোল

**শ্রবণকীর্ত্তন**—শ্রবণকীর্ত্তনবু উপলক্ষণ ওৌরগা নববিধা ভক্তিগী রা মক্ষমসিদা হায়বনী। **কৃষ্ণপ্রেম-সেবা-ফল**—প্রেমগা (নুংশিবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবা, শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা নুংশিনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবা অদুবু শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা সাধনগী ফল-নী হায়রিবনী।

শ্রবণকীর্ত্তন-নচিংবনা পুঙথোই-পোইবা সাধন-নী হায়বদুগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অনীখক লৌখংলি।

### মূল ২৫৭-২৫৮

শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম।

অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্ ॥ ২৫৭ ॥

ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণা।

ক্রিয়েত ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেঽধীতমুত্তমম্ ॥ ২৫৮ ॥

### শব্দার্থ

শ্রবণং নাকোঙনা তাবা ; কীর্ত্তনং—শক-শোন্বা ; বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী

( বিষ্ণুবু ) ; স্মরণং—নীঙশীঙবা ; পাদসেবনম্—খোঙ-সেবা ; অর্চ্চনং—লাৎপা (পূজা তৌবা) ; বন্দনং—খুরুম্বা ; দাস্যং—নাই ওইবা ; সখ্যম্—মরূপ ওইবা ; আত্মনিবেদনম্—মছাবু কখোকপা ; ইতি—অসী ; পুংসা—কনাগুম্বা মীনা ; অর্পিতা—কখোকপা ; বিষ্ণৌ—বিষ্ণুদা ; ভক্তিঃ—ভক্তি ; চেৎ—বদি ; নবলক্ষণা—মথল মাপলগী ( নববিধা ) ; ক্রিয়েত—তৌবা ওই ; ভগবতি—ভগবান্দা ; অদ্ধা—সাক্ষাৎ ( শংশংনা ) ; তৎ—মহুৰ ; মন্যে—ওই হায়না খল্লী ; অধীতম্—মহৈ তম্বা (অধ্যয়ন) ; উত্তমম্—অথোইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুবু শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, পাদসেবন, অর্চ্চন, বন্দন, দাস্য, সখ্য অমসুংগা আত্মনিবেদন—হায়বা মথল মাপলগী ভক্তিসে ( অহান্‌বদা ) বিষ্ণুদা সাক্ষাৎ কৎলবা (মতুংদা) কনাগুম্বনা ভক্তিশিংসি তৌরবদি মহুৰু ঐনা উত্তম অধ্যয়ন ( অথোইবা মহৈ তম্বা ) তায়বনী হায়না খল্লী ।

## নৈনরোল

প্রহ্লাদগী মপাবুং দৈত্য নিংথৌ হিরণ্যকশিপুনা মীনা মাবু মায়থীহন্‌বা ঙমদনবা, মতম পূম্বদা নহাদ ওইহুনা লৈননবা, অমর ( শিদবা ) ওইনবা, য়েক্র-ভিংখঙ-লৈতবা ওইনবা, মহাক্নুম্বা নিংথৌ অনীগুদবা ওইননবা হায়হুনা মন্দর-পর্ব্বতদা চৎলগা অচেৎপা তপ তৌখি। মহাক্না মতৌ অসুম্না তপস্যাদা লূপ্নিরৈঙদা মহাক লৈতবগী তাঞ্জা লৌহুনা দেবতাশিংনা দৈত্যশিংগী মথক্তা লান্দাগদৌবগী থৌরাংখি ; দৈত্যশিংনা কিবদগী ময়ুম মকৈ মরিমতা থাদোক্তুনা চেন্নখি। দেবরাজ ইন্দ্রনা হিরণ্যকশিপুগী কোক্লুং থুগায়হুনা দৈত্য নিংথৌগী মীবোন্‌বী মহিষীবু পুহুনা চৎখি। লম্‌খঙদা ইন্দ্রনা নারদ মুনিগা থেংনখি ; অদুদা নারদনা ইন্দ্রদা পাউতাক্ পীখি ; অদুগী ফল ওইনা ইন্দ্রনা হিরণ্যকশিপুগী মহিষীবু নারদগী মখুত্তা শিন্নরম্মী। মহিষীদুবু নারদ মুনিনা পুরগা মাগী আশ্রমদা মচাক্নুপীগুম্না য়োকখি অদুগা মঙোন্দা ভক্তিতত্ত্ব তাকপিখি। নারদগী কৃপানা গর্ভদা লৈবা অঙাংদুসু ভক্তিগী পাউতাক্ অদু শ্রবণ তৌখি অমসুং মপুক্নুংদা পাউতাক্লী রাশিংদু তুঙশন্দুনা থনম্মী। অঙাংদু পোক্লবা মতমদা মমিং প্রহ্লাদ হায়না থোনখি। নারদগী কৃপানা মমাগী পীবুক্নুংদা লৈরিঙৈদা শ্রবণ তৌখিবা ভক্তি-তত্ত্বদু

প্রহ্লাদনা কাউরমদে ; পোক্লবা মতমদস্মু মহাক পাউত্তাক অতুগী মতুং ইন্না চৎলম্মী। নারদগী কৃপাদুতনা প্রহ্লাদগী ভক্তিগী থোরকফম্মী। তপস্যাদা সিদ্ধি ফংদুনা ব্রহ্মাগী বর ফংদুনা হিরণ্যকশিপু খুৎকম পাঙ্গম্না নিংথৌ ওইরম্মী ; স্বর্গ জয় তৌদুনা ইন্দ্রগী পুরীদা লৈরম্মী। মতম চারবা মতাংদা হিরণ্যকশিপুনা মচানুপা প্রহ্লাদবু লাইরীক তম্নবা গুরুগী মযুমদা থারম্মী।

গুরুগী শংগায়দা লৈদুনা লাইরীক তম্বা লোইরগা প্রহ্লাদনা মপাবুংগী নাক্তা চংদুনা খুরুম্বা মতমদা হিরণ্যকশিপুনা মচাদা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা মুংশিনা কোন্‌খৎলগা হায়রম্মী—"ইপাগী ইবুংঙো, মতম অম্মুক কুইনা গুরুগী শংগায়দা লৈদুনা তম্লকপা বিদ্যাদুগী মচি-ওইবা শরূক খরদং ইপাদা তম্মু।" মতম অদুদা মপাবুং মহারাজগী ষাহংগী পাউখুম ওইনা নৈনরিবা শ্লোক অনীসী হায়খিবনী।

দৈত্যশিংগী গুরু শুক্রাচার্য্যগী মচানুপা অনী লৈরম্মী ; মখোয়গী মিং ষণ্ডামার্ক—ষণ্ড অমসুং অমার্ক কৌরি। মখোয়গী মখুত্তা হিরণ্যকশিপুনা মচা শিন্নদুনা লাইরীক তম্‌হন্‌খিবনী। মখোয়নীনা বিষ্ণুবু য়েংথিনবা রা ঙাক্তা তাক্লম্মী। হিরণ্যকশিপুগী ষাহং তারগা প্রহ্লাদনা মপুকুংদা খল্লম্মী— "অতোনবা ব্রাহ্মণ ষণ্ডামার্কদু ঐগী গুরু নত্তে : শ্রীনারদনা ঐগী অশেংবা গুরুনী ; মাগী চীন্দগী ইনাকোঙমক্তা তাখিবা ভক্তিগী ষাদুনা ঐগী শিক্ষা অশেংবনী। শিক্ষাদুনা হৌজিক ইপাগী ষাহংগী পাউখুম ওইশনু (চক্রবর্ত্তী)।" মতৌ অসুম খল্লদুনা প্রহ্লাদনা "শ্রবণং কীর্ত্তনং-নচিংবা" থীদখিবনী।

**নবলক্ষণা**—মাগী লক্ষণ (থোইদোকপা খুদম) মাপল লৈবা, শ্রবণ, কীর্ত্তন হায়বনচিংবা সাধন-অঙ্গ মাপলবু শুদ্ধা ভক্তিগী লক্ষণ মাপল কৌরি। লক্ষণ মাপন্‌সিনা খঙবা য়াবা ভক্তিবু নবলক্ষণা ভক্তি নত্রগা নববিধা ভক্তি কৌরি। **নবলক্ষণা ভক্তিঃ**—শ্রবণ কীর্ত্তন্নচিংবা— নববিধ (মখল মাপনগী) ভক্তি অঙ্গ। নববিধা ভক্তিসী অহানবদা **ভগবতি বিষ্ণৌ**—ভগবান্ বিষ্ণুদা **অর্পিতা**—কৎলবা মতুংদা **পুংসা**—পুরুষনা (নিপানা), কনাগুম্বা মী অমনা (মফমসিদা পুংসা শব্দনা মুপী মুপা থায়বা লৈতনা জীব খুদিংমকপু

খঙনহল্লিবনী ; মরমত্থনা নবৱিধা ভক্তিসী বিষ্ণুদা কৎলবা কনাগুম্বা মীনা) **ক্রিয়তে**—তৌরবা ( চৎলাবা ), অদু ওইরবদি মদুবু শুদ্ধা ভক্তি কৌয়ি অমসুং অসুম্না শুদ্ধাভক্তি তৌবা, **তৎ**—অদুবু, **উত্তমং অধীতং**—উত্তম অধ্যয়ন (অথোইবা মহৈ তম্বা) কৌয়ি হায়না ঐনা **মন্যে** – খল্লী। অসিগুম্বা শুদ্ধাভক্তি তৌবা মীনা উত্তম অধ্যয়নগী ওইফম থোকপা ফল ফংবা য়াই। নববিধা ভক্তিসে করম্না বিষ্ণুদা কৎকনী ? **অদ্ধা**—সাক্ষাৎ ওইনা ( কৎকদবনী ), ফল ওইনা নত্রগা পরম্পরা ওইনা কৎকদবা নত্তে। শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবগী ফল কত্তুনা সাক্ষাৎ শ্রবণ কীর্ত্তন-নচিংবদু ভগবান্দা অর্পণ তৌগদবনী (কৎকদৌবনী)—"শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা পুম্নমকসী ভগবান্তগীনী, ভগবান্তগী পেম্নবগীদমক্কী, ঐগী ধর্ম্মার্থ-নচিংবা ফংননবা নত্তে, ঐগী ইহকাল পরকালগী নুংঙাইনবা নত্তে—" অসিগুম্বা ভাব থম্মোইদা থম্নগা কনাগুম্বা মী অমনা শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি-অঙ্গ তৌরবদি—অদুগা অহান্‌বদা শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবসী তৌরগা মতুংদা শ্রবণকীর্ত্তন-নচিংবগী ফলদুদা ভগবান্দা কৎপগী রাখল পোক্রবা, অদু ওইরবদি মদু পুম্নমক মহাক্না অহান্‌বদা ভগবান্দা কৎলগা মদু পুম্নমক তৌরবনী হায়বা য়ারে। কনাগুম্বগী মনাইনীপা অমনা কালেন্দা হুমাই অমা কৈথেন্দগী লৈরুরগা মপু ওইরিবা মুপাতুদা পীরে ; হুমাইদু মতমত্তুদা মপুদুগী ওইখরে ; মনাইদুনা হুমাইদু পায়দুনা মপুতগী হকচাঙদা হুম্লগা নুংঙাইহন্নবা তৌবদা—মনাইদুগী মরন্নাই নুংঙাইনবগী আশা করিমত্তা লৈতে। মতৌসিনী অহান্‌বদা কৎপা, অদুগা কোম্না থবক পাঙথোকপা হায়বদু। অদুগা কনাগুম্বা মনাই ওইবা মী অমনা মরন্নাইগী হুমাইন মপুদুদা থৌগল তৌরবদি মদুনা ওইরে—অহান্‌বদা থবক পাঙথোকপা অদুগা কোম্না থবক্তুগী মহৈ ( ফল ) কৎপা হায়বদু। শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবসী ভগবান্‌গী মপোৎ মরন্ ঙাক্তনী, মরমদি মসী পুম্বা ভগবান্‌গী প্রীতি ( পেন্নবা ) হায়বদু পাঙথোক্লবা সাধন ওঙাক্নী ; মহাক্কী মপোৎনা মনাই ওইবা ঐনা মহাক্কী পেন্নবগী হেৎনরিবনী হায়বা ভাব অসী পুদুনা শ্রবণ কীর্ত্তন নচিংবসী তৌরগদি মতুম্না তৌবদুনা শুদ্ধা ভক্তি-অঙ্গ হায়বদু ওই। অচাপেৎ হায়বসী পুম্নমক্কী চঙঙী ; চাননবা লাঙবস্তু লোইনমক্না তৌনৈ ; অদুবু মদুগী মনুংদা মী মখল অনীগী লৈ ; অমনা মখোয় মছা মছাগীদমক চাক থোংদুনা চাননবা ফম্নগা ভগবান্‌গী

নামাদা কৎলী। অতোপ্পা অমনা—চাক থোংবনচিংবা তৌয়ি ভগবান্গী-দমক ; ভগবান্গীদমক লূক্ হৌরগা লোইনমক অদু ভগবান্গী ভোগ কৎলগা তুংদা ভগবান্গী প্রসাদ অদু খুল্লী। অহান্‌বদা পল্লিবা মীতাশিংগীনা অহান্‌বা অনুষ্ঠান ( তৌবা ), মতুঙদা ভগবান্দা কৎপা। অকোন্‌বগী মীতা-শিংগীনা—অহান্‌বদা কৎপা ( অর্পণ ), তুংদা অনুষ্ঠান। ভগবান্গীদমক ভগবান্গী মপোৎ থোঙবা মরম্না পোৎ পূন্নমক অদু ভগবান্দা হাপ্পনা কৎপ্রবনী ; অদুগা লূক্-হৌবনচিংবা অনুষ্ঠানদুনা কোন্ননী। ভোগ নিবেদন ( লূক্ কৎপদি )--তশেংনা অর্পণ ( কৎপা ) নত্তে—খ্বাইগী অহান্‌বদা তৌবা অর্পণ নত্তে ; ভোগ নিবেদনগী ( লূক্ কৎপগী ) অর্থদি—"প্রভু, নঙ্গী নপোৎ, নহাক্কীদমক্তা ননাইনা হৌরগা পুরক্লে, কৃপা তৌবিদুনা লৌবিরো" হায়বনী ; মরমদুনা মসী ইহান-হান্‌বা অর্পণ (কৎপা) নত্তে—মসিদি কৎলবা ( অর্পিত ওইরবা ) পোৎতু শেম শাদুনা ( সংস্কার তৌদুনা ) মাঙদা পুরকপনী মসিস্থ অনুষ্ঠান হায়বদুনী—অর্পণগী মতুং তাবা অনুষ্ঠান হায়বদুনী।

শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা নববিধা ভক্তিগী অঙ্গ লোইনমক—অঙ্গ মাপন্নক—সাধক-না তৌগদবনী হায়বগী রা লৈতে। "তত্র নবলক্ষণ সমুচ্চয়ো নাবশ্যকঃ। একেনৈবাঙ্গেন সাধ্যাব্যভিচারশ্রবণাৎ ক্বচিদন্যাঙ্গমিশ্রণন্তু তথাপি ভিন্নশ্রদ্ধারুচিত্বাৎ। ক্রমসন্দর্ভে শ্রীজীবগোস্বামী।" "এক অঙ্গ সাধে কেহ সাধে বহু অঙ্গ। নিষ্ঠা হৈলে উপজয়ে প্রেমের তরঙ্গ। —কনামনা ভক্তি অঙ্গ অমতমক সাধন তৌয়ি, কনামনা অঙ্গ য়াম্না সাধন তৌয়ি। নিষ্ঠা ( অচেৎপা পূকচেল ) ওইরবদি ( কৃষ্ণবু ) ন্নুংশিবগী ইথক হৌরকয়ি। ২/২২/১৩৩॥" মছা মছাগী শ্রদ্ধা ( থাজবা ) অমদি রুচি ( অপাম্বা ) মতুং ইন্না খল্লবা অঙ্গ অমা অনুষ্ঠান তৌবা য়াই ; অঙ্গ অমদগী হেন্না তৌগে হায়রবস্থ মদু শাস্ত্রনা য়াই। ভক্তি অঙ্গ অনুষ্ঠান তৌবদা সাধক অমনা থোইদোক্না কাউফদ্রবা রা অমা লৈ মদুদি—ভক্তিঅঙ্গগী অনুষ্ঠান অদু সাসঙ্গ ওইগদবনী। শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা তৌবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ ভজনদা লৈরে হায়না খন্গদবনী হায়বদি—"ঐ অসে শ্রীহরিগী সাক্ষাৎ-মক্তদা লৈরি ; মাগী সাক্ষাত্তা লৈদুনা মহাক্কী পেন্নবগীদমক ( প্রীতিগী-দমক )-মহাকপু ন্নুংশিবা ঙম্নবগীদমক—"ঐনা শ্রবণ তৌবনচিংবা ভজন-অঙ্গ

পাঙথোক্লিবনী” হায়বা অনুভূতি লৈতবা য়াদে ; মসিনী সাসঙ্গ হায়বদো নত্রগদি “বহুজন্ম করে যদি শ্রবণ কীর্ত্তন। তথাপি না পায় কৃষ্ণপদে প্রেমধন ॥—মপোক মশীঙ য়াম্না শ্রবণ কীর্ত্তন তৌহুনসু কৃষ্ণগী চরণ-খাদা প্রেম পোক্লোই।”

হৌজিক, শ্রবণ-কীর্ত্তন হায়বনচিংবা শব্দগী তাৎপর্য্য করিনো হায়বতু নৈনরি।

শ্রবণং—নাম-রূপ-পরিকর-লীলাময়শব্দানাং শ্রোত্রস্পর্শঃ ( ক্রম-সন্দর্ভ ) ; শ্রীভগবান্‌গী নাম, রূপ, গুণ, পরিকরগা মরী-লৈনবা রা অদুগা লীলাগা মরীলৈনবা রা নাকোঙনা তাবা (শ্রবণ তৌবা)। মহৎশিংগী চীন্দগী থোরকপা নাম-রূপ-নচিংবা কথাদু শ্রবণ তৌবগী থোইদোকপা গুণ অমা লৈ। শ্রবণ শ্রবণ হায়বগী মরক্তা শ্রীভাগবত-শ্রবণতনা খ্বাইদগী হেল্লী ; মরমদি শ্রীমদ্‌ভাগবত হায়বসী খমথেংনা রসময় ( রসঙাক্তগী ওইবা ) লাইরীক্কী অদুগা লাইরীক অসিগী শব্দ খুদিংমক্কী থোইদোকপা শক্তি অমমম্ লৈ। নাম, রূপ, গুণ, পরিকর অমসুং লীলা-মখোয়সিগী মরক্তা অমথক্কী মরমদা শ্রবণ তৌবদা নত্রগা মথং মনাও নাইনা অনী অহুমগী মরম শ্রবণ তৌবদা কৃষ্ণপ্রেম ফংবা য়াই হায়বসী অওইবনী ; অহুবু নামগী তুংদা রূপ, রূপগী তুংদা গুণ, গুণগী তুংদা পরিকরগী অমসুং পরিকরগী তুংদা লীলাগী কথা শ্রবণ তৌবগী খুদোংচাবা অদুগা কান্নবা অমা লৈ। অহানবদা নাম তাবদা পুক্নীঙ শেংদোকয়ি, শেংলবা পুক্নীঙনা রূপ-গী কথা তারবদি চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদু থোরকপা য়াই ; চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদু মপুঙফানা থোরক্লবদি মতুঙদা গুণগী রা তারগা চিত্তদা গুণ ময়ামদু ফোংলাউনা ফাওরকপা য়াই. গুণ ফাওরক্লগদি পরিকবশিংগী কথা শ্রবণ তৌবদা খুদোং চায় ; মরমদি, গুণ ফাওদোক্লক্লবদি পরিকরগী থোইদোকপা মতৌ ( বৈশিষ্ট্য ) খঙলকপনা গুণ-গুণ-গী ওইবা বৈশিষ্ট্য থোরকয়ি (স্ফুরণ ওই)। মতৌ অসুম্না নাম, রূপ অমসুং পরিকরগী বৈশিষ্ট্য থোরক্লবদি চিত্তদা মপুঙফানা লীলাগী স্ফুরণ ওইবা য়াই।

কীর্ত্তনং- নাম-রূপ-গুণ পরিকর-লীলাগী কথা শক্-শোন্‌বা। মতাঙ-সিদসু শ্রবণগীগুম্না নাম-রূপ-নচিংবতু মথং মনাও নাইনা কীর্ত্তন তৌবনা

ফাম্নগনী। নাম শোন্‌বদি খোল্‌হৌনা শোন্‌বনা ফৈ "নাম কীর্ত্তনঞ্চেদমুচ্চৈরেব প্রশস্তম্। ক্রমসন্দর্ভ-শ্রীজীব।" মতৌ করম্না নামকীর্ত্তন তৌরগা কৃষ্ণপ্রেম পোক্কনী হায়বত্তু তৃণাদপি শ্লোক অদুদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়খ্রে। কলিকালদদি নামকীর্ত্তন-তনা থোইদোক্কা অফবা ওই। "নামসঙ্কীর্ত্তন কলৌ পরম উপায় /৩/২০/৮— নামসঙ্কীর্ত্তন হায়বসিনা কলিদদি উপায় অথোইবনী।" "ভজনের মধ্যে শ্রেষ্ঠ-নববিধা ভক্তি। কৃষ্ণপ্রেম কৃষ্ণ দিতে ধরে মহাশক্তি॥ তার মধ্যে সর্ব্বশ্রেষ্ঠ নামসঙ্কীর্ত্তন॥ (নববিধা ভক্তিসিনা) কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বত্নে কৃষ্ণ পীবগী মহাশক্তিচুম পায়রিবনী ; মদুগী মনুঙদা নামসঙ্কীর্ত্তন হায়বসিনা খ্বায়দগী হেনবনী ; /৩/৪/৭০-৭১॥" মরমদি নববিধা ভক্তিসী নামকীর্ত্তনা মপুঙ ফারিবনী। নামকীর্ত্তনগী মরমদা দেশ-কাল ( মফম-মতম )-নচিংবগী নিয়মস্তু লৈতে। "খাইতে শুইতে যথা তথা নাম লয়। কাল-দেশ-নিয়ম নাহি সর্ব্বসিদ্ধি হয়॥ ৩/২০/১৮॥ —চানা চানা হিপ্না হিপ্না মফম অমদস্তু অমদস্তু নাম লৌয়ি ( লৌবা য়াই ), মতম-মফমগী নিয়ম লৈতে, সর্ব্বসিদ্ধি ওই।" নামকীর্ত্তনগী মতাঙদা মফম-মতম্ন-চিংবগী নিয়ম লৈত্রবস্তু কলিদা নামকীর্ত্তনা থাগৎনঙাই ওইবগী মরমদি অসিনী মদুদি—"সর্ব্বত্রৈব যুগে শ্রীমৎকীর্ত্তনস্য সমানমেব সামর্থ্যং কলৌ তু শ্রীভগবতা কৃপয়া তদ্‌গ্রাহ্যতে, ইত্যপেক্ষয়ৈব তত্তৎ-প্রশংসেতি স্থিতম্— যুগ পুম্নমক্তা কীর্ত্তনগী মঙম ( সামর্থ্য ) মান্নরবস্তু কলিদদি শ্রীভগবান্না কৃপা তৌদুনা নাম লৌহল্লী ; মরমসিনা কলিদা তৌবা কীর্ত্তনবু থাগৎলিবনী ( ক্রমসন্দর্ভদা শ্রীজীব )।" ভগবান্না কলিযুগদা মওং অনীদা নাম প্রচার তৌয়ি। অহানবদা, যুগাবতার ওইনা। কলিযুগগী ধর্ম্মদি নাম সঙ্কীর্ত্তন প্রচার তৌবনী, নাম য়েন্‌বনী। মাগী অশুম্না ভগবান্না নাম য়েল্লী হায়বগীদমক কলিযুগদা নামগী থোইদোকপা ( বৈশিষ্ট্য ) অমা লৈ। অনীশুবদা, থোইদোকপা কলিদা-- স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌখিবা দ্বাপর যুগ অদুগী মতুং থংনবা কলিদা—স্বয়ংভগবান্ ব্রজনিংথৌমপারিনা মহাক্কী কৃপা (থৌজান্‌বা) কৌবা শক্তিদুবু মপুঙ ফানা শন্দোক্লগা হায়রিবা থোইদোকপা কলিদা খ্বায় পুম্নমকপু হরিনাম লৌহল্লী, অতোপ্পা যুগ অমদা মতৌ অশুম্না তৌদে—মসিনা অসিগুম্বা থোইদোকপা কলিদা হরিনামগী খ্বাইগা মান্নদবা বৈশিষ্ট্যনী। মহাথেংনা কৃপালু ওইরবা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা

মছামক্না অদুগা পার্ষদশিংগী মতেঙনা তোল্ল-তারবা য়াওনা খ্বায়-পুম্নমকপু নাম লৌহন্‌বা মতমদা নাম-লৌবা মীত্থদা নামগা লোয়নননা মছামক্কী কৃপা-শক্তি য়াওনা সঞ্চার তৌশল্লী, মতুগী ফল ওইনা নাম-লৌরিবা মীহুনা খুদক্তা নামগী মুখ্য ফল অনুভব তৌবা ঙম্মী—মসিনী কলিদা হরিনামগী অনীশুবা বৈশিষ্ট্য ( থোইদোকপা মতৌ ) হায়বদো। বৈশিষ্ট্য অসী অতৈ যুগ অমতদা ওইথোক্তে ; মরমদি, অতৈ যুগ অমতদা শ্রীচৈতন্যনা মছাবু প্রকট ( ফোঙদোকপা ) তৌদে। মহাভাবময়ী শ্রীরাধাতনা পূর্ণতম ওইবা প্রেম-ভাণ্ডারগী (মুংশি-পুক্কেগী) অমতা ঙায়বী মপুনী। ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না শ্রীরাধাগী প্রেমভাণ্ডারসী মহাও তংলগা অচৌ-পিশক খায়দবমখৈ মী পুম্নমকপু হায়রিবা প্রেম-সী মহাও তংহন্‌গে হায়না সঙ্কল্প তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ-যুগলিত ( তিন্‌বা ) বিগ্রহ শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইনা থোইদোকপা কলিদা মছাবু প্রকট তৌয় অদুগা প্রেমসিগী মহাও তংনবগী মরুওইবা উপায় ওইনা নাম য়েন্‌বা অমসুং য়েলহন্‌বা মতমদা নামহুবু প্রেমনা লৈতেংলবা অমা ওইহল্লী। প্রেমনা তাহংলবা দেহগী মপু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীমুখদগী থোরকপা নাম-দি প্রেমগী মশক ওইবা অমৃতনা লৈতেংবনী, খুম্বদা য়োরবনী, মীওইবগী রাখল্লা-লাম্বা-ফংদবা শক্তিনা লল্-ওইরা নামনী। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা থুপ্রবা মতৃঙদসু জীবগী মঙ্গলগীদমক শন্দোক্লখ্বা মহাক্কী মুখদগী থোকখিবা নাম অদু পরমশক্তি-চেন্‌বনী—মসীনী কলিদা ওইরিবা নামগী বৈশিষ্ট্য হায়বদো। মরম ময়ামসী লৈবনা নাম-শোন্‌বা মীগী মফমদা নামগী কৃপা য়াম্না লায়না কলিদা লৈবগুম যুগ অতৈদা অদুক লায়না ওইদে। "অতএব যদ্যন্যা ভক্তিঃ কলৌ কর্ত্তব্যা, তদা তৎসংযোগেনৈবেত্যুক্তম্—মরমসিনা কলিদা অতৈ ভজন-অঙ্গ-তৌবসু তৌগদবনীদি হায়বসু নাম সংকীর্তনগা মন্থু তৌগদবনী। শ্রীজীব।" অদুম্নদি ওইরগা সাধক অমনা নাম-অপরাধ তরাখক লৈবত্থু তৌদনবা হোৎনরগা নামকীর্তন তৌগদবনী, নত্রগদি অপাম্বা ফল-প্রেম (কৃষ্ণনুংশিবা)— হায়বদু নামকীর্তন অদুনা পীরোই। অপরাধ লৈরবদি নাম-কীর্তন তৌন-তৌনমক প্রেম পোক্লোই। "যে কৃষ্ণনাম যদি লয় বহুবার। তবে যদি প্রেম নহে; নহে অশ্রুধার॥ তবে জানি অপরাধ আছয়ে প্রচুর। কৃষ্ণনাম বীজ তাহে না হয় অঙ্কুর॥ (১/৮/২৯-৩০)।" নাম অপরাধ লৈরবদি অপরাধ তৌরকফম ওইবা মীহুনা ঙাকপীরবদি (ক্ষমা তৌবিরবদি), নত্রগা অতৎ-অখম-নাইদবমখৈ নামকীর্তন তৌরবাদি অপরাধ অদু কোকপা য়াই। "মহদপরাধস্ত

ভোগ এব নিবর্ত্তকস্তদনুগ্রহো বা—মহৎ অমগী মফমদা অপরাধ তৌরুরবদি ফল ভোগ তৌবা অমা নত্রগা মহৎতুনা চান্‌বিবা অমা—অদু ওইরবদদা অপরাধদু কোক্কনী ( ক্রমসন্দর্ভ )।" মছাগী দৈন্য উৎপা, মছাগী অপাম্বা খণ্ডহন্‌বা, স্তবপাঠনচিংবস্থু কীর্ত্তনসিগী মন্নুং চন্‌বনী ( শ্রীজীব )।

**স্মরণম্**—লীলা নীঙশীঙবা। "নাম কীর্ত্তনাপরিত্যাগেন স্মরণং কুর্য্যাৎ—নামকীর্ত্তন থাদোক্তবমথৈ নামসঙ্কীর্ত্তনগা লোয়ন-লোয়নমা স্মরণ তৌগদ-বনী—শ্রীভগবান্‌গী লীলানচিংবা খন্‌গদবনী ; স্মরণগী মরোল্ (স্তর) মঙা লৈ, মদুদি—স্মরণ, ধারণা, ধ্যান, ধ্রুবানুস্মৃতি অমসুং সমাধি। স্মরণ—শ্রীভগবান্‌গী লীলাশিংগী মরমদা খরদং হন্‌জন্না থিবা ( অনুসন্ধান তৌবা ), ধারণা—অতোপ্পা বিষয় পুম্নমক খন্‌বা তোক্তুনা চিত্তবু ভগবান্‌গী লীলাশিংদা থিংজন্‌বা অদু ধারণা কৌয়ি। ধ্যান—থোইদোকপা ওইনা রূপ-নচিংবা নীঙশীঙববু ধ্যান কৌয়ি ; ধ্রুব-অনুস্মৃতি—অমৃতগী ঈচেল চেন্থবগুম্না অতৎপা লৈতনা খন্‌ববু ধ্রুবানুস্মৃতি কৌয়ি। সমাধি—ধ্যান তৌনঙাই ওইবা পোৎতুদমক্ স্ফুরণ ওইরবা (উরবা) মদুবু সমাধি কৌয়ি। লীলা স্মরণ তৌবদা লীলাদুদা উরবা, অতৈ উরম্বা পুম্বা মাঙখ্রবা, অদু ওইরবদি অদুবুস্থু সমাধি [নত্রগা গাঢ় আবেশ (পুঙলুপ লুপ্লবা)] কৌয়ি ; অসিগুম্বা সমাধিসে দাস্য-সখ্যনচিংবা ভাবকী ভক্তশিংদগী ওই। অদুগা মথক্তা হায়খ্রবা ধ্যেয় ( ধ্যান তৌনঙাই ওইবা ) অদুতগী ( লাৎচরিবা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নচিংবগী ) স্ফুরণ ওইবদগী পোক্‌পা সমাধিদি অয়াম্বা মতাঙদা শান্তভক্তশিংগীদা মওই। রাগানুরাগা মার্গদা লীলাস্মরণসিনা মরুনী। স্মরণ হায়বা ভজন-অঙ্গসিগী থোইদোকপা মতৌদি অসিনী মদুদি—পুক্নীঙ চঙদ্রবদি স্মরণাঙ্গ পাঙথোকপা য়াদে অদুগা পুক্নীঙ চঙবসিতনা ভজন-দুবু সাসঙ্গ ওইহন্দুনা মহৈ য়াল্‌হল্লী। শ্রীলঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী—'সাধন স্মরণ লীলা। ..... মনের স্মরণ প্রাণ। ( প্রেমভক্তিচন্দ্রিকা )।" থরাই-য়াঙদ্রবা দেহবু লমহূয়-নচিংবনা লাক্-লাক্‌তুনা শান্নবগুম ভগবান্‌বু নীঙশীঙদবা মন অদুদি কাম-ক্রোধনচিংবগী শান্নফম ওই। কাউফম থোক্তবা রাদি, স্মরণ-তৌবা পুক্নীঙ খিংজন্‌বা য়াদে। অতৈ অতৈ অঙ্গনে অদুগা স্মরণ-অঙ্গস্থু হন্না হন্না হোৎন-রগা চিত্তশুদ্ধি ( পুক্নীঙ শেংনবা ) তৌবগী মতাঙদা মতেঙ য়াম্না ওইদুনা স্মরণ-অঙ্গ ফজনা পাঙথোকপা ঙম্মী।

**পাদসেবনং**—খোঙ সেবা। অদুবু সাধক অমনা শ্রীভগবান্গী চরণ-সেবা তৌবদি ওইথোক্তবনী হায়দুনা পাদ-শব্দগী অর্থ চরণ (খোঙ) হায়বা নত্তনা অতোপ্পা অর্থ অমা ওই মফমসিদা। মফমসিদদি ভক্তি-শ্রদ্ধানচিংবা অর্থ খঙহল্লী। শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়—"পাদসেবায়াং পাদশব্দা ভক্ত্যেব নির্দ্দিষ্টঃ। ততঃ সেবায়াং সাদরত্বং বিধীয়তে॥" পাদসেবা-শব্দনা খঙহন্বদি সেবাদু আদরগা (লুনা তৌবগা) লোয়নবা—য়াম্না নুংশিনা তৌবা সেবা হায়বদুনী। শ্রীমূর্ত্তি দর্শন, স্পর্শন (খুৎনা শোকপা), পরিক্রমা, অনুব্রজন (তুংইন্দুনা চৎপা), ভগবান্গী মন্দিরদা নত্রগা গঙ্গাদা, পুরুষোত্তম-দা (শ্রীক্ষেত্রদা), দ্বারকাদা, মথুরানচিংবা তীর্থস্থানশিংদা চৎপা, মহোৎসব, বৈষ্ণব সেবা, তুলসীসেবানচিংবসু পাদসেবাগী মনুঙ চল্লী। (ক্রমসন্দর্ভদা শ্রীজীব)।

**অর্চ্চনং**—পূজা। ক্রমসন্দর্ভদা শ্রীজীব গোস্বামীনা হায়—"শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি মখল মাপলগী মনূঙদগী অঙ্গ অমতং তৌবদা পুরুষার্থ-সিদ্ধি ওইবা য়াই অমসুং শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রবণে পরীক্ষিদিত্যাদি হায়বা ভক্তি-রসামৃতসিন্ধুগী (১/২/১২৯) বচন-দা মতুগী প্রমাণ ফংবা মতমসিদা শ্রীভাগবতকী মত মতং ইন্না পঞ্চরাত্রনচিংবনা তাকপা অর্চ্চন-অঙ্গদু তৌদ্রবসু য়াই। অদুম ওইনমক, শ্রীনারদনচিংবগী রা ইন্নীঙবা মীশিংগীদমক্তি অর্চ্চন-অঙ্গ তৌগদবনী: মরমদি, শ্রীগুরুদেবনা দীক্ষা পীদুনা শ্রীভগবান্গা মখোয়গা সম্বন্ধ অমা তাক্লিবদু শ্রীনারদনা তাকপা অর্চ্চন-অঙ্গ তৌরগা মকালান্না উবা য়াই।" অর্চ্চন মখল অনীনী: বাহ্য (পান্গী) অমসুং মানস (পুক্নুংগী): অঙম অঙম্বা পূজাগী পোৎলম থিরগা দেবালয়নচিংবদা শ্রীমূর্ত্তি-নচিংবগী তৌগদবনী হায়বা পূজা অদুনা বাহ্যপূজানী। অদুগা পুক্নুংদদা তৌবা পূজাদুনা মানসপূজানী; মানসপূজাগী পোৎচঙশিংদু পুক্নীঙনা থিদুনা থৌরাংগদবনী: পুক্নীঙদা খনগদৌবনী—"শ্রীকৃষ্ণ পরিকরগা লোয়ননা সাক্ষাৎ লৈ; মাগী মমাঙদা ঐসু লৈদুনা পাদ্য-অর্ঘ্যানচিংবা কৎতুনা মহাক্কী সেবা তৌরি, সনাগী পুখম্নচিংবদা নীঙজবা থুংনা পূজাগী পোৎলমশিংদু লেংদুনা থম্লগা মদুনা মাগী পূজা তৌরিবনী, মহাক্কী আরতি-নচিংবা তৌরি, মঙোন্দা চামর থৌগল তৌরি, দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্লি, পরিক্রমান-চিংবা তৌরি—অসিনচিংবা।" বাহ্য পূজাগী মমাঙদা মানসপূজা তৌগদবনী

হায়বা বিধি লৈ ; মরমচুনা মানসপূজাসী অর্চ্চনগী শরক অমনী—মানস পূজানা অর্চ্চনাঙ্গবু সাসঙ্গ পূজা ওইহল্লী। শিলাময়ী (নুঙদমগী), দারুময়ী (উগী), ধাতুময়ী (ধাতুগী), বালুকাময়ী (লৈতোইগী), মৃন্ময়ী (লৈথোমগী), লেখ্যা নত্রগা চিত্রপট (অয়েকপা লাই) নচিংবা, মণিময়ী (মণিগী) অমসুং মনোময়ী (পুক্নুংদা শাগৎপা)—মখল নীপালসিগী শ্রীমূর্ত্তিগী মনুঙদা মনোময়ী শ্রীমূর্ত্তিদি ঐখোয়গী মীৎ মীৎনা উবা পোৎ অমত্তনা শাবা নত্তে, শাস্ত্রনচিংবদা হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুগী মতুং ইন্না পুক্নুংদা থন্দুনা ফংবা শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তিদু মনোময়ী শ্রীমূর্ত্তিনী—মানসী মূর্ত্তিনী। শ্রীমূর্ত্তি পূজাগী উপলক্ষ্যদা মনোময়ী পূজাগী বিধি লৈবনীনা বাহ্যপূজা নত্তনা তোঙাম্না মানসপূজাদমক তৌবগী বিধিসু লৈবা উই ; ক্রমসন্দর্ভদা মানস-পূজাগী মরমদা শ্রীজীবগোস্বামীনসু ইরম্মী—"এষা ক্বচিৎ স্বতন্ত্রাপি ভবতি। মনোময্যা মূর্ত্তেরষ্টমতয়া স্বাতন্ত্র্যেণ বিধানাৎ। অর্চ্চাদৌ হৃদয়ে বাপি যথালব্ধোপচারকৈরিত্যাবির্হোত্রবচনে বা শব্দাৎ।" প্রমাণ ময়ামসিদগী থঙবা ওম্বদি বাহ্যপূজা তৌত্রবসু মানসপূজাত্মক তৌবা য়াই হায়রগী বিধি লৈ হায়রবসিনী। মানস পূজাগী মতীক ময়াইগী মরমদা ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণগী উপাখ্যান অমা শ্রীজীবগোস্বামীনা ক্রমসন্দর্ভদা হাপ্লম্মী। মদুদি অসিনী। প্রতিষ্ঠানপুরদা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী ; মহাক য়াম্না লায়রবনী ; লায়ররিবদু মাগী কর্ম্মফল চারিবনী থন্দুনা লায়ররিবদুবু অদুম শান্তিদা খাঙজরম্মী। ব্রাহ্মণসিনা নোংমা ব্রাহ্মণ-সভাদা বৈষ্ণবধর্ম্মগী ৱারোল মনাকোঙনা তাখি ; অসুম তাঙনরকপদা মহাক্না তারম্মী—"তে চ ধর্ম্মা মনসাপি সিদ্ধ্যন্তি—বৈষ্ণবধর্ম্মদুদি পুক্নীঙদনসু পাঙথোকপা য়াই।" মসী তারগা মহাকসু মানসপূজা তৌগে নীঙলক্লে। মহাক নুমিৎ খুদিংগী গোদাবরীদা স্নান তৌরগা নিত্যকর্ম্ম লোইরবা মতুংদা মপুক্নীঙ চপযুংনা লেপ্লগা পূক মনুঙদা শ্রীহরিগী মূর্ত্তি থিল্লগা মানস পূজা তৌবা হৌখি ; মানা থনজরম্মী—মহাক মচামকসু রেশমগী ফি শেৎলি, শ্রীমন্দিরগী রাই-তৈথোক-শেংদোকপসু তৌরি ; অদুদগী সনাগী লুপাগী পুন্দা হাপ্তুনা তীর্থ পুন্গী ঈশীঙ পুরক্লগা মতুদা মনম-নুংশিবা পোৎলম্নচিংবা হাপ্তুনা সেবাগী পোৎলম অতৈসু পুরক্লগা শ্রীমূর্ত্তিগী স্নান তৌবিরগা মণিরত্ন-নচিংবগী ফিজেৎ-লৈতেং তৌবিরম্মী ; অদুগী মতুঙদা আরতিনচিংবা তৌরগা মহারাজ-উপচারনা (পোৎচঙনা)

ভোগরাগনচিংবা কংলগা য়াম্না মুংঙাইজে। ঙমীং থৃদিংগী মতৌ অসুম্না বিপ্রতুগী ভজন চংথে। মতৌ অসুম্না মতম য়াম্না হৌখরে। নোংমদি মহাক্না মপূক্রুংদা যী য়াওনা পরমান্ন ( ক্ষীর ) থোংলগা সনাগী পুথমদা হৈদোক্লগা ( মপূক্লীওনা ) শ্রীহরিনা হানবা হায়দুনা পুথমদু থৃংনা পায়রগা থাঙ্গংকে তৌবদা পরমান্নদু য়াম্না শারম্মী হায়বদু মহাক খঙখি : চাবা য়ানা শাবদগী হেন্না শাবরা শাদবরা চাং য়েংগে হায়দুনা মহাক্না খুদোন্‌বীদু ক্ষীরদা হেক লূপ্লগা খুদক্তা থৃদোন্‌বীদু পোক্লে হায়না মহাক্না থন্‌খি। (মসী মপূক্লীওদদা থল্লবগী রানী)। খুংদোন্‌বীদু পোক্লবনীনা মদুনা শোকপা পরমান্নদু মাংলে—হায়না হেক থন্‌বগা মহাক্কী আবেশ অদু তোক্তুনা বাহ্য-জ্ঞান ওইখি ; বাহ্যজ্ঞান অদু হেক লাকপদা মানা উখি—মহাক্কী হকচাঙদু-মক্কী খুদোন্‌বীদো চাননা শাবদগী পোক্লে, অদুগা চাননা নারম্লে। অসোম-দনা শ্রীনারায়ণ অদুনা বৈবুণ্ঠদা ফমদুনা থৌদোক পূম্নমক্ত উদুনা হাইফেং নোক্লম্মী ; মহাক্না নোকপদু উবদা নোকপগী মরমদু শ্রীলক্ষ্মীদেবীনা হংখি, অদুদা ভক্ত-চানবা শ্রীনারায়ণ অদুনা বিমান থারগা বিপ্রদুবু বৈকুণ্ঠদা পুবক্লগা লক্ষ্মীনচিংবা ময়ামদা উহন্‌খি, অদুগা বিপ্রদুগী ভজন অদুদা শ্রীহরিনা পেল্লদুনা বৈকুণ্ঠদা বিপ্রগী লৈকম পীবিখি।

অর্চ্চনাঙ্গগী সাধন তৌবদা সেবাপরাধনচিংবা থোক্তনবা হোৎনগদবনী। অর্চ্চনাঙ্গগী বিধি অদুগা সেবা-অপরাধনচিংবগী রাদি শ্রীহরিভক্তিবিলাসন-চিংবদা য়াওরি।

বন্দনং—খুরুম্বা ( নমস্কার )। থাঙ্গশেংবদি মসী অর্চ্চন-গী মতুং-চন্‌বনী ; অদুম ওইনমক বন্দন গী মাহাত্ম্য য়াম্না চাউনা লৈবা মরম্না বন্দন-সু তোঙানবা অঙ্গ অমা ওইনা পন্‌বনী। থুং নামতনা, শ্রীমূর্ত্তিগী মাঙদা-তুংদা, নত্রগা ওয়-থংবা মায়কৈদা খুরুম্বদি অপরাধনী। অর্চ্চনাঙ্গগী-গুম্না বন্দনগীসু অপরাধ-বিচার লৈ।

দাস্যং—শ্রী শ্রীকৃষ্ণগী দাসনী ( মনাইনী ) হায়না থন্দুনা মাগী সেবা তৌবা। অসুম্না থন্দ্রবদি ভজন সিদ্ধ ওইরোই। "অস্তু তাবত্তদ্‌ভজনপ্রয়াসঃ কেবলতাদৃশত্বাভিমানেনাপি সিদ্ধির্ভবতি—ক্রমসন্দর্ভ।" সেবা তৌবনা দাস্য ( নাই-নী হায়বা ) ফোঙদোকয়ি।

**সখ্যং**—মরূপকুম্না থন্‌বা ! শ্রীভগবান্না মপাম্নাইদবা ঐশ্বর্য্যগী মপু ওইরবস্নু সাধক অমনা মহাকপু মরূপ ত্তৌনা থল্লবদি, মরূপকুম থল্লগা ভগবান্‌গী মঙ্গলগী নত্রগা মুংঙাইনবগীদমক হোৎনরবদি, ভগবান্‌গী মফমদা সাধক অদুগী সখ্য (মরূপ ওইবগী ভাব) ফোঙডী। কালেনগী মৈশানা লাৎচ-রিবা-দেববু য়াম্না রাররিনী থন্দুনা সাধক অদুনা হুমাই হুম্‌হুনা লৈবা, চন্দম-চিংবা মণম-মুংশিবা অমস্নুং অয়িঙবা পোৎ থিহুনা পীরবা, অদু ওইরবদি মরূপনা তৌগদবা থবক হায়বদু ওইগনী। দাস্যদগী সখ্যগা খেন্নবা হায়ববু সখ্যদনা মুংশিবগী থাজবা ( প্রীতিমূলকবিশ্রম্ভ ) হায়বা ভাব অদু য়াংওয়ি।

**আত্মনিবেদনং**—শ্রীভগবান্দা ইছার কথোকপা ( আত্মসমর্পণ )। আত্মসমর্পণ তৌরবদি সাধক মছাগীদমক করিগুম্বা অমতা তৌনঙাই লৈত্রে। দেহ, মন, প্রাণ পূম্নমক শ্রীভগবান্‌গী থবক্তা শীজম্নবা তারে। কনাগুম্বনা মাগী শল য়োন্‌থোকপ্রগা শল অদুগীদমক চান-থক্লবগীদমক হোৎনবা তোকপগুম্ ভগবান্দা আত্মসমর্পন তৌপ্রবা মীদুদি মছাগী চান-থক্লবগী তোঙাম্না হোৎনবা লৈত্রে।

## মূল ২৫৯

শ্রবণ কীর্ত্তন হৈতে কৃষ্ণে হয় প্রেমা।

সেই পরম পুরুষার্থ—পুরুষার্থ-সীমা ॥ ২৫৯ ॥

## শব্দার্থ

শ্রবণ নাকোঙনা তাবা ; কীর্ত্তন— শোন্‌বা শকপা ; হৈতে দগী ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; হয়—ওই ; প্রেমা—মুংশিবা ; সেই মদুগুম্বা ; পরম—পুঙথোই-থোইবা ; পুরুষার্থ— জীবগী পাম্নঙাই পোৎ ; পুরুষার্থ-সীমা—পুরুষার্থগী ওমখৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবদগী শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবা ওম্লকয়ি। মদুনী জীবগী পাম্নঙাই থমথেংবা হায়বদো। মদুনী পুরুষার্থগী ওমখৈ হায়বদো।

## নৈনরোল

**সেই পরম পুরুষার্থ**—কৃষ্ণপ্রেম অদু জীবগী পুঙথোই-থোইবা

পুরুষার্থনী হায়বদি পাম্নভাই পোক্তানী। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমস্তুং মোক্ষ মরিসিবু খ্বায়না পুরুষার্থ মরিনী হায়। মরিসিদগী কৃষ্ণপ্রেম-না খ্বাইদগী থোইবনী ; মরমসিনা কৃষ্ণপ্রেমবু (কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বদুবু) পরম পুরুষার্থনী হায়রিবনী।

**পুরুষার্থ সীমা**—পুরুষার্থগী অরোয়বা ভমথৈ ; হায়বদি মাগী মতুংদা পুরুষার্থ (হায়বদি জীবগী পাম্নভাই পোৎ) অতৈ করিমত্তা লৈফম থোক্রে, অতুগুম্বা পুরুষার্থদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেম-নী। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী অমসুং অপ্রাকৃত (প্রাকৃত-নত্তবা) জগৎ পুম্নমক্কী ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্কীসু—আশ্রয় (তুংফমদি) শ্রীকৃষ্ণনী, প্রেমনা খুৎলাই ওইরগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা য়াই : শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবদি ফংনভাইগী অরাংপা লৈত্রে ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা অসিগুম্বা উপায়গী মশক্-ওইবা প্রেম ( নুংশিবা ) হায়বসিনা পুরুষার্থ-সীমা হায়বদু ওইরে।

মূল ২৫৭-২৫৮ অসিদা অথোইবা সাধনগী রা হায়রগা নৈনরিবা মূল ২৫৯-সিদা সাধ্য অথোইবদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেম-নী হায়না উৎলিবনী।

শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা ভজনাঙ্গশিং তৌরগা প্রেম ফংলকয়ি হায়বগী প্রমাণ ওইনা মথাদা "এবং ব্রতঃ"-নচিংবা শ্লোক অমা লৌথৎতুনা পীরি।

মূল ২৬০

এবং ব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা<br>জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।<br>হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়-<br>ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ॥ ২৬০॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৭/৯৪ অদুদা য়েংবিয়ু।

শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী হায়রিবা শ্লোকসিগী মমাঙ হেক থংবা শ্লোক অদুদা "শৃন্বন্ সুভদ্রাণি রথাঙ্গপাণের্জন্মানি কর্ম্মানি চ যানি লোকে। গীতানি নামানি তদর্থকানি গায়ন্ বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গঃ॥ —অসিনচিংবা বাক্যদা শ্রবণ-কীর্ত্তনগী পাউত্তাক পীরি ; শ্রবণ কীর্ত্তনসিগী ফল ওইনা ফংবা পোৎ অদুনী "এবং ব্রতঃ"—শ্লোকসিদা হায়রিবসে ; কৃষ্ণপ্রেম পোক্লগদি ভক্তগী

কীর্তন কদ্রি ওই হায়রবদো "এবং ব্রতঃ" শ্লোকসিদা হায়রি। মরমসিদা শ্রবণ-কীর্তন তৌবগী ফল ওইনা পোক্লকপা কৃষ্ণপ্রেমগী মাদো "এবং ব্রতঃ" শ্লোকসিদা হায়রি।

## মূল ২৬১

**কর্ম্মত্যাগ কর্ম্মনিন্দা—সর্ব্বশাস্ত্রে কহে।**

**কর্ম্ম হৈতে কৃষ্ণপ্রেমভক্তি কভু নহে ॥ ২৬১ ॥**

## শব্দার্থ

কর্ম্মত্যাগ—থবক ( হায়বদি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ) থাদোকপা ; কর্ম্মনিন্দা—কর্ম্মবু থীনা ভাওবা ; সর্ব্বশাস্ত্রে-কহে—শাস্ত্র পুন্নমক্না হায় , কর্ম্ম হৈতে—কর্ম্মদগী ( হায়বদি কর্ম্ম তৌরগা ) ; কৃষ্ণপ্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু নুংশিনা তৌবা ভক্তি ; কভু—কদৌঙৈদসু ; নহে—ওইদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কর্ম্মবু (বর্ণাশ্রমধর্ম্মবু) থাদোক্কদবনী হায়না কর্ম্মবু নিন্দা তৌদুনা শাস্ত্র পুন্নমক্না ভাওঙী। কর্ম্ম তৌবনদি কৃষ্ণপ্রেম ভক্তি কদৌঙৈদসু ওইবা য়াদে।

## নৈনবয়োল

কর্ম্মত্যাগ—কর্ম্মনা ( হায়বদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা ) বন্ধন ( সংসার-দা পুন্‌বা ) ওই হায়দুনা অমসুং কর্ম্মদদি মছা মছাগী নুংঙাইবা থিবগী রা য়াওবনা—থোইদোক্না মসী ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে হায়দুনা—শাস্ত্রনা কর্ম্ম থাদোকপগী রা হায়বনী। তুংদা লাক্লিবা ২৬৩, ২৬৫-শ্লোক অসিনা কর্ম্ম থাদোক্‌কম থোকয়ি হায়বগী প্রমাণী।

কর্ম্মনিন্দা—কর্ম্মদি ভক্তিগী অঙ্গ নত্তে হায়দুনা, অদুগা সাধক মছাগী নুংঙাইবা থিনবগীনী হায়দুনা শাস্ত্রনা কর্ম্মবু নিন্দা তৌয়ি। রায় রামানন্দগা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব নৈনবদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কর্ম্মবু অদুগা কৃষ্ণার্পণবুসু "এহো বাহ্য" হায়রম্মী।

**কর্ম্ম হৈতে ইত্যাদি**—কর্ম্ম তৌবনা কৃষ্ণপ্রেম ফংবা য়াদে হায়দুনা শাস্ত্রনা কর্ম্মবু নিন্দা তৌয়ি অদুগা কর্ম্ম থাদোক্কদবনী হায়।

পয়ার অসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অহুম লৌগৎলক্লি।

## মূল ২৬২

আজ্ঞায়ৈবং গুণান্ দোষান্ ময়াদিষ্টানপি স্বকান্
ধর্ম্মান্ সন্ত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ ॥ ২৬২ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ২/৮/৬২-গীদা য়েংবিয়ু।

## মূল ২৬৩

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥ ২৬৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৮/৬৩-গীদা য়েংবিয়ু।

## মূল ২৬৪

তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্ব্বিদ্যেত যাবতা।
মৎকথা শ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে ॥ ২৬৪ ॥

## শব্দার্থ

তাবৎ—মতমদুফাওবা ; কর্ম্মাণি—নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্মশিং ; কুর্ব্বীত—তৌগদবনী ; ন—নত্তে ; নির্ব্বিদ্যেত—পামদবা পোকয়ি ; যাবৎ—মতমদুগী ; মৎকথাশ্রবণ-আদৌ—ঐগী ৱা শ্রবণ তৌবনচিংবদা ; বা—নত্রগা ; শ্রদ্ধা—থাজবা ; যাবৎ—মতমদুফাওবা ; ন জায়তে—পোক্তে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়—"নির্ব্বেদগী ফীভম ওইহৌদ্রিফাওবা, নত্রগা ঐগী ৱা ( শ্রীকৃষ্ণকথা )—শ্রবণ তৌবনচিংবদা শ্রদ্ধা (থাজবা, পাম্বা) পোক্ত্রিবফাওবা কর্ম্ম পূম্নমক ( নিত্য অমসুং নৈমিত্তিক কর্ম্ম ) তৌগদবনী।

### মনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতদগী ( ১১/২০/৯ )। শ্রীমদ্ভাগবতদা শ্লোকসিগী হেক মমাঙ থংবা শ্লোক অনীদা অধিকারী ( মতীকচাবা মী ) অনীগী ৱা হায়রি। অহান্‌বদা—নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্মদা নির্ব্বেদ (পামদবা) পোক্লে হায়দুনা কর্ম্ম থাদোক্লবা মীশিংগী ৱা ; জ্ঞানযোগনা মখোয়সিদা

সিদ্ধি ফংহল্লী। "নির্ব্বিন্নানাং জ্ঞানযোগে ন্যাসিনামিহ কর্ম্মসু। শ্রীভাঃ ১১/২০/৭॥" অনীশুবদা—মহাপুরুষ অমগী কৃপানা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌবদা শ্রদ্ধা পোক্লবা মীগী রা; কর্ম্মগী মরমদদি মতমহুদা মহাক বিরক্ত (পামগন্দবা) য়াম্নসু ওইদ্রি অহুগা আসক্ত (পাম্বসু) য়াম্না ওইদ্রি। অসিগুম্বা মীগীদমক্তি ভক্তিযোগতনা সিদ্ধি ফংহল্লী। "যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধস্তু যঃ পুমান্। ন নির্ব্বিণ্ণো নাতিসক্তো ভক্তিযোগঽস্য সিদ্ধিদঃ॥ শ্রীভাঃ ১১/২০/৮॥"

জীবদি মহৌশানা কর্ম্মদা আসক্ত (পাম্গনবা) ওই; মরমতুনা কর্ম্মদা লৈবা অধিকারদি জীবগী হৌনশানী। অহুবু কয়া কুইনদি অধিকারদি লৈগনী—মথক্তা হায়রিবা অধিকারী মখল অনীসিগী মনুঙদা জীবনা করিগুম্বদা জ্ঞানযোগগী অধিকারী ওইবা য়াই অহুগা করিগুম্বা মতমদা ভক্তিযোগগী অধিকারী ওইবা য়াই হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি।

কর্ম্মদা নির্ব্বেদ ( পাম্দবা ) পোক্ত্রিবফাওবা নত্রগা ভগবৎ কথানচিংবা শ্রবণ তৌবদা শ্রদ্ধা পোক্ত্রিবফাওবা কর্ম্ম তৌগদবনী, হায়বদি মতমতুফাওবা কর্ম্মদা অধিকার লৈগনী—মতমতুফাওবা কর্ম্ম তৌগদবনী। কর্ম্মদা নির্ব্বেদ পোক্লবা মতমদা কর্ম্ম থাদোক্তুনা জ্ঞানযোগ অনুষ্ঠান তৌগনী—মতমতুদা সাধক অমনা জ্ঞানযোগগী অধিকারী ওইগনী। নত্রগা, মহৎ অমগী কৃপাদগী ভগবৎ-কথা-শ্রবণচিংবদা শ্রদ্ধা পোক্লবা মতমদা কর্ম্ম থাদোকদবনী, থাদোক্লগা ভক্তিযোগ অনুষ্ঠান তৌগদবনী মতমতুদা সাধক অমনা ভক্তিযোগগী অধিকারী ওইগনী।

**যাবতা ন নির্ব্বিদ্যেত**—নির্ব্বেদ পোক্ত্রিবা ফাওবা; নিষ্কাম (ফল-পামদবা) কর্ম্ম তৌর তৌরগা পুক্নীঙ শেংলক্লবা মতুঙদা নির্ব্বেদ পোক্ত্রিবফাওবা। **নির্ব্বেদ**—ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক্কী বিষয়নচিংববু অরাব-ঙাক্কী হায়তুনা পামদবা; কর্ম্মগী ফল ওইনা বন্ধন ( সংসারগী অফা-অপুন্) পোকয়ি হায়তুনা—নুংঙাইবনী হায়তুনা খজিক্লং ফংবা অহুসু অরাবগা লোয়নবনী অহুগা পোলোইদা অরাবা ঙাক ওই হায়তুনা— কর্ম্মবু পামদবা, কর্ম্মদা শ্রদ্ধা পোক্ত্রবা, অহুবু নির্ব্বেদ কৌয়ি; নিষ্কাম কর্ম্ম তৌর-তৌরগা অন্তঃকরণ ( পুক্) শুদ্ধ ওইরবদদা ( শেংলক্লবদদা ) হায়রিবা নির্ব্বেদ মতাসী ওইগদবনী; অসিগুম্বা নির্ব্বেদ পোক্ত্রিবফাওবা কর্ম্ম তৌগদবনী।

নিষ্কাম কর্ম্ম তৌর-তৌরগা চিত্তশুদ্ধি পোক্লবদা কব্রিগুম্বা লাইবক ফত্তুনা মহৎ অমগী কৃপা ফংলবদি নির্বেদ পোক্লবস্থু ভগবৎকথা তাবনচিংবদা শ্রদ্ধা (থাজবা) পোকয়ি ; অমিগুম্বা শ্রদ্ধাত্থু পোক্লিবফাওবা কর্ম্ম তৌগদবনী। শ্রদ্ধা—"শ্রদ্ধা শব্দে বিশ্বাস সুদৃঢ় নিশ্চয়। কৃষ্ণভক্তি করিলে সর্ব্ব-কর্ম্ম কৃত হয়॥ শুদ্ধভক্তগী সঙ্গতনা, শুদ্ধভক্তগী কৃপাতনা হায়রিবা শ্রদ্ধা মতাসী পোকয়ি। শাস্ত্রগী ৱাবু চেৎনা থাজববু শ্রদ্ধা হায়বনী॥

## মূল ২৬৫

পঞ্চবিধ মুক্তি ত্যাগ করে ভক্তগণ।

ফল্গু করি মুক্তি দেখে নরকের সম॥ ২৬৫॥

### শব্দার্থ

পঞ্চবিধ – মখল মঙাগী ; মুক্তি—অরান্‌-খুভম ; ত্যাগ—থাদোকপা ; করে—তৌয়ি ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; ফল্গু—তুছ্‌ ; করি—ওইহন্না ; মুক্তি দেখে—মুক্তিবু য়েংঙী ; নরকের সম—নরক-কোমগা মান্ননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখল মঙাগী মুক্তিব্‌ ভক্তশিংনা থাদোকয়ি ( হায়বদি ফংনীঙদে )। মুক্তিবু তুছ্‌ ওইনা লৌতুনা নরক কোমগা মান্নে হায়।

### মৈনমম্নোল

**ত্যাগ করে** –মুক্তিদা ভগবৎ-সেবা তৌবা ফংদে হায়তুনা ভক্তশিংনা মুক্তিবু থাদোকয়ি, হায়বদি মুক্তি ফংনীঙদে। সালোক্যমচিংবা মখল মরিগী মুক্তি খুদিংমক্কী মখল অনী অনী লৈ ; মখল অমদনা সেবাগী খুদোংচাবা লৈ, অতুগা অতোপ্পা মখল অমদনা সেবা তৌবা য়াদে, মতুদি কনাগুম্বা ভক্ত অমতনা লৌদে। সালোক্য-নচিংবা মখল-মরিগী মুক্তিদা ভগবান্‌সু ঈশ্বরনী হায়বা ভক্তনা খঙবনীনা ৱাখন্দুনা নমহৎখিতুনা সেবা তৌনীঙবা হায়বতু মপুঙফানা থোরক্তে অতুগা মমত্ববুদ্ধি ( ঐগীনী হায়বা বুদ্ধিতু ) থোরকপা ঙমদে হায়তুনা থরাই যাঙনা সেবা তৌবগী তাঙ্গা লাক্তে। মবমসিনা শুদ্ধভক্তি-মার্গগী ভক্তশিংনা সালোক্যনচিংবদা সেবাগী সুযোগ খজিক্তুং লৈবতুকাঙবা লৌনীঙদে ; মরমদি, সালোক্যনচিংবদা ৱাওবা

সেবাদি হঙ্গোয়বা অমগা লোয়নৈ (সঙ্কোচাত্মিকা-মী), সেবাদু থন্নাই মওা-হৈজন্নবা মমত্ববুদ্ধিনা মরু ওইবা সেবা নত্তে। অদুগা সাযুজ্যমুক্তিদি ভক্তিগী বিরোধীনী ; মরমদুনা ভক্ত অমতনা সাযুজ্যমুক্তিবু পাম্মুদে।

নরকের সম—নরক হায়বসিদি অৱাবগী মশক্কী, মতৌ অদুগুম্না ভগবৎ-সেবা য়াওদবা মুক্তিস্থ ভক্তগী মফমদদি অৱাবগী মশক্কী ; মরমদুনা ভক্তশিংনা মুক্তিগা নরক-কোম্‌গবু অৱাবগী মশক্কী অদুগা সেবা তৌবগী নুংঙাইবা য়াওদবনী হায়বগী মায়কৈরোমদা য়েংলগা চপ মান্ননা লৌয়ি।

পয়ারসিদা হায়রিবা ৱাগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী শ্লোক লৌথংলি।

মূল ২৬৬

যো দুস্ত্যজান্ ক্ষিতিসুতস্বজনার্থদারান্
প্রার্থ্যাং শ্রিয়ং সুরবরৈঃ সদয়াবলোকাম্।
নৈচ্ছন্নৃপস্তদুচিতং মহতাং মধুদ্বিট্-
সেবানুরক্তমনসামভবোঽপি ফল্গুঃ ॥ ২৬৬ ॥

শব্দার্থ

যঃ—মহাক ; দুস্ত্যজান্—থাদোকপদা ৱারবা ; ক্ষিতি—পৃথিবী হায়বদি পৃথিবীগী নিংথৌ ওইবা পান্‌বা ; সুত—মচাম্নুপা ; স্বজন—মরি-মতা ; অর্থ—লন্ ; দারান্—পান্নরিবী নুপী-নচিংববু ; প্রার্থ্যাং—পাম্নঙাই ওইবা ; শ্রিয়ং—লক্ষ্মীবু ; সুরবরৈঃ—লাইয়াম্‌লক্কী অথোইবশিংনা ; সদয়-অবলোকাং—থৌজান্-মীৎয়েংগা লোয়নরবা ; ন ঐচ্ছৎ পাম্নমদে ; নৃপঃ নিংথৌনা ( হায়বদি মহারাজ ভরত-না ) ; তৎ—মদু ( হায়বদি মহারাজ ভরতকী অদুগুম্বা আচরণ ) ; উচিতং—তৌফম থোকপনী ; মহতাং—মহৎশিংগী ; মধুদ্বিট্—মধুগী য়েক্কবগী (শ্রীকৃষ্ণগী) ; সেবা অনুরক্ত-মনসাম্ —সেবা পাম্বগী পুকচেন্-চেন্‌বশিংগী ; অভবঃ- মুক্তি ; অপি—সু ; ফল্গুঃ —তুচ্ছ ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভরত মহারাজগী ৱারী লীরকপদা শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা

হায়খি—মীওইবনা থাদোকপদা রাববা—অসিগুম্বা পৃথিবীগী রাজত্ব, মচা-মুপা, মরীমতা, লন অমসুং তালোইনচিংবা পুম্নমকপু অদুগা লাইরেবাক্কী অমর মকোকশিংনা পাম্নরবা থৌজান-মীৎয়েং-য়েংবী লক্ষ্মীফাওববু ভরত মহারাজনা পাম্‌খিদবদু মহাক্কুম্বা মীগী হৌন-লীচৎনী; মরমদি, মধুগী য়েক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লূপ্লবা মীগী মফমদদি মুক্তি-ফাওবা কৈছু লৈতবনী।

## নৈনরোল

রাজর্ষি ভরতকী চিত্তদি ভগবান্‌গীদমক মতম পুম্বদা লাঙতক্লদুনা লৈ; মরমদুনা ভগবৎ-সেবাগীদমক মহাক্না যৌবনগী মতমদা রাজ্যগী ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা), মুপী-অঙাঙ পুম্নমকপু অমাংবগুম্ পূঙথা থাদোক্লুনা চৎখিরম্মী।

ক্ষিতি-সুত-স্বজনার্থ-দারান্—সংসারদা আসক্ত ওইবা মীশিংনা পৃথিবী হায়বদি পৃথিবীগী রাজা ওইবা, মচা, মরিমতা, লম্থুম তালোইন-চিংবসিগী থুদিংমক থাদোকপদা রাবনী. সংসারদা আসক্ত ওইবা মীনা পৃথিবীপুম্বগী বাজত্ব থাদোকপদি লায়রদুনা নরন্নাই লৈজবা য়ুম মচা ফাওবা থাদোকপা ঙমদে; মুপী, অঙাঙ, মরিমতা, লূপা পৈশা—মখোয়সিগী অমতর থাদোক্লবদা থম্মোই কায়রিবনী; অদুগুম্বসুং ভরত মহারাজদি দুস্ত্যজান্—থাদোকপদা রানঙাই ওইবা—পোৎ পুম্নমক্কী থাদোক্লগা লেঙখি: অসিদসু নত্তে: মহাক্কী থাদোকপা অসিগী বৈশিষ্ট্য অমা লৈ। সুরবরৈঃ প্রার্থ্যাং সুরবরশিংগী (হায়বদি দেবতাশিংগী মরক্তা অথোইবশিংগীসু) পাম্নঙাই ওইবা মহাক অদুগা সদয়াবলোকাম্—থৌজানগী মীৎয়েং পান্‌বী, হায়বদি "ভরতমহারাজসী বৈরাগ্যগীদমক হকচাঙগী অরাবা থাঙগদবগী শরক ঐনা লুনা য়োতুনা য়ুমদা লৈশন্থ"—হায়বসী নীঙদুনা ভরত মহারাজদা থৌজান্ মীৎয়েং তাবিখি (চক্রবর্ত্তী)—অদুগুম্বী শ্রিয়ং—লক্ষ্মীবু ফাওবা মহাক্না ন ঐচ্ছৎ—পাম্নমদে। সুরবর-শিংনা পামজবা লক্ষ্মীগী কৃপাদু মীৎচিনফাওবা য়েংলমদবমখৈ ভরত মহা-রাজনা লেঙখি। ভরত মহারাজগী অসিগুম্বা আচরণ অদু থোইনা ওক্লঙাই ওইদে; মরমদি, ক্ষিতিসুত নচিংবা ইহলোক্কী হুংঙাইবা-ফংনবা মরম পুম্নমক থাদোক্লবনী; মাগুম্বা মধুদ্বিট্‌সেবানুরক্তমনসাং—মধুগী য়েক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মপূর্ণাঙ লূপ্লবা মখোয়গী মফমদদি ইহলোক্কী

নুংঙাইবগী রাদি লায়রবুনা, অভবঃ অপি—মুক্তিফাওবা ফল্ঃ—য়াম্না তুচ্ছ ওই। শ্রীকৃষ্ণ সেবাগী নুংঙাইবা কয়ামুক মখোয়না ফংবগে হায়ববু নুংঙাইবদুগা চাংদম্নবদা ইহলোক্কী নুংঙাইবদি লাপ্না থম্লুনা, মুক্তিগী নুংঙাইবফাওবা কৈছু লৈতনা মখোয়না খল্লী।

মূল পয়ার ২৬৪-দা কৃষ্ণ ভক্তনা মুক্তিবু ফল্নী—তুচ্ছ নী—হায়না খল্লী হায়বগী প্রমাণ্নী শ্লোক অসী।

## মূল ২৬৭

নারায়ণপরাঃ সর্ব্বে ন কুতশ্চন বিভ্যতি।
স্বর্গাপবর্গনরকেষ্বপি তুল্যার্থদর্শিনঃ॥ ২৬৭॥

## শব্দার্থ

নারায়ণপরাঃ—নারায়ন্না মরোইরবা ( নারায়ণগী ভক্তশিং ); সর্ব্বে—পূম্নমক্না; ন—নত্তে; কুতশ্চন—কদায়দগীসু; বিভ্যতি কি; স্বর্গ—স্বর্গ; অপবর্গ—মুক্তি; নরকেষু—নরক-কোমদা; অপি—সু; তুল্য-অর্থ—মান্নবা কান্নবনী হায়না; দর্শিনঃ—উবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারায়ণগী ভক্তশিংদি করিমতবু কিবিদে; মরমদি মখোয়না স্বর্গ. মুক্তি অমসুং নরকপু কান্নবদা অঙ্কানী হায়না উই।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগীনী ( ৬/১৭/১৮ )।

মহারাজ চিত্রকেতুনা শ্রীঅনন্তদেবগী কৃপাদগী ঐশ্বর্য্য ( লন ) য়াম্না ফংলদুনা নোঙদোম্বক্না কোয়রকপদা নোংমদি-মুনিশিংগী সভাদা মহাদেবনা পার্ব্বতীবু মতম্বাক্না পম্লগা মখূৎনা কোন্দুনা ফম্লম্বদু উরুরে। মদু উবদা চিত্রকেতুনা ঙাইহাক লেপ্তুনা নৈরম্মী অদুগা মহাদেবদা করেম্নবগী রাহৈ শীজন্নদুনা হায়রম্মী—মীওইবনফাওবা ঈকাইবা আচরণদু লোকগুরু অমসুং ধর্ম্মবক্তা ওইবা স্বয়ং মহাদেবনা মুনিশিংগী সভাদা করিগীদমক তৌরিবনো? রাসী তাবদা পুক্লীঙ-তপ্না মহাদেবনে মুনিশিংনে অদুম তুমীন্না

লৈরম্মী ; অদুগা জগৎকী মমা পার্ব্বতীদি বিদ্যাধর-চিত্রকেতুগী রাহৈদু খাঙবা ভন্নমদে, অদুনা মহাকপু শাউরদুনা ‘অসুর ওইনা পোকউ’ হায়না পার্ব্বতীনা শাপ তৌখি। পার্ব্বতীগী শাপ হায়বদুদি লেম্না মাঙবা য়াদে হায়বা চিত্রকেতুনা খঙলম্মী ; অদুম ওইনমক চিত্রকেতুনা শাপ অদু তাবদা করিমত্তা নাচুংলম্দে ; মহাক্না খূদক্তা বিমান (দোলাই অপাইবী) অদুদগী কুম্থরক্লগা নোল্লুক্লনা পার্ব্বতীদা হায়খি—“ইমা ইবেম্মা, নঙগী শাপ অদু খুজোক য়ানা লৌজরী, ঐগী তৌজমন্দি ঐনা ফংফম থোকয়ি। সংসারসে মায়াগী গুণশিংগী ঈচেন্‌গুম্বনী ; মসিদা শাপ হায়বনা করিনো, চান্‌বীবা হায়বনা করিনো, নুংঙাইবা হায়বনা করিনো, অরাবা হায়বনা করিনো, স্বর্গ হায়বনা করিনো, নরক হায়বনা করিনো—লোইনমক চপ মান্নে—গুণগী ঈচেন্নী। ইমা, নঙনা ঐঙোন্দা তৌরিবা শাপ অদু কোক্লবা নঙোন্দা হায়জরোই ; অদুবু, ঐনা হায়খিবা অফবা ( সাধু ) ওইরবসু নঙনা রাদুবু ফত্তবনী ( অসাধুনী ) খন্‌বিরিবদো— অদুগীদমক কৃপা তৌদুনা ঐবু ঙাক-পীয়ু।” রাসী হায়রগা চিত্রকেতুনা বিমান তোংদুনা লেঙখি। অদুদগী মুনিশিংগী মমাঙমক্তদা সভাগী মফমদা পার্ব্বতীদা মহাদেবনা হায়রম্মী—“দেবি ! অঙকপদা তৌরিবা ভগবান্‌গী দাসানুদাসশিংনা (মনাইগী মনাই-শিংনা) কয়াদা নিস্পৃহ ( অপাম্বা-লৈতবা ) ওইরিবা হায়বদু অমুক্তা খন্থদুনা য়েংঙু। মখোয়গী মাহাত্ম্য উরেদনা ? নুংশিথোইবী ! শ্রীনারায়ণগী ভক্ত-শিংদি করিগুম্বা অমত্তা কিবিদে ; স্বর্গ, নরক অমসুং মুক্তি অদুমসিবু চপমান্ননা উই। মরমদুনা নঙনা শাপ তৌদুনসু পরমভক্ত চিত্রকেতুনা নাচুংদে।” **নারায়ণপরাঃ**—নারায়ণনা মরোইরবা মখোয়। **সর্ব্বে**—পুম্নমক্না ; চিত্রকেতু মথন্তমক নত্তে ; চিত্রকেতুগুম্বা লৈরিবা ভক্ত খুদিংমক্না। **কুতশ্চন ন বিভ্যতি**—করিমত্তা কিবিদে ; শাপ তৌগে তৌ, নরক-কোমদা লংথগে-লংথো, অদুগা প্রহ্লাদগী মতৌগুম্না লিন্‌গী ময়াদা, মৈগী কোম্‌দা, শামু মখোঙদা লংশন্‌গে লংশল্লু, মতুদা ভগবান্‌গী ভক্তশিংনা করিমত্তা নাচুংবিদে। মরমদি মখোয়না স্বর্গনে, অপবর্গনে (মুক্তিনে) অদুগা নরককোম্নে— অদুমসিবু চপমান্নে হায়না খল্লী। মরমদি—স্বর্গদসু ভক্তি-সুখ (ভক্তিদগী পোকপা নুংঙাইবা) লৈতে, মুক্তিদসু ভক্তিসুখ লৈতে, নরক-কোমদসু ভক্তিসুখ লৈতে হায়দুনা অদুম্মক্কি মখোয়গী মীত্তা চপমান্ননা উই।

ভক্তশিংনা নরক অমসুং মুক্তিবু চপমান্ননা খল্লী হায়রিবা মূল ২৬৪-গী প্রমাণ্নী নৈনরিবা ভাগবতমগী শ্লোকসী ।

## মূল ২৬৮

কর্ম্ম-মুক্তি দুই বস্তু ত্যজে ভক্তগণ ।
সন্ন্যাসী দেখিয়া আমা করহ বঞ্চন ॥ ২৬৮ ॥

## শব্দার্থ

কর্ম্ম-মুক্তি—ফল-পাম্বা থবক অমসুং অরানখুভম ; দুই—অনী ; বস্তু—পোৎ : ত্যজে—থাদোকয়ি ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবনী ( হায়না ) ; দেখিয়া—উদুনা ; আমা—ঐঙোন্দা ; করহ—তৌরি ; বঞ্চন—লৌনম্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কর্ম্মগা মুক্তিগা পোৎতা অনীসী ভক্তশিংনা থাদোকয়ি । ঐবু সন্ন্যাসী ওইনা উবদুদা ঐঙোন্দা লৌনম তৌরি ( নখোয়না ) ।

## নৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মাগী হৈননী-দৈন্য উৎদুনা তত্ত্ববাদী আচার্য্যগী মর্য্যাদা ঙাক্কবা হায়দুনা অসুম্না হায়রম্মী—“আচার্য্য ! ভক্তশিংদি কর্ম্মগা মুক্তিগা পোলম অনীসু পুঙথা থাদোকয়ি ; নঙসু মদু থজৌবনী—অমসুং নঙসু অনীসী থাদোক্লিবনী । অদুম ওইনমক নঙনা কর্ম্মগা মুক্তিগসীবু অথোইবা পোৎনী হায়না ঐঙোন্দা হায়রিবগী মরমদি অসী ওইবস্থা যাই মদুদি—ঐগী সন্ন্যাসগী বেশ উবদা নঙনা ঐব ভক্তিবিরোধীনী ( ভক্তিবু য়াদবা মীনী ) হায়না খল্লে । মরমদুনা ভক্তিগী মরমদা ঐগা লোয়ননা নৈনবদি নুংঙাইরোয় হায়দুনা কর্ম্ম অমসুং মুক্তিগী রা পুথোক্তুনা হায়রগা ঐবু চৎহনগে তৌবা তাই ।”

কর্ম্ম-মুক্তি-নচিংবা—ভক্তশিংনা কর্ম্মবু সাধন ওইনা অদুগা মুক্তিবু সাধ্য ওইনা লৌদে ।

সন্ন্যাসী দেখিয়া-নচিংবা—মতম অদুরাইদা বৈষ্ণব-সন্ন্যাসীগী মশীঙ

য়াম্নমদে ; অয়াম্বা সন্ন্যাসীমথৈ মতমচুনা মায়াবাদী ওইরম্মী। মরমচুনা সন্ন্যাসীবু উরবদি ভক্তিবিরোধী মায়াবাদী সন্ন্যাসীনী হায়না লৌমরম্মী।

মূল ২৬৯

এই ত বৈষ্ণবের নহে সাধ্য-সাধন।
সেই দুই স্থাপ তুমি সাধ্য-সাধন॥ ২৬৯॥

শব্দার্থ

এই ত—অসীদি ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবশিংগী ; নহে—নত্তে : সাধ্য—ফংনগাই ; সাধন—ফংনবা পাম্বৈ ; সেই দুই—অনীদো ; স্থাপ—থিল্লী ; তুমি—নঙনা ; সাধ্য-সাধন—সাধ্যগা সাধনগনী হায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীসে বৈষ্ণবশিংগী সাধ্য-সাধন নত্তে। নঙনা অনীসিবু সাধ্য-সাধন-নী হায়না পুথোরক্লি।

মৈনবোল

এই ত—কর্ম্ম অমসুং মুক্তি অসী। নহে সাধ্য-সাধন—বৈষ্ণবকী সাধ্যদি মুক্তি নত্তে, বৈষ্ণবকী সাধন-সু কর্ম্ম (বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম) নত্তে। তত্ত্ববাদী-শিংদি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুং-চন্‌বনী। মরমচুনা প্রভুনা সাধ্য অমসুং সাধনগী রা হায়রিবনী।

তত্ত্ববাদীনা প্রভুদা করম্না লৌনম্বগে হায়বচু পয়ারসিদা হায়রি। বৈষ্ণবশিংদি মুক্তিবু সাধ্যনী হায়না লৌদে অদুগা কর্ম্মবু সাধন-নী হায়না লৌদে। অদুম ওইনমক বৈষ্ণব ওইরিবা তত্ত্ববাদী-আচার্য্যনা মুক্তিবু সাধ্যনী অদুগা কর্ম্মবু সাধন-নী হায়না পুথোক্লম্মী। মসী বঙনা (লৌনম্বা) হায়বচুনী।

মূল ২৭০

শুনি তত্ত্বাচার্য্য হৈলা অন্তরে লজ্জিত।
প্রভুর বৈষ্ণবতা দেখি হইলা বিস্মিত॥ ২৭০॥

## শব্দার্থ

শুনি—( প্রভুগী ৱা ) তাৱগা ; তত্ত্বাচার্য্য– তত্ত্ববাদী আচার্য্য, মাধ্ব সম্প্রদায়গী আচার্য্য ; হৈলা—ওইখি ; অন্তরে—পূক্নুংদা ; লজ্জিত—ইকায়বা ; প্রভুর—প্রভুগী ; বৈষ্ণবতা—বৈষ্ণব ওইবা মতৌ ; দেখি—উরগা ; হইলা—ওইখি ; বিস্মিত—ঙকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ববাদী আচার্য্যনা প্রভুগী ৱা তারগা মপূক মনুংদা ইকায়রম্মী। মহাক প্রভুগী বৈষ্ণবতা উবদা ঙকখি।

### মূল ২৭১

আচার্য্য কহে—তুমি যেই কহ সেই সত্য হয়।
সর্ব্বশাস্ত্রে বৈষ্ণবের এই সুনিশ্চয় ॥ ২৭১ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্য—তত্ত্ববাদী আচার্য্যনা ; কহে—হায় ; তুমি—নঙনা ; যেই—মহু ; কহ—হায় ; সেই—মহু ; সত্য—অওইবা ; হয়—ওই ; সর্ব্ব-শাস্ত্রে—শাস্ত্রপূম্নমক্তা ; বৈষ্ণবের–বৈষ্ণবকীদি ; এই—মসিনা , সুনিশ্চয়—অরেপ্পনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ববাদী আচার্য্যদুনা হায়রম্মী—"নঙনা হায়রিবা ৱাহুন অওইবা ৱানী ( সত্যনী ) ; শাস্ত্র পূম্নমক্তা নঙগী ৱাসীনা বৈষ্ণবশিংগীদমক্তি অরেপ্পনী।

### মূল ২৭২

তথাপি মধ্বাচার্য্য যে করিয়াছে নির্ব্বন্ধ।
সেই আচরিয়ে সভে সম্প্রদায়-সম্বন্ধ ॥ ২৭২ ॥

## শব্দার্থ

তথাপি—অদুম ওইনমক ; মধ্বাচার্য্য—মধ্বাচার্য্যনা ; যে—মহু ; করিয়াছে—তৌরম্লে ; নির্ব্বন্ধ—নিয়ম, ব্যবস্থা ; সেই—মদুমক ; আচরিয়ে—চৎলী ; সভে—পূম্নমক্না ; সম্প্রদায়-সম্বন্ধ—সম্প্রদায়গী মরী লৈবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুন ওইনমক মধ্বাচার্য্যনা শেম্লম্বা নিয়ম অদু সম্প্রদায়গী মরীদা লোইনমক্কা চৎপনী ।

## নৈনরোল

তত্ত্ববাদী আচার্য্যনা হায়রম্মী—"প্রভু ! নঙনা হায়বা সিদ্ধান্তদুনা শাস্ত্রনা য়াবনী ; ঐখোয়স্তু মদু খঙজী : খঙলবস্তু সিদ্ধান্তদুনা হায়বা মতুং ইন্না ঐখোয় চত্তে ; মরমদি, শ্রীমন্ মধ্বাচার্য্যনা মুক্তিবু সাধ্যনী হায়না সিদ্ধান্ত তৌরম্লে অমসুং কৃষ্ণদা কর্ম্ম কথোকপবু সাধন-নী হায়রম্লে ; ঐখোয়স্তু মাধ্বসম্প্রদায়ী ওইবনা সম্প্রদায়গী তৌফম থোকপা তৌগদবনী হায়দুনা মহাক্না তাক্পা সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না চৎপনী ।"

মূল ২৭৩

প্রভু কহে,—কর্ম্মী, জ্ঞানী দুই ভক্তিহীন ।
তোমার সম্প্রদায় দেখি সেই দুই চিহ্ন ॥ ২৭৩ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী : কর্ম্মী— বর্ণাশ্রমধর্ম্ম-চৎপা মী ; জ্ঞানী —অদ্বৈতবাদী জ্ঞানমার্গগী সাধক ; দুই—অনীমক ; ভক্তিহীন—ভক্তি-য়াওদবনী : তোমার সম্প্রদায়—নঙগী সম্প্রদায় ; দেখি—উই ; সেই—মদু ; দুই—অনী ; চিহ্ন—খুদম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়—কর্ম্মীগা জ্ঞানীগা অনীসী ভক্তি য়াওদবনী । নখোয়গী সম্প্রদায়গী খুদমদি অনীসিনী (কর্ম্মী অমসুং জ্ঞানীগী খুদম্মী) হায়না ঐনা উই ।

## নৈনরোল

প্রভুনা তত্ত্ববাদীশিংবু কর্ম্মীনী জ্ঞানীনী হায়রম্মী । হায়রম্বসিগী মরমদি অসী ওইবা মাল্লী, মত্তদি—তত্ত্ববাদীশিংনা কর্ম্মবু সাধন-নী হায়না লৌয়ি ; মরমদুনা প্রভুনা মখোয়বু কর্ম্মী কৌরিবনী ; অদুগা তত্ত্ববাদীশিংনা মুক্তি মখল মঙাবু সাধ্য-নী ( পান্দম্নী ) হায়না লৌয়ি । মুক্তি মখল মঙাগী

মনুঙদা য়াওরিবা সাযুজ্য মুক্তি হায়বত্তু জ্ঞানীশিংগীনী (হায়বদি অদ্বৈতবাদী জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংগীনী)। তত্ত্ববাদীশিংস্তু সাযুজ্য মুক্তিসিবু মখোয়গী অথোইবা পান্দম্নী হায়বনীনা প্রভুনা মখোয়বুস্তু জ্ঞানীনী হায়রিব্নী। সর্ব্বদর্শনসংগ্রহদা মধ্বাচার্য্যনা তাকপা ভজন-গী মতাঙদা অস্নুম্না হায়—"ভজনং দশবিধং বাচা সত্যং হিতং প্রিয়ং স্বাধ্যায়ঃ, কায়েন দানং পরিত্রাণং পরিরক্ষণং মনসা দয়া স্পৃহা শ্রদ্ধা চেতি। অত্রৈকৈকং নিষ্পাদ্য নারায়ণে সমর্পণং ভজনম্। —ভজন মখল তরানী ; সত্য (অওইবা), হিত (কান্নবা), প্রিয়কথন (খোস্থুম ঙাঙবা) অতুগা শাস্ত্র নৈনবা—মরি অসী বাচিক (ৱাঙাঙবগী) ভজন-নী। দয়া (থৌজান), স্পৃহা (পাম্বা), শ্রদ্ধা (থাজবা)—অহুমসিনা মানসিক (পুক্নীঙগী ভজন-নী)। দান, পরিত্রাণ (খুৎথোক্না কন্বীবা), পরিরক্ষণ (য়োক্-থাকপা) অহুমসিনা কায়িক (হকচাঙগী) ভজন-নী। মখোয়সিবু অমমম ওইনা পাঙথোক্লুনা নারায়ণ-দা সমর্পণ (কৎথোকপা) তৌববু ভজন কৌয়ি।" মসীদা ঐখোয়না উবা ফংলিবদি ভগবান্দা কর্ম্ম-অর্পণ হায়বা ভজন অতুনী।

মধ্বাচার্য্যগী মত মতুং ইন্না—"বিষ্ণুগী মফমদা কনাগুম্বগী প্রীতি (নুংশিবা) পোক্লবোইদি মহাক অমুক হন্না পোক্তরে, মহাক বৈকুণ্ঠবাসী ওইদুনা সারূপ্য, সালোক্য, সামীপ্য অমস্তুং সার্ষ্টি হায়বা মুক্তি মখল মরিসী ফংদুনা-নুংঙাইনা লৈগনী। (বিশ্বকোষ)।" মসীদা ঐখোয়না উবদি সারূপ্যনচিংবা মুক্তি মখল মরিবু মধ্বাচার্য্যগী মত মতুঙ ইন্না সাধ্যনী হায়। সাযুজ্যমুক্তিদি মধ্বাচার্য্যনা য়াদে ; মধ্বাচার্য্যগী দ্বৈতবাদ প্রচার তৌরকপদা সাযুজ্যমুক্তি-পাম্বা অদ্বৈতবাদীশিংগী মথল্লাই য়াম্না শোকখি। অস্নম্না লৈবসিদা তত্ত্ববাদী আচার্য্যনা মুক্তি মখল-মঙাবু মধ্বাচারীশিংগী সাধ্যনী হায়রম্লিবসী করিগীনো খঙদ্রে।

## মূল ২৭৪

সবে একগুণ দেখি তোমার সম্প্রদায়।

সত্য বিগ্রহ করি ঈশ্বরে করহ নিশ্চয় ॥ ২৭৪ ॥

### শব্দার্থ

সবে—পূম্নমক্কী মনুঙদা ; একগুণ—গুণ অমা ; দেখি—ঐনা উই ;

তোমার—নঙগী ( নখোয়গী ) ; সম্প্রদায়—সম্প্রদায়না ; সত্য—অওইবা ; বিগ্রহ—মূর্ত্তি : ( সত্তাবিগ্রহ—সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ ) ; করি—ওইহন্দুনা ; ঈশ্বরে—ঈশ্বরবু ; করহ নিশ্চয় ৷ রাসী অরেপ্পা ওইনা লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নখোয়গী সম্প্রদায়দা লৌথৎনঙাই গুণ অমখক্তং য়াওরি মতুদি —নখোয়না ঈশ্বরগী শ্রীবিগ্রহবু সচ্চিদানন্দময়নী হায়না লৌয়ি (হায়বদি জ্ঞানীশিংগী মতৌগুম্না ঈশ্বরগী শ্রীবিগ্রহবু মায়িক ওইনা লৌদে)।

মূল ২৭৫

এইমত তাঁর ঘরে গর্ব্ব চূর্ণ করি।
ফল্গু তীর্থে তবে চলি আইলা গৌরহরি ॥ ২৭৫ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; তাঁর—মহাক্কী ; ঘরে—য়ুমদা ; গর্ব্ব—নাপল ; চূর্ণ—থুদেকপা ; করি—তৌরগা ; ফল্গুতীর্থে—ফল্গুতীর্থদা ; তবে—অডুদগী ; চলি আইলা—লেঙলকখি ; গৌরহরি—চৈতন্যদেব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না তত্ত্ববাদী আচার্য্যগী ময়ুমদা মাগী নাপল থুদেক্লগা শ্রীগৌরহরিনা ফল্গুতীর্থদা লেঙখি।

মূল ২৭৬

ত্রিতকূপ বিশালার করি দরশন।
পঞ্চাপ্সরা-তীর্থ আইলা শচীর নন্দন ॥ ২৭৬ ॥

শব্দার্থ

ত্রিতকূপ বিশালার—ত্রিতকূপ বিশালাগী ; করি—তৌরগা ; দরশন—দর্শন ; পঞ্চাপ্সরা-তীর্থ—পঞ্চাপ্সরা তীর্থদা ; আইলা—লাকখি ; শচীর—শচীগী ; নন্দন—মচানুপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিতকূপ বিশালাবু দর্শন তৌরগা শচীগী মচাম্নুঙোনা ( প্রভুনা ) পঞ্চাপ্সরা-তীর্থদা লেঙলকখি।

মূল ২৭৭

গোকর্ণ শিব দেখি আইলা দ্বৈপায়নী।

স্বর্পারক তীর্থে আইলা ন্যাসিশিরোমণি ॥ ২৭৭ ॥

শব্দার্থ

গোকর্ণ শিব দেখি—গোকর্ণ শিব দর্শন তৌরগা ; আইলা—লাক্‌খি ; দ্বৈপায়নী—দ্বৈপায়নীদা ; স্বর্পারক তীর্থে—স্বর্পারক তীর্থদা ; আইলা—লাক্‌খি ; ন্যাসিশিরোমণি—সন্ন্যাসীলক্তা অথোইবা মহাপ্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা গোকর্ণ শিব দর্শন তৌরগা দ্বৈপায়নী য়ৌখি। অদুদগী স্বর্পারক তীর্থ তাম্না সন্ন্যাসিশিরোমণি প্রভু লেঙখি।

মূল ২৭৮-২৭৯

কোলাপুরে লক্ষ্মী দেখি ক্ষীরভগবতী।

লাঙ্গাগণেশ দেখি চোরাভগবতী ॥ ২৭৮ ॥

তথা হৈতে পাণ্ডুপুর আইলা গৌরচন্দ্র।

বিঠ্‌ঠল ঠাকুর দেখি পাইল আনন্দ ॥ ২৭৯ ॥

শব্দার্থ

কোলাপুরে—কোলাপুরদা ; লক্ষ্মী—লক্ষ্মী ; দেখি—উদুনা ; ক্ষীর-ভগবতী—ক্ষীরভগবতী ; তথা হৈতে—মফমদুদগী ; পাণ্ডুপুর আইলা—পাণ্ডুপুরদা লাকখি ; গৌরচন্দ্র—মহাপ্রভুনা ; বিঠ্‌ঠল ঠাকুর—বিঠ্‌ঠল ঠাকুর ; দেখি—দর্শন তৌবদা ; পাইল—ফংখি ; আনন্দ—মুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোলাপুরদা লক্ষ্মী দর্শন তৌরগা ক্ষীর-ভগবতীদা প্রভুনা লেঙলক্মী।

অহুদগী লাঙ্গাগণেশ দর্শন তৌরগা চোরাভগবতী লেঙলম্মী। অহুদগী গৌরচন্দ্র প্রভুনা পাণ্ডুপুর য়ৌখি অহুগা বৈঠ্ঠল ঠাকুর দর্শন তৌবদা য়াম্না মুংঙাইখি।

মূল ২৮০

প্রেমাবেশে কৈল বহু নর্ত্তন-কীর্ত্তন।
প্রভুর প্রেম দেখি সভার চমৎকার মন ॥ ২৮০ ॥

শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণবু মুংশিবগী আবেশদা ; কৈল—তৌরম্মী ; বহু—য়াম্না ; নর্ত্তন—জগোই শাবা ; কীর্ত্তন—নাম শোন্‌বা ; প্রভুর প্রেম—প্রভুগী প্রেম ; দেখি—উরগা ; সভার—তিল্লম্বা পুম্নমক্কী ; চমৎকার মন—মপুক্লীঙদা ঙকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা জগোইশাবনে নাম শোন্‌বনে য়াম্না তৌরম্মী। প্রভুগী প্রেম উরগা তিল্লম্বা মী পুম্নমক্কী মপুক্লীঙদা ঙকখি।

মূল ২৮১

তাহাঁ এক বিপ্র তাঁরে নিমন্ত্রণ কৈল।
ভিক্ষা করি তাহাঁ এক শুভ বার্ত্তা পাইল ॥ ২৮১ ॥

শব্দার্থ

তাহাঁ—মফমত্তুদা ; এক বিপ্র—ব্রাহ্মণ অমনা ; তাঁরে—মহাকপু (প্রভুবু) ; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন ; কৈল—তৌখি ; ভিক্ষা করি—প্রসাদ থুল্লগা ; তাহাঁ—মফমত্তুদা ; এক—অমা ; শুভ—অফবা ; বার্ত্তা—পাও ; পাইল—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বৈঠ্ঠল ঠাকুরগী) মফমত্তুদা ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুবু বার্ত্তোন তৌরম্মী। মাগীদা প্রসাদ ফংবদা অফবা পাও অমা ফংখি।

### মূল ১৮২

মাধবপুরীর শিষ্য শ্রীরঙ্গপুরী নাম।
সেই গ্রামে বিপ্রগৃহে করেন বিশ্রাম ॥ ১৮২ ॥

### শব্দার্থ

মাধবপুরীর—শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীগী ; শিষ্য—দীক্ষা সেবক ; শ্রীরঙ্গপুরী নাম—শ্রীরঙ্গপুরী কৌবদো ; সেই গ্রামে—গ্রাম অদুদা ; বিপ্রগৃহে—ব্রাহ্মণগী য়ুমদা ; করেন—তৌয়ি ; বিশ্রাম—পোথাবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপাদ মাধবপুরীগী শিষ্য শ্রীরঙ্গপুরী কৌবদো গ্রাম অদুদা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা পোথারম্মী।

### মূল ১৮৩

শুনিঞা চলিলা প্রভু তাঁরে দেখিবারে।
বিপ্রগৃহে বসি আছেন দেখিলা তাঁহারে ॥ ১৮৩ ॥

### শব্দার্থ

শুনিঞা—নাকোংনা তারগা ; চলিলা—চৎলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মাবু ( শ্রীরঙ্গপুরীবু ) ; দেখিবারে—উনগে হায়দুনা ; বিপ্রগৃহে—ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা ; বসি—ফমদুনা ; আছেন—লৈ ; দেখিল—উখি ; তাঁহারে—মহাকপু ( শ্রীরঙ্গপুরীবু )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পাও অদু ) তারগা প্রভুনা মহাকপু দর্শন তৌগে হায়না চেৎলম্মী। মহাকপু ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা ফমুমদু প্রভুনা উখি।

### মূল ১৮৪

প্রেমাবেশে করে তাঁরে দণ্ড-পরণাম।
পুলকাশ্রু কম্প সব অঙ্গে পড়ে ঘাম ॥ ১৮৪ ॥

শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—প্রেমগী আবেশদা ; করে—তৌখি ; তাঁরে—মঙোন্দা ( শ্রীরঙ্গপুরীদা ) ; দণ্ড-পরণাম—দণ্ডবৎ তৌহ্নুনা থুরম্বা ; পুলক—তুচুংবা ; অশ্রু—পিরাং ; কম্প—নীকপা ; সব অঙ্গে—হকচাঙ পুম্বদা ; পড়ে—তারম্মী ( থোক্লম্মী ) ; ঘাম—হুমাং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা শ্রীরঙ্গপুরীদা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌরম্মী । মতমতুদা প্রভু তুচুংলম্মী, পিরাং শিন্তরম্মী, হকচাঙ নীক্লম্মী অতুগা প্রভুগী হকচাঙ পুম্বদা হুমাঙ থোক্লম্মী ।

মূল ১৮৫

দেখিয়া বিস্মিত হৈল শ্রীরঙ্গপুরীর মন ।
"উঠ উঠ শ্রীপাদ !" বলি বলিল বচন ॥ ১৮৫ ॥

শব্দার্থ

দেখিয়া—উরগা ; বিস্মিত—ঙকপা ; হৈল—ওইখি ; শ্রীরঙ্গপুরীর মন—শ্রীরঙ্গপুরীগী পুক্নীঙ ; উঠ উঠ—হৌগৎলো-হৌগৎলো ; শ্রীপাদ—শ্রীপাদ ; বলি—হায়রতুনা ; বলিল—ঙাঙলম্মী ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী বিকার অতু উবদা শ্রীরঙ্গপুরীদো ঙক্লম্মী । "হৌগৎলো হৌগৎলো শ্রীপাদ !" হায়না শ্রীরঙ্গপুরীনা ৱা হায়রম্মী ।

মূল ১৮৬

শ্রীপাদ ! ধরহ আমার গোসাঞিার সম্বন্ধ ।
তাঁহা বিনু অন্যত্র নাহি এ প্রেমার গন্ধ ॥ ১৮৬ ॥

শব্দার্থ

শ্রীপাদ—ওহে শ্রীপাদ ; ধরহ—( নঙনা ) থম্মী ; আমার—ঐগী ; গোসাঞিার—প্রভুগী (গুরুদেবগী) ; সম্বন্ধ—মরী ; তাঁহা—মঙোন্দা ( ঐগী গুরুদা ) ; বিনু—নত্তনা ; অন্যত্র—মফম অতৈদা ; নাহি—লৈতে ; এই প্রেমার—প্রেম অসিগী ; গন্ধ—মণম্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরঙ্গপুরীনা হায়রম্মী )—"শ্রীপাদ, নহাক্না ঐগী গুরুগা ( শ্রীমন্ মাধবেন্দ্র পুরীগ.) মরী অমা লৈনরমগনী। মঙোন্দা নঙনা অতোপ্পা মফমদা প্রেমদাসিগী মণম্ লৈত্তে।

## লৈনরোল

প্রভুগী প্রেম বিকারহু উবদা শ্রীরঙ্গপুরীনা প্রভুদা হায়খিবা রানী পয়ারসিদা হায়রিবনী। শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীগা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমা লৈরমগনী ; মরমদি, শ্রীপাদপুরীগা সম্বন্ধ লৈবা নঙনা প্রভুগী অসিগুম্বা প্রেমবিকারসে অতৈদা ফংবা রাই।

মূল ২৮৭

এত বলি প্রভুকে উঠাইয়া কৈল আলিঙ্গন

গলাগলি করি দোঁহে করেন ক্রন্দন ॥ ২৮৭ ॥

## শব্দার্থ

এত— অসিখক ; বলি - হায়তুনা ; প্রভুকে— প্রভুবু ; উঠাইয়া— হৌগৎহল্লগা ; কৈল - তৌরম্মী ; আলিঙ্গন— কোন্‌বা ; গলাগলি— ঙক ঙক কোন্নবা ; করি—তৌরগা ; করেন - তৌয়ি ; ক্রন্দন কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গপুরীনা রাসী হায়তুনা প্রভুবু হৌগৎহল্লগা কোল্লম্মী। মখোয়নীনা ঙক ঙক কোন্নরগা কপ্‌মিন্নরম্মী।

মূল ২৮৮

ক্ষণেকে আবেশ ছাড়ি দোঁহার ধৈর্য হৈল।

ঈশ্বরপুরীর সম্বন্ধ প্রভু জানাইল ॥ ২৮৮ ॥

## শব্দার্থ

ক্ষণেকে—ক্ষণ অমগী মনুঙদা ; আবেশ—প্রেমগী আবেশ ; ছাড়ি—

থাদোক্লগা ; দোঁহার— মখোয়নীগী ; ধৈর্য্য—তপ্‌থবা ; হৈল - ওইখি ; ঈশ্বরপুরীর—শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীগী ; সম্বন্ধ— মরী লৈবদো ; প্রভু—প্রভুনা ; জানাইল—খঙহন্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষণ অমগী মনুঙদা প্রেমাবেশ থাদোক্লগা অনীমক হস্থনরক্‌খি । ঈশ্বর-পুরীগা সম্বন্ধ লৈ হায়না প্রভুনা ( শ্রীরঙ্গপুরীদা ) খঙহন্‌খি ।

**তৈনরোল**

শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্য শ্রীঈশ্বরপুরীহু প্রভুগী গুরুনী হায়না শ্রীরঙ্গ-পুরীদা খঙহন্‌খি ।

মূল ২৮৯

দুইজনে কৃষ্ণকথা কহে রাত্রিদিনে ।

এইমত গোঙাইল পাঁচসাতদিনে ॥ ২৮৯ ॥

**শব্দার্থ**

দুইজনে- মখোয় অনী : কৃষ্ণকথা —শ্রীকৃষ্ণগী বা . কহে— ঙাঙনৈ ; রাত্রিদিনে অহিং নুংথিল চুপ্পা ; এইমত— মতৌ অসুম্না ; গোঙাইল— লেনখি ; পাঁচসাতদিনে—নুমীৎ মঙা-তরেৎনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীদো অহিং নুংথিল চুপ্পা কৃষ্ণকথা ঙাঙনরম্মী । মতৌ অসুম্না ( কৃষ্ণকথা ভৌদুনা ) নুমীৎ তরাক-তরেৎনী লেন্‌খি ।

মূল ২৯০

কৌতুকে পুরী তাঁরে পুছিল জন্মস্থান ।

গোসাঞি কৌতুকে নিল নবদ্বীপ নাম ॥ ২৯০ ॥

**শব্দার্থ**

কৌতুকে—খঙনীঙহুনা ; পুরী - শ্রীরঙ্গপুরী ; তাঁরে—মঙোন্দা (প্রভুদা) ; পুছিল—হংখি ; জন্মস্থান—( প্রভুগী ) পোকৃফম ; গোসাঞি—প্রভুনা ; কৌতুকে—ঙরাওনা ; নিল—পল্লম্মী ; নবদ্বীপ নাম—নবদ্বীপকী মিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গপুরীনা খঙনীঙত্নুনা প্রভুগী পোক্নফম হংলম্মী। প্রভুনা হয়াঙনা নবদ্বীপকী মিং পল্লম্মী।

মূল ২৯১

শ্রীমাধবপুরীর সঙ্গে শ্রীরঙ্গপুরী।
পূর্ব্বে আসিয়াছিলা নদীয়া-নগরী ॥ ২৯১ ॥

শব্দার্থ

শ্রীমাধবপুরীর—শ্রীমাধবপুরীগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; শ্রীরঙ্গপুরী—শ্রীরঙ্গপুরীদা ; পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; আসিয়াছিলা—লেঙলকখি ; নদীয়া-নগরী—নদীয়া নগরীদা ( নবদ্বীপ ধামদা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গপুরীহ্নু শ্রীমাধবপুরীগা লোয়ননা মমাঙৈঙদা নদীয়া-নগরীদা লেঙলকখি।

মূল ২৯২

জগন্নাথমিশ্র ঘরে ভিক্ষা যে করিল।
অপূর্ব্ব মোচার ঘণ্ট তাহা যে খাইল ॥ ২৯২ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথমিশ্রঘরে—মহাপ্রভুগী মপাবুঙ শ্রীমন্জগন্নাথমিশ্রগী শঙ্গায়দা : ভিক্ষা যে করিল—ভিক্ষা ফংখিবগী ( রা ) ; অপূর্ব্ব—মহৌশা থক ফংখিদ্রিবা ; মোচার ঘণ্ট—লফুথরো থোংবা ; তাঁহা—মফমহ্নুদা ; যে খাইল—চাখিবদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গপুরীনা নবদ্বীপদা লাকপা মতমদা শ্রীজগন্নাথমিশ্রগী শঙ্গায়দা ফংখিবা প্রসাদীদো অহ্নুগা মমাঙৈঙদা থক চাখিদ্রিবা লফুথরোগী ঘণ্ট হায়বা এন্সাং চাখিবহ্নুগা পল্লম্মী।

## মূল ২৯৩

জগন্নাথের ব্রাহ্মণী মহাপতিব্রতা ।

বাৎসল্যে হয় তেঁহো যেন জগন্মাতা ॥ ২৯৩ ॥

### শব্দার্থ

জগন্নাথের ব্রাহ্মণী—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী নুপী ব্রাহ্মণী ; মহাপতিব্রতা —মপুরোইবা য়াম্না নীঙবী ; বাৎসল্যে— মচা নুংশিবগী মতাঙদা ; হয়— ওই ; তেঁহো—মহাক ; যেন—গুম্মী ; জগন্মাতা—জগৎকী মমা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঙ্গপুরীনা হায়বম্মী—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পত্নীদো য়াম্না মপুরোইবা নীঙবনী । মাগী বাৎসল্যপ্রেমগী (মচানুংশিবগী) না হায়রগদি মহাক জগৎ পুম্বগী মমাশক্পীনী ।

## মূল ২৯৪

রন্ধনে নিপুণা নাহি তা-সম ত্রিভুবনে ।

পুত্রসম স্নেহে করায় সন্ন্যাসিভোজনে ॥ ২৯৪ ॥

### শব্দার্থ

রন্ধনে—চাক-ইন্শাং থোংবদা ; নিপুণা – অহৈবী ; নাহি—লৈতে ; তা-সম মাগা মান্নবা ; ত্রিভুবনে—মরোল অহুমদা ; পুত্রসম—মচানুপাগা মান্ননা ; স্নেহে—নুংশিনা ; করায়—তৌহল্লী ; সন্ন্যাসিভোজনে —লখোইবনা চাবদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরঙ্গপুরীনা মখাতানা হায়রম্মী ) শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী ব্রাহ্মণীছুগা মান্নবা চাক ইন্শাং থোংবা হৈবী মরোল অহুমদা লৈরমদে । সন্ন্যাসীবু মচানুপাগা চপ মান্নবা নুংশিনা পীজ-পীথক তৌরম্মী ।

## মূল ২৯৫

তাঁর এক পুত্র যোগ্য করিয়া সন্ন্যাস ।

শঙ্করারণ্য নাম তাঁর অলপ-বয়স ॥ ২৯৫ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর মহাক্কী (শচীমাতাগী) ; এক অমা ; পুত্র—মচান্নুপা ; যোগ্য —মতীকচাবা ; করিয়া সন্ন্যাস—সন্ন্যাস তৌহুনা (লম্বোইহুনা) ; শঙ্করারণ্য নাম—শঙ্করারণ্য হায়বা মিংনী ; তাঁর—মহাক্কী (শচীদেবীগী মচান্নুপাগী) ; অলপ—খজিক্ত ; বয়স চহীমতাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীদেবীগী মতীকচাবা মচান্নুপা অমা সন্ন্যাস তৌয়ি ; মহাক য়াম্না নহানী, মাগী মিংনা শঙ্করারণ্য কৌয়ি।

### মূল ২৯৬

এই তীর্থে শঙ্করারণ্যের সিদ্ধিপ্রাপ্তি হৈল।
প্রস্তাবে শ্রীরঙ্গপুরী এতেক কহিল ॥ ২৯৬ ॥

## শব্দার্থ

এই তীর্থে—(পাণ্ডুপুর কৌবা) তীর্থসিদা, শঙ্করারণ্যের শঙ্করারণ্যগী ; সিদ্ধিপ্রাপ্তি—সিদ্ধি ফংবা ( দেহ থাদোকপা ) হায়বদি শিবা ; হৈল— ওইখি ; প্রস্তাবে—রা ঙাঙনবা হৌরকপদা ; শ্রীরঙ্গপুরী—শ্রীরঙ্গপুরীনা ; এতেক—অসিখক ; কহিল—হায়রম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তীর্থ অসিদা (হায়বদি পাণ্ডুপুরদা) শঙ্করারণ্য থুপ্‌খি। রা হৌদোকপদা শ্রীরঙ্গপুরীনা অসিখক হায়খি।

### মূল ২৯৭

প্রভু কহে—পূর্ব্বাশ্রমে তেঁহো মোর ভ্রাতা।
জগন্নাথ মিশ্র মোর পূর্ব্বাশ্রমে পিতা ॥ ২৯৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; পূর্ব্বাশ্রমে—লম্বোইদ্রিঙৈগী মমাংথংবা

আশ্রমদা ; তেঁহো—মহাক (শঙ্করারণ্য) ; মোর—ঐগী ; ভ্রাতা—য়াম্বুংনী ; জগন্নাথ মিশ্র—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা ; মোর—ঐগী ; পূর্ব্বাশ্রমে—মমাঙগী আশ্রমদা ; পিতা অপোকপনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়খি—পূর্ব্বাশ্রমদা শঙ্করারণ্যদু ঐগী য়াম্বুংনী । পূর্ব্বাশ্রমদা জগন্নাথ মিশ্রনা ঐগী পাবুংনী ।

মূল ২৯৮

এইমত দুইজনে ইষ্টগোষ্ঠী করি ।

দ্বারকা দেখিতে চলিলা শ্রীরঙ্গপুরী ॥ ২৯৮ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; দুইজনে—মখোয় অনীনা ; ইষ্টগোষ্ঠী—রারীশামিন্নবা ; করি—তৌরগা ; দ্বারকা—দ্বারকা ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; চলিলা—লেঙখি ; শ্রীরঙ্গপুরী—শ্রীরঙ্গপুরীনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখোয়নীদু রারী-রাতাই তৌমিন্নরগা শ্রীরঙ্গপুরীনা দ্বারকা দর্শন তৌবা লেঙখি ।

মূল ২৯৯

দিন-চারি প্রভুকে তাহাঁ রাখিল ব্রাহ্মণ ।

ভীমরথী স্নান করি করে বৈঠ্ঠল দর্শন ॥ ২৯৯ ॥

শব্দার্থ

দিন-চারি—নুমীৎ মরিনী ; প্রভুকে—প্রভুবু ; তাহাঁ—মফমদুদা ; রাখিল—থমখি ; ব্রাহ্মণদুনা ; ভীমরথী স্নান—ভীমরথী তুরেন্দা স্নান ; করি—তৌরগা ; করে—তৌয়ি ; বৈঠ্ঠল দর্শন—বৈঠ্ঠল থুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ মরিনী ব্রাহ্মণনা প্রভুবু মফমদুদা থমখি । ভীমরথী তুরেন্দা প্রভুনা স্নান তৌরগা বৈঠ্ঠল দর্শন তৌখি ।

মূল ৩০০

তবে মহাপ্রভু আইলা কৃষ্ণবেণ্বা-তীরে।

নানা তীর্থ দেখি তাহাঁ দেবতা মন্দিরে ॥ ৩০০ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু আইলা—মহাপ্রভুনা লেঙলকখি। কৃষ্ণ-বেণ্বা-তীরে—কৃষ্ণবেণ্বা তোর্বান্দা ; নানা—মখলমখা ; তীর্থ—তীর্থ ; দেখি—উরগা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; দেবতা মন্দিরে—দেবতা মন্দিরদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা অদুদগী কৃষ্ণবেণ্বা তোর্বান্দা য়ৌরকখি। তীর্থ মখল মখা উরগা মফমদুদা দেবতা মন্দিরদা ( য়ৌখি )।

মূল ৩০১

ব্রাহ্মণ-সমাজ সব বৈষ্ণবচরিত।

বৈষ্ণব সকল পঢ়ে কৃষ্ণকর্ণামৃত ॥ ৩০১ ॥

শব্দার্থ

ব্রাহ্মণ সমাজ—ব্রাহ্মণ কাংবু ; সব—পুম্নমক ; বৈষ্ণবচরিত—বৈষ্ণবনা চৎকদবা চরিত-না মখোয়গী ওইবা ; বৈষ্ণব সকল—বৈষ্ণব পুম্নমক ; পঢ়ে—পারম্মী ; কৃষ্ণকর্ণামৃত—কৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণ সমাজ পুম্নমক বৈষ্ণবকী শাস্ত্রং-চৎপা ওরী। (মফমদুগী) বৈষ্ণব পুম্নমক কৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীকু পায় (পাঠ তৌয়ি)।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণকর্ণামৃত**—শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুর-না লেংবা শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক। প্রভুনা কৃষ্ণবেণ্বা তোর্বান্দগী শিন্দোকহন্দুনা লাইরীকসী নীলাচলদা পুরকখি ; অদুদগী গৌড়গী ভক্তশিংদা মসিগী প্রতিলিপি (copy-শিন্দোকপা) পীখি। মতৌ অসুম্না বাঙ্গালাদেশদা শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃত চৎনখিবনী।

মূল ৩০২

কর্ণামৃত শুনি প্রভুর আনন্দ হইল।
আগ্রহ করিয়া পুথি লেখাইয়া নিল ॥ ৩০২ ॥

শব্দার্থ

কর্ণামৃত—কৃষ্ণকর্ণামৃত ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; হইল—ওইখি ; আগ্রহ করিয়া—য়াম্না পাম্না ; পুথি—লাইরীক ; লেখাইয়া—শিন্দোকহন্দুনা ; নিল—লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণকর্ণামৃতগী পাঠ নাকোঙনা তারগা প্রভুগী নুংঙাইবা ওইখি। অদুনা য়াম্না পাম্শন্না লাইরীক অদু শিন্দোকহল্লগা লৌখি।

মূল ৩০৩

কর্ণামৃত সম বস্তু নাহি ত্রিভুবনে।
যাহা হৈতে হয় শুদ্ধ-কৃষ্ণপ্রেম-জ্ঞানে ॥ ৩০৩ ॥

শব্দার্থ

কর্ণামৃত সম—কৃষ্ণকর্ণামৃতগা মান্নবা ; বস্তু—পোৎ ; নাহি—লৈতে ; ত্রিভুবনে—মরোল অহুমদা ; যাহা হৈতে—মদুদগী ; হয়—ওই ; শুদ্ধ—মত্তবা ; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা ; জ্ঞানে—খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক্কা মান্নবা পোৎ মরোল অহুমদা লৈতে। লাইরীকসীগী মপান্না মত্তবা কৃষ্ণপ্রেম করিনো হায়বদু খঙবা ঙম্মী।

মূল ৩০৪

সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য কৃষ্ণলীলার অবধি।
সে জানে যে কর্ণামৃত পঢ়ে নিরবধি ॥ ৩০৪ ॥

শব্দার্থ

সৌন্দর্য্য—ফজবা ; মাধুর্য্য—থুম্বা ; কৃষ্ণলীলার—কৃষ্ণলীলাগী ; অবধি

—ভমথৈ ; সে—মহাত্মা ; জানে খঙঙী ; যে—মহাত্মা ; কর্ণামৃত—কৃষ্ণকর্ণামৃত ; পঢ়ে—পাই ; নিরবধি—তত্তনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী শকফজবগী, মাধুর্য্যগী অমসুং লীলাগী ভমথৈদি কৃষ্ণকর্ণামৃত তত্তনা পারিবা মীতানা খঙঙী ।

মূল ৩০৫

ব্রহ্মসংহিতা কর্ণামৃত দুই পুথি পাঞা ।

মহারত্নপ্রায় পাই আইলা সঙ্গে লঞা ॥ ৩০৫ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মসংহিতা—ব্রহ্মসংহিতা কৌবা লাইরীক ; কর্ণামৃত—কৃষ্ণকর্ণামৃত ; দুই—অনী ; পুথি—লাইরীক ; পাঞা—ফংদুনা ; মহারত্নপ্রায়—মহারত্নগুম্ ; পাই—ফংদুনা ; আইলা—লেঙলকখি ; সঙ্গে—লোয়ননা ; লঞা—পুরগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মসংহিতাগা কৃষ্ণকর্ণামৃতগা লাইরীক অনী ফংবদা প্রভুনা মহারত্নগুম্ ফংদুনা লোয়ননা পুরগা লেঙলকখি ।

মূল ৩০৬

তাপী স্নান করি আইলা মাহিষ্মতী-পুরে ।

নানাতীর্থ দেখে তাহাঁ নর্ম্মদার তীরে ॥ ৩০৬ ॥

শব্দার্থ

তাপী—তাপ্তী তুরেন্দা ; স্নান—ইরুজবা ; করি—তৌরগা ; আইলা—লাকখি ; মাহিষ্মতীপুরে—মাহিষ্মতীপুরদা ; নানা তীর্থ—তীর্থ মখল মখা ; দেখে—দর্শন তৌয়ি ; তাহাঁ—মফমদুদা ; নর্ম্মদার—নর্ম্মদা তুরেনগী ; তীরে—তোর্বান্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তাপী তুরেন্দা স্নান তৌরগা প্রভুনা মাহিষ্মতীপুরদা লেঙলকখি । মফমদুদা নর্ম্মদা-তোর্বান্দা তীর্থ মখল মখা দর্শন তৌখি ।

মূল ৩০৭

ধনুতীর্থ দেখি কৈলা নির্ব্বিন্ধ্যাতে স্নানে।

ঋষ্যমুখ-পর্ব্বতে আইলা দণ্ডক অরণ্যে ॥ ৩০৭ ॥

শব্দার্থ

ধনুতীর্থ দেখি—ধনুতীর্থ দর্শন তৌরগা ; কৈলা—তৌখি ; নির্ব্বিন্ধ্যাতে—নির্ব্বিন্ধ্যাদা ; স্নানে—ইরুজবা ; ঋষ্যমুখ-পর্ব্বতে—ঋষ্যমুখ কৌবা চীঙদা ; আইলা—লেঙলকখি ; দণ্ডক-অরণ্যে—দণ্ডক উমংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ধনুতীর্থ দর্শন তৌরগা নির্ব্বিন্ধ্যাদা স্নান তৌখি। অদুদগী দণ্ডকারণ্যদা ঋষ্যমুখ কৌবা চীঙদা য়ৌরকখি।

মূল ৩০৮

সপ্ত তালবৃক্ষ তাহাঁ কানন ভিতর।

অতি বৃদ্ধ অতি-স্থূল অতি উচ্চতর ॥ ৩০৮ ॥

শব্দার্থ

সপ্ত—তরেৎ ; তালবৃক্ষ—কোণা পাম্বী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; কানন—উমংগী ; ভিতর—মনূংদা ; অতিবৃদ্ধ—য়াম্না লিরবা ; অতি-স্থূল—য়াম্না নোয় চাউবা ; অতি—য়াম্না ; উচ্চতর—ৱাংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা উমং মনূংদা তাল-পাম্বী তরেৎথক লৈরম্মী। মখোয়দু য়াম্না লিরে, য়াম্না নোয়-চাউরে ; য়াম্না ৱাংবা ওাক্নী।

মূল ৩০৯

সপ্ততাল দেখি প্রভু আলিঙ্গন কৈল।

সশরীরে সপ্ততাল বৈকুণ্ঠে চলিল ॥ ৩০৯ ॥

শব্দার্থ

সপ্ততাল দেখি—তাল পাম্বী তরেৎ উরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; আলিঙ্গন

—কোন্‌বা ; কৈল—তৌখি ; সশরীরে—মছা য়াওনা ; সপ্ততাল—তাল-পাম্বী তরেৎতো ; বৈকুণ্ঠে—বৈকুণ্ঠদা ; চলিল—চৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তাল-পাম্বী তরেৎতু উরগা প্রভুনা কোল্লম্মী। পাম্বী তরেৎমক মছামক য়াওনা বৈকুণ্ঠদা কাখি।

মূল ৩১০

শূন্যস্থান দেখি লোকের হৈল চমৎকার।
লোক কহে—এ সন্ন্যাসী রাম-অবতার ॥ ৩১০ ॥

শব্দার্থ

শূন্যস্থান—অহাঙবা মফম ; দেখি—উবদা ; লোকের—মীয়ামগী ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—অঙকপা ; লোক—মীয়াম্না ; কহে—হায় ; এ সন্ন্যাসী—লম্বোইবা অসে ( প্রভুবু হায়রিবনী ) ; রাম-অবতার—রামগী অবতার-নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তালপাম্বী হৌরম্বা মফম অহাঙবতু উরগা মী ময়াম্মক ঙকখি ; ময়াম্না হায়নরম্মী—লম্বোইবসী শ্রীরামনা তৌরকপা অবতার-নী।

মূল ৩১১

সশরীরে গেল তাল শ্রীবৈকুণ্ঠধাম।
ঐছে শক্তি কার হয় বিনা এক রাম ॥ ৩১১ ॥

শব্দার্থ

সশরীরে—হকচাঙগা লোয়ননা ; গেল—চৎখি ; তাল—কোণা পাম্বী ; শ্রীবৈকুণ্ঠধাম—শ্রীবৈকুণ্ঠধামদা ; ঐছে—অসিগুম্বা ; শক্তি—মঙম ; কার—কনাগী ; হয়—ওই ; বিনা—নত্তনা ; এক রাম—রাম মতোম্‌-তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙগা লোয়ননা তাল-পাম্বীশিংদো শ্রীবৈকুণ্ঠধামদা চৎখি। শ্রীরাম মতোমদা নত্তনা অসিগুম্বা শক্তি কনাগী লৈগনী ?

**নৈনম্নোল**

শ্রীরামচন্দ্রনা বনবাসকী লেঙবা মতমদা দণ্ডকারণ্য য়ৌরকপদা তেল কাপ্পুনা তাল-পাম্বী তরেৎথক পাল্হনখি। রামায়ণগী কিষ্কিন্ধ্যাকাণ্ডগী তরামাথোই শুবা সর্গদা তাল পাম্বীগী রারীসে য়াওরী।

## মূল ৩১২

প্রভু আসি কৈলা পম্পা-সরোবরে স্নান।
পঞ্চবটী আসি তাহাঁ করিলা বিশ্রাম ॥ ৩১২ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভু আসি—প্রভুনা লেঙলক্লুনা ; কৈল—তৌখি ; পম্পাসরোবরে—পম্পাসরোবরদা ; স্নান—চাইথবা ; পঞ্চবটী—পঞ্চবটীদা ; আসি—লেঙলগা ; তাহাঁ—মফমতুদা ; করিলা—তৌখি ; বিশ্রাম—পোথাবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভুনা লেঙলগা পম্পাসরোবরদা স্নান তৌখি। অতুদগী পঞ্চবটীদা লেঙলগা মফমতুদা পোথাখি।

## মূল ৩১৩

নাসিক-ত্র্যম্বক দেখি গেলা ব্রহ্মগিরি।
কুশাবর্ত্তে আইলা যাহাঁ জন্মিলা গোদাবরী ॥ ৩১৩ ॥

**শব্দার্থ**

নাসিক-ত্র্যম্বক—নাসিক অমসুং ত্র্যম্বক ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; গেলা—(প্রভু) লেঙখি ; ব্রহ্মগিরি—ব্রহ্মগিরিদা ; কুশাবর্ত্তে—কুশাবর্ত্তদা ; আইলা—লেঙঙকখি ; যাহাঁ—মফমতুদা ; জন্মিলা—পোক্খি ; গোদাবরী—গোদাবরী তুরেল।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

নাসিক-ত্র্যম্বক দর্শন তৌরগা প্রভু ব্রহ্মগিরি তাম্না লেঙভী। অতুদগী গোদাবরী তুরেলগী মরু কুশাবর্ত্তদা য়ৌখি।

মূল ৩১৪

সপ্তগোদাবরী দেখি তীর্থ বহুতর ।

পুনরপি আইলা প্রভু বিদ্যানগর ॥ ৩১৪ ॥

শব্দার্থ

সপ্তগোদাবরী—সপ্তগোদাবরী ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; তীর্থ বহুতর—তীর্থ ময়াম ; পুনরপি—অমুক হন্না ; আইলা—লেঙলকখি ; প্রভু—প্রভুনা ; বিদ্যানগর—বিদ্যানগরদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সপ্তগোদাবরীনচিংবা তীর্থ ময়াম অমা দর্শন তৌরগা প্রভুনা বিদ্যা-নগরদা অমুক হল্লকখি ।

মূল ৩১৫

রামানন্দরায় শুনি প্রভুর আগমন ।

আনন্দে আসিয়া কৈল প্রভুর মিলন ॥ ৩১৫ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দরায়—শ্রীরামানন্দরায় ; শুনি—নাকোংনা তাদুনা . প্রভুর আগমন—প্রভুনা লেঙলকপা ; আনন্দে—হরাওনা ; আসিয়া—লাক্কুনা ; কৈল—তৌখি ; প্রভুর মিলন—প্রভুগা উনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু লেঙলক্লে হায়বদু শ্রীরামানন্দ রায়না নাকোংনা তাদুনা হরাও হরাও লাক্কুনা প্রভুগা উনখি ।

মূল ৩১৬

দণ্ডবৎ হইয়া পড়ে চরণে ধরিয়া ।

আলিঙ্গন কৈল প্রভু তাঁরে উঠাইয়া ॥ ৩১৬ ॥

শব্দার্থ

দণ্ডবৎ হইয়া—চৈশাং তাবগুম তারগা ; পড়ে—তুথরম্মী ; চরণে—

প্রভুগী খোঙ ; ধরিয়া —পায়দুনা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; উঠাইয়া—হৌগৎহল্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দ-রায়না প্রভুগী চরণ শোক্তুনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌরম্মী। প্রভুনা মহাকপু হৌগৎপীরগা কোন্‌খিরম্মী।

## মূল ৩১৭

দুইজন প্রেমাবেশে করয়ে ক্রন্দন।

প্রেমাবেশে শিথিল হৈল দু'জনার মন॥ ৩১৭॥

## শব্দার্থ

দুইজন—মী অনীদু ; প্রেম-আবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; করয়ে—তৌয়ি ; ক্রন্দন—কপ্পা ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; শিথিল—য়াংবা ; হৈল—ওইরম্মী ; দু'জনার—অনীদুগী ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অনীদো ( প্রভুগা রামানন্দগদো ) কৃষ্ণপ্রেম-দা লুপ্‌খিবনা পিরাং শিন্থরকয়ি। অনীদুগী মপুক্নীঙদো প্রেমাবেশনা মরম ওইদুনা ইয়াং য়াংলম্মী।

## মূল ৩১৮

কথোক্ষণে দুইজন সুস্থির হইয়া।

নানা ইষ্টগোষ্ঠী করে একত্র বসিয়া॥ ৩১৮॥

## শব্দার্থ

কথোক্ষণে—মতম খর লৈরগা ; দুইজন—অনীদো ; সুস্থির—ফীভম-হন্থবা ; হইয়া—ওইদুনা ; নানা—ময়াম মখাগী ; ইষ্টগোষ্ঠী—অপান্থা পোৎকী ( কৃষ্ণকথাগী ) রারী-রাতাই ; করে—তৌয়ি ; একত্র—মফম অমতদা, তিন্নমা ; বসিয়া—ফমদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম খরগী মনুঙদা অনীমক্না ফীভম হন্থরক্লবদা মথল মখাগী কৃষ্ণকথা পুল্লপ ফম্মিন্নদুনা তৌয়ি।

মূল ৩১৯

তীর্থযাত্রা-কথা প্রভু সকল কহিলা।

কর্ণামৃত ব্রহ্মসংহিতা দুই পুথি দিলা॥ ৩১৯ ॥

শব্দার্থ

তীর্থযাত্রা-কথা—তীর্থ চৎলুবগী ৱারী ; প্রভু—প্রভুনা ; সকল—লোইনমক ; কহিলা—হায়রম্মী ; কর্ণামৃত—কৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক ; ব্রহ্মসংহিতা—ব্রহ্মসংহিতা কৌবা লাইরীক ; দুই—অনী ; পুথি—লাইরীক ; দিলা—পীরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা তীর্থ ময়াম লেঙলুবগী ৱারী লোইনমক ( রামানন্দ রায়দা ) লীরম্মী। কৃষ্ণকর্ণামৃতগা ব্রহ্মসংহিতাগা লাইরীক অনীদু রায়দা পীখি।

মূল ৩২০

প্রভু কহে—তুমি যেই সিদ্ধান্ত কহিলে।

এই দুই পুথি সেই সব সাক্ষী দিলে॥ ৩২০ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; তুমি—নঙনা ; যেই—মদু ; সিদ্ধান্ত—ৱারেপ ; কহিলে—হায়খি ; এই—মসী ; দুই—অনী ; পুথি—লাইরীক্না ; সেই—মদু ; সব—পুম্বা ; সাক্ষী দিলে—সাক্ষী পীরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হায়রি নঙনা হায়খিবা সিদ্ধান্ত পুম্বদু লাইরীক অনীসিনা সাক্ষী পীরিবনী।

মূল ৩২১

রায়ের আনন্দ হৈল পুস্তক পাইয়া।

প্রভু-সহ আস্বাদিল—রাখিল লিখিয়া॥ ৩২১ ॥

শব্দার্থ

রামের—শ্রীরামানন্দ রায়গী ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; হৈল—ওইরে ; পুস্তক—লাইরীক ; পাইয়া—ফংদুনা ; প্রভু-সহ—প্রভুগা লোয়ননা ; আস্বাদিল—মহাও তংলম্মী ; রাখিল—থমজনখি ; লিখিয়া—( লাইরীক অনীদু ) শিন্দোকুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক ফংবদা শ্রীরামানন্দ রায় নুংঙাইজখি। ( লাইরীক অনীদু ) প্রভুগা লোইননা নৈনদুনা আস্বাদন তৌমিন্নখি অমসুং শিন্দোক্লগা থম্খি।

মূল ৩২২

'গোসাঞি আইলা' গ্রামে হৈল কোলাহল।

গোসাঞি দেখিতে লোক আইল সকল ॥ ৩২২ ॥

শব্দার্থ

গোসাঞি—প্রভু ; আইলা—লেঙলক্লে ; গ্রামে—খুঙ্গংদা ; হৈল—ওইখি , কোলাহল—নিল্খোংবা ; গোসাঞি—প্রভুবু ; দেখিতে—য়েংনবা ; লোক—মী ; আইল—লাক্খি ; সকল—পুন্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'প্রভু লেঙলক্লে' হায়দুনা গ্রাম পুন্নমক পুম্নিল নিন্খি। মী লোইনমক প্রভুবু দর্শন তৌবা লাক্খি।

মূল ৩২৩

লোক দেখি রামানন্দ গেলা নিজ ঘরে।

মধ্যাহ্নে উঠিলা প্রভু ভিক্ষা করিবারে ॥ ৩২৩ ॥

শব্দার্থ

লোক—মীয়ামদু ; দেখি—উবদা ; রামানন্দ—শ্রীরামানন্দ রায় ; গেলা—চৎখি ; নিজ—মছাগী ; ঘরে—য়ুমদা ; মধ্যাহ্নে—মধ্যান্দা (নুমীৎ-য়ুংবদা) ; উঠিলা—হৌগৎলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; ভিক্ষা করিবারে—চাক হাননবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়ামচু উবদা শ্রীরামানন্দ রায়দো মমুমদা হন্থি। মধ্যামগী মতম য়োরবদা প্রভুদা লূক্ হাননবগীদমক লেঙথৎলম্মী।

মূল ৩২৪

রাত্রিকালে রায় পুন কৈল আগমন।

ছুই জন কৃষ্ণকথায় করে জাগরণ॥ ৩১৪॥

## শব্দার্থ

রাত্রিকালে—অহিংগী মতমদা; রায়—শ্রীরামানন্দ রায়না; পুন—হন্না; কৈল—তৌরম্মী; আগমন—লাক্পা; ছুই জন—মী অনীছু; কৃষ্ণ-কথায়—কৃষ্ণগী-বারীদা; করে—তৌয়ি; জাগরণ—মীৎশেল্ থাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদা শ্রীরামানন্দ রায়না অমূক হন্না লেঙলকখি। মখোয় অনীনা কৃষ্ণগী বারীদা মীৎশেল থাঙলম্মী (জাগরণ তৌরম্মী)।

মূল ৩২৫

ছুইজনে কৃষ্ণকথা হয় রাত্রি-দিনে।

পরম আনন্দে গেল পাঁচ সাত দিনে॥ ৩২৫॥

## শব্দার্থ

ছুইজনে—মখোয়নীগী মরক্তা; কৃষ্ণকথা হয়—কৃষ্ণগী বারী তৌনৈ; রাত্রি-দিনে—অহিং-নুংথিল্ অনীমক্তা; পরম—য়োরবা; আনন্দে—নুংঙাই-বনা; গেল—হৌথি; পাঁচ—মঙা; সাত—তরেৎ; দিন—নুমিৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীনা অহিং নুংথিল চুপ্পা কৃষ্ণগী বারী তৌরম্মী। য়োনা নুংঙাইবগা লোয়ননা নুমীৎ মঙা-তরেৎ হৌদোকখি।

মূল ৩২৬

রামানন্দ কহে গোসাঞি ! তোমার আজ্ঞা পাঞা ।
রাজাকে লিখিল আমি বিনতি করিয়া ॥ ৩২৬ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দ কহে—শ্রীরামানন্দনা হায় ; গোসাঞি—হে প্রভু ; তোমার—নঙগী ; আজ্ঞা—য়াথং ; পাঞা—ফংদুনা ; রাজাকে—নিংথৌদা ; লিখিল—ইখরে ; আমি—ঐনা ; বিনতি—খুরুম্বা ; করিয়া—তৌদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দনা হঙ্গৎলী—প্রভু ! প্রভুগী য়াথং ফংদুনা ঐনা নিংথৌদা খুরুমদুনা চিঠি ইজখি ।

মূল ৩২৭

রাজা মোরে আজ্ঞা দিলা নীলাচল যাইতে ।
চলিবার সজ্জা আমি লাগিয়াছি করিতে ॥ ৩২৭ ॥

শব্দার্থ

রাজা নিংথৌনা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিলা—পীবিরে ; নীলাচল যাইতে—নীলাচল-দা চৎননবা ; চলিবার—চৎননবা ; সজ্জা—শেম্-শাবা, থৌরাং ; আমি—ঐনা ; লাগিয়াছি—হৌরে ; করিতে—তৌবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরামানন্দনা মখা তাথরম্মী )—নীলাচল চৎননবা য়াথং নিংথৌনা ঐঙোন্দা পীবিরে । ঐ চৎননবগী থৌরাং তৌবা হৌরে ।

মূল ৩২৮

প্রভু কহে—এথা মোর এ নিমিত্ত আগমন ।
তোমা লৈয়া নীলাচলে করিব গমন ॥ ৩২৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এথা—মফমসিদা ; মোর—ঐগী ; এ নিমিত্ত—মসিগীদমক ( রায়বু নীলাচলদা পুননবগীদমক ) ; আগমন—লাকপা ; তোমা—নঙবু ; লৈয়া—পুদুনা ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; করিব—তৌগনী ; গমন—চৎপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মরমসিগীদমক ( নঙবু পুননবগীদমক ) মফমসিদা ঐ লাকপনী । নঙবু পুবগা ঐ নীলাচল-দা চৎকনী ।

### মূল ৩১৯

রায় কহে—প্রভু ! আগে চল নীলাচল ।
মোর সঙ্গে হাথি-ঘোড়া-সৈন্যকোলাহল ॥ ৩১৯ ॥

### শব্দার্থ

রায় কহে—রায়না হঙ্গৎলী ; প্রভু—হে প্রভু ; আগে—হান্না ; চল—লেঙঙু ; নীলাচল—নীলাচলদা ; মোর সঙ্গে—ঐগা লোয়ননা ; হাথি—শামু ; ঘোড়া—শগোল ; সৈন্য—লান্মী ; কোলাহল—চরাংনবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রায়না হঙ্গৎলী—হে প্রভু ! হান্না নীলাচল লেংলয়ো । ঐগা লোয়ননা শগোল-শামু লান্মীনচিংবা লৈবনা চরাঙনগনী ।

### নৈনরোল

**মোর সঙ্গে**-নচিংবা—রামানন্দ রায় রাজপ্রতিনিধি (নিংথৌগী মহুৎ—viceroy) ওইরম্মী ; মহাক্না নিংথৌ প্রতাপরুদ্রগী রাজধানী (কোন্নুংদি) কটকনগরনী । রাজপ্রতিনিধিনা রাজধানী তান্না চৎপা তারবদি ( নত্রগা করিগুম্বা মফম অমদা চৎপা তারবদি ) মাগী ফমদুগী হৌনবী ঙাক্নবগীদমক লান্মী-থৌগল লোয়নবা তাবনী । লান্মীশিংদুগী চরাঙনবদা প্রভু নুংঙাইরোই হায়দুনা রামানন্দনা প্রভুপা লোয়নরোই তুংদা লাক্কে হায়রম্মনী ।

মূল ৩৩০

দিন দশে ইহাঁ সব করি সমাধান।

তোমার পাছে পাছে আমি করিব প্রয়াণ ॥ ৩৩০ ॥

শব্দার্থ

দিন—সুমীৎ ; দশে—তরানিদা ; ইহাঁ—মফমসিদা ; সব—লোইনমক ; করি—তৌদুনা ; সমাধান—লোইশন্-খোমজন্বা ; তোমার—নঙগী ; পাছে পাছে—তুংওইননা ইন্দুনা ; আমি—ঐ ; করিব—তৌগে ; প্রয়াণ—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুমীৎ তরানীগী মনুঙদা মফমসিগী থবক পুম্নমক লোইশন-খোম্জল্লম্লগা প্রভুগী তুংওইননা ঐ চৎচগে (লাক্চগে)।

মূল ৩৩১

তবে মহাপ্রভু তাঁরে আসিতে আজ্ঞা দিয়া।

নীলাচল চলিলা প্রভু আনন্দিত হৈয়া ॥ ৩৩১ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; আসিতে—লাক্নবা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিয়া—পীরগা ; নীলাচল—নীলাচলদা ; চলিলা—লেঙলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা মহাক লাক্নো হায়না য়াথং তাউথরম্লগা পুক্নীঙ নুংঙাই নুংঙাইনা নীলাচল তম্লম্মী।

মূল ৩৩২

যেই পথে পূর্ব্বে প্রভু করিলা গমন।

সেই পথে চলিল প্রভু দেখি বৈষ্ণবগণ ॥ ৩৩২ ॥

## শব্দার্থ

যেই পথে—লম্বী অচুদা ; পূর্ব্বে—হান্নবা ; প্রভু—প্রভুনা ; করিলা—তৌখি ; গমন—লেঙবা ; সেই পথে—লম্বীচুদা ; চলিল—চৎলম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; দেখি—উনদুনা ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা (তীর্থযাত্রা তৌরকপদা) মমাঙৈঙদা লেঙলকপা লম্বী অদোমদা বৈষ্ণবশিং উন-উনদুনা হন্‌বদমু লেঙ্‌লম্মী ।

মূল ৩৩৩

যাহাঁ যায় উঠে লোক হরিধ্বনি করি ।

দেখিয়া আনন্দ বড় পাইলা গৌরহরি ॥ ৩৩৩ ॥

## শব্দার্থ

যাহাঁ—মফমদা ; যায়—চৎলী ; উঠে—হৌরম্মী ; লোক—মীশিংনা ; হরিধ্বনি—হরি শোন্‌বগী মনিল্‌ ; করি—তৌদুনা ; দেখিয়া—(মদু) উরগা ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; বড়—য়াম্না ; পাইলা—ফংখি ; গৌরহরি—শ্রীগৌরহরিনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লেঙবা লেঙবা মফমদা মীয়াম্না হরি শোন্‌বনা ইনিল্‌নিল্লম্মী । মদু উবদা প্রভু গৌরহরিনা য়াম্না নুংঙাইখি ।

মূল ৩৩৪

আলালনাথ আসি কৃষ্ণদাস পাঠাইলা ।

নিত্যানন্দ-আদি নিজগণে বোলাইলা ॥ ৩৩৪ ॥

## শব্দার্থ

আলালনাথ আসি—আলালনাথদা লাক্লগা ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসবু ; পাঠাইল—থাখিরম্মী ; নিত্যানন্দ-আদি—নিত্যানন্দমচিংবা ; নিজ—মছাগী ; গণে—পার্ষদশিংবু ; বোলাইলা—কৌহল্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আলালনাথদা য়ৌরগা প্রভুনা কৃষ্ণদাসবু থাখি, অদুগা নিত্যানন্দনচিংবা মছাগী পার্ষদশিংবু কৌহল্লম্মী।

## নৈনরোল

কৃষ্ণদাস—মহাক অসী প্রভুগা লোয়ননা নীলাচলদগী চৎখিরম্বা মীদুনী।

মূল ৩৩৫

প্রভুর আগমন শুনি নিত্যানন্দরায়।

উঠিয়া চলিলা, প্রেম থেহ নাহি পায়॥ ৩৩৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর আগমন--প্রভু লেঙঙকপগী রা ; শুনি--নাকোঙনা তারদুনা ; নিত্যানন্দরায়--শ্রীনিত্যানন্দ ; উঠিয়া চলিলা—হৌগৎতুনা লেঙলম্মী ; প্রেমে—প্রেমনা ; থেহ—তপ্থবা ; নাহি পায়—ফংখিদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু লেঙলক্লে তাবদা শ্রীনিত্যানন্দসু হৌগৎতুনা লেঙখিরম্মী ; প্রেমনা তপ্থনা লৈবা ঙম্মদে।

মূল ৩৩৬

জগদানন্দ দামোদর পণ্ডিত মুকুন্দ।

নাচিয়া চলিলা, দেহে না ধরে আনন্দ॥ ৩৩৬ ॥

### শব্দার্থ

জগদানন্দ—জগদানন্দ ; দামোদর--দামোদর ; পণ্ডিত মুকুন্দ—মুকুন্দ পণ্ডিত ; নাচিয়া—জগোই শাদুনা ; চলিলা—চৎলম্মী ; দেহে—হকচাঙদা ; না ধরে—ফাজনবা য়াখিদে ; আনন্দ—নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগদানন্দনে, দামোদরনে অদুগা মুকুন্দনে মখোয় লোইনমক নুংঙাইবদগী জগোই শার-শারদুনা চৎলম্মী ; মখোয়গী নুংঙাইবদো ফাজন্দুনা থম্বা ঙমখিদে।

### মূল ৩৩৭

গোপীনাথাচার্য্য চলে আনন্দিত হঞা।
প্রভুরে মিলিলা সভে পথে লাগ পাঞা ॥ ৩৩৭ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথাচার্য্য চলে - শ্রীগোপীনাথাচার্য্য চৎলী ; আনন্দিত— নুংঙাইবা ; হঞা - ওইরদুনা ; প্রভুরে —প্রভুবু ; মিলিলা উনখি ; সভে —ময়ামপুম্বনা ; পথে — লম্বীদা ; লাগ—থেংনবা ; পাঞা— ফংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথাচার্য্যদু হরাওনা চৎলম্মী ; লম্বীদা ময়ামদুনা থেংনদুনা প্রভুপা উনখি।

## নৈনরোল

প্রভুনা আলালনাথদগী নীলাচল তম্লা লেঙলকপা অদুগা শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা পার্ষদশিংনা নীলাচলদগী আলালনাথ তম্লা লাকপা, মরমদুনা লমখাঙদা প্রভুগা মখোয়গা উনখিবনী।

### মূল ৩৩৮

প্রভু প্রেমাবেশে সভা কৈল আলিঙ্গন।
প্রেমাবেশে সভে করে আনন্দে ক্রন্দন ॥ ৩৩৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু প্রেমাবেশে—প্রভুনা প্রেমাবেশদা ; সভা ময়াম পুম্ববু ; কৈল —তৌরম্মী ; আলিঙ্গন —কোনবা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; সভে— ময়াম পুম্বদো ; করে—তৌয়ি ; আনন্দে—নুংঙাইবনা ; ক্রন্দন - কপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা ময়ামদুবু কোল্লম্মী অদুগা ময়ামদুস্তু প্রেমাবেশদা নুংঙাইনা কপ্লম্মী।

মূল ৩৩৯

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য আনন্দে চলিলা।

সমুদ্রের তীরে আসি প্রভুরে মিলিলা ॥ ৩৩৯ ॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য—শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; আনন্দে—হরাওনা ; চলিলা—চৎলম্মী ; সমুদ্রের তীরে—সমুদ্রগী মপান্দা ; আসি—লাক্তুনা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; মিলিলা—উনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদু হরাওনা চৎলম্মী ; মহাক্না সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লাক্তুনা প্রভুগা উনখি।

মূল ৩৪০

সার্ব্বভৌম মহাপ্রভুর পড়িলা চরণে।

প্রভু তাঁরে উঠাইয়া কৈল আলিঙ্গনে ॥ ৩৪০ ॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; পড়িলা—তুরম্মী ; চরণে—খুয়াখাদা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; উঠাইয়া—হৌগৎপীরগা ; কৈল—তৌখি ; আলিঙ্গনে—কোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুগী চরণখাদা তুরম্মী। প্রভুনা মাবু লৌখৎলগা কোন্‌বিরম্মী।

মূল ৩৪১

প্রেমাবেশে সার্ব্বভৌম করেন ক্রন্দনে।

সভাসঙ্গে আইলা প্রভু ঈশ্বর-দর্শনে ॥ ৩৪১ ॥

শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; সার্ব্বভৌম করেন—সার্ব্বভৌমনা তৌরি ;

ক্রন্দনে—কপ্পা ; সভাসঙ্গে—ময়ামগা লোয়নবা, আইলা—লেঙলকখি ; প্রভু—প্রভুনা ; ঈশ্বর-দর্শনে—শ্রীজগন্নাথদেব দর্শনগীদমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা সার্ব্বভৌমনা কপ্লম্মী । প্রভুনা ময়ামগা লোয়নবা শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবা লেঙডকখি ।

## মূল ৩৪২

জগন্নাথ দেখি প্রভুর প্রেমাবেশ হৈল ।
কম্প স্বেদ পুলকাশ্রু শরীর ভাসিল ॥ ৩৪২ ॥

## শব্দার্থ

জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথদেব ; দেখি—দর্শন তৌবদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; প্রেমাবেশ হৈল—প্রেমাবেশ ওইরম্মী ; কম্প—নীকপা ; স্বেদ—হুমাং ; পুলক—তুচুংবা ; অশ্রু—পিরাং ; শরীর—হকচাঙ ; ভাসিল—তাউবম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখি । মহুনা মরম ওইদুনা হকচাঙ নীকয়ি, হুমাং চেম্থরম্মী, তুচুংলম্মী, পিরাং শিন্থরম্মী ।

## মূল ৩৪৩

বহু নৃত্য কৈল প্রভু প্রেমাবিষ্ট হৈয়া ।
পাণ্ডাপাল সব আইলা প্রসাদমালা লৈয়া ॥ ৩৪৩ ॥

## শব্দার্থ

বহু—য়াম্না ; নৃত্য—জগোই ; কৈল—তৌরম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রেমাবিষ্ট হৈয়া—প্রেমাবেশদা লুপ্লুনা ; পাণ্ডাপাল—পাণ্ডা খুৎপু ; সব—পুম্বা ; আইলা—লাকখি ; প্রসাদমালা—শ্রীজগন্নাথদেবগী প্রসাদ অমসুং প্রসাদী মালা ; লৈয়া—পুরক্লুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা প্রেমাবেশদা জগোই য়াম্না শারম্মী । অদুগা পাণ্ডাগী খুৎপুনা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ অমসুং প্রসাদী মালা পুরক্লুনা লাকখি ।

## মূল ৩৪৪

মালা-প্রসাদ পাইয়া তবে প্রভু স্থির হৈলা।
জগন্নাথের সেবক সব আনন্দে মিলিলা ॥ ৩৪৪ ॥

### শব্দার্থ

মালা-প্রসাদ—মালাগা প্রসাদগা ; পাইয়া—ফংলগা ; তবে—অদুদগী ; প্রভু—প্রভু ; স্থির—তপ্‌থবা ; হৈলা—ওইরম্মী ; জগন্নাথের সেবক—শ্রীজগন্নাথগী সেবারি পাণ্ডা ; সব - পুম্নমক ; আনন্দে হরাওনা ; মিলিলা —উনখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথগী মালাগা প্রসাদগা ফংলগা প্রভুগী প্রেমাবেশনা ওইরম্বা পাখৎপগী ফীভমদো তোক্লম্লে। শ্রীজগন্নাথদেবগী সেবারি পাণ্ডা পুম্বনা হরাওনা প্রভুব্‌ উজখি।

## মূল ৩৪৫

কাশীমিশ্র আসি পড়িলা প্রভুর চরণে।
মান্য করি প্রভু তারে কৈল আলিঙ্গনে ॥ ৩৪৫ ॥

### শব্দার্থ

কাশীমিশ্র আসি—কাশীমিশ্র লাক্লুনা ; পড়িলা—তুরম্মী ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণে—খুয়াখাদা ; মান্য—ইকাইখুম্নবা ; করি—তৌদুনা ; প্রভু - প্রভুনা ; তারে—মঙোন্দা ; কৈল—তৌয়ি ; আলিঙ্গনে—কোন্‌বীবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্র লাক্লুনা প্রভুগী চরণখাদা তুহনা খুরুম্লম্মী। প্রভুনা মাবু ইকাইখুম্নবিদুনা কোন্‌শল্লম্মী।

## মূল ৩৪৬

জগন্নাথের পড়িছা আসি প্রভুরে মিলিলা।
প্রভু লঞা সার্ব্বভৌম নিজঘরে গেলা ॥ ৩৪৬ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথদেবগী ; পড়িছা - তীর্থ-চৎপা মীশিংগী লৈফম-চাফম অমদি লাই দর্শন তৌনবগী থৌরাংবা মী ; আসি—লাকুনা ; প্রভুরে প্রভুগা ; মিলিলা—উনখি ; প্রভু—প্রভুবু ; লঞা—পুতুনা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; নিজ ঘরে—ময়ুমদা ; গেলা—হন্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী পড়িছা লাকুনা প্রভুবু উনরৈ। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু পুতুনা ময়ুমদা চংখি ।

মূল ৩৪৭

'মোর ঘরে ভিক্ষা' বলি নিমন্ত্রণ কৈলা !
দিব্যদিব্য মহাপ্রসাদ অনেক আনাইলা ॥ ৩৪৭ ॥

শব্দার্থ

মোর—ঐগী ; ঘরে—য়ুমদা ; ভিক্ষা—প্রসাদী ; বলি—হায়দুনা ; নিমন্ত্রণ কৈলা—বাত্তোন তৌরম্মী ; দিব্যদিব্য—অহাও-অহাওবা ; মহা-প্রসাদ—শ্রীজগন্নাথদা কৎপা মহাপ্রসাদ ; অনেক য়াম্না ; আনাইলা—লৌহল্লুই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ঐগী য়ুমদা প্রসাদ ফংবিয়ু' হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। মহাক্না মী থাদুনা শ্রীজগন্নাথদা কৎপা অহাও-অহাওবা মহাপ্রসাদ য়াম্না লৌহল্লুই ।

মূল ৩৪৮

মধ্যাহ্ন করিয়া প্রভু নিজগণ লৈয়া ।
সার্ব্বভৌম-ঘরে ভিক্ষা করিলা আসিয়া ॥ ৩৪৮ ॥

মধ্যাহ্ন করিয়া—মধ্যাহ্ন মতমগী স্নান অমদি সন্ধ্যাবন্দনা (লাই-খুরুম্বা)

লোইরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; নিজগণ—মছামক্কী পার্ষদশিং ; লৈয়া—পুতুনা ; সার্ব্বভৌম-ঘরে—সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা ; ভিক্ষা করিয়া—প্রসাদী থুন্‌খি ; আসিয়া—লেঙলক্কুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধ্যাহ্নগী স্নান অমদি সন্ধ্যাবন্দনা তৌরগা প্রভুনা মছামক্কী পার্ষদশিংবু পুরক্কুনা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা লেঙহ্নুনা প্রসাদী ফংখি।

## মূল ৩৪৯

ভিক্ষা করাইয়া তাঁরে করাইল শয়ন।

আপনে সার্ব্বভৌম করে পাদ-সংবাহন ॥ ৩৪৯ ॥

### শব্দার্থ

ভিক্ষা করাইয়া—প্রসাদী ফংহল্লগা ; তাঁরে—মাবু (প্রভুবু) ; করাইল—তৌহল্লম্মী ; শয়ন—চেপ্পা ; আপনে—মছামক্না ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; করে তৌয়ি ; পাদ—খোঙ ; সংবাহন—নোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রসাদী ফংহল্লগা প্রভুবু চেপ্‌হল্লম্মী। সার্ব্বভৌম মছামক্না প্রভুগী খোঙ নোইরম্মী।

## মূল ৩৫০

প্রভু তাঁরে পাঠাইলা ভোজন করিতে ;

সেই রাত্রি তাঁর ঘরে রহিলা তাঁর প্রীতে ॥ ৩৫০ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু (সার্ব্বভৌমবু) ; পাঠাইলা—থাদোকখি ; ভোজন—চাক-চাবা ; করিতে—তৌরুনবা ; সেই রাত্রি—অহিং অদু ; তাঁর—মাগী (সার্ব্বভৌমগী) ; ঘরে—য়ুমদা ; রহিলা—লৈরম্মী ; তাঁর-প্রীতে—মাবু (সার্ব্বভৌমবু) নুংশিবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সার্ব্বভৌমবু প্রসাদী খুল্লুনবা থাদোকখি। অহিং অদুমা প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী প্রেম্না মাগী য়ুমদা লেন্‌খি।

মূল ৩৫১

সার্ব্বভৌম সঙ্গে আর লঞা নিজ-গণ।
তীর্থযাত্রা-কথা কহি কৈলা জাগরণ ॥ ৩৫১ ॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম সঙ্গে—সার্ব্বভৌমগা লোয়ননা ; আর—অতুগা ; লঞা—লোয়ননা ; নিজগণ—মছামক্কী পার্ষদশিংগা ; তীর্থযাত্রা-কথা—তীর্থ চৎলু-বগী ৱারী ; কহি—লীদুনা ; কৈলা—তৌখি , জাগরণ—মীৎশেন্ খাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগা অমস্থুং পার্ষদশিংগা লোয়ননা প্রভুনা তীর্থ চৎলুবগী ৱারী ৱাতাই তৌদুনা মীৎশেন্ খাঙখি।

মূল ৩৫২

প্রভু কহে—এত তীর্থ কৈল পর্য্যটন।
তোমা সম বৈষ্ণব না দেখিল একজন ॥ ৩৫২ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এত তীর্থ—তীর্থ অস্নুক য়াম্না ; কৈল—তৌরুরে ; পর্য্যটন—কোয়বা ; তোমা—নঙগা ; সম—মান্নবা ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব ; না দেখিল—উরক্তে ; একজন—মী অমতা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—তীর্থ অস্নুক য়াম্না কোয়রকপদা নঙগুম্বা (সার্ব্ব-ভৌমগুম্বা) বৈষ্ণব অমত্তা থেংনরক্তে।

মূল ৩৫৩

এক রামানন্দ রায় বহু সুখ দিল।
ভট্ট কহে—এই লাগি মিলিতে কহিল ॥ ৩৫৩ ॥

শব্দার্থ

এক—অমা ; রামানন্দ রায়—শ্রীরামানন্দ রায়না ; বহু—য়াম্না ; সুখ—নুংঙাইনা ; দিল—পীরম্মী ; ভট্ট কহে—ভট্টাচার্য্যনা হায় ; এই লাগি—মসিগীদমক (রামানন্দগা উনরগা নুংঙাইগনী হায়বসিগীদমক) ; মিলিতে—উনরুনবা ; কহিল—হঙ্গংখিবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—রামানন্দ রায় হায়বা মহাক্তনা নুংঙাইবা য়াম্না পীবকয়ি । (মতু তাবদা) সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—মতুগীদমক্তা মহাক্তা উনরুনবা হঙ্গংখিবনী ।

মূল ৩৫৪

তীর্থযাত্রা-কথা এই হৈল সমাপন ।

সংক্ষেপে কহিল, বিস্তার না যায় বর্ণন ॥ ৩৫৪ ॥

শব্দার্থ

তীর্থযাত্রা-কথা—তীর্থ চৎপগী ৱারী ; এই—অসিনী ; হৈল—শুইরে ; সমাপন—লোইবা ; সংক্ষেপে—শম্পৎনা ; কহিল—হায়রে ; বিস্তার—শন্দোক্না ; না যায়—য়াদ্রে ; বর্ণন—লীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গ্রন্থকারনা হায়)—প্রভুনা তীর্থ যাত্রা চৎলম্বগী ৱারীদু অসিরাইদা লোইশল্লে । শম্পৎনা লীজরে ; য়াম্না শন্দোক্না লীবা ঙমদরে ।

মূল ৩৫৫

অনন্ত চৈতন্যকথা—কহিতে না জানি ।

লোভে লজ্জা খাঞা তার করি টানাটানি ॥ ৩৫৫ ॥

শব্দার্থ

অনন্ত—লোই-থম্বা-নাইদবনী ; চৈতন্য-কথা—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ৱারীদি ; কহিতে—লীবা ; না জানি—খঙদে, হৈতে ; লোভে—লীনীঙবনা ; লজ্জা খাঞা—ইকাই-ইকি হনজেক্না ; তার—ৱারীদু লীমনবনী ; করি টানা-টানি—থরাই য়াওবমথৈ হোৎনবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ৱারীদি লোই-খম্বা-নাইদবনী। লোইনা খঙবা নত্তে। অহুমকপু ইনীঙমন্‌বনা ইকাই-ইকি হুনজেক্লুনা ইগদবগী হোৎনবদা থরাই য়াওজবতনী।

মূল ৩৫৬

প্রভুর তীর্থযাত্রা-কথা শুনে যেই জন।
চৈতন্য-চরণে পায় গাঢ় প্রেমধন ॥ ৩৫৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; তীর্থযাত্রা-কথা—তীর্থ লেঙবগী ৱারী ; শুনে—নাকোঙনা তায় ; যেই জন—মী অহু ; চৈতন্য-চরণে—শ্রীচৈতন্যগী চরণ-খাদা ; পায়—ফংঙী ; গাঢ়—অচেৎপা ; প্রেমধন—নুংশিবা কৌবা লন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী তীর্থযাত্রাগী ৱারী মনাকোঙনা তারবা মীহুদি শ্রীচৈতন্যগী চরণ-খাদা নুংশিবা কৌবা লন্ অহু ফংজে।

মূল ৩৫৭

চৈতন্য-চরিত্র শুন শ্রদ্ধা-ভক্তি করি।
মাৎসর্য্য ছাড়িয়া মুখে বোল হরি হরি ॥ ৩৫৭ ॥

শব্দার্থ

চৈতন্য-চরিত্র—শ্রীচৈতন্যগী চোরিত ; শুন—নাকোঙনা তাও ; শ্রদ্ধা—চেৎনা থাজবা ; ভক্তি—সম্মান ; করি—তৌহুনা ; মাৎসর্য্য—অতোপ্পগী য়াইফবদা কলক্-মিহৌবা ; ছাড়িয়া—থাদোক্লুনা ; মুখে—চীন্দা ; বোল—হায়য়ু ; হরি হরি—হরি হরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী চরিতপু চেৎনা থাজহুনা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা নাকোঙনা তাবিয়ু। অতোপ্পগী য়াইফবদা কলক্-মিহৌবা থাদোক্লুনা হরি হরি শোন্‌বিয়ু।

### মূল ৩৫৮

এই কলিকালে আর নাহি অন্যধর্ম্ম।
বৈষ্ণব বৈষ্ণবশাস্ত্র এই কহে মর্ম্ম ॥ ৩৫৮ ॥

### শব্দার্থ

এই কলিকালে—কলিগী মতমসিদা ; আর—অমুক ; নাহি—লৈত্রে ; অন্যধর্ম্ম—অতোপ্পা ধর্ম্ম ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণব ওইবা মীনা ; বৈষ্ণবশাস্ত্র—বৈষ্ণবধর্ম্মগী শাস্ত্রনা ; এই—মসী ; কহে—হায় ; মর্ম্ম—অর্থ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলিগী মতমসিদদি অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৈত্রে। রাফমসী বৈষ্ণব অমসুং বৈষ্ণব-শাস্ত্রশিংনা হায়রিবনী।

### মূল ৩৫৯

চৈতন্যচন্দ্রের লীলা—অগাধ গম্ভীর।
প্রবেশ করিতে নারি স্পর্শি রহি তীর ॥ ৩৫৯ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যচন্দ্রের লীলা—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রগী লীলাদি ; অগাধ—চৈরেপ-ফংদবা ; গম্ভীর—লুবনী, সমুদ্রগুম্বনী ; প্রবেশ—চঙবা ; করিতে—তৌবদি ; নারি—ঙমদে ; স্পর্শি—খুৎনা শোক্লগা ; রহি—লৈরে ; তীর—তোর্বান্দা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যচন্দ্রগী লীলাদি চৈরেপ ফংদবা সমুদ্রগুম লুবনী। লীলা-সমুদ্রগী তোর্বান্দু শোক্লগদা লৈরে, লীলাসমুদ্র মুংদা চঙজবা ঙমজদে।

### মূল ৩৬০

চৈতন্যচরিত্র শ্রদ্ধায় শুনে যেইজন।
যতেক বিচারে, তত পায় প্রেমধন ॥ ৩৬০ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যচরিত্র—শ্রীচৈতন্যচরিত্রবু ; শ্রদ্ধায়—চেৎনা থাজবহনা ; শুনে—নাকোঙনা তায় ; যেইজন—মী অদুনা ; যতেক—অদুক্কী মতীক ; বিচারে—খল্লরগা ; তত—অদুক্কী মতীক ; পায়—ফংগনী ; প্রেমধন—কৃষ্ণবু মুংশিবা লন্ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেৎনা থাজবহনা শ্রীচৈতন্যচরিত্রবু শ্রবণ তৌবা মীদুনা অদুক্কী মতীক নৈন-নৈনরগা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন্দু অদুক্কী মতীক ফংগনী ।

### মূল ৩৬১

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৩৬১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ অনীগী চরণথাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা (লৈরিবা) ; চৈতন্যচরিতামৃত কহে চৈতন্য-চরিতামৃতবু লীজরি ; কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী অনীগী চরণ-খাদা আশা লৈরিবা কৃষ্ণদাসনা চৈতন্যচরিতামৃত লীজেয়ে ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে দক্ষিণদেশতীর্থভ্রমণং নাম নবম-পরিচ্ছেদঃ ॥



# শীতলজিৎকী লাইব্রীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, মুংশিরাথৈবা।
নারী-মচা—লৈকোম্ন ্দা, লৈমুংশি।
শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ
২। শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতা ( মৈতৈলোন্দা )
৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোনগী অনুবাদকা লোন্নবা ) মমল লুপা ২০
৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্-শৈখন
৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.
৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )
৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০
৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮
৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫
১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২
১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০
১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮
১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫
১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০
১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০
১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫
১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮
১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০
১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০
২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০
২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫